# শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা

(শ্রীকাহ্নুচরন মিশ্রনা ইবা
দি কলট অব জগন্নাথ কৌবা লাইরিক্তা য়ুম্ফম ওইবা)

অইবা
খাইদেম নবকুমার সিংহ, আই:বি:পি:এস:
রিটায়ারদ এসিষ্টেন্ট ষ্টেশন ডাইরেক্টর
আকাশবাণী, কলিকতা/ইম্ফাল্ ।

*Published with Financial Assistance from the Central Institute of Indian Languages. (Ministry of Human Resourse Development, Department of Education, Govt. of India). Manasagangotri, Mysore - 6, vide sanction letter No. 51-12(8)95-96/MRP/GRNT, Dated March 6, 1997 under the scheme of Grant-In-Aid.*




কপি মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

১বা খুৎনম্ : জুলাই ১৯৯৭

ফংফম্ : অইবগী য়ুম
উরিপোক খাইদেম লৈকাই,
ইম্ফাল, ৭৯৫০০১

লুপা - ১০০ (চাম্মা)

**Printed at** Bir Cumputer Printing Works, 85 PDA Complex, Lamphelpat-4, Manipur

# কথোকচৰা



ঐবু গোকপীবা, নাওয়োক নাওকোন্দা ৱাজখ্রবী,
কৌজবদা পেনবা নায়দ্রবী লাই ওইখ্রবী
ইমা ইবেম্মা লমাবম্ নিঙ্খোল,
খাইদেম ওংবী
৺ ইবেতোম্বী দেবীগী
স্মৃতিদা
হোৎনজবা পুস্বা, ঐগী,
অখাকপা লৈতনা কথোকচরে ।

— নবকুমার

# থাগৎপা / বায়াংৱানবা

য়াম্না নৌরিঙৈদগী হৌনা শ্রীশ্রীজগন্নাথ / জগবন্ধুগী মরমদা খংজনিংবগী থাখল অমা কল্লা ফাওজখি। অকাশবাণী ইম্ফালগী থৌবম শিঞ্জ লাংজবা অমা ওইনা অখং-অঁহে কয়া বার্ত্তন তৌজদুনা থা ঙাংইঞ্জে; অদুবু পুক্রিংদা ফাওবা খৌরাংবা কয়া অদুদি কোক্হনবা ঙমখিদে। অদুগা করিগুম্বা ইবুঙ্গো মাগী দাশর্ণীক ওইবা উপাসনা অমসুং পুজা পদ্ধতিগী মরমদা থিবা তারবদি শ্রীজগন্নাথ্ ক্ষেত্র (পুরী)গী মরমদা ইবা নীংথিজবা লাইবিক্ অমা ফংজরবদি হায়না খঞ্জখি। অসুম্বা তাঞ্জা অসিদা অকাশবাণী ইম্ফালদা শ্রী এন: কে: মহন্তি কৌবা উরিয়া ভদ্রলোক্ অমা Programme Executive ওইনা পোষ্টিংদা লাক্পীরম্মী। মহাক্না হায়বা মতুংইন্না Prof Dr K C Misra, Ph D গী Thesis "The Cult of Jagannatha" কৌবা লাইবিক অসি কুপ্না পাজববা তুংদা, মসিদা যুম্ফম্ওইবগা মণিপুরীদা লাইরিক্ অমা ইথোক্পা ঙম্লগদি, ইবৈপাক্চাশিংদা কান্নবা ওইগনি হায়না ফাওজখি। মদুনা ইথিল অমা ওইনা পীবিদুনা ময়ামগী মফমদা লাপ্থোকচবিবা লাইরিক্ অসি ইজখিবনি। অবোয়বা তান্না ইজখিবা নত্তে, বেডিওগী চিল্লবা থৌবম মরক্তা, পোথা-পোথানা পাইখৎচখিবনি। অদুবু লেপ্পা লৈতনা ইজবক্পনা, মাগীসু অরোইবা নুমিৎ অমা লাক্খি। (তাং ২৪।৮।৮৬ ইং)।

মবক্ অসিদা Dr K C. Misra দগী মাগী লাইরিক্ অসি Back-ground mate-nal ওইনা শিজিন্নজগে হায়না য়াথং লৌজখি। অঁতে-অঁতে ভারতকী চাউখৎলবা লোন্দসু মাগী লাইরিক্ অসি হন্দোক্কে হায়দুনা শ্রী মিশ্রাদা য়াম্না হায়বীবকই হাযনা তাক্পীরক্খি। অদুবু মহাক্না য়াখিদে হায়নসু তাক্পীরক্খি। অদুবু মপা-চান্নবা হাযগদ্রা ঐগোন্দদি Permission পীবীরক্খি। য়াম্না চাউখ্রবা থৌজালনি। তৌবতবু-মানা হাযবিবক্পদি লাইরিক্ মপুম্ অসিমা অনুবাদ তৌজৌ হায়না তাকপিবকখিবনি। অদুবু লাইরিক্নগা চাওবা, অদুগা সধারণ-পাঠক্শিংদা য়াম্না হেন্না কান্নবোয়দব কয়া য়াওবনা, চুম্নাতগী Background materials ওইনা শিজিন্নজগে হাযর্জাখি. অমসুং শ্রী মিশ্রানা হরাও-হরাও য়াবিরকখি।

লাইরিক্ অসি ইজবদা খুদোংচাদবা কয়াগা মায়য়োক্লবা তাখি। ভারতকী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃত্তীগা মরী লৈনবা লাইরিক্ ওইবনা লনায়গী লৈজবা জ্ঞান্না লাম্বা ফংদবা মতাং কয়াসু য়াওরক্ই। অদুগীসু মথক্তা সংস্কৃতকী শ্লোক্ কয়া অমা ইংরাজী ময়েক্তা ইবনা, উচ্চারণ অমসুং বনানগী মতাংদা খুদোংচাদবা কয়াগা মায়য়োক্লবদি মশানা তাবনি। মতাং অসিদা Ramakrishna Mission Institute of Cultutre, Calcutta না ফোংবা "The Cultural Heritage of India", Vol. I দা য়াওবা Hints on Pronunciation and spelling of sanskrit and vernacular words হায়বা অদুনা ঐগী উকল ওইজখি। খুদম ওইনা লৌখৎচরবদা, ( S = স ), ( Ṡ = শ ), (Ṣ = ষ ), ( ! = ছ ) অমসুং অতৈ অতৈ। অরুবা মতাং লাক্ত লাক্লগনা ইনাও ইবুঙেঙা, মান্যবর্ শ্রী ফুরাইলাৎপম্ কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মাগা তান্নজৈ। অদুনা মীমাং থোক্লদরা খঞ্জে, অদুমক্পু পণ্ডিতশিং জ্ঞানীশিংনা চুমথোক্পীনবগী মতাং লৈবা মাল্লে হায়না নিংজৈ অমসুং তরাম্নসু ওকচগনি।

লাইরিক্ অসি ইজবা লোয়বদি কুইরবনি। রাজ্য সরকার অমসুং কেন্দ্র সরকারদা Publication grant কীদমক্তা, হোৎনফম থোক্পা হোৎনজবনি। মহৈ য়ানখিদে। মমৈদা মণিপুরী লোন্ অসি ভারত সম্বিধানগী নিপালসুবা সিদুলদা চল্লবা তুংদা Ministry of Human Resources Development তগী, মণিপুরী লাইরিক্ ফোংনবা শেলগী তেংবাং নিবা য়ারে হায়না পাও ফংজবদগী, মন্ত্রালয় অসিগী তেংবাংগা লোয়ননা লাইরিক্ অসি নুমিৎ-থা উগদৌরবা অসিনি। অদুবু লাইরিক্ পাবগী হৈনবী খর শোনবা, অদুগা ইংরাজীদা ফোংবা লাইরিক্নি হায়রগদি মমল য়াম্না পিদুনা লৈনবা মণিপুরদা, কনানবু লৈবীগদবনো হায়বগী অথুক্পা অমদি থাদোক্চবা ঙমজদে। অদুবু হায়জনিংবা অমদি ধর্ম্মগী ব্রা ঙাক্তা নত্তনা লাইরিক্ অসিনা শাদোং ওইরিবা অসিদি Thesis কী ওইনা তৌবনা সধারণ পাঠক্শিংসু শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ উপাসনাগী মরমদা জ্ঞান খরা ফংগনি হায়বসি অচেৎবা থাজবনি।

লাইরিক্ অসিগী য়ুম্ফম্ ওইরিবা "The Cult of Jaganatha" গী অইবা Prof.(Dr ) K.C. Misra, Ph.D. না য়াম্না হরাওনা মাগী লাইরিক্পু Background

Material ওইনবা শিজিন্ননবা য়াবিরকপগীদমক্তা অখাক্পা লৈতনা থাগৎচরি। CENTRAL INSTITUTE OF INDIAN LANGUAGE (Ministry of Human Resources Development, Department of Education, Govt. of India) Manasagangtri, Mysore 570006 গী কর্তপক্ষবু শেলগী তেংবাং পীনবীরকপা অসিগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি। মখোয়গী চাওরবা তেংবাং করিগুম্বা ফংজরমদ্রবা; লাইরিক্ অসি পুথোক্পা ওইথোক্রমলোয়।

লাইরিক্ অসিবু নম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবিখিবা Bir Computor Printing Works, কী Prop. Tomba Laishram অমদি মাগা থবক শুমিন্নরিবা কাংবু; লাইরিক্ অসিগী মখুম্ য়েক্পদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী-ইচাগা পাংথক্রবা শ্রীব্রাহেংবম্ গীতচন্দ্র সিংহবু কাওথোক্রল্লবা, ঐগী অচৌবা ইরান্ অমা ওইগনি।

লাইরিক্ অসি ইজনবা অমসুং পুথোক্রবা হোৎনবদা ঐবু থৌগৎপীখিবা য়াম্না য়াম্খ্রে - মমিং পনবদা য়াম্না শাংবা পরেং অমা ওইগনি। অদুবু ঐগী মরুপ্ শ্রী রাঃ কুঃ হিরন্যম্না সিংহনা বিজয় গোবিন্দদা চৎনরিবা কাংগী পুজা পদ্ধতী থিজবদা তেংবাংবিখিবা পুম্নমক্ পুদি কাওফম থোক্তে।

অরোয়বদা লাইরিক্ অসিবু পাবীগদৌরিবা অখন্নবা অমসুং সধারণ পাঠক্শিংগী মফমদা তোল্লবনা ঐগী তৌবীমল খংবা উচ্ছ্রি।

**খাইদেম নবকুমার সিংহ**

রথযাত্রা নোংমাইজিং
ইঙেলগী নিনি পানবা,.
শকাব্দ ১৯১৯; চন্দ্রাব্দ ১২০৯
তাং ৬।৭।৯৭ ইং

---

(বামাং য়ানবগী ইংরাজী অনুবাদ অসি তঙঙাই ফদনা হাপতবা য়াদ্দুনা হাপচাবনিংই অইবা)

# FOREWORD

From my early days, there was a great urge to enquire about the significances of the cult of Sri Sri Jagannatha/Jagabandhu. When I became one of the programme planners of the All India Radio, Imphal, I arranged to invite local scholars and eminent persons of Manipur, to talk on the subject; but none of them was able to quench my thirst. For that matter, a reliable treatise on the philosophic and ritualistic aspects of the deities of Sri Nilachal (Puri) was in a dire need. As a boon in disguise. one Oriya gentleman, Sri N.K. Mohanty by name, was posted to All India Radio, Imphal as a Programme Executive, According to his suggestion, I procured the book, 'The Cult of Jagannatha' by Prof. K.C. Misra, Ph. D. (on 16.11.73). It is Shri Misra's thesis work.

After having gone through the book minutely, I surmised that it would be nice to write out a book in Manipuri to share the informations with my fellow brothrens. With this idea in view, I ventured to write out this book. But, it was not an easy task It was not a venture to complete the work at a stretch. I took up the work, casually, during the off-periods of time-bound daily duties of broadcasting of mine. But, if once started, there comes a point of termination or completion (on 24.8.86).

In the meantime, I sought permission from Dr. K.C. Misra to utilize his thesis as back-ground-materials of my present book. Though, he denied to others who approached him earlier to translate his book to some major Indian-languages, he generously complied with my requests. This is a great favour not to me alone. Isn't it? Actually he asked me to translate the whole of the book in Manipuri. But, I drew his attention to the fact that it would not

only be voluminous, but there would be some portions which would be of little use to the general readers. Hence, I requested him to use his book for back-ground materials only. Sri Misra readily conceded to my requests. I owe a great indebtedness to Sri Misrajee for his kind permission to utilize his book for the back-ground material of my book.

With my a little knowledge of Indian philosophy and varied religious sects and Sanskrit language, I find a great difficulty in translating the book. Again, as all the sanskrit slokas are in English alphabets, it were hard tasks to grasp the correct pronunciation and spelling of the slokas. In this regard, 'Hints on pronunciation and spelling of sanskrit and vernacular words', contained in the Cultural Haritage of India, Vol. I, published by Ramakrishna Mission, Institute of Culture, Calcutta came to my aid. For example. ( S = স ), ( S̊ = শ ), ( S̥ = ষ ), ( l̥ = ঌ ), etc. etc. In cases of hard sanskrit words, I took the liberal assistance of my respected brother, Sri Phurailatpam Krishnachandra Sharma of Uripok

The writing of the book, Jagannatha Upasana was completed long back. Then there arose a great financial problem in printing and publication of the same. I approached the State and the Central governments for publication-grants. But, it bore no fruit. When the Manipuri language was recognised by the Central Government by including it in the VIII schedule of the Constitution of India, it was learnt that some financial assistance could be had for publication of Manipuri books. Hence, I approached the Ministry Human Resource Development for the publication-grant. Accordingly, the Directorate of C.I.I.L. (Ministry of Human Resource Development, Department of Education, Govt. of India) Manasagangori, Mysore 570 006, has been very kind enough to extend me grant-in-aid for the publication of the book; but for their help, it would not be possible for the book to see the light of the day. It is my bounden duty to express my deep gratitude to the Directorate.

It is not a mean help extended by Shri Tomba Laishram, Prop. of Bir Computer Printing Works (Lamphelpat) and his staff to print out the book. It will be failing in my duties if I do not express my gratitude to Sri Wahengbam Geetchandra Singh who has taken up the onous job of designing the cover of the book.

It will be a long list of names of persons, who have advised me and supported me to take up this gigantic work. Nevertheless, I cannot forget the advice and guidance of Shri R.K. Hiranya Singh of Sagolband Bijoygovinda, in so far as the ritualistic aspect of Sri Sri Bejoy Gobindajee, particularly those of the annual Ratha-Yatra Festival, are concerned.

Last but not the least, I express my deep gratitude to all the prospective readers of the book, whose valuable advice are soliciated for farther improvement of the book in future edition, if so demanded.

**Khaidem Nabakumar Singh**

Ratha-Yarta, Sunday,
The 6th, July, 1997

---

*(The English foreword is in conformity with the guide-line of the CIIL, Ministry of Human Resources Development, Director of Education, Govt. of India, Manasagangotri, Mysore, 570 006. who has given a grand grant-in-aid for publication of the book.)*

# ৱাহৈদোক

নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী পর্ব্বদিন কয়া চহি খুদিংগী কায়বা লৈতনা পাংথোকই। ঐখোয়না খংজবদা ইঙাগী থানিন পুর্ণিমাদা স্নান যাত্রা, ইঙেলগী পানখৎলকপা (শুক্লা) ২ নি পানবদা রথ-যাত্রা (কাং-চিংবা), ইঙেলগী ১০ নি পানবদা পূর্ণ-যাত্রা (কাংলেন), কাংলেন য়ৌদ্রিঙায়দনা লক্ষ্মী-কৈথেল কাবা; ইঙেলগী (শুক্লা দ্বাদশী) পানখৎলকপা ১২ নি পানবদনা হরিশয়ণ, অদুগা হিয়াংগৈগী ১২ নি পানখৎলকপদনা হরি-উত্থান। হায়রিবা পর্ব্বদিনশিং অসি শ্রীশ্রীজগবন্ধুগা মরি লৈনবা ঙাকনি; নুমিৎশিং অসিদা ক্ষেচুরী কৎলি। ইবুঙ্গেঙা চেপলিঙৈ থা ৪ গী মনুংদা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা শুভকর্ম্ম অমত্তা পাংথোকপা য়াদে। ধর্ম্মদা মায়- ওনশিনবা কাংবুনা চতুর্মাস ব্রত কৎলি। হরি শয়ণদগী হরিউত্থান য়ৌদ্রিফাওবা চাকহেন ঙাহেল্লি। কনা অমনা শম ককতে, কনা অমনা কোয় কোক্তে — অঙকপা সাধনানি অঙকপা তপস্যানি। মসি পুম্নমক অসিগী ৱাহন্থোক্লা করি ? অসুম্না পুক্লিংগী থুপলবা কাচিন্দা, করিগীদমক্তা রথ যাত্রা পাংথোকলিবা ? শ্রীশ্রীমূর্ত্তি অহুম অসিনা লৌরিবা শক্তমশিং অসি, অতৈ অতোপ্পা হিন্দুগী দেবা-দেবী অসিগা মওংদা মতৌদা করিগী মান্নদ্রিবা, করিগী তোঙাল্লিবা ? শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী ইরাৎ থৌনিগী মওংশিং অসিগী ৱাহন্থোক্লা করি ? ইবুঙ্গেঙা মাগী পূজাগী মওংশিং অসিনা কয়াম্না লীরবা হাযবনচিংবা ৱাহংশিং অসি হংদুনতা লাক্লি। অদুবু, করি থোয়না খল্লুদ্রগদি খংদে, মুন্না খঞ্জবা তারবদি হেন্না হেন্নদুম মম্বা হেঞ্জিল্লকই। তৌবমক্তি চিংনজবা অসিমক্তি ঙসি ঙরাংতগী নত্তে -- আঃ চহি কয়াগী মমাংদগী হৌনা ফাওজরক্লবনি। অদুবু লেংল-লেংলগা, হেন্না হেন্না পুখবকপা লমথুংদবীগুম — খল্লে খল্লে হায়রগা মম্বা হেঞ্জিল্লকই। অদুনা, শ্রীশ্রীজগন্নাথজীউগী পূজা পদ্বতি, মাগী দাশনীক ওইবা নুঙগী ৱা, মরুওইনা ইবুঙ্গেঙা মাগী হৌরকফম খংজনিংবগী কোকঙমদবা, লাংতক্লবা অমদি খোয়রাংজবা অদুনি মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরকপগুম লৈরি অমসুং লৈখিগনি। অদুবু থেংনজবা খরদা য়ুম্ফম ওইরগা লাইরিক অসি ইজনবগী থৌনা লৌজে। হোৎনজবা অসিগী পান্দমনি শ্রীশ্রীজগন্নাথজীউগী মরমদা ইরমগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী রসিক কয়াগা শরুক

য়ামিন্নদুনা অফ-ফত্তা কয়া খংদোকমিন্নবা, অমসুং ইবুঙ্গোগী মরমদা হেন্না খংবীবা রসজ্ঞ কয়ানা অনৌবা কয়া হাপচীনবীদুনা ইবুঙ্গো মাবু আরাধনা তৌজসি হায়বা অসিনি। পাইখচ্চরিবা লাইরিক অসি ধর্ম্মদা য়াম্না হেন্না মায় ওনশিনবগী ৱা ঙাক নচ্চদে। অমরোমদা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী দার্শণীক ওইবা, ঐতিহাসিক ওইবা, অমরোমদা অমুক বৈজ্ঞানীক ওইবা মওংদা চংজবা অদুনি। অসি হায় হায়দুনা ইবুঙ্গো মাগী মফমদা লৈজবা প্রেম-ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা অদুদি তাবা নত্তে – অমরোমদা হেনগৎলক্কদবনি হায়না লৌজে।

মতাং অসিৱাইদা ময়ামগী মাংদ থমজনিংবা ৱাফম অমা লৈজরে – ৱাফম অদুদি ময়াম পুম্নমক্না হেন্না খঙনবীরবা ঙাক্তনি। মদুদি শ্রীজগবন্ধুগী পূজা অমসুং মহোৎসবনচিংবা অসিদি, ইরৈপাক মনিপুর অসিনা বৈষ্ণবধর্ম্মদা চংজরবা মতমদতা পাংথোকপনি। অদুনা ঐখোয়না ইবুঙ্গো মাবু লাচ্চরিবা, অদুগা কাংনচিংবা পাংথোকলিবা অসিদি শ্রীক্ষেত্রদগী, পুজবনি, মতৌ তমজবনি। হায়রিবা ৱাফম অসি মণিপুরগীত চুম্বা নত্তে; অমরোমদা শ্রীশ্রীজগন্নাথবু উপসনা তৌজবা ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংগীদমক্তা ওইনসু চুমদুনা লৈরগদবা ৱাফম্নি। অদুবু শ্রীজগন্নাথজীউগী রথ-যাত্রা উৎসব পাংথোক্তবা ভারতকী রাজ্য লৈরমগনি হায়বদা চিঙননিঙ্ঙায়নি। পুম্নমক অসিগী হৌফম, মরু তাফমদি জগন্নাথ—পুরীনি। অদুনা ইবুঙ্গো মাগী মরমদা থিবা, য়েংবা তারবদি উরিষ্যা রাজ্যগী পুরীদা মায় ওনশিনবা তায় হায়বসি ককপা য়াদ্রবা ৱাফম্নি। অদুমকপু পুম্নমক অসি পায়খৎচদ্রিঙৈগী মাংদা ইমা লৈপাক মণিপুর লৈময়োন্দা করম্বা মতমদগী, করম্বা মৈদিঙ্গুগী স্না-হাক্তগী পাংথোকখিবগে হায়বা অসি পঞ্জনিঙ্ঙী। মসিগী মতাংদা চপ-চাবা লাইরিক ফংজদবনা মরম ওইরদুনা খুদোংচাদবা খবাগা মায়য়োকনৈ – মীচৈ তাগদ্রা হায়বগী পুক্লিংদা থুকচবা অমসু ফাওজে – অদুবু পুম্নমক মণিপুরগী ইতিহাসকারশিংগী মফমদা লাপ্তোকচরে; অরান অহুই কয়া শেমদোকপীনবা অমসুং অনৌবা মঙাল কয়া পিবীনবা।

চৈথারোল কুম্বাবগী মতুংইন্নদি মণিপুরদা ইহান হান্না কাংচিংখিবা অসি মৈদিঙ্গু চিংলেন নোংদ্রেমখোম্বা, শ্রীযুক্তা গম্ভীরসিং মহারাজগী স্না হাক্তনি হায়রি। হৌজিক হৌজিক লাইরিক ওইনা ফোংলবা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি .........

. ." থাংজম উরাবগী কুম শোক ১৭৫৪ (খৃ: ১৮৩২) ১২ নি শগোলশেন্দা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ ।. . . . . ১৩ নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ । ২০ নি নোংমাইজিংদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা পান্দা বামন্না জগন্নাথবু শাবা হৌএ ।. . . . ২৫ নি ইরাইদা কাংখোঙ ১২ শুবা শাবা হৌএ । উদি হৈপোক্তগী হৈনৌ য়ানলে ।... ইঙেল থাদি ইরাইনা হনএ । অদু নুমিত্তা জগন্নাথ জীবন্যাস তৌএ । ২ নি থাঙজদা রথ চিংবা হৌএ । কাংখোঙনা তকখায়দুনা নিংথৌজম অবুংতোন শিফাই খনবা শিএ ।"*[১]

মথক্কী 'সিদগী খংবা ওম্বদি মণিপুরদা রথ যাত্রাগী উৎসব অসি, লৈপাক্কী ওইনা পাংথোকখিবা অসি ঙসিদগী চাওরাক্লা চহি ১৬৫ রোমগী মমাং শকাব্দ ১৭৫৪ (খৃ: ১৮৩২) থাংজম উরাবগী কুমগী ইঙেল ২ নি পানবা থাংজদা শ্রীযুক্তা গম্ভীরসিংহগী স্না হাক্তনি হায়বা অসিনি । অদুবু চিংনজবা অমদি মসিনা অহানবা ওইগদ্রা নত্রগা মতোন ইবুঙ্গেঙা অনন্তশাই মন্ত্রী পুন্সিবনা পানবা মতমদা পল্লিবা অসিনা ওইগদ্রা ? করম্বনা অহানবনো হায়বা অসিনি । ব্রাফম অসিমক্তি লাংতাই কায়পিরোল হায়বা পুয়াদা য়াওই হায়না তাকপি । চপচাবা লোন্দা অদুমক্তি শিজিন্নদ্রবসু; মদুগী চাওরাকপা ব্রারোলদি খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯ (শক ১৭০১) গী হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপদা মতোন ইবুঙ্গেঙা, নোংপোক লৈরিখোম্বা মন্ত্রী পুন্সিবনা, শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ লাৎপা হৌই, অদুগা মথংগী চহি খৃষ্টঃ ১৭৮০ (শকাব্দ ১৭০২) গী কালেন ৩নি পানবদা পুরীদগী চন্দ্রশেক্ষর পাণ্ডা কৌবা ব্রাহ্মণ অমা থোরক্কুনা জগন্নাথ, সুভদ্রা অমসুং বলরামগী মূর্ত্তি অহুম পুথোরক্কুনা পিরৈ অমসুং হায়রিবা চহি অসিগী ইঙেলগী নিনি পানবা, চাকচা মাংদা কাং (রথ) চিংবা হৌখি । হৌজিকসু হায়রিবা মূর্ত্তি ৩ অসি শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগীদা লেংদনা লৈরি ।* অদুগা অতোপ্পা খরা চাওবা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেব মচিন মনাও অহুম অসিদি কোন্না নিরুপণ তৌবনি । অদুনা শ্রীবিজয় গোবিন্দগী আখরাদা কাং চিংবা অসি মৈদিঙ্গু গম্ভীরসিংহগী মতমদা চিংখিবদগীদি চহি ৫২ ঙনখৎলে । অদুগা শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দদা চিংবা কাংগা, শ্রীশ্রীগোবিন্দ (কোনুং) কাং চিংবগা খেন্নবা খরা লৈ হায়বসিদি ময়াম্না

---

*[১] চৈথারোল কুম্বাবা অনীশুবা খুৎনম্ ইং ১৯৮৯ চেনা ২৪১.

*হায়রিবা মূর্ত্তি ৩ অসি অরিবা পোৎশকনি হায়দুনা Indian Antiquities Act কী মখাদা Registered তৌদুনা থমশ্রে ।

খংনবীরবনি। চাওনা খেন্নবা অমনা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগীনা চাকচামাংদা, অদুগা শ্রীশ্রীগোবিন্দগীনা নুমিৎ যুংবা মতুংদা, খুল্লক্কী অতৈ কাং চিংনর্দ্রিঙৈগী মমাংদা চিংই। অদুগা কাং মনুংগী নুংতিগী আরতি কৎপা অমসুং জয়দেব চোংবদা শকলিবা ঈশৈসু খেন্নৈ। কাং মনুংদা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগীদা সন্ধ্যা আরতি কৎপা লোয়রগা, লাইকোয়বদা মৈহুম (দেহুতি) পায়দুনা কোয় অদুগা লাইকোয়বা লোয়রগা বৈঠকখানাদা দেহুতি অহুম অদুদা চিংখৈ, মোইরাং লাইজী (শঙ্খোং), কৌব্রু, মৈরমদা লেপ্লগা কবোক অফাবা চায়খৎলি অদুগী তুংদা দেহুতী ৩ অদু বেঠক্কী ময়ায়দা পুল্লপ পুন্সিন্দুনা কবোক চায়খৎলগা লোইশিল্লি। মসিগী মনুংগী ৱাহঙ্খোক করি ওইরগদগে হায়বা খংজদে, অদুবু পুরীদগী লৌরগা শ্রীশ্রীজগবন্ধুদা কৎপা মৈরা মশাল দিহুদিদগী*[১] মওং লৌবসু ওইনা লৌরমগদ্রা হায়না খঞ্জে।

কাংচিংবগী খেন্নবশিংগী মরক্তা অমা ওইরিবদি শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দদা জয়দেব চোংবগী মতাংদা শকপা দশবতারগী মতাং অসিনি। জয়দেব কবিনা লেংবা শ্রীগীত-গোবিন্দদা য়াওরিবা "প্রলয় পয়ধি জলে...... "না হৌবা দশবতার অসি শকই হায়দুনা জয়দেব চোংবা কৌরিবনি হায়বসি ময়ান্না হেন্না খংনরবা ৱাফম্নি, নৌনা অমুক নীংশিংজনিঙঙায় ওইদ্রবা। অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা পাইখৎচগদৌরিবা শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা অসিদসু য়াওরি মদুদি জয়দেব কবিনা লেংবা শ্রীগীতগোবিন্দ য়াওবা ঈশৈ নত্তনা অতোপ্পা ঈশৈ জগন্নাথক্ষেত্রগী মন্দিরগী পরিকোরদা শক-শোনবা য়াদে হায়রি।*[২] অদুবু শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দদদি, তোঙানবা মওংগী দশবতার অমা শকই। হায়রিবা ঈশৈ অসি 'আদায়বেদা সকলা সুমুদ্রা নিহত্য সঙ্খংরিপ......অসুম্না হৌরগা সঙ্খং সুচক্রং সুগদাং সরোজং জাতির্দঘানাং গরুড়াদি রুঢ়ং শ্রীবচ্ছ চিহ্নং জগদাদি মুলং তমালনিলং হৃর্দি বিস্মীরে।" অসুম্না তৌই। মসি অহল অমনা পায়রম্বা কোর্বেক অমদগী ফংজবনি। মসি "বাঙ্গালীগী "সাত নকলে, অসল জায়" হায়বদুনি। অদুবু মসিদি ওইফম থোক্তে খঞ্জবদুনি।

---

*১ "জগন্নাথ উপাসনা" গী লমায় ১২৩

*২ " " গী লমায় ৩৪ - ৩৫

অদুবু মসিদি ওইফম থোক্তে খঞ্জবদগী অসুম থিজবদা মসিদি "বিষ্ণোর্দশাবতার স্তোত্রম" হায়বা অদুনি হায়দুনা থেংনজে। য়ান্নদি শাংখ্রনি কিজবনি অদুবু স্তোত্রম অসি ফজমনখ্রদুনা অমসুং বৈষ্ণবশিংদা মমল য়াম্লবা অমা ওইগনি খঞ্জবদগী হাপচরি। ঙাকপিগনি।

**বিষ্ণোদর্শাবতার স্তোত্রম্।***

আদায় বেদাঃ সকলা সমুদ্রাৎ
নিহত্য শঙ্খং রিপুমত্যুদগ্রম্।
দত্তাঃ পুরা যেন পিতামহায়
ত্বং মৎস্যরূপং প্রণমামি বিষ্ণুম্।।
দিব্যামৃতার্থং মথিতে পয়োধৌ
দেবাসুরৈর্ব্বাসুকি মন্দারাভ্যাম্।
ভূমের্মহাবেগবিঘূর্ণিতায়া -
স্তং কূর্ম্মমাধারগতং স্মরামি।।
সমুদ্রকাঞ্চী সরিদুত্তরীয়া
বসুন্ধারা মেরু কিরীটভারা।
দন্তাগ্রতো যেন সমুদ্ধৃ তাভুৎ
তমাদিকোলং শরণং প্রপদো।।
ভক্তার্ত্তিভঙ্গক্ষময়া ধিয়া
যস্তম্ভান্তরালাদুদিত নৃসিংহ ঃ।
রিপুংসুরাণাং নির্শিতৈর্নখাগ্রে
বিদারয়ন্তং তমহং নমামি।।
চতুঃ সমুদ্রাভরণা ধারিত্রী
ন্যাসায় নালং চরণস্য যস্য।
একস্য নান্যস্য পদং সুরাণাং
ত্রিবিক্রমং সর্ব্বগতং নমামি।।
ত্রিসপ্তবারং নৃপতান্নিহত্য
যস্তপর্ণং রক্তময়ং পিতৃভ্যঃ।
চকার দোর্দ্দণ্ডবলেন সম্যক

তমাদিশূরং প্রণমামি বিষ্ণুম্ ।।

কুলে রঘুণাং সমবাপ্য জন্ম

বিধায় সেতুং জলধের্জলান্তঃ।

লঙ্কেশ্বরং যঃ শময়াঞ্চকার

সীতাপতিং তং প্রণমামি ভক্তা ।।

হলেন সর্ববান্ নৃপতীন্ নিহত্য

চকার চূর্ণ মুষল প্রহাঁরৈঃ ।

যঃ কৃষ্ণমাসাদ্য বলং বলীয়ান্

ভক্ত্যা ভজে তং বল্লভদ্র রামম্ ।

সম্রাজ্যসৌখ্যং তৃণবদবিহায়

সন্ধারয়ংশ্চী বরচিহ্নবেশম্ ।

নিনিন্দ বেদং পশুঘাতনংবা

দয়াময়ং তং প্রণমামি বুদ্ধম্ ।।

কল্পাবসানে তুরগাধিরূঢ়ো

সংঘটয়ামাস নিমেষমাত্রাৎ ।

যস্তেজসা নির্দ্দহতাতিভীম্

স্তং কল্কিনং বিশ্বপতিং ভজামঃ ।।

শঙ্খং সুচক্রং সুগদাং সরোজং

দোর্ভিদধানং গরুড়াধিরূঢ়ম্ ।

শ্রীবৎসচিহ্নং জগদাদিমূলং

তমালনীলং হৃদি বিষ্ণুমীড়ে ।।

ক্ষীরাম্বুধৌ শেষবিশেষতল্পে

শয়ানমন্তঃ স্মিতশোভিবক্ত্রম্ ।

উৎফুল্ল-নেত্রাম্বুজমম্বুদাভং

আদ্যং শ্রুতীনামসকৃৎ স্মরামি ।।

প্রীণয়েদনয়া স্তুতত্যা জগন্নাথং জগন্ময়ম্

ধর্ম্মার্থ কামমোক্ষানামপ্তয়ে পুরুষোত্তমম্ ।।

ইতি শ্রীবিষ্ণোদর্শবতার স্তোত্রং সম্পুর্ণম ।।

---

*বৃহৎ স্তব-কবচমালা, অঁইবা পণ্ডিত শ্রীকালী প্রসন্ন বিদ্যরত্ন, (সন ১৩৩২) লমায় ৩২

কাংচিংবা অনি অসি করম্বনা হানবনো হাযবা ৱাহংশিং অসি তুংওইননা থমলে হাযরগা, শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী রথ-যাত্রা অসি লৈপাক কুম্মে অমা ওইনা কয়াদা ভৌখিনা ইনিংথৌশিংনা পাল্লিঙেদা পাংথোক্লম্বা হাযবসি মতাং অমা পঞ্জদবা ঙমদ্রে। নুংশিখিবা শ্রীলশ্রীযুক্ত মণিপুবেশ্বব মহাবাজ ✓চূড়াচান্দ সিংহজী, K C S I, C B E, না পানবা মতমদা কবম্না পাংথোক্লম্বা হাযবা অদু মখাগী অসিদগী খংবা ঙম্মীগনি। ইনিংথৌ অসিনা পাল্লিঙেদা শ্রীশ্রীজগবন্ধুনচিংবা মূর্ত্তি অচৌবা অহুম অদুগা শ্রীজগবন্ধুগী মূর্ত্তি মচা ১ (মসি শুম খঞ্জবদা শ্রীক্ষেত্রদা সুদর্শণ হাযদুনা অমা যাওবিবা অসিগী প্রভাব ওইরমগদ্রা হাযনা নিংজৈ) মূর্ত্তি ৪ অসি মন্দিবদগী বথ (কাং) তান্না লেংবা শোভা যাত্রাগী মওংদি মখাগী অসিনি।

১। শ্রীমূর্ত্তিশিংনা শাদোংবা দোলাযগী হেক পক্লবদা পূজাবী বামোনশিংনি; মসিগী মথংদা মন্দিবগী সেবকশিংনা কাংহায চামোব থৌগনগনি।(মন্দিবগী সেবকশিংগী মনুংদা যুম্মাং-খোৎমাংবা যাওবগনা সেলুংবশিংনা মহুৎশিন্দুনা কাংহায চামোব থৌগনগনি)

২। কৈকুংবা লোযশংগী কৈকুংবশিংনা পে-থৌগনগনি, গোযাল ভক্তশিংনা দোলায পুগনি।

৩। মসিগী মথংদা গাবোত ফম্নাইবশিংনা হৌনবী থাং-তা, চুঙ্গোয়নচিংবা খুৎজু-খুৎলাই পাযদুনা থৌগনগনি।

৪। মসিগী মথংদা সপ্ত সম্প্রদায় পালাশিং (ক) পালাহন্, (খ) পালানহা, (গ) লৈপাক-চাবা, (ঘ) সেবক-পালা, (ঙ) অখনবা-অরিবা, (চ) অখনবা অনৌবা অমসুং (ছ) বামন পালা অসিনচিংবনা থৌগল তৌগনি।

৫। অসুম্না লেংথোবকপা শোভাযাত্রা অসি থোঙ্গালদা বাসাই খোংবা কাংলুপ অমনা ওক্কনি।*

---

* "\. . . . . . . . . . . বৃটিশনা হৈ-শিংনা ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক্কী ফজববা সুব অমা গোবিন্দগী শেম্ৰম্মী। সন্ধ্যার্তিগী মতমদা গোবিন্দগী মন্দিব মনাক্তা মণিপুব বাইফলসকী বেন্দনা নুমিৎ খুদিংগী খোংলম্মী। হৌজিক্তি কোনুং কাং নুমিত্তদা বথ-যাত্রা অমসুং কাংলেন নুমিত্তা খোংলি। জগন্নাথ, সুভদ্রা অমসুং বলভদ্রা কাং তম্না লেঙথোবক্পদা ম্যুজিক অসি মণিপুব বাইফলসকী বেন্দনা হান্নদি কবুই ঙাক্তনা খোংলমই হৌজিক্তি মৈতৈনা খোংলে। ব্রাস ম্যুজিক্কী স্তাফ নোটেশনগী ফজবদি, মতম অমদা, বৃটিশকী মতমদা তাখিবা সুব অদু চপচানা হৌজিকসু তাবিবসিনি। কবিগুম্বা অমত্তা খেন্নদে, শম্না মঁফে অমা ফাওবা হায়বা যাই, মৈতৈনা খোংবসু কবুইনা খোংবসু। ব্রাস ম্যুজিক্কী স্তাফ নোটেসন্না থম্না সুব লেংদে।" . . . . . . বৃটিশনা থনম্না গোবিন্দদা কৎলম্না সুব কোনুং কাং নুমিত্তা হৌজিকসু থাইনগুম চিক্লা লেম্না ফজবি . . . .।" অমবগী চিঠি, পোক্রফম, তাং ৩০/৩/১৯৯৫ ইঙেলগী নিনি পানবা, ইবাহি।

অসুম্না শোভা যাত্রা অসি লেংলক্লবা তুংদা শ্রীযুৎনা মহারাজনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী মফম অসি উৎসর্গ তৌরবা কাংদা (রথদা) লেংখৎকনি অমসুং আরতি কৎলবা তুংদা কাংচিংবা হৌগনি। গোবিন্দজীউগী কাংদা লাংবা চংখোনবা থৌরম অসি মণিপুরগী অতৈ পর্ব্বদিন্দা লাংবা উদে হায়বা য়াই।

স্নান যাত্রা নুমিত্তা গোবিন্দগী থোঙ্গাল মনাক্তা রথগী কাংখোং অমা পূজা তৌরগা চহি অমগী রথগী যাত্রা হুল্লি।*১ পূরীগীদি অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা যাত্রা হুল্লি। মসিগী মরমদি লাইয়ামশিংনা পৃথিবী শেম্বা লোয়খিবা অসি অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তনি হায়না থাজনৈ অদুনা রথ শান্নবগী যাত্রাসু অক্ষয় তৃতীয়া (কালেনগী পানখৎলকপা হুমনি পানবা) নুমিত্তা হুল্লিবনি।*২

শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী রথ-যাত্রা অসি মণিপুরদা পাংথোকখিবা অসি করম্বনা হানবগে হায়বা অসিগী তাংদাংবা লেপ্পা ঙমদ্রগসু ইবুঙ্গো মাগী প্রভাব অসিদি মণিপুরদা তারকপা ওইরে হায়বগী সাক্ষী প্রমাণ মতিকচানা লৈরে। মথক্তা পঞ্জখিবা অদুনি ইনিংথৌ মৈদিঙ্গু গম্ভীর মহারাজনা কাং (রথ) লৈবাক্কী ওইনা ইহান হান্না চিংখিবসি শকাব্দ ১৭০৪ (খৃ: ১৮৩২) দনি। অদুবু কুম অসিগী চহি ৩ রোমগী মমাংদা খৃ: ১৮২৯ দা বৃটিশনা হায়জরকপা মতুংইন্না ইনিংথৌ অসিনা খাসিয়াশিংগা সাহেবকা লান তৌনবদা তেংবাংবা চৎপদা, শ্রীহট্টা লৈবা মতমদা, কুম অদুগী রথ যাত্রা নুমিৎকা মুসলমানগী মহরম নুমিৎকা, নোংমতদা পুন্না তামিন্নখি। মুসলমানশিংনা রথ যাত্রা নুমিৎ নোংমা য়ৈথোকপীউ মহরমনা হান্না পাংথোক্কে হায়রবদা, সাহেবশিংনদি য়ারে। অদুবু পর্ব্বত্য যুদ্ধ বিশারদ (চীংগী লান্দা হৈ-শিংলবা) শ্রীগম্ভীব সিংহ মহারাজনা হিন্দুগী রথ যাত্রানা হান্না চিংগনি হায়দুনা নিঙ্ঙায় তৌবা মুসলমানশিংবু ফুগাইরে হায়রগা পর্ব্বদিন কায়দনা, শ্রীহট্টা (হৌজিক্কি বাঙ্গলদেশতা লৈখ্রবা) রথ যাত্রা পাংথোকখি অমসুং লৈবাক মীয়াম্না শ্রীযুৎপু য়াম্না থাগৎনখি।* মসিনা তাকপদি শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী উপাসনাগী মমি অসি য়াম্না কুইনগী

---

*১। শ্রী জগন্নাথ উপসনাগী লমায় - ৯৫

*২। " " লমায় - ১০০

* ১। চৈথারোল কুম্বাবা (২শুবা খুৎনম্) লমায় ২৩৫

* ২। অচ্যুতরণ চৌধুরীনা লেংবা শ্রীহটের ইতিবৃত (মন ১৩১৭) অনিশুবা পার্টকী চেপ্তর ৫ লমায় ১১৫

*৩। অরিবা মনিপুরী সাহিত্যাগী ইতিহাস (শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসিংহ) লমায় ১৯৭

মমাংদগী তারক্লে হায়বা অসিনি। মসিগী সাক্ষী প্রমান, চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা পুয়াদা পল্লিবা থৌদোক মচা মচাশিংনা মদুগী অরাবা খুদম ওইরি। খুদম ওইনা সেকমাই মুবগী কুম শক: ১৫৯৯ (খৃ: ১৭৭৭); ব্রাইখোম লমখাম্বী কুম শক: ১৭০৩ (খৃ: ১৭৮১); শঙাইগ্রৌ লাইগী কুম শক: ১৭০৬ (খৃ: ১৭৮৪); থাংকা হেরাগী কুম শক: ১৭২৮ (খৃ: ১৮০৬); হায়রিবা চহিশিং অসিদা জগন্নাথকা মরী লৈনবা থৌদোক ব্রাথোক, চৈথারোন কুম্বাবদা পল্লি। অদুগা মতাং ওইনা পঞ্জনিংবনা, মৈতৈ বামোনশিংগী হৌরকফম, লাকফমগী মতাংদা, পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসিংহনা, লাইপুবম্ হায়বা বামোন কাংলুপ অসি তাকপদা, "মৈদিংঙু চরাইরোংবগী হাক্তক্তা কটক চানাগড়দগী শ্রীপুরুষোত্তম ঠাকুর মণিপুরদা লাকখি . . . . . . শ্রীশ্রীবলভদ্র-সুভদ্রা-জগন্নাথ পুদুনা লাকপদগী ব্রাহ্মণ অসিগী য়ুম্নাক লাইপুবম কৌখি।* মূর্ত্তি ৩ অসি হৌজিকসু, বামোন লৈকায়দা সেবা চংলি। লাই মূর্ত্তি অহুম'সিগী মনুংদা ইবেম্মা সুভদ্রাদি করিগুম্বা মতমদা মৈতৈগী ফনেক থোল্লি — অমসুং ভক্তশিংনা ইবেম্মাগীদমক্তা ফনেক ময়েক নাইবা কৎলৈ হায়রি।

মথক্কী অসিনা উৎলিবদি, হান্নসু পঞ্জখ্রবা, শ্রীশ্রীজগন্নাথজীউগী প্রভাব অসি মণিপুরদা চংলকপা কুইরে হায়বা অসিনি। অসুম্না রথ যাত্রাগী কুম্মৈ পৰ্ব্বদিন মণিপুরদা মপুং ফানা পাংথোক্লরকখি । মণিপুরগী লৈকায়, খুঙ্গং খুদিংদা, লৈবা মন্দির খুদিংদা শ্রীজগবন্ধুগী মূর্ত্তি লিংদবা কাং চিংদবা লৈকায় খুঙ্গং লৈতে হায়বা হায়বমক য়াই। হরাও তয়াম্বা পাম্বা চাবা-থকপা মরাং কায়রম্বা মণিপুরদা কাংগী মতমদা নুমিৎ ১০ নিরোম চুপ্না নুমিদাং খুদিংগী জয়দেব চোংদুনা নুপা-নুপী, অহল অমসুং অঙাংগী খুবাক ঈশৈ শক্তুনা, করিমুক হায়গনি, লাইরিক তম্ফম স্কুলশিং ফাওবা কাং মনুংদা ছুটি তঙ্খায় থাদুনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী রথ যাত্রা মহাৎসব পাংথোক্লম্মী। পবর্বদিন অসিগী লৈপাক্কী ওইনা পাক চাওবা অমসুং পাম্নবা অসি, উদুনা ইং কুমজা ১৯৬৩ গী আগষ্ট তাং ১৫ দগী লিংবা হৌখিবা আকাশবাণী, ইম্ফালনা, ইং কুমজা ১৯৬৮ গী জুনগী তারিখ ২৮ ইরাইদগী হৌনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী রথ যাত্রাগী (Running commentary) মিংনা উবা পাউদম, চহি চহিগী ওইনা পাংথোক্লুনা লাক্লি। হৌখিবা চহি খরা

---

"ধৰ্ম্ম পাউজেল" মেগাজিন, আগষ্ট ১৯৯৪ ভো: নং ২ 'মৈতৈ বামোনশিংগী হৌরকফম লাকফম' - শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দঅ সিংহ লা: ৬

অসিগী মনুংদা মণিপুরদা রথযাত্রাগী কুম্মৈ খরতা নত্তে, য়াম্না হন্থরক্লে হায়বা য়াই। মসিগী মরম নীংশিংজবগী কান্নবা লৈত্তে, অওনবা নাইবা সমাজনি; অদুগা হন্থরক্লিবা অসিগী অফ-ফত্তগী মরম অমসুং মতাং, পঞ্জবগী লাইরিক অসিগী পান্দম নত্তে। অদুবু মণিপুরনা বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা চংজরিবা মখৈদি, পিকপা-চাওবনা ৱাফম অমনি, রথযাত্রাগী কুম্মৈদি মুৎখিরোয় হায়বসি য়াম্না চন্নবা মতনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়, মরম খংনা পর্ব্বদিন অসি পাংথোকপনা ওইজগদ্রা হায়বসিসু লন্নাইগী মতনি। পর্ব্বদিন অমসুং শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উপাসনা, পূজা পদ্ধতি পুম্নমক্তি শ্রীশ্রীজগন্নাথকী মশাইগোল ওইরিবা "শ্রীক্ষেত্রদা চৎনরিবা মওং পুম্নমক অদুগী দার্শণীক ওইবা ৱাফম কয়া, শ্রীকাহ্নুচরণ মিশ্রনা ইবা "The Cult of Jagannatha" কৌবা লাইরিক অদুনা য়ুম্ফম ওইরগা (অইবা মশামক্তদগী অইবা ওইনা য়াথং ফংজরবা তুংদা) নৌনা অমুক ইথোকচবনি, হায়বদি (adopt) তৌজবনি। ইবুঙ্গো মাগী নুঙগী ওইবা থুপ্লবা থেংনজবা মগুণবু, লৈবাক্কী ইচিন ইনাও ময়ামগা পুন্না অস্বাদন তৌমিন্নবা হায়বা অসিনা লাইরিক অসিগী পান্দমনি; মদুদগী করিগুম্বা থোয়দোকপা পান্দম অমা লৈরবা অমসুং থেংনবীরবদি হোৎনজবা পুম্বা অরেম্বনি হায়না লৌজগনি। মথংদি লাক্কদৌরিবা লম্মায়শিংদা পাবিরিবশিংগী মিৎয়েং চিংশিঞ্জরি।

---



শ্রীক্ষেত্রগী জগন্নাথ্‌দেব মচিন-মনাও অহুমগী মুর্ত্তি শিং ।

বৈষ্ণবশিংনা মণিপুরগী জগন্নাথ্‌কী মুর্ত্তি শিংগা শ্রীক্ষেত্রগী মুর্ত্তি অহুমগা নয়নদা খেৎনবা অসি য়েংবিগনি - ইবুঙ্ঙোগীনা নুমিৎ অমসুং থাগী মওং লৌগনি। বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাগীনা থম্বাল লৈনানি।



শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী শ্রীবল্লভদ্র শ্রীসুভদ্রা ১সুং শ্রী জগন্নাথ



শ্রীশ্রী বিজয় গোবিন্দজীউগী শ্রীজগন্নাথ মচিন মনাও অহুম।
মুর্ত্তিমচা অহুম অসিনা পাঙ্গা অমনা পুবকখিবনি।



বামোন লেইকা (ব্রহ্মপুর) দা লাইপ্নমনা সেবা চংনবিবা মুর্ত্তিশিংনি
(ইবেম্মা সুভদ্রা অসি মৈতৈগী ফনেক মযেক নাইবা
কবিগুম্বা মতমদা থোল্লি হায়নৈ।)



শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী শ্রীজগন্নাথদেব মচিন মনাও অহুমগী স্নান যাত্রা। 



শ্রীশ্রীগে [illegible] ঃগী কুম অমগী রথ (কাং)গী দমক্তগা কাংখোং অমা পূজা তৌদ্না স্নান যাত্রা নুমিত্তা যাত্রাহুনবা।





শ্রীশ্রী গোবিন্দগী কুম অমগী রথ যাত্রা (কাং চিংব) 

শ্রীশ্রীনীলাচল ক্ষেত্রগী মন্দিরগী ইবুঙ্গো জগন্নাথ্‌কী লুকহৌনবা মৈফম।







ইবুঙ্গোদা কৎনবা ভোগ্ পুশিনবা।





নত মন্দিরগী ফক্লাংদা য়েক্তুনা লৈবা দশবতার।

( ৯সুবা অবতারদা জগন্নাথ্‌পু বুদ্ধ ওইনা লৌরি )

# হিরম লমায়

# শ্রীশ্রীপুরুষোত্তম জগন্নাথ্ জয়তে
# জগন্নাথ উপাসনাগী যূম্ফম

শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ দেবগী মরমদা নৈনবা মতমদা, ইবুঙ্গো মানা হৌরকফমগা লোয়নবা ইতিহাসকী ওইবা মচাক খব খঙদোকপা তঙাযফদে হায়না খঞ্জে। হায়নবা লৈ, ইতিহাসকী মিৎযেংদগী যেংলবদি মীওইবনা লাইদগী হাল্লী হায়না; মবমদি, ঈশ্বর অমসুং মাগা মবী নৈনবা পূম্নমক তাইবঙ্ মীওইবনা তং-তানা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরবা মতমদতা ঈশ্বর নত্রগা ভগবান হায়বনচিংবা কযা থোবকপনি। বেদ, উপনিষদ, দর্শণশাস্ত্র হায়রিবা পূম্নমক অসি তাইবঙ্ মীওইবগী কোক্ অমসুং ৱাখলদগী থোরকপনি। অসি হায় হায়দুনা মহাপুরুষশিং, যোগী-ঋষি কয়াগী মফমদা ঐখোযনা নোল্লূক্চবা অদুদি থাদোকফদে।

জগন্নাথ দেবগী পূজা অসি ইফাং নাইনা চেল্লকপা ঈফুৎ-ঈচেল কযানা পূল্লপ চেনশিল্লকপা সমুদ্র ঈপাক অচৌবগুম্বনি। মগজৌননা পঞ্জবা তারবদা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী পূজা-পদ্ধতি অসি বৌদ্ধধর্ম্ম, জৈন্য ধর্ম্ম, বৈষ্ণব ধর্ম্ম, শৈব্য অদুগা আঃ মমাংঙৈদগী হৌনা লমদম অসিদা লৈরক্লবা শাবরা নত্রগা পুলিনদা হায়না খঙনরম্বা আদিবাসীশিংনা লাৎলম্বা লাই অমসুং পাঙথোক্লরম্বা পূজাগী মওং ময়াম অদু পূল্লগা ওইখিবনি হায়বা য়াই। অদুনা, করম্বা মতাংদা, করি কমদৌনা ইথিলশিং অসি চঙলকখিবা অমসুং হায়রিবা তোঙান তোঙানবা শম্নবা য়াদ্রবা ধর্ম্ম নীতিশিং অসি পূনশিল্লে হায়রগা ফজরবা ধর্ম্ম প্রথা অমা ওইরকখিবনো হায়বদু নৈনবদা মতিক ওই হায়না খঞ্জে। মরম অদুননি শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মৈহৌরোল থিবগী মতাংদা ইতিহাসকী ওইবা মচাক খর থি-হুম্বগী তঙ্ঙাইফদবা লৈ হায়না নীঙশিংজরিবা অসি। মতাং অসিদা মথক্তসু পঞ্জত্রবা অদুনি জগন্নাথ দেবগী হৌরকফম থিগে হায়রবদি হৌজিক্লা উরিষ্যা, মমাংঙৈগী মতমদনা কলিঙ্গ হায়না কৌবা রাজ্যরোমদা ঐখোয়না মায় ওনশিনবা তাই। অদুগা উরিষ্যা রাজ্যনা চহী তাঙ্কক কয়াদা লৌবা শক্তমগা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী হৌরকপগী ৱারী মতাংদা শাগোন্নদুনা চৎলী হায়বা অসি ককফদ্রবা ঐতিহাসিক ওইবা ৱানি।

মহাভারততা থারম্বা মতুংইন্না বৈতরণী তুরেলগী মপান্দা তাবা লমদম অদুবু কলিঙ্গ হায়না খঙনরম্মী, হৌজিক্তা বাঙ্গোপ সাগরগী মপান্দা তাবা; উরিষ্যা হায়না খঙনরিবা রাজ্য অসিনি। নিংথৌরেল অশোক্কী মতমদসু লম অসি কলিঙ্গ হায়না অদুম খঙনরম্মী। কলিঙ্গ জয় তৌরবা মতুংদা তুংদা কলিঙ্গবু খা-ৱাং হায়দুনা খায়দোক্লম্মী। অদুগা, তোশালী অমসুং সোমাপা-না মথংশীংনা কোনুং ওইরম্মী। হৌজিকঐখোয়না খঙনরিবা উরিষ্যা রাজ্য অসি ময়ায়থংবা যুগকি অঙনবা শরক্তা তোশালীগী অৱাংথংবা শরক্তা লৈবা ওদ্রা বিশয়া হায়না খঙনরম্মী। অদুগা মতম অদুদা মহানদী তুরেলগী মথক থংবা শরক, দাক্ষিণ কোশলা হায়না খঙনরিবা অসি সোমাবাঙ্শী কাঙবুনা পানবা মতমদা উরিষ্যাদা তিনশিনখি। হায়রজখিবশিং অসিগী মথক্তা ইতিহাসকী তাক্কক কয়াদা উরিষ্যাগী মফম খরদি তোঙান-তোঙানবা মমিং খোনখি। হৌজিক্কী অৱাং থংবা শরকপু উৎকল অমসুং মসি দণ্ডভুক্তি নত্রগা হৌজিক্কী মিদনাপুর হায়বা অসিগী নক্লনা লৈরম্মী। হৌজিক্কী গঞ্জাম অমসুং পুরীগী খা থংবা শরক অদুবুনা কোঙ্গদা হায়না খঙনরম্মী। অদুদগী, ময়ায়থংবা যুগতা খাদা, কোঙ্গদাগী খা-থংবা শরক্তগী গোদাবরী তুরেলনা চপ্পুনা লৈবা লমদম অসিবু কলিঙ্গ হায়না খঙনখি। হায়রিবা উরিষ্যা রাজ্যগী মফমশিং অসিদা শ্রীজগন্নাথদেব উপাসনা পোকখি অমসুং মপৃঙ-মরৈ ফানা চাওখংখি।

হৌরকপদদি উপাসনা মখল অসি লম খজিক্তংদা চংনরম্বদগী, গঙ্গা সম্রাজ্যনা শন্দোরকপগী মতুংইন্না অসুম অসুম পাক-শন্দোরকখি। খৃষ্টনা পোক্ত্রিৎঙেগী মমাঙ্দা, কলিঙ্গ হায়রিবা মফম অসি ধর্ম্ম অমসুং উপাসনা কয়াগী পোক্লফম তিন্নফম অমা ওইরম্মী হায়বসি উরিষ্যাগী ইতিহাস অমসুং অর্কীওলোজীগী পোৎশক কয়ানা সাক্ষী ওইদুনা লৈরি। বুদ্ধদেব মশামক কলিঙ্গদা লেঙবীরক্লম্মী অমসুং লমদম অসিদা ব্রহ্মা (ম্যানমার) দা চৎনবা ৱারী অমগী মতুংইন্না, উৎকলগী তপসু অমসুং ভাল্লীকা কৌবা ইনাক-কৈরাক খুনবা ললোনবা অনীনা বুদ্ধদেব মশামক্তদগী বৌদ্ধ-ধর্ম্মগী দিক্ষা ফংখি হায়রৈ। শয়া হায়রবদা পুরুষত্তোম জগন্নাথ উপাসনা অসি ধর্ম্ম অমসুং উপাসনা কয়াগী মচি ওইবা শরক ঙাক্তনা ওইখিবনি হায়বসি শ্রীমিশ্রানা মাগী লাইহিক অসিদা অকনবা মত্ ফোঙদোকপিরি।

খৃষ্টমাং ৬ শুবা শতাব্দীদা কলিঙ্গ হায়রিবা মফম অসি বুদ্ধদেব অমসুং মহাবীরগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈরম্মী। অদুগা, ভারতকী ইতিহাসতা অনী অসিগী ইখিল য়াম্না

চাউনা লৈরম্মী। জৈন্য সম্প্রদায়গী "হরি ভদ্রীয়া বৃত্তি" কৌবা লাইরিক অদুদা কলিঙ্গগী নিংথৌগা মহাবীরবু পোকপা মপা-ইবুঙ্গেঙাগা য়াম্না লুনা-চান্না তিন্নরম্মী হায়না ইরি। অদুনা, জৈন্যগী পাউতাকশিং শন্দোক্লবা মহাবীর মশামকপু কলিঙ্গদা লাকপিনবা কৌরম্মী। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা বৌদ্ধ অমসুং জৈন্য ধর্ম্ম অনীমক অসি কলিঙ্গদা নিংথৌরেল অশোক অমসুং খারাবেলা অনীমক্কী তেংবাং মথংশীংনা ফংলম্মী। অদুনা কলিঙ্গ জয় তৌরবা তুংদা নিংথৌরেল অশোক্কী মপূকচেল পূমহোং হোংখি হায়বসি মশাগী মরন্নাই ব্রাখল ওইরম্লোই। অমরোমদা মফম অদুদা হান্না লৈরম্বা বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী ইথিল শোয়দনা য়াওরমগনি হায়বসি থাজনরি। অতোপ্পা অমরোমদনা অমুক জৈন্য নিংথৌ খারাবেলানা ধর্ম্ম খূদিংমকপু মিৎয়েং অমত্তনা য়েংলম্মী হায়বসি উৎলী; মহাক্না দেবা দেবী কয়াগী লাইশঙশিং শেমজিনখি হায়বসি খৃষ্টমাং অহানবা শতাব্দীদা ইরম্বা হাটিগুম্ভগী নূঙদা হকপশিংদা ফজনা থেংনৈ।

সমুদ্রগুপ্তনা পানবা মতমদা খৃষ্টগীতুং ৪ শুবা শতাব্দীদা গুপ্ত নিংথৌশিংনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম ভারত শীঙ্গুংনা শন্দোক্লম্বগী ৱা, খৃষ্টগী তুং ৪ শুবা শতাব্দীদা হক্লম্বা এলাহবাদকী নূঙগী য়ূম্বীদগী থেংনৈ। মসিদগী খঙবা ঙম্বা হায়ববু কলিঙ্গদা নত্তনা ভারত পূম্বদা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু পাম্লহনখিবা অসি গুপ্তনিংথৌশিংনা পানবা মতমদগীনি হায়বা য়াই। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা গুপ্তনিংথৌশিংনা বিষ্ণুবু মাধব হায়না পূজা তৌরম্মী হায়বা অসি গুপ্ত সম্বৎ ১৬৫ (খৃঃ ৪৮৫) দা গুপ্তগী মরমদা এরান (Eran) গী নূঙগী য়ূম্বীদা হক্লম্বা শ্লোক অসিনা তাকলি ঃ

> জয়তি, বিভূশ্চতুর্ভূজ চতুরার্ণাভবিপুল সলিল পর্য্যাণকঃ।
> জগতস্থিতি উৎপতি লাল্যা হেতুর্গরুড়কেতুঃ ॥

অর্থ:- ভগবাননা জয় ওইরে, মখুৎ মরি পানবা ইবুঙ্গেঙা মাগী শঙ্খদি সমুদ্র ঈরম মরিনি, তাইবং পানববু শেম্বীবা, য়োকপিবা, মাঙহনবীবসু মহাক্নি অদুগা মাগী শদোংদি গারুড়নি।

অদুগা মসিগা চপমান্নবা মওংদা কলিঙ্গগী গঙ্গা নিংথৌশিংগী শ্বেতক কাঙবুনা গোকর্ণেশ্বর (শিব) গী মতাংদা শৈথাবা অদু মখাগী অসুম্না তৌই।

ওঁম !স্বস্তি ! শ্বেতকাধিষ্ঠেদ ভাগবতম্‌চরাচরগুরু ঃ
সসাঙ্ক শেখরধরস্য স্থিতি তুৎতপতি প্রলয়কারণ
-হেতোব মহেন্দ্রচলশিখর নিবাসিনা ঃ শ্রীমদগোকর্ন্নে স্বরাভট্টারক্ষ্যা ।।

মথক্কি অসিনা তাকপদি কলিঙ্গদা শৈব্য উপাসনা অসিসু চংনরম্মী হায়বা অসিনি।

খৃষ্টগী ৪ শুবা শতাব্দীদা মহেন্দ্র হায়না কৌবা লমদমদা মঠারা কৌবা নিংথৌ শাগে অমসু লৈরম্মি। সমুদ্রগুপ্তনা দ্বিগবিজয় তৌরবা তুংদা হায়রিবা মঠারা নিংথৌশিংনা লৈপাক য়াম্না জয় তৌরম্মী। হায়রিবা নিংথৌশিং অসি ময়ায়থংবা ভারততা বৈষ্ণব সম্প্রদায়বু য়াম্না ফজনা শৌগৎলম্বা গুপ্তশিং, পরিব্রাজকশিং অমসুং নলশিংগা থৌমু নাউমুনি। কলিঙ্গগী রাজনৈতিক ইতিহাসতা মঠারা কাণ্ডবুশিং অসিনা অচৌবা থৌদাং যাখি। মখোয়না গোদাবরী অমসুং কৃষ্ণা তুরেলগী মরক্তা লৈবা লৈপাক্তা পাল্লম্বা ভেঙ্গীশিংগা চারৌ-মৌরৌনরম্মী অমসুং খা-ভারততগী নৌনা খুন্দারকখিবা ব্রাহ্মনশিংগী তেংবাং লৌদুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ ফাওবা তৌখি। মঠারাশিংনা "সকল-কলিঙ্গপতি অমসুং পিতৃপাদানুধ্যাতা" হায়বা ফম্বাল মিহুল ফাওবা লৌখি। মখোয়শিং অসিনা পাল্লম্ব অসি গঙ্গা শাগেনা কলিঙ্গদা লাক্লিহৌগী মমাঙদনি। সিংহল (শ্রীলঙ্কা) দগী ফংবা লীখুনগী মতুংইন্নদি মঠারাশিং অসি বৌদ্ধ ধর্ম্ম চংলম্মী হায়। অদুবু তশেংবদি মখোয অসি শ্রীনারায়ণ ভগবানবু অরাধনা তৌবা জাতীনি।

অতোপ্পা ব্রাফম অমনা লমদম অসিদা হান্না খুন্দাদুনা লৈরম্বা শাবরা নত্রগা পুলিন্দা হায়না খণ্ডনবা আদিবাসীশিংগী থৌদাংসু কলিঙ্গগী শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী উপাসনা মতাঙ্‌দা য়াম্না চাউনা শীণ্ডথাবা য়াই। মার্কণ্ডেয় পুরানগী মতুংইন্না শাবরা অমসুং পুলিন্দা হায়বা জাতী অসি খা-ভারততা হান্না লৈরম্লবনি হায়। দিক্ষিটর হায়না খণ্ডনবা লাইরিক ইবা অমনা হায়বা মতুংইন্নদি পুলিন্দাশিংনা পুরাদেব নত্রগা অতোপ্পা মমিং অমনা ব্যাধাদেব অমসুং মুরুগন কৌবা লাই অনীখক লাৎলম্মী হায়। পুরাদেব নত্রগা ব্যাধাদেব ব্রাহে অসিমক্লা ফোঙদোক্লিবদি লাই অসি শা-তানবা কাণ্ডবু ব্যাধ নত্রগা কীরাতশিংনা লাৎপা লাইশিংনি অসুম্না অর্থ তৌবা য়াই। অদুগা মুরুগানগী মতাংদনা লাই অসি পূজা তৌবদা হামেং, য়েন অমসুং পূকয়ু মখল অমগা লোয়ননা পূজা তৌবা মরম্না, লিল পূজা তৌবা নাগা জাতী অমনা লাৎপা লাইনি হায়না লৌনৈ। তশেংনমক মুরুগান হায়বা লাইনিং মওং অসি খা-ভারততগীনা শ্রীলঙ্কা ফাওবদা লৈবা জাতী খরনা ঈরাৎ-পূজা তৌবা মওংনি।

উরিষ্যাদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিল কন্না লৈ হায়বসি কলিঙ্গদা, মথক্তা পঞ্চখ্রবা, মঠারাশিংনা শিজিন্নবা পরমদৈবত হায়বা ব্রাহে অসিনা শেংনা তাকচরে। দৈবতম্ দেবতনাঞ্চ হায়বা ব্রাহে অসি বিষ্ণু সহশ্রনামদা য়াওরিবা দায়বতম্ হায়বা বৈষ্ণবশিংনা শিজিন্নবা বিষ্ণুগী গুণ অসি শোয়দনা ওইরমগনি হায়দুনা পণ্ডিত খরনা মত্ পীরি।

গুপ্ত শাগেগী হেক মথংদা পালহৌবা মঠারাশিংনা মোহেন্দ্র হায়না কৌবা মখোয়গী ইষ্টদেবতা লাৎলম্মী। নৃগুদুম তরেৎনা ফজনা ইখোক্লগা শাবা লাইশঙ্ অসি গুপ্ত-মতমগী ওইনা তৌরম্মী। অসিগুম্বা নৃঙজাউ মাপলনা ইখোক্লগা শাবা লাইশঙ্শিংসু থেংনৈ। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবদি মোহেন্দ্র চীঙদা শারিবা ফূড়াশিং অসি ভগবত উপাসক, কলিঙ্গদা পাল্লম্বা মঠারা নিংথৌশিং অমসুং মখোয়গী মমাঙদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংনা শারম্বা ঙাকনি। হায়রিবা মন্দিরশিং অসিদা মাধব নত্রগা নারায়ণগী মূর্ত্তি লাৎলমগদ্রা হায়না খন্নে; অদুবু হৌজিকমক্তি বিষ্ণুগী ওইবা মূর্ত্তিশিংগী মহুত্তা লিঙ্গ ঙাক্তা লাৎনরে। মসিনা তাকপদি মঠারা নিংথৌশিংনা পানবা মতমদা মোহেন্দ্রপর্ব্বত কৌবা চীঙ্ অসি ইচম-চম্বা চীঙ ওইনা লৈরমদে। অমরোমদা, সাধু-বৈষ্ণব কয়াশিংনা তত্তনা চৎপা তীর্থস্থান ওইরম্মী।

মহাভারত পুবাণগী বন-পর্ব্ব মতাংদা পাণ্ডবশিংনা কলিঙ্গ য়ৌনবা চৎপা লম্বীদা বৈতবণী তুরেলদা স্নান তৌখিবগী ব্রা থেংনৈ। অদুগা, মখোয়বু লমজিংদুনা লাক্লম্বা লোমশ্ মুনিদা, কাশ্যপ মুনিনা পীবা পাউতাক মতুংইন্না ভূদেবীনা থোনগৎলম্বা বেদীদা কানব হায়খি। লোমশ্ অমসুং যুধিষ্ঠীরনা দেবশক্তি ফংনবা বেদী অসিদা কাখি হায়; অদুগী মথংদা সমুদ্রস্নান তৌববা তুংদা অহিং অদুমা মোহেন্দ্র পর্ব্বততা পোত্থাখি হায়রি। মহাভারততা পল্লিবা বেদী অসি হায়রিবা পুরী নত্রগা নীলাচল অসি ওইরগদ্রা হাযনা খন্নরি অদুবু, উরিষ্যাগী লম্মিৎ-তুমিৎকী মতুংইন্নদি পুরীগা নক্লবা মফমদা নত্রগা সমুদ্র খোঙবান্দা চীঙদুমগুম্বা অমত্তা লৈতে। অদুবু, ডাঃ কেঃ সিঃ মিশ্রাগী মত্ মতুংইন্নদি মোহেন্দ্র পর্ব্বত হায়রিবা অসি কলিঙ্গ নত্তনা অঁতে অতোপ্পদি লৈবম্লরোই হায়দুনা মাগী অকনবা মত্ পীরি। অদুগা, ব্রারী অসিগা চাশিন্নবা ব্রাফম অমনা মোহেন্দ্র পর্ব্বত হায়না খঙনবা চীঙথক অসিদা যুধিষ্ঠীর, ভীম, কুন্তি হায়না কৌদুনা লাইশঙ মচা অহুম অমসু লৈরি। মদোমদগী খন্নরবসু হায়রিবা চীঙ অসি মহাভারতকী মোহেন্দ্র পর্ব্বতকা য়াম্না চাশিন্নরি।

কোঙ্গদাগী নিংথৌশিং শাইলোদভাব নিংথৌশিংনা মোহেন্দ্র পর্ব্বত অসিবু মপা-মপুগী খুভমনি হায়না লৌই। কলিঙ্গদা হান্না পাল্লম্বা গঙ্গাশিংনা গোকর্ণেশ্বরবু মখোযগী ইষ্টদেবতানি হায়না খল্লম্মী; অদুগা মতুংদা পাল্লকপা কোঙ্গদাগী শাইলোদ ভাবশিংনা স্বয়ম্ভূবু মপা-মপু পোকপা লাইনি হায়না খল্লম্মী। হায়রিবা গোকর্ণেশ্বর অমসুং স্বযম্ভূ কৌবা দেবতাশিং অসি মোহেন্দ্র চীঙজাউগী মথক্তা লাৎলম্বা য়াই হাযনা থাজনৈ।

কলিঙ্গগী নিংথৌশিং, দাক্ষিন কোশলা নত্রগা মহাকোশলা অমসুং ভেঙ্গীনচিংবা লমশিংগী নিংথৌশিংনা ভগবত উপাসনাবু মখোয় মখোয়গী লৈপাক্কী ধর্ম্ম ওইনা লৌনবম্মী। গুপ্তশিংনা পাল্লিঁঙেগী মতমদা অমসুং পুশ্যাভুতিশিংগী মতমদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি দক্ষিন কোশলা, ভেঙ্গী অমসুং কলিঙ্গদা মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরম্মী। গুপ্ত নিংথৌশিংনা পানবা মতম অসি বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং অনৌবা-ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম (Neo-Brahmism) গী ইথিল, মাগী লৈপাক শীন্থুংনা খা-ভারত ফাওবা শন্দোকখি।

'বাজিম মহাত্ম্যা' কৌবা লাইরিক অদুদা মহানদী তুরেল অসি উৎপলেশ্বরী হায়না মিংথোল্লম্মী, অদুগা তুরেল অসিগী ঈচেল অসি জোঙ্ক তুরেলগা শম্নদুনা চৎলিবা মফম হৌজিক ফাওবদসু চিত্রোৎপলা হায়না কৌরি। হায়রিবা মহাত্ম্যা অসি ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা চহী তরা অদুৱাইদা Richard Jenkins কৌবা নুপা অমনা থেংনবনি হায়না Cunningham না হায়বনি।

অদুগা রাজিমদা লৈবা রাজীভালোচানাগী লাইশঙগী অকোয়বদা লাইশঙ্ ময়াম অমা লৈ। হায়রিবা লাইশঙ্শিং অসিদা ব্রহ্মা, নরসিংহ; বদ্রিনাথ, বামন অমসুং জগন্নাথ, রাজেশ্বর অমসুং দানেশ্বর হায়বা লাইশিং অসি লাৎলি। অদুগা, অনি অমদি শিব লাৎলী। মসিদগী ঐখোয়না খঙবদি তিবরদেবগী মতমদগী হৌদুনা পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিংনা বিষ্ণুবু তোঙান তোঙানবা মওংদা লাৎলম্মী হায়বা অসিনি। পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিং অসি জগন্নাথদেবগী মৈহৌরোনগী মতাংদা অচৌবা শরূক য়াখিবা শাবরা কাঙবুগী শূথাঙ-পুথাঙনি হায়বসি লেঙবা য়াদ্রবা খূদম প্রমাণ কয়ামরুম লৈ।

ব্রাহ্মণ সম্প্রদায় (Brahmanism) বু ধর্ম্মনি হায়না লৌজবা দক্ষিণ কোশলাদা পাল্লম্বা কাঙবুশিংনা ব্রাহ্মণশিংবু লুনা তৌরম্বগুম, বৌদ্ধশিংবুসু চান্না অদুম তৌবিরম্মী। মহাশিবগুপ্তগী মতমদা ইরম্বা কোরী কোম্পাক অমদা তরদংসক হায়বা মফম অদুদা

লৈবা বৌদ্ধ-বিহারদা আর্য্য ভিক্ষু তরামরি লৈরম্মী হায়। অদুগা হায়রিবা বিহার অসি কীরাদেবগী নুপী অষ্কানা কৎপনিসু হায়রম্মী। শাবরী নারায়নানচিংবা মধ্য ভারতকী মফমশিংদা বুদ্ধদেবগী নূঙগী মূর্ত্তি কয়া কয়া ফংবা অসিনা তাকপদি লমদম অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মদগী বৌদ্ধ ধর্ম্মনা হেন্না মমি তাখ্রে হায়বা অসিনি। অদুগী মথক্তা মফম অসিদা হান্না খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরম্বা শাবরাশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম উপাসনা অসি য়াম্না নীঙথিনা শৌগৎলম্মী।

অমরোমদা অমুক চীঙ্কা পাৎকী অকোয়বদা পাল্লম্বা শাইলোদভাবশিংনা মখোয়গী মিংথোল ওইনা পরম্মহেশ্বর হায়বসি শীজিন্নরম্মী অদুগা বাজপেয় অমসুং অশ্বমেধনচিংবা বেদগী ওইবা যজ্ঞ কয়া পাঙথোক্লম্মী। মধ্যামারাজগী মমাঙ্দা পাল্লম্বা মাধবরাজনা, শৈব্য অমা ওইজরবসূ, মশামকপু চক্রধর নত্রগা ভগবান মাধবমক্কি হায়না লৌজরম্মী। অদুনদি চক্রধর (বিষ্ণু) গা ভগবান মাধবকা অমত্তা ওইনা শীজিন্নরে। মসি ঐখোয়না নৈনরিবা ব্বাফমগা য়াম্না নুংঙাইরবা মতাংনি। নিংথৌরেল অশোকসূ ধর্ম্মচক্র হায়দুনা চক্রবু মাগী মোহর (চাজূম) ওইনা শীজিন্নরম্মী। অদুগা অঙ্গুতারা নিকয়া নত্রগা মহাসূদর্শণ সুত্ত কৌবা পালি ময়েক্না ইবা লাইরিকশিংদা নিংথৌ অমনা মগুর্ণলৈবা পোৎশক তরেৎকী মপু ওইগদবনি, মদুগী মনুংদা চক্র, রত্ন হায়বসিসূ অমনি। উরিষ্যাগী আঃ মর্মাঙ্ঙেদগী থাজনবী অমগী মতুংইন্নদি নীলমাধবকা ভগবান পুরুষোত্তমগা অমত্তনি হায়না লৌই। মরম অদুনা চক্রধর-মাধব হায়বসি য়াম্না মরুওইখ্রে হায়না লৌনবা তারে।

মথক্তসূ পঞ্চখ্রে মদুদি মোহেন্দ্র পর্ব্বতকী অকোয়বদা খুন্দা-লৈতাদুনা শাবরাশিংনা পান্দুনা লৈরম্মী হায়না। অদুনা দক্ষিন কোশলা অমসুং কোঙ্গদা অনী অসি শাবরা হায়রিবা ফুরূপ অসিদগী লাকপনিনা মখোয় পূম্নমক্কি ধর্ম্ম উপাসনাগী মমাঙদদি অমত্তনি হায়না অদুম লৌবা য়াই। মোহেন্দ্র হায়রিবা চীঙ অসিদা পুলিন্দা নত্রগা আদিবাসী শাবরাশিংনা মখোয়গী উনা শাদুনা লাৎলম্বা লাই অদু মখোয়গী হায়বদি আদিবাসীশিং অসিগী মমিংদা লাৎলম্লবসূ, ভগবত উপাসক নারায়ণ লাৎপা মঠরাশিংনা লৈপাক্কী লাই ওইনা নারায়ণ নত্রগা পুরুষোত্তম নারায়ণ হায়না কৌদুনা নিংথৌ-লাই ওইনা লাৎলম্মী।

শাইলোদভাব শাগে হায়বসি অহানবদদি বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাওবুনি। অদুবু, মখোয়না কোন্না শৈব্য ওইখি অদুগা মখোয়না লিঙ্গ পূজা তৌখি। মতৌ অসুম্না মখোয়না শিবগী খূদম লিঙ্গগা ভগবান বুদ্ধগা অমত্তনি তৎন-থানবা য়াদবনি হায়না লৌখি। মরম অদুনা মখোয়না শিব-লিঙ্গদা "যো ধর্ম্ম হেতু প্রবভা হেতুরযাস্যা টাথাগাটাঃ" হায়না ই। অসুন্বা মূর্ত্তি অমা বালাসোর জীলাদগী ফংখি।

মতাং অসিৱাইদা বৌদ্ধধর্ম্ম, শৈব্য অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মশিং অসি করম্না পূন্না চৎমিন্নবগে হায়বগী মতাঙ্দা যাভাগী বৌদ্ধধর্ম্ম চৎপা নিংথৌশিংনা শিববু করম্না লাৎলম্বগে হায়বগী মতাঙদা খন্নবা য়াম্না নুংঙাইগনি। মসিগী মতাংদা সংস্কৃতকী শ্লোক অমা লৈ। মদুগী চাউরাকপা অর্থদি ঃ-

তাইবঙ্বু শেন্বিবা ব্রহ্মাবু কৌজরি; ইবুঙ্ঙো মহাক্তি শেন্বীবা অমসুং ঙাকপীবা মতমদা গুণ অহুম্না লৈতেংঙি অদুগা মাঙহনবা (প্রলয়)গী মতমদনা গুণ পূম্নমক থাদোকই।

তাইবঙপান 'পূম্বনা খঙবীরবা ত্রিবিক্রম (বিষ্ণু) বু খুরুমজে; তাইবঙপানবদা পাঙ্গল্লবনি হায়দুনা লৈরবা লাইয়াম পূম্নমক্কি মকোক ওইবীরিবা ইন্দ্রদেবনা ইবুঙ্ঙো মাগী মফমদা নোল্লূকচৈ।

কল্পবৃক্ষদগী হেন্না পীনহৈবা শিববু নোল্লূকচৈ; ইবুঙেঙো মহাক্তি স্থানু (লেঙদবা) হায়না খঙনরবসূ শাফূ কন্না য়াঙনা চৎলী অমসুং ইবুঙ্ঙো মহাক্না হিংদুনা লৈরিবা জীব'পূম্বগী অপাম্বা খূদিংমকপু থুংহল্লী। *

অদুগা যাভাগী কেলু হায়বা মফমদুদা শকাব্দ ৭০৪ হায়বদি খৃঃ ৭৮২ দা জগন্নাথদেবগী কোয়রাওনবা মিৎ, কোয়দানবা খদাং পানবা মঞ্জুশ্রী কৌবা বৌদ্ধশিংগী লাই অমা থেংনখি। হায়রিবা মূর্ত্তি অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরগী অপূনবা শক্তম্নি হায়না লৌই। হায়রিবা মূর্ত্তি অসিদা অসুম্না থাই ঃ-

অয়ম স বজ্রধৃক শ্রীমান ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর ঃ।
সর্ব্বদেবতা স্বামী মঞ্জুবাগিনি সিয়াতে ।।

---

* বিজন রণ চেট্টর্জিনা ইবা India & Java হায়বা লাইরিক অদুগী লাঃ ৬৫,৬৬ অমসুং ৭১।

মসিনা তাক্লিবদি বৌদ্ধধর্ম্ম চৎপা যাভাদসূ সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয হাযবিবা গুণ অহুম অসিনা লৈতেংবা বিষ্ণু ভগবানবু অবাধনা তৌই হাযবসিনি। হায়বিবা দেবতা অসিমক মঠবাশিংনা নাবাযণ, গঙ্গাশিংনা গোকর্ণেশ্বব অদুগা শাইলোদ ভাবশিংনা স্বযম্ভূ হাযনা কৌবম্মী। বিষ্ণু, ব্রহ্মা অমসুং শৈব্যশিংনা মখোযনা শকখঙদবা উমংলাইগুম্বা অমবুসু অদুম কাযদনা পূজা তৌবম্মী। মসিমক্কী মবমদি লৈপাক্কি লৈঙাক্লোন্দা লাম্মী অমা ওইনা আদিবাসীশিং অসিনা থবক তৌবম্মী। সববশিংনা লৈবা লমদমশিং অসিদা খ্বাইগা মান্নদবা জগন্নাথদেবগী মূর্ত্তি অসি থেংনববদি মখোযনা লাংপা লাই অদুমক্কি হাযনা চিংনবা লৈতনা হাযবা যাবনি। অদুমকপু, মদুমক্তি নত্তবনা পুবীগী লাইশঙদা লাংলিবা পুরুষোত্তম শ্রীজগন্নাথদেব অমসুং মহাক্কী লোযনবশিংগী শ্রীমূর্ত্তিশিং অসিগী হৌবকফম থিবগী তঙাইফদবা যাম্না লাক্কই।

থাযনা মর্মাঙ্গ্রেঙদগী হৌনা উবিষ্যা বাজ্যদা চৎনবকপা অমা লৈবকই। মদুদি, যূম খূদিংদা, খূঙ্গং খূদিংদা, সহব খূদিংদা অমদি লান্বন খূদিংদা লাই অমমম ঈবাৎ-পূজা হেক হেক তৌনৈ। মখোযশিং অদুবু মথংশিংনা গৃহদেবতা, গ্রামদেবতা, নগব দেবতা অমসুং দুর্গদেবতা হাযনা খঙনৈ। মতৌ অসিগুমদুনা লৈবাক্কী ওইনসু লাই অমা পূজা তৌই। মদুবুনা বাষ্ট্রদেবতা হাযনা খঙনৈ। অসিগুম্বা চৎনবী মখল অসি হাযবদি লাই লাইশিং অসিগা ঈমুং-মনুং, খুঙ্গং, সহব, লানবন অমসুং লৈপাক-নিংথৌগী অৱা-অনা ঙাকথোকপিগনি হাযবসিনি। মবমদুনা চৎনবিসী হৌজিকসু অদুম চৎনবি। হাযবিবা অসি আদিবাসীশিংনা লৈবা মফমশিংদসু অদুম চৎনবি। হাযবিবসিগী ফজবা খূদম অমা মঙাশুবা নত্রগা তব্বকশুবা শতাব্দীদা কলিঙ্গ অমসুং অশ্বকাশিংগা লৈপাক অনি অসি লান্থেংনবা মতমদা, হাযবিবা লৈপাক অনি অসিগী লৈপাক্কী লাইশিং হাযবদি বাষ্ট্রদেবতাশিংনা অঙৌবা অমসুং অমুবা মচুগী শল্লাবা অনিনা ৱাইনখি হাযবগী ৱাবী "চুলা কলিঙ্গ জাটকা" হাযবা লাইবিক অদুদা ইবা থেংনৈ।

নাগ (লিল) পূজা তৌবা অসি চীঙমীশিংনা মৈহৌবোন্দগী তৌনবকপনি হাযনা থাজনৈ। অদুবু, ব্রাহ্মণশিংগী ইথিল চঙলক্লবা মতমদদি মখোযনা নাগ অসি শেষ নত্রগা অনন্ত নাগনি হাযনা লৌনবক্লে অমসুং ঈশ্বব অসি শ্রীকৃষ্ণগী মযাম্বা বলদেবগী শাযোন্নি হাযনা লৌনখ্রে। মবম অদুনা নাগউপাসনা - লিল পূজা তৌবা অসি ভাবতকী অতৈ মফমদসু পাঙথোক্লবক্লে। হৌজিক হৌজিকমক অৱাং উবিষ্যাগী বালাসোব জীলাদা বলদেবগী মূর্ত্তি অমা লাংলি; মসি শেষ নত্রগা অনন্ত নাগ-কি অবতাবনি হাযনা

লৌনৈ। জীলা অসিমক্কী সুবর্ণরেক্ষা কৌবা তুরেলগী তাফমদা মনিনাগগী মন্দির অমসু লৈ। মসিদগী ঐখোয়না লৌশিনবা য়াবদি তোশালী কৌবা রাজ্য অসিদা মনিনাগ অসি লৈপাক অসিগী রাষ্ট্রদেবতানি অদুবু মীরোল অসুম অসুম চৎখিবনা বলদেবগী শায়োন্নি হায়না লৌনখ্রে। শাইলোদ ভাবশিংনা লৈখাতাগ্রবা তুং, ভাওমাকারশিংনা কোঙ্গদা অমদি তোশালীদা নিংথৌ ওইদুনা পানবদা, পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র অমসুং স্তম্ভেশ্বরী হায়বী দেবী অহুম অসি নৌনা শেমগৎলকপা লৈপাক অসিগী রাষ্ট্রদেবতা ওইনা পূজা তৌরম্মী। হায়রিবা ৱাফম অসি পুরূষোত্তম জগন্নাথগী মূর্ত্তি অহুম- জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা হায়রিবা দেবা -দেবীশিং অসিগী মূর্ত্তিশিং অসিগী হৌরকফম ওইগদ্রা হায়না খন্নবা য়াই।

জগন্নাথদেবগী হৌরকফমগী মতাংদা শবরাশিংগী ইথিল চঙবা মরম্না মখোয়গী লাইনিং লাইশোল থাজনবী কয়াগী মরমদা নৈনবদা মতীক চায়। শবরশিংগী থাজনবগী মতুংইন্না রাম অমসুং ভীম * হায়বা মচীন-মনাউ অনী অসি মোহেন্দ্র পর্ব্বত চীঙজাউদা মতম অমদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী। মবানিনা লৈরম্বা মফম অসিদা লৈরম্বা চীঙজাউ অসিনা শন্দোকখিবা অসি মধ্য ভারত ফাওবা য়ৌরম্মী হায়না থাজনৈ। অতৈ আদিবাসীশিংনা খনবগুম, শবরশিংসু মখোয়গী লাইনিং-লাইশোন (ধর্ম্ম) গী মতাঙদা থাজজবা অমা লৈরম্মী। মখোয়গী লৈপাক, মখোয়গী শিন্‌ফম অমসুং ইমুং-মনুংগী য়াইফনবগীদমক্তা তোপ-তোপ্পা মখলগী লাই মখল কয়ামকুম পূজা তৌনরম্মী। পুন্সিগী থৌদোক-ৱাথোক খূদিংমক্তা - শকউদবা, শক্লাইদবা শক্তি অমনা অফ-ফত্ত 'পুম্বগী খূর্জ্জি পায়বিরি হায়না থাজজৈ। মরম অসিদগী অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্ম কাঙলূপ খূদিংগী লাই-তিল কয়াবুসু মখোয়না লাচ্চবা লাইরেম্বী লাইরেম্বা কয়াগী মরক্তা পুনশিল্লম্মী অমসুং মখোয়না পামজবা মতুংইন্না, চপচাবা মওংদা নত্রবসু পূজা তৌনরম্মী। খূদম ওইনা হায়রবদা লব-কুশ মচীন মনাউনা পোকখিবনি হায়না খন্নবা শুরুং অমদা সীতানি হায়না খন্দুনা নূঙগী মূর্ত্তি অমবু পূজা তৌই। হায়রিবা মফম অসি উরিষ্যাগী কিওনঝার জীলাগী সীতাবিঞ্জী কৌবা মফম অদুদনি। অতোপ্পা খূদম অমনা মুখালিঙ্গমগী মধুকেশ্বর লিঙ্গ অসি শবরাশিংনা থেংনবনি অমসুং পূজা তৌবনি। অদুবু গঙ্গা শাগেনা পানবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংনা কাইনথংদা লৌশিনখিবনি।

---

* রাম অমসুং ভীম করম্না মচীন-মনাউ ওইরিবনো হায়বদু লাইরিক্কদি খ্বর তৈনরে। মসি শবরাশিংগী থাজবনি। [ J.K.H.R.S. Vol. III - P. 110.]

মৈহৌরোন্দগী শাবরশিংনা লৈরম্বা মফম অসি য়াম্না পাক-শন্না কোল্লম্মী। ব্রাহ্মণশিংনা মফম অসিদা লাকপা মতমদা শাবরশিংনা "কিতুঙ" হায়না কৌজবা লাই মখল কয়ামরুম, ব্রাহ্মণশিংনা লাকপগী অসিবাইদা মফম অসিদা ঈরাংলম্মী। হান্না লৈরম্বা আদিবাসীশিংগী মপূক্লিংদা নুংঙাইতবা পোকখিনি হায়দুনা নৌনা লাকপা ব্রাহ্মণশিংনা হান্না লৈরম্বা লাইশিং অসিবু মাঙহন্নিংলমদে অমরোমদা মখোয়নদুম পূজা তৌবা হৌখ্রে। অদুমকপু মখোয়না হান্না লৈরম্বা লাইশিং অসি সংস্কৃতকী ওইবা মমিং থোল্লে। খুদম ওইনা "স্তম্ভেশ্বরী" "স্বয়ম্ভূ" অসিনচিংবা। মতাং অসিদা "স্বয়ম্ভূ" হায়বা বাহে অসি ব্রাহ্মণশিংদা শিব নত্রগা 'ব্রহ্মা'বু খঙনবা শিজিন্নবতা নত্তনা জৈন্য গুরু তীর্থঙ্করশিংবু খঙনবগীদমক্তসু শিজিন্নে।*[1] অদুগা খৃষ্টগী মরিশুবা শতাব্দীদা বৌদ্ধগী লাইশঙ্ ওইরিবা মফম অসিদা জগন্নাথ দেবগী মূর্ত্তি করম্না লৈরম্বা হায়বনচিংবগী অকূপ্পা মরোলদি Rev. J. Long না ইং ১৮৫৯ গী জানুয়ারি থাদা উরিষ্যাদা লাক্লম্বা মতুংদা মানা ইরম্বা Account (বারোলশিং) অদুদগী খঙবা ঙমগনি।*[2]

খৃষ্টগী তরামরিশুবা শতাব্দীগী অঙনবদা লৈরম্বা উরিষ্যাগী মমিং লৈরবা কবি সারলাদাসকী মত মতুংইন্নদি জগন্নাথ অসি শবরী নারায়ণদগী পুরীদা পুরকখিবনি হায়বসিনি। মতাং অসিদা শবরী নারায়ণ হায়বসি শবরী কৌবী নূপী অদুনা লাচ্চরম্মী হায়বা রামগী মূর্ত্তি অদুনি। অদুবু নূপী অসিনা পামজবা মতুংইন্না মাগী মমিংনা হান্না মাঙ্ থারগা খঙনবা শবরী নারায়ণ হায়বা মূর্ত্তি অদুনি হায়। অসুম্না বৌদ্ধ, জৈন্য অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মশিং অসিনা পূনখিবা মতাং অমসুং মখোয় ময়াম অসিদগী অপূনবা মূর্ত্তি অমা ওইরকখিবরা হায়বগী মতাঙদা খন্নবদা মতীক ওই।

মথক্তা খন্নরিবা বাফম অসি কোশলাগী পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিংনা পাল্লম্মী হায়বতা নত্তে; অমরোমদা মফম অসিদা বৌদ্ধ অমসুং জৈন্যগী মূর্ত্তিশিং ফংবা অসিমক্লসু মফম অসিদা মতম অমদা অশেংবা লম অমা ওইরম্মী হায়বসিনি। লমদম অসিদা বৌদ্ধ নত্রগা জৈন্য নিংথৌশিংনা লৈপাক ঙাক্তুনা পাল্লমদ্রবসু নাগার্জ্জুন-নচিংবা বৌদ্ধ ভিক্ষুক কয়াদি লৈরম্মী। হায়রিবা মূর্ত্তিশিং অসি মখোয়না "সকল কোশলাধীপি" হায়না কৌজবা পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিংগী থায়নগী কোনুং ওইরম্বা শাবরীপুর নত্রগা সিরপুরগী অকোয়বদা ফংই।

---

*[1] অভিধান চিন্তামনি, লাঃ ৯ শ্লোক ২৪-২৫।

*[2] T.A.S.B. 1859 No. III Vol. XXVIII লাঃ ১৮৫-১৮৭

আদিবাসীশিংগী লাইশিং অসি মহায়না কাণ্ডলূপগী বৌদ্ধ ধর্ম্মদা লৌশিনখি হায়বসি বৌদ্ধগী ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা ইরি। অসুম্না পর্ণা শাবরী কৌবী লাইরেম্বী অসি মহায়না কাণ্ডলূপকী বৌদ্ধ ধর্ম্মদা অচৌবা খুদা অমা য়াই। মতৌ অসুম্না দক্ষিণ কোশলা, কলিঙ্গ অমসুং কোঙ্গদাগী শাবরাশিং অসি ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগীতা নত্তনা মহায়না কাণ্ডলূপকি বৌদ্ধ ধর্ম্মগসু য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। অমরোমদা শবরাশিংসু মখোয়না লাচ্চবা "কিতুং" হায়না খণ্ডনবা লাইরেম্বা-লাইরেম্বীশিংগী মনুংদা শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ য়াওনা ব্রাহ্মণগী লাইশিংসু লাৎপা হৌখি। লাইশিং অদুদি ভীম, রাম, হোদেপুলু, পেডা, রংজং, তুমেরন্না, গরসদা, যগন্ত, মুট্ট, তীতা অসিনচিংবা।*

শবরাশিং অসি হৌজিক্তি কাণ্ডলূপ তরেৎ থোক্লা খায়দোকখ্রে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা জারাশবেরা হায়বসিং অসিসূ কাণ্ডলূপ অমনি। হায়রিবা কাণ্ডলূপ অসিনা নোংচুপথংবা উরিষ্যাগী ইন্দ্রাবটি অমসুং শাবরী তুরেলগী ঈতিনফমদা লৈ। হায়রিবা জারাশবেরাশিং অসিবু রাজু নত্রগা কাণ্ডলূপকী নিংথৌ হায়না খণ্ডনৈ। মখোয়না থায়নগী মওংদা, য়াম্না চাওখৎপা মওংদা লাক্ত্রগসু মখোয়গী শাগেগী লাইদি নীলমাধবনি।

বিষ্ণুগুম্না নীলমাধবসূ গুণ (attribute) মরি ফোঙদোকপা ওইনা পাম্বোম মরি পাল্লী। রাজু শবেরাশিংনা কর্ন্টিল্লো উরিষ্যাদা লৈবা নীলবাধবপু দর্শণ তৌবা চৎলী অমসুং মফম অসি মখোয়গী য়াম্না সেংবা তীর্থস্থাননি হায়না খঞ্জে। উরিষ্যাগী মফম কয়াদা মমিং তোঙান তোঙানবা থোন্দুনা মাধবকী মূর্ত্তি কয়ামরুম লৈ। মখোয় অদুদি খূদম ওইনা নিয়ালী মাধব, ললিত মাধব, গঙ্গা মাধব, শাবরী মাধব, মুদগলা মাধব অসিনচিংবা। অসুম্না উরিষ্যাদা মাধবকী পীঠ (চূক) তরামরি লৈ হায়বা য়াই। মরমদি হৌজিক হৌজিক নীলাচলদা লাৎলিবা শ্রীশ্রীজগবন্ধু অসি মমাঙ্ঙেদদী নীলমাধব হায়না খণ্ডনরম্মী। হৌজিক খণ্ডনরিবা জগন্নাথ অসি মমাঙ্ঙেদা শবেরাশিংনা লৈবা খুঙ্গশিংদা "জগনেলো" হায়না মিংথোন্দুনা উনা শাবা মূর্ত্তি ওইনা লাৎলম্মী। শবেরাশিংগী মরোলদা লাই অসিবু "সোনাম" অদুগা মূর্ত্তি অসিবুনা "কিতুঙ্গ" হায়না খণ্ডনরম্মী। মথক্তা পঞ্জখিবা অদুনি, লাইগী মূর্ত্তিশিংবু শবেরাশিংনা কিতুঙ্গ হায়না কৌই হায়দুনা। কিতুঙ্গশিংগী মনুংদা "জগনেলো" হায়বা অসিনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মসিবু মখোয়না দেবতাশিংগী মকোক বিশ্বগী হায়বদি তেংবানবগী মপূনি হায়না থাজনরম্মী।

* Castes and Tribes of Southern India, Vol VI P 335

বৌদ্ধধর্ম্মনা শবেবাশিংদা পীবা চৈথেং অসি উবিষ্যাগী খা অমদি নোংচূপ থংবাবোমদতা নত্তনা অৱাং-নোংপোক উবিষ্যাদসু হাইদোক্লম্মী। মহাযনা কাঙলুপকী বুদ্ধিষ্টশিংনা শবেবাগা লোযননা লাইবেম্বা-লাইবেম্বী কযা পূজা তৌবম্মী। খূদমগী মশক ওইনা কিওনঝব জীলাগী সীতাবিঞ্জী কৌবা মফমদা শবেবাশিংনা পূজাবী ওইদুনা লাংলম্বা লাইশিংগী মূর্ত্তি থেংনৈ। মতমগী খোঙলে মতুংইন্না ব্রাহ্মণশিংনা শবেবাশিংগা লোযননা "মুখালিঙ্গ", "গণেশ", "কার্ত্তিক" অসিনচিংবা শৈব্যগী লাইশিং অসি লাংখিবগী খূদম ফংই। অদুগা অমবোমদা অমুক, সুবর্ণবেক্ষা তুবেলনা সমুদ্র তাফমদা বৌদ্ধ বিহাব খব লৈবম্বগী খূদম থেংনৈ। হাযবিবা মফম অসিদা আর্য্য ভিক্ষু, সঙ্ঘ কাঙলূপকি মহাযনা বৌদ্ধশিংনা লৈবম্বগী খূদমসু থেংনৈ।

লৈপাক অসিদা বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা মখোয মশেল ভাব তাননা লৈবম্মী। হাযবিবসি অশোক মহাবাজগী মতমদগী ওইবম্বা যাই। অদুবু অনি অসিগী মবক্তা নুংশিনদবগী ফীভম অমা লাকখি। মসি খৃষ্টগী তবেৎশুবা শতাব্দীদা বাজনৈতিক অমসুং অর্থনৈতিককী ফীভমদা অওনবা লাকপদগী ওইবম্বা যাই। মবমদি মতম অসিৱাইদা বৌদ্ধধর্ম্ম চৎপা হর্ষবর্দ্ধননা কনৌজদা, অমবোমদা হিন্দুনিংথৌ শশাঙ্কনা কর্ণ-সুর্বণদা মথংশিংনা পাল্লম্মী। নিংথৌ অনী অসিনা মাগী মাগী ধর্ম্মবু চাওখৎনবা হোৎনবনা মখোযগী মবক্তা নুংশিনদবা হেল্লকপা হাযবসিদি মশানা তাক্তববনি।

মযাযথংবা যুগকী লোইশিল্লকপা অদুৱাইদদি বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণ অনিগী মবক্তা মূক্লবা অসি মপান থোবক্লে। হৌজিক হৌজিক উবিষ্যা ষ্টেট ম্যুজিযমদা থম্লিবা নোংশা মকোক অসিদা হক্লিবা মযেকশিং অসিদগী গুপ্ত সম্রাজ্যনা উবিষ্যা যৌশিল্লকপা অদুগী আঃ মমাঙ্দগী সম্প্রদায অনী অসি মূক্লবক্লে হাযবসি খঙবা ঙমগনি। গুপ্ত যুগনা লোইশিল্লকপগী অদুৱাইদা বৌদ্ধ বিহাব কযা থুগাইবগা মদুগী মহূত্তা শিব মন্দিবনা শিঞ্জিন্নবগী মওং অমা চথবকখি। মসিগী মহয ওইনা হিন্দু লাইশঙ কযাদা বুদ্ধগী মূর্ত্তি কযা লাৎপগী খূদম হৌজিক হৌজিকমক উবিষ্যাগী মফম কযাদা থেংনগনি। অদুবু চযেৎনবা মূর্ত্তি মযাম পূন্না লাৎপা অসি কবম্বা মতমদগী হৌখিবনো হাযবদুদি চপচানা লেপ্পা ঙমদ্রি।

শশাঙ্কগী মতমদা লৈপাক অসিগী মীযামগী ধর্ম্মগী মীৎযেং কবম তৌবম্বগে হাযবদু শুভকীর্ত্তি অমসুং সোমদত্তগী মিনাপুব প্লেটতগী খঙবা ঙমগনি। কোবী-কোম্পাক অদুদা

ইরম্বশিং অদুদি ঃ- "বিষ্ণু ঃ পতাগ্রবিক্ষেপা কৃষ্ণ ভাবিত সাধ্যাসাম সেষা শেষা শিরোমাধ্যা মধ্যাসীনা মহৎনু। কামারাতিশ্রো ভ্রষ্ট গঙ্গৌ ঘৃগধ্বস্ত কলমশাং শ্রীশশাঙ্কে মহিমপাতে চতুর জলধি মেখলাম ॥

মথক্কী শ্লোক অসিবু ডাঃ আরঃ সিঃ মজ্জুমদারনা অসুম্না অর্থ তৌই।

সমুদ্র মরিনা খ্বাঙ্গোইবী, কামদেব (শিব)গী কোকথক্তগী চেঙ্করকপা গঙ্গানা পাপ্ খূদিংমক শেংদোকপি, মহাক্কী চাউরবা হকচাংনা খৈনাইদ্রবা শেষা কৌবা লিলগী মকোক্তা পুরিবী পৃথিবী অসিবু পাঙ্গল্লবা শশাঙ্কনা ঙাকপিরি অমসুং বিষ্ণুনা (ওক্কী মশকলৌদুনা) পৃথিবীবু থাঙ্গৎনবা শুৎ শুৎ কান্বা মতমদা মহাক্লা শাউই"...

শতাব্দী তরেৎশুবা লোইশিল্লকপা অদুৱাইদা কোঙ্গদাদা পাল্লম্বা ধর্ম্মরাজগী মহারানী কল্যান দেবী কৌবীনা একজাতা প্রবুদ্ধচন্দ্র কৌবা গুরুদা লম খর দান তৌবগী ৱা থেংনৈ। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবদি কল্যান দেবী হায়বী অসি বৌদ্ধরা নত্রগা জৈন্যরা হায়বসিনি। অদুগা অমুকসু লৈপাক তৌবদগী, পূরী জীলাগী বনপুর সালিয়া তুরেল খোঙনুংদগী বুদ্ধদেবগী মূর্ত্তি য়াম্না ফংখি। হায়রিবা মূর্ত্তিশিং অসি ব্রজয়ানা সম্প্রদায়গী তান্ত্রীক বুদ্ধ-ঙাক্তা ওইনা তৌই। বনপুর হায়রিবা মফম অসি তান্ত্রীক্কী, ভাগবতিগী ঈরাৎ-পূজা তৌফম্নি হায়না ফাওই। হায়রিবা লাইরেম্বী অসি ব্রাহ্মণশিংনা পূজা তৌনরম্মী। মরম অদুনা, হায়রিবা বনপুর কৌবা মফম অসি ব্রাহ্মণ-তান্ত্রীক অমসুং ব্রজয়না নত্রগা তন্ত্রয়নাগী বৌদ্ধ সম্প্রদায় ময়াম অসি পুল্লপ পূনশিনখিবা ওইরমাল্লে হায়না লৌবা য়াই।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, পুরোষত্তম নত্রগা নীলাচল হায়বা ৱাহৈশিং অসি ইতিহাসকী মচাক ওইবা প্রমান কয়ানা তরেৎশুবা শতাব্দীগী মমাঙ চখৎনা থেংনদে। মতম অদুদা ফংবা শেল ময়েক্তা ফাওবা নীলাচল নত্রগা নীলগিরী হায়বা ৱাহৈ অসিমকসু থেংনদে।

অমরোমদ অমুক শ্রীজগন্নাথ মন্দির অসি নীলাদ্রি নত্রগা নীলাচল নত্রগা নীলগিরী কৌবা চীঙ অমগী মথক্তা লৈ হায়না থাজনৈ। অদুবু, তশেংবমক্তি ইবুঙ্ঙোগী মন্দির অসি চীঙ মথক্তসূ লৈতে অদুগা পুরীগী মনাক্তা চীঙ অমত্তসু লৈতে। তশেংবমক্তি শ্রীমন্দির অদু লৈঙোইগী লৈতোঙ মথক্তা লৈ অদুনা প্রমাণ

ওইনবা নীলগীরি (অশংবা চীঙ) হায়দুনা খোনখিবা ওইরম্বা য়াই। চীঙ মথকমক্তদা লৈত্রবসু ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজগী মন্দির অসিসু স্বর্ণদ্রী নত্রগা স্বর্ণ-গীরি হায়না কৌবা চীঙ অমগী মথক্তা লৈ হায়না থাজনৈ। মসিসু কৈলাশতা লৈবা ইবুঙ্গোগা শিবগী স্থান অসি হেমকুট, স্বর্ণকুট নত্রগা স্বর্ণগীরি মিং তোঙান-তোঙান্না লৈবা মরম্মা ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজগী মন্দির অসিসু স্বর্ণগীরি হায়না নাতে চানবা খোনখিবা ওইরমগনি। অদুনা লিঙ্গরাজগীনা স্বর্ণগীরি খোনখ্রবা মরম্মা জগন্নাথকীনা নীলগীরি হায়না খোনখিবনি। অদুগা অতোপ্পা অমরোমদনা ইবুঙ্গোগী মন্দিরনদি রাংবনিনা গীরি (চীঙ) অসুম্না খোনখিবা ওইরম্বা য়াই। তৌববুদি লমদম অদুদা থাজনবগী মতুংইন্না মন্দির শারিবা মফম অসিমক্তদা লৈঙোইগী পৃঙ অমদি লৈরম্মী হায়।

বিরাঞ্জানগর নত্রগা হৌজিক্কী কটক জীলাগী জয়পুর হায়বা মফম অসিদা ভাউমা কাঙবুনা বৌদ্ধধর্ম চংলম্মী। মখোয়না অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মবু তাথী তাওইনা তৌরমদে। মখোয়গী কুলদেবতাদি গুহেশ্বর পাতকা হায়না কৌরম্মী। তন্ত্রধর্ম্মগী মমিসু হায়রিবা নিংথৌশিং সিনা পানবা মতমদা থেংনৈ। পুরুষোত্তম অমসুং বল্লভদ্র হায়বা রাইহৈশিং অসি শাগে অসিগী শুভকরদেব (অহানবা) কৌবা নিংথৌগী মতমদা ইরম্বা কোরী কোম্পাক্তগী ইহান হান্না থেংনখি। নীলমাধব নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা ইবুঙ্গোসি বৌদ্ধ ভাউমাকারশিংনা লাংলম্মী; মখোয়না ভগবান বুদ্ধগী খুদমশিং অসি শীজিন্নরম্মী অমসুংবৌদ্ধধর্ম্মগী পূজা-পদ্ধতিনচিংবসু শিজিন্নরম্মী। খুদম অমা ওইনা লৌখচরবদা ইবুঙ্গোগা পুরোষোত্তমগী কাং-চিংবা অসিসু বৌদ্ধধর্ম্মগী চংনরোলদগী লৌবা ওইরমল্লে হায়না থাজনরি।

অদুমকপু নীলমাধব নত্রগা পুরোষোত্তম হায়বা মিংথোলশিং অসি কলিঙ্গগী গঙ্গানিংথৌ শাগেশিংনা পানবা মতমদা খোনখিব্রা নত্রগা মমাঙদরা হায়বগী মতাংদা চয়েংনবা অমদি লৈরি। মসিগী মতাঙদা খৃঃ ৩০৮ দা গঙ্গা শাগেগী নিংথৌ দেবেন্দ্রবর্ম্মনা মহেন্দ্র চীঙগী লম অমবু পুরুজাবন নত্রগা পুরুষবণ হায়না কৌদুনা কখোকখিবগী মতাংদা ইরম্বা কোরী-কোম্পাক অদুদগী খঙবা ঙমগনি। গঙ্গাশিংনা পানবা মতমদা পুরুষোত্তম হায়বা অসি পঞ্জব্রিবা কোরী-কোম্পাক অসিদগীদি খঙবা ঙম্রে। মরমদি পুরুষোত্তম নত্রগা পুরুসথম হায়বা অসি পুরুষবণ নত্রগা পুরুজবন হায়বা রাইহৈশিং অসিদগী খৈথরকপা শোয়দনা ওইরম্বা য়াই। নীলমাধব নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা দেবতা অসি

ব্রাহ্মণ অমসুং বৌদ্ধশিংনা ব্যবহার তৌনবতা নত্তনা জৈন্যশিংনসু ইকাই খুম্নরম্মী। জৈন্যশিংনা নীলমাধবপু মখোয়গী তীর্থাকরশিংগী মনুংদা অমা ওইনা লৌরম্মী। ব্রাহ্ম অসি হেমচন্দ্রনা ইবা অভিধান চিন্তামনি কৌবা লাইরিক্তগী থেংনবিগনি।*

কলিঙ্গদা পাল্লম্বা নিংথৌ শাগেশিং অসি ইতিহাসকী য়াওন মতুংইন্না হোংদোক হোংজিন কয়ামুক তৌখ্রে। মদুগী মরমদা ঐখোয়না কৃপ্না নৈনরুবগী থেহিনা কান্নদমাল্লে হায় হায়না নীঙজে। কৃপ্না থিজিনবীনিংবা কাঙবুনা he cult of Jagannatha কৌবা লাইরিক অদুদগী থেংনবিগনি।

মধ্যভারততগী চেনথরকপা মহানদী তুরেলনা পুরীগী সমুদ্রাদা ইতার্দ্রিঙেদা, মদুগী মপান্দা তাবা মফমশিংদা লাইশঙ কয়ামরুম বিষ্ণুগী নামদা কৎলম্বা থেংনৈ। মখোয়শিং অদুগী মমিং পনবা য়াবশিংদি ললীত মাধব, নীয়ালিমাধব, নীপালিয়া মাধব অসিনচিংবা। অসুম্না শবরাগী খুল্লাকপা বিশ্ববসুনা লাৎলম্বা নীলমাধব কৌবা মূর্ত্তি অসি মমৈদা পুরোষোত্তম জগন্নাথ হায়না খঙনখি। প্রমাণ অসি খর হেন্না নকশিনবগী মশক ওইনা "জারাসাবর বংস বিবরনী" কৌবা কোনামনাদা ইবা লাইরিক অসিদগী খঙবা ঙমগনি। হায়রিবা লাইরিক অসি শ্রী এসঃ এনঃ রাজগুরুনা ইকুই কুইখিদ্রি, পারলা খেম্মুণ্ডি তালুক্কী দিমিরিঝোলা কৌবা খুলদুদগী ফংবনি। হায়রিবা লাইরিক অসিদা মূর্ত্তি অসি মহেন্দ্র পর্বততা শবেরাশিংনা লাৎলম্মী হায়না য়াওই।

থাইনা, থায়না মমাঙঙেদা মহেন্দ্র চীঙজাউদা শাবর আদিবাসীগী য়ুম্নাক তরানিথোই লৈরম্মী। মখোয়না য়ুম তরানিথোই শারম্মী। য়ুমশিং অসিবু বার-ঘারিয়া হায়না খঙনরম্মী। মখোয়না চুম্না দারুবস্ত্র (উকক) অমা ওইনা নীলমাধবপু স্থাপনা তৌরম্মী অমসুং অমাঙ-অতা থোকপদগী কল্লম্মী অদুগা মহেন্দ্র পর্ব্বতকী চীঙদোন্দা লৈবা শবর খুঙ্গংগী শক্রসালা শবরানা লাৎলম্মী।

থাইনা মমাঙ্ঙেদা মাগ শাগেগী ইন্দ্রদ্যুম্ন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্না শবর খুঙ্গংদা লৈবা ইবুঙ্গো নীলমাধবপু নমদুনা লৌনিঙলম্মী। মরম অসিদগী মহাক্না শাবর শক্র শালাবু ফাদুনা থল্লম্মী। অদুবু লাইগী দেব-বাণী অমা লাকপদা শক্রশালাবু থাদোক্লম্মী। হায়রিবা দেব-বাণী অসিনা ইন্দ্রদ্যুম্নদা নীলকনগর (পুরী) দা য়াম্না ব্রাং-চাউরবা লাইশঙ অমা শানবা য়াথং তাউথরম্মী। য়াথং অসিগী মতুংইন্না লাইশঙদি

* অভিধান চিন্তামনি লাঃ ৯ শ্লোক ২৫ দেবকাণ্ড।

শারে, অদুবু লাৎনবা লাইদি লৈত্রে। মরম অসিদা নীলমাধব কৌবা ইবুঙ্ঙো অসি থিননবা বিদ্যাপতী কৌবা ব্রাহ্মণ অমা নেক্রম্মী। মহেন্দ্রগীরিদা লৈবা শবরগী খুঙ্গং তান্না লাক্লে। অদুবু মফম অদুদা লালিতা কৌবী মশক মতৌ চঙখোল্লবী নূপীমচা অমা থেংনদুনা, নুংশিনদুনা লুহোঙলে।

নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্নগী অরোনবা পাউমী অমা ওইনা বিদ্যাপতীনা লাইি অদু থিরকপদা অশৃকপা উমং অমদা লৈরে হায়বা খঙলদুনা নিংথৌদা পাউ পীরুরে অমসুং দারুব্রহ্ম (উকক) অদু পুরক্কুনা লাই শাননবা শবর নহা খরদা শিন্নরক্লে।

নিংথৌগী অনীঙবা মতুংইন্না শেংলবা উকক অদু পুরক্লে হায়রগা পুবীগী মনাক্তা লৈবা বঙ্কিমুহনা কৌবা হিথাঙফমদা পুরকতুনা থাঙদুনা থম্লরে। হৌনবী কয়াগা লোয়ননা অমসুং য়াম্না ভৌখিনা উকক অদু লাই অহমগী মূর্ত্তি শাফম তান্না পুরক্লে। হৌজিকফাওবদা মূর্ত্তি শাফমগী শঙ অসি লৈরি। অসুম হায়না থাজনবী অমা লৈ। মদুদি, ঈশ্বর মশামক্তা অহল মতম ওইরবা উশুবা অমগী শক্তম লৌরগা মূর্ত্তি শাবা লাক্লে অদুগা নিংথৌদা মূর্ত্তি শাবা লোইহ্রিবফাওবা খোঙ হাংদোকপা য়াদে হায়না তাকপিররে। অদুবু হায়রিবা স্বর্ত অদু ঙাক্তবদগী মূর্ত্তিশিং অসি লোইশিন্দনা হৌজিক ফাওবদা অসুম্না লৈরি। নীলমাধবকা পুরোযোত্তম শ্রীজগন্নাথগা অমত্তনি হায়বা অসি উরিয়া বৈষ্ণবশিংগী য়াম্না শীঙথানিঙাই ওইবা বিচারনি। শ্রীজগন্নাথকী মূর্ত্তিগী মওংশিং অসি ব্রাহ্মণ, বৌদ্ধ অমসুং অতে আর্য্য নত্তবা মূর্ত্তি-খুৎশা কয়াদগী লৌখোকপনি হায়বা অসি মথক্তা পঙ্গত্রে।

অসুম তৌনা মফম অসিদা আদিবাসীশিংনা লাৎলম্না লাই কয়া ব্রাহ্মণ ধর্ম্মদা লূপ্তশিনবি। পূম্নমক অসিগী মহুম ওইনা খোরকই, পুরোযোত্তম কৌবা অপূনবা শক্তম অমা। মরম অসিননি হৌজিক ফাওবদা শ্রীজগন্নাথ দেবগী পূজা-পদ্ধতীদা লমদম অসিগী লাইনিং-লাইশোলগী মমি কয়া তরিবা। অদুবু, কাঙবু খরনা ইবুঙ্গো অসিগী পূজাদা অমসুং মূর্ত্তিগী মওংদা বৌদ্ধধর্ম্মগীনা য়াম্না হেন্না মমি তই হায়বা বাফম অসিদি খর হোৎদোকফম খোকই। শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী উপাসনাগী হৌরকফম খিবদা তোঙান তোঙানবা মত ফন লৈদুনসু; মসিদি লমদম অসিদা চৎনরম্না লাইনিঙ-লাইশোল কয়াগী অপূনবা শক্তম্নি হায়বসিদি ইতিহাসকী মচাক কয়ানা সাক্ষি-প্রমাণ ওইরবা ককপা য়াদ্রবা বাফম্নি।

# শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ দেবগী ইতিহাস্

ভৌমশিংনা তোসালীদা খৃষ্টগী নীপালশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদগী তরাশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা ফাওবা পাল্লম্মী। মখোয়গী কোনুংদি হৌজিক্কী জয়পুর নত্রগা বিরাজা ক্ষেত্রদগী পঙলাপ-লাপ্তনা গুহেশ্বর পাটকা কৌবা মফম অসিদা ওইরম্মী। ভৌম শাগেনা পানবা লোইশিল্লকপগী অদুৱাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু মখোয়গী লৈপাক্কী ধর্ম্ম ওইনা লৌরম্মী। দক্ষিণ কোশলাদগী লাকপা সোমাবম্‌সী শাগেগী নিংথৌ মহাশিবগুপ্ত যজাতী অনীশুবগী মতমদা ভৌমশিংগী নিংথৌ খুভম মুনখি। মহাশিবগুপ্ত যজাতী য়াম্না পাঙ্গনবা অমসুং পূকচেল চাউবা নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্না কর্নাট, লাটা, গুরজর, কলিঙ্গ, গৌড় য়াওনা উৎকল অমসুং রাঢ়া হায়রিবা লৈপাকশিং অসি জয় তৌরম্মী। মরম অসিদগী নিংথৌ অসি মরল-মথুম য়াম্না লৈরমগনি অমসুং মতম অদুগী চৎনবী ওইনা মন্দির কয়া শারমগনি হায়না ঐখোয়না লৌবা য়াই। ভৌমশিংনা তাল্লম্বা লম্ভুম পূম্নমক মাগী মখৃত্তা তারমগনি অমসুং হায়রিবা লম্ভুমশিং অসি লাইশঙ কয়া শাবদা শোয়দনা শীজিন্নরমগনি হায়বদা চিংননিঙই লৈতে। অদুগা, মহাক্না ভৌমশিংনা চৎলম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাগোঞ্জরম্মী। মরম অদুনা ভৌমশিংনা লাৎলম্বা লাই কয়াগী লাইশঙ, যজাতীনা লম্ভুম কয়া অসিনা শারম্বা য়াই। হায়রিবা ৱাফম অসিমক মাদলা পঞ্জি কৌবা শাগে-পুয়া অসীনসু প্রমাণ তৌরি। যজাতী কেশারীনা জগন্নাথকী মন্দির অসি শারম্মী হায়দুনা লাইরিক অসিনা হায়। মাদলাপঞ্জি কৌবা লাইরিক অসিদা পল্লিবা যজাতী কেশরীগা মহাশিব যজাতী অনিশুবগা মীশক অমত্তনি হায়না লৌরবদি, মহাক্না অবাং ভারতত্তগী ব্রাহ্মণ কয়া পুরক্লগা মহাক্কী কোনুং জয়পুরদা যজ্ঞ অমা পাঙথোকখি হায়রি। মতৌ অসুম্না হান্না বৌদ্ধধর্ম্মগী মফম ওইরম্বা লমদম অসিদা ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম পুশিল্লকখি হায়বসি উৎলী। মহাক্না জগন্নাথকী মন্দির অসি শাবা হৌগৎলম্বতা নত্তনা মহাক্কী শাগেগী দেবতা মহেশ্বরগীদমক্তা ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজ লাইশঙ অসীসূ শাবা হৌরম্মী। *

মাদলপঞ্জি কৌবা লাইরিক অসিদা ইরিবা অসি ঐতিহাসিক ওইদে হায়দুনা লংথোকপসু য়াদে। মরমদি পুরীগী পুরোষোত্তমগী মন্দির অমসুং ভূবনেশ্বরগী কৃত্তিবাসকী

* প্রচী সমিতিনা উরিয়া লোলদা ফোঙবা মাদলপঞ্জি অমসুং খুৎই ওইনা ফোঙদনা সংস্কৃততা লৈরিবা জগন্নাথকৈফৎ।

মন্দির, হায়রিবা মন্দির অনী অসিনা সাক্ষী ওইদুনা লেপ্তুনা লৈরি। নুংদা হক্তুনা লৈরম্বা কয়ানসু মসিগী প্রমাণ তৌরি।

শ্রীধামগী পুরোষোত্ত্বমবু খৃষ্ট ১০২২-২৩ নোংপোক চালুক্যগী নিংথৌ রাজরাজ অহানবনা লাৎলম্মী হায়বসি নিংথৌনা তৌরম্বা দান অমগী ৱাহৈদোক্তা অসুম্না ইরম্মী ঃ-

"শ্রীধামঃ পুরুষোত্তামাস্যা মহত
নারায়ণস্যা প্রভোর নাভি
পঙ্কেরুহাদ ভাবজগতঃ সৃষ্ট স্বয়ম্ভূঃ সম্মৃত।।"

মসিদগী ঐখোয়না খঙবদি শ্রীধাম নত্রগা শ্রীক্ষেত্রদা লৈরিবা জগন্নাথগী মন্দির অসি ছোড় গঙ্গাগী শাগে-নাতে ওইবা নোংপোক চালুক্য শাগেগী রাজরাজ অহানবনা খেহৈদাজখি। ছোড় গঙ্গা শাগেশিংনা জয় তৌদ্রিঙৈদা উৎকলদা ইবুঙ্গেঙো পুরষোত্ত্বমবু শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা লাৎলম্মী হায়বসি ঐখোয়না মসিদগী খঙবা ঙম্মী। অসুম্না যজাতীনা জগন্নাথগী মন্দির অসি শাবা হৌরম্লগা লোইশিন্দনা থনম্মী। ছোড় গঙ্গানা লোইশিন্দবা মন্দির অসি শাবা লোইশিনখি।

মাদলপঞ্জিগী অতোপ্পা মতাং অমদনা যবনগী নিংথৌ রক্তবাহুনা অচৌবা জহাজ অমা পুদুনা সমুদ্রগী লম্বীদা লাক্লগা পুরীবু চাইথায়রম্মী। মদুদা মীয়াম্না কিরদুনা জগন্নাথকী শ্রীমূর্ত্তিবূ সোনাপুরদা লোত্তুনা থমখি। শতাব্দী অম-তঙ্খায় চপচানা চহী ১৪৬ কী মতুংদা যজাতী কেশরীনা মূর্ত্তি অসি নৌনা অমুক লাৎখি অমসুং অনীশুবা ইন্দ্রদ্যুম্ন হায়বা মিংথোল অসি ফংখি। রক্তবাহু কনানো অমসুং লান্দারকপা অসি করম্বা মতমদনো হায়বগী ৱারী-ৱাখোঙ অদুদি থেহৈনা কান্নদবা মাল্লে হায়না লৌখচদ্রে।*

খৃষ্টগী শতাব্দী তরাগী অদুৱাইদা যজাতী কেশরী অনীশুবনা শাবা হৌরম্লবসু, জগন্নাথকী মন্দির অসি লোইশিন্দনা য়াম্না কুইনা লৈরম্মী। মসিগী মরম য়াম্না লৈরম্বা য়াই। অদুবু মখোয়দী শৈব্য ওইবা মরম্না ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজগী মন্দির "কৃত্তিবাস" শাবদা থৱায় য়াওবগুম জগন্নাথ মন্দির শাবদদি অদুক হাক্লা থৱায় য়াওশিল্লমদে। হায়রিবসিসু মরম অমা ওইরম্বা য়াই। মমৈদা ছোড়গঙ্গা কাঙবুগী শাগেগী নিংথৌ অনন্ত বর্ম্মননা, যজাতীনা শাবা লোইশিল্লমদবা মন্দির অসি শাবা লোইশিন্নবা হোৎনরকপদা গঙ্গা সম্রাজ্যগী প্রষষ্টি ইবশিংনা নিংথৌবু থাগত্তুনা অসুম্না ইরম্মী ঃ

*কৃপ্না থিজিনবীনিংবশিংনা The cult of Jagannath কী লাঃ ৩১-৩২ য়েংবিয়ু।

চৈ কয়ানা পীবা প্রমাণগী মতুংইন্না ওদ্রাদেশকী ভগবান পুরুষোত্তমবু মধ্যপ্রদেশকী মীয়াম্না ফাওবা শক খণ্ডনরম্মী হায়বা অসিনি।

পূম্নমক অসিগী মথক্তা ১০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা পাল্লম্বী, দণ্ডি মহাদেবীনা লম খরা দান তৌবগী সুত্রদা কাশ্যপ্ গোত্রগী ভট্টপুত্র পুরুষোত্তম হায়বা মিং অসি পল্লী। অদুবু, খন্নরিবা মতম অসিদগী ঙনখৎনিংঙায়গী মচাকসু লৈ। নেউলপুরদগী ফংবা সুভাকরদেব অহানবনা ব্রাহ্মণদা লম খর পীবগী দানসুত্রদা পুরুষোত্তম বলভদ্র কৌবা ব্রাহ্মণ অমা অনিগী মমিং থেংনৈ। হায়রিবা কোরী-কোম্পাক অসি খৃষ্টগী ৮ শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অদুরাইগীনি হায়। অদুনদি পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র হায়বশিং অসি মীয়াম্না পাম্নমা লাৎলম্বা মরম্না মচা-মশূশিংগী মমিং থোনখিবনী হায়না লৌবা য়াই। অদুনা পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র হায়রিবা দেবতাশিং অসি খৃষ্টগী ৭ শুবা শতাব্দী অদুরাইদা মূর্ত্তি ওইনা লাৎলমলে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

মথক্কী ৱাফমশিং অসি কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বদু ঐখোয়না য়েংনবা সংস্কৃত সাহিত্যদা মায় অমুক ওনশিল্লসী। মুরারীনা ইবা অনরঘরঘবন কৌবা উপন্যাসকী প্রস্তাবনা অসি পুরুষোত্তমগী রথ্ যাত্রাদা কথোকপা ওইনা তৌই। হায়রিবা ড্রামাগী লাইরিক অসি এসঃ কেঃ দে অমসুং এসঃ এনঃ দাসগুপ্তনচিংবা পণ্ডিতশিংনা ৯শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অদুগা ১০ শুবা শতাব্দীনা হৌগৎলকপা অদুরাইগী ওইনা মতম লেপ্পী। কৃষ্ণ মিশ্রানা ইবা অতোপ্পা, প্রবোধ চন্দ্রোদয় কৌবা সংস্কৃতড্রামাদনা ভগবান পুরুষোত্তম অসি দেবয়ন্ত হায়না শক তাক্লি। হায়রিবা নাট্যকার অসি চন্দাল্লা নিংথৌ কীর্ত্তিবর্ম্মনগী (১০৪১-১০৭০) রাজ কবিনী। দেবয়ন্ত হায়বা অসি পুরীগী পুরুষোত্তম জগন্নাথ্ নত্তনা অতৈ কনা অমগী মিং নত্তে। ড্রামা অসিনা পুরুষোত্তমগী মন্দির অসি যজাতীনা শাবা হৌরগা ছোড়গঙ্গানা লোইশিনখিবনি হায়বা ৱাফম অসি কাঙলি। অদুবু মন্দির অসিগী তাংদাংবা মফমদি লেপ্লমদে।

হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা জগন্নাথকী মরম অসি খৃষ্ট শতাব্দী ১০ দগী ১১ ফাওবগী ইবা তান্ত্রিককী লাইরিক খরদা থেংনৈ। অসুম্না রুদ্রয়ামালা কৌবা তান্ত্রিকী লাইরিক অমদা জগন্নাথকী মরমদা পনবা থেংনৈ। মসিদা নত্তনা ব্রাহ্ময়ামালা, তন্ত্রয়ামালা অমসুং কালিকা পুরাণ হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা পনবা থেংনৈ। অকোনবগী লাইরিক অনি অসিদা দারুরূপী জগন্নাথ অসি উৎকলগী পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী মপুঙ ওইবা লাইনি

হায়না পল্লি। কালিকা পুরাণদদি জগন্নাথ অসি উড্রদেশকী খ্বাইদগী চাউবা লাইনি হায়না পল্লী।

(ক) "ভারতে চোৎকালেদেশে ভূস্বর্গে পুরুষোত্তম ঃ
দারুরূপী জগন্নাথ ঃ ভাক্তানাম ভয়প্রদঃ (তন্ত্রমালা)॥
(খ) জগন্নাথম্ ওদ্রেশম্ চ প্রপূজয়েৎ॥

(কালিকা পুরাণ)

কোঙাদা অমসুং তোশালী হায়রিবা মফমশিং অসিদা ভৌমশিংনা পাল্লম্মী। মখোয়না পানবা লৈহিশিল্লকপা অদুবাহিদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎখি অমসুং মখোয়না পুরুষোত্তম অমসুং বল্লভদ্রবু লৈপাক্কী লাই, রাষ্ট্রদেবতা ওইনা লাৎলম্মী হায়বসি ইতিহাসকী মচাক কয়ানা প্রমাণ তৌরি। মূর্ত্তি খর ফংবনা মরম ওইরদুনা, মফমশিং অসিদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী বজ্রয়ান সম্প্রদায়সু চৎলম্মী হায়না তাক্লি। পুম্নমকসিগী মথক্তা, ভূবনেশ্বরগী মনাক্তা লৈবা হীরাপুর অমসুং বোলাঙ্গীর জীলাগী রাণীপুর অমসুং ঝারিয়লদা "৬৪ যোগিনী পীঠ" অনি থেংনবা অসিনা, উরিষ্যাগী মফম খরদা তান্ত্রিকধর্ম্ম চৎলম্মী হায়না লৌবা য়াই। অমরোমদনা অমুক শঙ্করাচার্য্যনা শৈব্য ধর্ম্ম শন্দোরকুবা হোৎনরকপদগী লৈপাক্তা থোরক্কদবা ইরাং কয়া নমথনবা হোৎনবদা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং বৌদ্ধধর্ম্ম অনী অসি পূনশিন্নবা হোৎনখি। হায়রিবসি ভৌমকরশিংনা পানবা মতমদনি। অসুম্না ভৌমকরশিংনা বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইরেম্বা-লাইরেম্বী কয়াদগী লৌখৎপা মূর্ত্তি অহুম পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র অমসুং স্তম্ভেশ্বরীবু রাষ্ট্রদেবতা (লৈপাক্কী লাই) নি হায়না খনবা মতমদা, হিন্দুশিংনা অমরোমদা মূর্ত্তি অহুম অসি ভাগবত পুরাণগী কৃষ্ণ, বলরাম অমসুং সুভদ্রানি হায়না থাজনরম্মী। মখোয়শিং অসিগা "চক্র" গা মরী লৈনহনবসি নেটভঞ্জদেবগী কোরী কোম্পাক্তা ইবা দান যুত্রদগী থেংনগনি। মদুদি ঃ-

"পুরুষোত্তম চক্র প্রতিষ্ঠায়াম"

শ্রী কেঃ সিঃ পানিগ্রাহিগী মত মতুংইন্না মূর্ত্তিশিং অসি ভঞ্জশিংনা মখোয়গী শাগেগী লাই ওইনা লাৎলম্মী হায়। হায়রিবা খ্বাফম অসি ভৌমগী চৈচৎ ১৯৮ (খৃঃ ৯৩৪) দা, উত্থান দ্বাদশীদা লম দান তৌবগী অহকপা সুত্রদা ইরি। থৌদোক অসি শত্রুভঞ্জগী মতমদনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবদি মতম অদুদা কলিঙ্গ অমসুং খা-ভারততা, মতম অমা

ফনা চৎনরম্বা শ্রীসম্প্রদায় কাওলূপকী বৈষ্ণবধর্ম্মবু ভঞ্জশিংনা লৌরম্মী। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবদি বৌদ্ধগা তান্ত্রিক উপাসনাগা পূনশিন্দুনা শেমখিবা শ্রীসম্প্রদায় কাওলূপকী বৈষ্ণব ধর্ম্ম উপাসনাগা মরী লৈনবা লাইশিংনি, পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা হায়রিবা লাইশিং অসি।

খৃঃ ১১১২ গী অদুৱাইদা ছোড়গঙ্গানা পুরীগী জগন্নাথকী লাইশঙ অসি শাবা হৌখি। হায়রিবা মতমসি সোমবংশীগী লৈপাক্কা কলিঙ্গগা অনি অসি পূনশিনখিবগী মতুং অদুৱাইদনি। মহাক্কা পরম মহেশ্বর হায়বা মিংথোল অসি শিজিন্নখি। মিংথোল অসিমক্তি মঠরাশিংনা পাল্লবা মতুংদা কলিঙ্গশিংনা লৌশিল্লবা তুংদা পরম মহেশ্বর হায়বা মিংথোল অসি শিজিন্নবা হৌরকখ্রবনি। মসিনা প্রমান তৌরিবদি সাঙ্গশিং অসি মৈহৌরোনদগী শৈব্য ওইরম্মী, অদুবু ছোড় গঙ্গাগী মতমদগিদী শৈব্য অমসুং বৈষ্ণব অনী তূনা চৎখ্রে। খৃঃ ১১১১ দগী নত্রগা ১১১২ ফাওবা মহাক্কী কোনুং অসি মুখলিঙ্গম (কলিঙ্গনগর) দা ওইরম্মী। মমৈদা মহাক্কী হৌজিক্কী কট্টককী মনাক্তা হোংলকখি অমসুং মফম অসিদা মহাক্কা খৃঃ ১১৪৭ ফাওবা পাল্লম্মী। হায়রিবা মতম অসিৱাইদনি কলিঙ্গদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি অনৌবা মওং অমা ওল্লকখিবা। তাঞ্জা অসিৱাইদা খা-ভারততা রামানুজনচিংবা শ্রীবৈষ্ণবকী কাওবুনা বিশিষ্ট-দ্বৈতবাদ-কী দর্শণ অসি শন্দোরকখি। খা-ভারতকী চোল অমসুং চালুক্যশিংগা ছোড়গঙ্গাগা য়াম্না লোন্দিন্নরম্মী। মরম অদুনা নিংথৌ অমসুং মাগী মন্ত্রীশিংনা খা-ভারতকী শ্রীবৈষ্ণবধর্ম্ম অসি পান্নম্মী। অদুনা উৎকল জয় তৌর্দ্রিঙৈদদি শৈব্য ওইরম্বনি, অদুবু মহাক্কা নিংথৌ ওইবা লোইশিল্লকপা মতম অদুৱাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌখি।

উৎকলদা পুরুষোত্তম উপাসনাগী মতাঙদা মতম অদুদা লৈরম্বা চয়েৎনবা কয়া, অমসুং শ্রমণ অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা চয়েৎনবা কয়া অদু ধর্ম্মদা চেৎনা থাগোন্নবা নিংথৌরেল ছোড়গঙ্গানা মতাংচানা কনখি। অৱাং-নোংপোক ভারতকী মুসলীমশিংনা মাগী লৈপাক্তা লান্দারকপগী শেম-শাবা অদু নিংথৌ অসিনা খঙখি।* মরম অসিনা বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণ কাওলূপ অনী অসি, লৈপাক্কী স্বার্থদা, চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নহন্দবা য়াদে হায়বা অসি নিংথৌ অসিনা কন্না ফাওখি। লৈপাক্কী ৱায়েল থৌদাদা অমসুং ধর্ম্মদা অকনবা মিৎয়েং চঙবনা মরম ওইরদুনা মাগী লৈপাক অসি মুসলীমশিংনা চহী অহুম খর হেন্না লৌশিনবা ঙমখিদে। মহাক অসি হিন্দুশিংনা য়াব, নিংথৌশিংনসু য়াবা নিংথৌ

* History of Orissa by R.D. Benarjee Vol. I pp. 109-110.

অমা ওইবতা নত্তনা, মরৈবাক নত্তবা শ্রীলঙ্কাগী বৌদ্ধনিংথৌশিংনা য়াম্না ব্যবহার তৌরম্মী। মহাক্না সিংহল (শ্রীলঙ্কা) দা চৎলুবা অমসুং সিংহলগী বৌদ্ধ নিংথৌশিংগা অমসুং কলিঙ্গগী নিংথৌ শাগৈগা চারৌ-মৌরৌনবগী ৱারোল "মহাবংশ" কৌবা লাইরিক্তা থেংনবিগনি।

গঙ্গা ইন্সক্রিপ্সনদগী খঙবা ওন্বদি খৃঃ ১১৪২ দা ছোড়গঙ্গানা লোইশিনখিবনি। তৌবমক্তি পুরীগী জগন্নাথকী লাইশঙসি খৃষ্টগী ১০ শুবা শতাব্দীগী ময়ায়দা যযাতী অনীশুবনা শাবা হৌখিবনি অমসুং খৃঃ ১১১৩ ফাওবা লোইশিন্দনা অসুম্না লৈরম্বদগী ছোড়গঙ্গানা মন্দির শাবসি অমুক পায়খৎলক্কুনা খৃঃ ১১৪২ দা লোইশিনখি। মাগী মচানীপা কামনর্ভাবু যুবরাজ ওইনা শেংলবা মফম অসিদা যজ্ঞ তৌদুনা হাপখি।

লাইশঙ অসি শাবা লোইরবা তুংদা পুরী অসি ভারত পূম্বগী য়াম্না মরুওইবা ধর্ম্মস্থান অমা ওইরক্লে। পুণ্ড্রবর্ধনা (বেঙ্গল)গী নিংথৌ ভোজবর্ম্মদেবনা মাগী উৎসর্গদা ভগবান পুরুষোত্তমবু অসুম্না শৈথাই ঃ-

"ইতিয়াম গুণগাথা ভিতুষ্টো পুরুষোত্তম ঃ
মজ্জয়ন্নিব বগ ব্রহ্ম-মায়া-নন্দ-মহোদধৌ ।।"

জগন্নাথ দেবগী লাইশঙ অসি শাবা লোইশিন্দুনা ছোড়গঙ্গানা রাজনীতি অমসুং ধর্ম্মনীতি অনিগী ওইবা থৌদাং অনী পাওথোক্লম্মী। মমাঙগী নিংথৌশিংনা শাবা লোইশিল্লমদবা রাষ্ট্রদেবতাগী মন্দির অসি শাবা লোইশিন্দুনা কলিঙ্গগী মীয়ামগী পূক্নিং জয় তৌরম্মী। অদুগা মন্দির অসি শাবা লোইশিনবা মরম্না খা-ভারতকী ধর্ম্ম-প্রচারকশিং অমসুং পণ্ডিত কয়াগী মিংয়েং চিংশিন্দুনা মাগী লৈপাক্তা তৃঙনফম ওইরম্মী। মসিদ-নত্তনা মুসলমানশিংনা ওৎ-নৈবদগী-গৌড়, রাধা হায়বনচিংবা মফম অসিদগী হিন্দু অমসুং বৌদ্ধশিংনা কলিঙ্গদা শাইদাংফম ওইখি। মতম অদুগী ধর্ম্ম সাহিত্য কয়াদা পুরীবু অমসুং জগন্নাথবু শৈথাদুনা ইরম্মী। ভারতকী তোঙান তোঙানবা "ধাম" (ধর্ম্মগী অশেংবা মফম) মরিগী মনুংদা পুরুষোত্তম ধামসু অমা ওইরম্মী। "ধাম" মরি অদুদি ঃ-অৱাংদা, হিমালয় চীঙথক্তা লৈবা বদ্রিনাথ; খাদা, রামনাথ ধাম; নোংচুপ্তা, গুজরাট তা লৈবা দ্বারকানাথ ধাম অমসুং নোংপোক্তনা পুরীগী জগন্নাথ ধাম অসিনি। মতমগী মতুংইন্না পুরী হায়বা অসি য়াম্না মরুওইবা তীর্থস্থান অমা ওইরক্লে। মরমদি অতৈ অতৈ ধামশিং অসি দর্শণ তৌরুরবা মতুংদা পুরীদা হেক হেক লৌশিন্নরম্মী।

খৃঃষ্টগী ১২ শুবা শতাব্দী লোইশিল্লকপা অদুব্রাইদা মুসলমানশিংনা অব্রাং অমসুং নোংপোক ভারততা লান্দারক্লম্মী। ইটিয়ার উদ্দিন বক্তিয়ার খীলজী কৌবা নুপা অমনা গৌড় নমদুনা লৌশিন্দুনা লৈপাক ভাকুনা পাল্লম্মী। মতাণ্ড অসিব্রাইদনি গৌড়, মগধ অমসুং বিন্ধ্য চীঙজাউগী ব্রাংমা ফাওবদা মুসলমানশিংনা লান্দাশিল্লকপনা ব্রাহ্মণ্য-ধর্ম্ম অসি খুদোংচাদবা নংলম্মী। মরম অদুনা হিন্দু কয়ামরুম উরিষ্যাগী নিংথৌ গজপতিগী মখাদা শাইদাংফম ওইজখি। গঙ্গা শাগেগী নিংথৌ, ছোড়গঙ্গাগী মশূনীপা রাজরাজ অহুমশুবনা, মুসলমানশিংনা উরিষ্যা হাইজিল্লকপা থিংনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। রাজরাজ অহুমশুবনা মপু ইবুঙ্ঙো ছোড়গঙ্গাগী মতমদগী হৌনা উরিষ্যাবু লান্দানবা হোৎনরকপা, চেডি নিংথৌশিংনা মখোয়গী হোৎনবা অদু অরেম্বা তাখি।

রাজরাজ অহুমশুবগী মতুংদসু মুসলমানশিংনা উরিষ্যাবু খুদুম চন্নবা হোৎনবা অদু লেম্না তোকখিদে। মখোয়না মশীঙ য়াম্নবা লাম্নী অমগা লোয়নননা উৎকল নিংথৌগী মথক্তা লান্দারক্লম্মী। অনিয়ঙ্ক ভীম অহুমশুবা, পাঙ্গল্লবা, মথৌনা-মরৌশিং লৈরবা নিংথৌ অসিনা লক্ষ্মণবতী লানফমদগী হৌরকদবা অদু অরেম্বা তাহনখি। হন্দক্কী মতাণ্ড অসিদগী মুসলমানগী লান অসি ফনা কুইনা লেপ্তুনা লৈখি। অসুম্না গঙ্গাগী যুবরাজ অনঙ্গভীমদেব ৩শুবনা জগন্নাথকী লাইশঙ অসি শেমগৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। মরম অসিমক্তা, মহাকপু জগন্নাথদেবগী লাইশঙ শাখিবা মীশক্তি হায়দুনা "মাদলপঞ্জী"* কৌবা লাইরিক্তা পল্লখ্রিবা অসি। মাগী মতমদগী হৌদুনা পুরুষোত্তমবু নিংথৌরেল, অদুগা মশামকপুনা মহাক্কী প্রতিনীধি ওইনা খঞ্জরম্মী। ছোড়গঙ্গাগুম্না মহাকসু পরমবৈষ্ণব অমসুং পরমমহেশ্বর হায়বা মিংথোলশিং অসি লৌজরম্মী। অদুতসু নত্তনা পরম ভট্টরক অমসুং দুর্গাপুত্র, শ্রীপুরুষোত্তমপুত্র অমসুং রুদ্রপুত্র হায়বা মিংথোলশিং অসি থাগোন্নজখি। অকোনবগী মিংথোল অহুমসিমক্তা পুরীগী মরুওইবা লাই অমসুং লাইরেম্বী অহুম-বিষ্ণু, শিব অমুং দুর্গা (শক্তি) হায়রিবা অহুম অসি লিংখিবনি হায়না লৌবা য়াই। অনঙ্গভীম অহুমশুবা, পুরুষোত্তম, দুর্গা অমসুং বল্লভদ্র হায়রিবা লাই অহুম অসিবু য়াম্না শ্রদ্ধা লৈনা পূজা তৌবা নিংথৌনি। মরম অসিনা মহাক লাই অহুম অসিগীদমক্তা মাগী কোনুং বরাণসী কট্টক নত্রগা অভিনব বরাণসীদা লাইশঙ অমা শারম্মী। মফম অসি হৌজিক্কী মতমদা হায়রগা পুরীদগী মাইল ৫৭ চৎলগা লৈবা কট্টক

---

*মাদল ' ।নাঃ ৩৪

অসি ওইরম্বা য়াই হায়না লৌনরি। নিংথৌ অসিনা অমসুং মাগী ধারানালাশিংনা পুরুষোত্তমগা লোয়ননা সুভদ্রা অমসুং বল্লভদ্রনচিংববু পূজা তৌরম্বনা, মমৈদা অতোপ্পা উপাসনা মওং অমা থোরকখি।*

উরিষ্যাগী গঙ্গা সম্রাজ্যগী মতাঙ খন্নবদা অনিয়ঙ্কভীম ২শুবগী মরমদা পনবদা মতীক ওই। মরমদি অতৈ মমাঙদা হৌখিবা নিংথৌশিংদগী মাগী মতমদনা হেন্না পুরুষোত্তমগী লাইনিং মওং অসি হেন্না কনশিন্না পাঙথোক্লম্মী। ভঞ্জ নিংথৌশিংনা থনম্বা খূৎই-লাইরিক কয়াদগী মখোয় শ্রীবৈষ্ণব সম্প্রদায় অসিবু থাগোন্নজরম্মী হায়বা খংবা ঙম্মী। পুরুষোত্তমগী খূৎলাই ওইনা চক্র নত্রগা চক্রনারায়ণ শিজিন্নবা ওইনা উৎলিবা অসি মতাঙ অসিৱাইদগীনি হায়বা অসি উরিষ্যা যাদুঘরদা লৈবা কয়া অসিদগী খঙবা ঙমগনি। চক্রবু পুরুষোত্তমনা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নরিবা অসিগী ৱাহন্থোক্তি কোন্না নৈনজবা তারে। হৌজিক্কিদমক্তা ওইনা ঐখোয়না খঙবা য়াবা হায়ববু পুরুষোত্তম উপাসনা অসি উরিষ্যাগী সমুদ্র খোঙবান্দা তাবা লমদমদগী হেন্দোক্তুনা লম ফন-য়াম্না পাক-চাউনা শন্দোকখ্রে হায়বা অসিনি।

মদলপঞ্জীগী মতুংইন্না, অনঙ্গভীমদেবনা শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরগী শাসন মওং অসি য়াম্না মমূত্তানা শেম্লম্মী। "ছত্তিস নিয়োগ" কৌবা ইবুঙ্ঙোগী সেবাকারীশিংনা পাঙথোকফম থোকপা শিন্থা ৩৬ অসি য়াম্না ফজনা মচা খায়না তাক্লম্মী।

খৃষ্ট ১৯ শুবা শতাব্দীদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোক্লবা মিসন শেমগৎপা অদুগুম্লদনা, অনঙ্গভীমদেবগী হাক্তক্তা পাঙ্গা প্রথা অসি চৎনবা হৌদোকখি । পাঙ্গাশিং অসিগী মথৌদি মীয়ামদা পুরুষোত্তম উপাসনা শন্দোকপদা নত্তনা, লৈপাক্কা-লৈপাক্কা, নিংথৌগা-নিংথৌগগী মরক্তা মরূপ-মপাং ওইবা (Deplomatic Relation) গী থৌদাংসু লৌরম্মী। পাঙ্গা অমসুং মখোয়গী খোঙলোয়শিংনা থৌদাং অনী পাঙথোক্লম্মী। মখোয়না শ্রীক্ষেত্রদা যাত্রিক কয়া পুশিল্লকপদা নত্তনা, য়েক্লবনা করি-করি মাঙনবা তৌরিবগে হায়বদু নিংথৌগী নাকোংদা য়ৌহল্লম্মী। পাঙ্গাশিংনা

---

* নাগরি কোরী-কোম্পাক্কী মতুংইন্নদি অনঙ্গভীম অহুমশুবনা শাখিবা লাইশঙ অদু হৌজিক্তি লৈব্রে। ১৬ শুবা শতাব্দীদা মুসলমানশিংনা লান্দারকপা মতমদা মন্দির অসি থুগাইরম্বা য়াই হায়না থাজনরি। লাইশঙ অসি হৌজিক্কী কটক সহরগী তুলসীপুর মনাক্তা লৈরম্বা হায় হায়না থাজনরি। মরম অসিদগী মফম অসিবু হৌজিকসু দেৱান সাহি হায়বদি লাইশঙ-লম্বী হায়না খঙনরি ।

তোঙান-তোঙানবা মফমদগী লকাপা যাত্রিকশিংগী মরোল অমসুং চৎন-লোনচৎসু তম্লম্মী। অসুম্না যাত্রিকশিংগী খুদোং চাব-চাদবসু য়েংশিল্লম্মী। অসুম তৌনা মখোয়না পুরুষোত্তম উপাসনা অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা লাইনিং মওং অমা ওইনা ওইরক্নবা হোৎনবদা অচৌবা মৌদাং য়াখি।

অসুম্না য়াম্না শীঙথানিংঙাই ওইবা পাণ্ডা প্রথা অসি অনঙ্গভীমদেব ৪ শুবা হায়না ময়াম্না খঙনবা, অদুগা মশাগী শেল-ময়েক্তদি অনিয়ঙ্ক ভীমদেব ৩ শুবা হায়বসিনা হৌদোক্লম্মী। নিংথৌ অসিনা তৌরম্বা থবক্তি অসিনসু লোইবা নত্তে। জগন্নাথদেবগী লোইশিল্লমদবা মন্দির লোইশিনখিবা অসি মহাক্কী মিংগা শাগোন্নে। মন্দির অসি শাবা লোইশিল্লগা মন্দির অসিগী জগমোহন-নচিংবা শাবা লোইরবা তুংদা, নিংথৌ অনঙ্গভীমদেবনা নিংথৌ ওইনা পানবা চহী ১৫ শুরকপা, ফালগুণগী পানখৎলকপা ১০ নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা মূর্তিশিং অসি জীবন্যাস তৌদুনা মন্দির অসি শঙ্গাখি। হায়রিবা নুমিৎ অসি ইংরাজী কুমজাদা পারবদি খৃঃ ১২৩৫ গী মার্চ তাং ১, শগোলশেল নুমিৎ তাই। হায়রিবা ৱাফম অসি মাদলপঞ্জিগী মতুংইন্না হায়জবনি। অদুগা, স্বামী কান্নু পিল্লাইগী* মতুংইন্নসু নুমিৎ অদু দশমীনা অয়ূক্কী পূঙ ১১ মথাই লোইখ্রগা একাদশীগী পূঙফম্না চঙলকপা মতমদা পাঙথোকখি হায়। অদুনা মাদলপঞ্জিদা পীরিবা ৱাফমগা, ঐতিহাসিক ওইবা মিৎয়েংগদী ফন-য়াম্না নকশিন্নরি। ইবুঙ্ঙোগী মিংদা খুঙ্গং খরসু দান তৌখি। অদুত নত্তনা পুরী অমসুং কট্টকতা লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা লৈজনবা লম খরসু দান তৌখি।

অনঙ্গভীমদেব য়াম্না হৈশিংবা লৈঙাকপা অমা ওইবতা নত্তনা, বৈষ্ণব ধর্ম্মবু চেৎনা থাগোন্নজবা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। মহাক্না বাঙ্গলাগী মুসলমানশিং অমসুং অকোয়বদা লৈবা চালুক্য অমসুং চেদীগী হিন্দু লৈপাক্কী নিংথৌশিংনা লান্দারকপা য়াই হায়না খল্লম্মী। মরম অদুনা নোংপোক্তা অমসুং খাদা গোদাবরীফাওবা শন্দোকখ্রিবা কলিঙ্গ অমসুং উৎকল হায়বা অপুনবা লৈবাক অনী অসি তাইবংপান 'পুম্বগী মপূ ওইবা পুরুষোত্তম জগন্নাথকী মফমদা কখোক্লে হায়না লাউথোক্লম্মী। অসুম্না হিন্দুগী থাজনবী মতুংইন্না লাইগী লমদি শোকপা য়াদে হায়বা লৈবনা, অকোয়বদা লৈবা হিন্দু নিংথৌশিংনা উৎকল অমসুং কলিঙ্গ হায়বা লৈপাক অনী অসিদা লান্দারক্নবা হোৎনরম্বা তোকখি।

---

* Indian Ephimeris By Swami Kann Pillai (Vol. VI p. 72)

অদুবু নোংপোক্রোমগী গৌড়গী মুসলমানশিংগী মখুত্তগী কন্ননবা নিংথৌগী লৈজবা লাম্মী কয়া খোমজিন্দুনা থম্লম্মী। অনঙ্গভীমদেবনা লৈপাক্কী নুতি-নুতিগী ওইবা থৌদোক বাখোক্তি পুরুষোত্তমগী প্রতিনীধি ওইনা পাঙথোক্লম্মী। মরম অসিনা হিন্দু সমাজদা মাগী মমিং য়াম্না বাংনা লৈরম্মী। অদুত নত্তনা উরিষ্যা হায়বা অসি শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী লৈপাক্কি খুৎ-থাবা য়াবা নত্তে হায়না লৌরম্মী। তশেংবমকসু লান্দারকপা কয়াবু য়াম্না শাথিনা মায়থীবা পীখি। মদূ'পূম্বা অদু বিষ্ণু ভগবাননা দণ্ডি পীবনি হায়না লৌনরম্মী। অসুম্না মঁরেবাকপু য়েক্লবগী মখূত্তগী কনবতা নত্তনা লৈপাক্তা, রাজনীতিগী ওইবা অপূনবা শক্তম অমসু শাগৎলম্মী।

খৃষ্টগী শতাব্দী ১৩ লোইশিল্লকপা অদুবাইদা, নরসিংহ ২ শুবনা পানবা মতদা কলিঙ্গদা নরহরি তীর্থ কৌবা কবি অমসুং দাশণীক অমা লাক্লম্মী। মহাক্না শ্রীকুর্ম্মক্ষেত্র, হায়বা, মতম অদুদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মফম ওইরম্বা অদুদা লৈরম্মী। মতম অদুগী চৎনবী অমা ওইনা অঙাং ওইরিবা কলিঙ্গগী নিংথৌ (নরসিংহ দেব) গী প্রতিনীধি ওইনা লৈপাক ঙাকপগী থবক তৌরম্মী। মঁমৈথঙদা নিংথৌ অসি মাগী শিষ্য ওইখি। নরহরি তীর্থনা মহাক্কী গুরু আনন্দ তীর্থনা হায়বা মতুংইন্না, উরিষ্যাদা বৈষ্ণ ধর্ম্মগী মাধ্বা সম্প্রদায় শন্দোকখি। নরহরি তীর্থ হায়বা নীপা অসিবু জগন্নাথ (পুরী) দগী রাম অমসুং সীতাগী মূর্ত্তিশিং লৌরুনবা থারকখিবনি।' শ্রীকুর্ম্মদা ফংবা অরিবা খুৎইগী মতুংইন্না, খৃঃ ১২৮১ দা মহাক (নরহরিতীর্থ) না লাইশঙ অমা শারগা যোগানদা নরসিংহগী মূর্ত্তি স্থাপন তৌখি। শ্রীকুর্ম্মগী লাইশঙ অসি বৈষ্ণবশিংগী অশেংবা মফম ওইবতা নত্তনা উৎকলগী গঙ্গানিংথৌশিংগী গুরুপিঠ হায়বদি গুরুশিংগী অশেংবা মফমনি। লাইশঙ অসিদা লৈরিবা আর্চকাশিং অসি বৈষ্ণবকী রামানুজ সম্প্রদায়গী ভক্ত ঙাক্তনি।" *

অনঙ্গভীমদেব ৩শুবগী মশূশিং - নরসিংহ অহানবা অমসুং ভানু অহানবগী মতমদা উরিষ্যাগী ফীভম অসি য়াম্না ফগৎলম্মী। মখোয়গী লৈজবা লম্বুম সম্পতি পূম্বা

---

[R.G. Bhandakar's Vaisnavism, Saivism and minor religious system - p. 82]

*কলিঙ্গগী গঙ্গা নিংথৌশিংনা মখোয় মখোয়না লৈরম্বা মফমশিংদা রামবু, রামাস্বামী হায়না কৌদুনা পূজা তৌরম্মী। পরম-পরাগী ওইবা চৎনবী অসি হৌজিকসু গঙ্গাশিংগী শৃখাঙ পরলখীমূন্দিশিং (গঞ্জাম জীলা) গী নিংথৌ শাগেনা অদুম পাঙথোক্তি। মর্মাঙ্গেগী ওইবা লাইশঙশিংদা রাম অমসুং সীতাগী মূর্ত্তি থেংনৈ। মসিনা তাকপদি মর্মাঙ্গেদা উরিষ্যাদা রাম উপাসনা চৎলম্মী হায়বসিনি।

লাইশঙনচিংবা শাবঁদা শীজিন্নখি। অহানবগী নিংথৌ অসিনা কোনারক নত্রগা নুমিৎ কৌবা লাইগী মন্দিব অসি উবিষ্যাদা শাখিবনি। কোনারক লাইশঙবু শারম্বা নরসিংহ-না, মহাক্না শাবা লাইশঙদা জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাবু দুর্গা, শিব অমসুং জগন্নাথ অসুম্না পূজা তৌরম্মী। উরিয়াগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা, মাধবকা দুর্গাগা পূন্না লাংমিন্নবসি খ্বাইগা মান্নদবা মওং অমনি। ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিব্রাইদা শৈব্য, শাক্ত অমসুং বৈষ্ণব হায়বিবা সম্প্রদায় অহুম অসি পূনশিনবগী তঙাইফদবা তাঙ্কক অমা লাকখি।

মথক্তসু পঞ্জগ্রে মদুদি মুসলমানশিংনা উরিষ্যা মরুওইনা পুরী লৌশিন্নবা অতৎপা লৈতনা হোৎনরম্মী। ভানুদেব ২শুবা (১৩০৮-১৩২৮) গী মতমদা গিয়াস উদ্দিনগী মচানীপা উলঘ-থাঁনা উরিষ্যাদা লান্দারক্লম্মী। অদুগা জাজনগবদগী শামু নিফূরোম ফাদুনা পুখি (১৩২৩) হায়বি। দীল্লিগী সম্রাট ফিরোজনা বাঙ্গলাগী পাণ্ডুবাদা লান্দারকপা মতমদা মফম অসিগী মুসলমান নিংথৌশিংবু উরিষ্যানা তেঙবাংখি। মতাঙ অসিদা পঞ্জনিঙবা য়াম্না নুঙাইবা ব্রাফম অমদি বাঙ্গলা লৈপাক্কী মুসলমান নিংথৌশিংগা উরিষ্যাগী গজপতি নিংথৌশিংগা লান শোক্লবা মতমদা জগন্নাথ মন্দিরগী পাণ্ডাশিংনা য়াম্না ফজনা তেঙবাংলম্মী। মখোয়না গুপ্তচর (Spy) গী থবক তৌদুনা ফিরোজগী অমসুং অঁতে-অঁতে লাম্নীশিংনা কদোমদা কবি তৌরিবা হায়বা পাউ নিংথৌদা পীরম্মী। জগন্নাথদেবগী পাউজেল পুদুনা মখোয়না ভারতকী মফম খূদিংদা চৎলম্মী লোয়ননা য়েক্লবগী অরোনবা পাউ হেক-হেক পুরক্লম্মী। থবক থৌওং অসি মতম শাংনা ফন ফজনা চখরম্মনি, হিন্দুমশেল য়েংথীনবনা মরম ওইরদুনা হোৎনবা 'পূম্বা অরেম্বা তাখি। মসিগী মহুয় ওইনা ফিরোজনা অনীরকশুবা ওইনা লান্দারকপদদি মায় পাকখী। জাজনগরগী বালি পত্র কৌবা অমদি মশামক য়েক্লবগী মফমদা চঙজখী। অসুযবন হায়বদি মুসলমানশিংনা উরিষ্যা জয় তৌদুনা মফম অসিগী হিন্দুগী লাইগী মূর্ত্তিশিং অমসুং মন্দিরশিং মাঙহনখী। মসিদা মখোয়না শোকপা ঙমখিদবদি জগন্নাথকী মন্দির অসিতনি। হায়রিবা মতম অসিদা দেবতাশিং অসি ময়াম্না শোক্লোইদৌবা মফমদা পুদুনা লোৎলম্মী। হিন্দু অমসুং মুসলমানশিংনা লান শোক্লবা অসি ইংরাজী কুমজা ১৮ শুবা শতাব্দীদা মাহরট্টাশিংনা উরিষ্যাদা পাল্লদ্রিফাওবা চখরম্মী। লৈপাক অসিনা অকা-অকূম কয়া থেংনখী অদুবু জগন্নাথ, সুভদ্রা, বল্লভদ্র অমসুং ব্রাং চাউরবা লাইশঙ অসিদী খুদোংথীবা কয়া অসিনা শোকপা ঙমখিদে।

ভানু মরিশুবগী মতুংদা উরিষ্যাদগী গঙ্গা সম্রাজ্যগী শাগৈ মৃৎথ্রে। শাগৈ অসিগী তুংদা সুর্য্যবংশী শাগৈগী কপিলেশ্বরনা উরিষ্যাগী সিংহাসন কাখি। মহাক অসি মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা অমসুং ব্রাহ্মণ্যধর্ম্মবু হেক য়ারিবমখে ঙাক্লে হায়না খনবা নিংথৌনি। মহাক্না খা-ভারতকী হিন্দুশিংগী স্বার্থদা মতম অদুগী দীল্লিগী সুলতানশিংবু য়াম্না শাখিনা মায়থীবা পীখি। কপিলেশ্বরনা জগন্নাথ দেবগী মন্দিরদা হক্তুনা থম্লম্বা মাগী নিংথৌগী স্নায়াথংশিংনা মহাক অসি কয়ামুক মগুণ লৈবা অমসুং ধর্ম্মদা থাজবা নিংথৌনি হায়বা উৎলী। মন্দিরদা হক্তুনা থনম্বশিংদুগী মরক্তগী অমগী অর্থ অসুম্না হায়ঃ-

"উরিষ্যা কৌবা মফম অসিদা পানবা নিংথৌ খূদিংমক্না সর্ব্বব্যাপী ওইবা ভগবানগীদমক্তা থবক তৌগদবনি। পাপকী মশক ওইবা থবক কয়া থাদোক্লে হায়রগা পুণ্য চেনবা মীশক অমা ওইগদবনি। সর্ব্বভৌম দেবতাগী ফক্তনবা থবক তৌরবা মখোয় পূম্নমক লৈপাক্তগী তাম্হোক্লনি অদুগা মখোয়গী মরল-মথুম লৌহিনা মৎকনি।" মন্দির-ফল্লাংদা অসুমনা লৈপাক নিংথৌগী য়াথং হক্তুনা থম্না হায়বসি ভারতকী ইতিহাসতা য়াম্না তাঙনা থোকপা থৌদোক্নি।

মহাক অসি মপাঙ্গল কনবা নিংথৌ অমা ওইবতা নক্তনা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু ফজনা শৌগৎপা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। পরশুরাম বিজয় কৌবা ড্রামা লাইরিক অসি মাগী মতমদা ইরম্বনি। লাইরিক অসি কপিলেন্দ্রদেবনা দক্ষিনাত্যগী মুসলমানশিংবু জয় তৌবগী মতাঙদা ইবনি। নাটক অসিগী পন্দুপ ৫ গী অহৌবা খূদিংমক দেবতা ৪ অমসুং দেবী ১ গী মিংদা কথোকই। মখোয়শিং অদুদি (১) বিষ্ণু, (২) পুরুষোত্তম, (৩) রুক্মিনী, (৪) শ্রীকৃষ্ণ অমসুং (৫) শিব। মসিনা তাকপদি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা নক্তনা শৈব্য ধর্ম্মবুসু পামজনা তৌরম্মী হায়বসিনি। অদুগা মরিশুবা পন্দুপ অসিনা রুক্মিনীদা ওইনা কথোকপা অসিনা মতম অদুদা উরিষ্যাদা "রাধা উপাসনা" অসি চৎনরমদে হায়বসি শেংনা তাক্লি। ড্রামা অসিদা পৃথিবীগী ক্ষেত্রী 'পূম্ববু মাঙহনখিবা পরশুরামগা কপিলেশ্বরগা চাংদম্নরি। খৃঃ ১৪৫৮ গী অদুব্রাইদা মহাক্কী শক্তি অমসুং চাওখৎপগী থাক অদুব্রাইদা মহাক্কী শক্তি অমসুং চাওখৎপগী থাক অঙকপা ফংনা ব্রাংখৎখি। কপিলেন্দ্রদেবগী মতমদা ইরম্বা গোপী নাথপুরগী মতমদা নৃঙদা হক্তুনা ইরম্বা অদুদা খূঙ্গং অদুগী জগন্নাথদেবগী মন্দির অদুবু য়াম্না ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা ইরম্মী। পঞ্জিব্রিবা অহৎকপা নৃঙগী লাইরিক অসিদা অনীঙবা 'পূম্ববু থুংহন্বীবা মুক্তা চিন্তামনি হায়না শৈথাই। অদুগা মন্দির অসিবুনা মনিমুক্তাশিং অসিবু হাপ্লা তাবুগা চাংদম্লে।

হৌজিক খন্নরিবা নূঙদা হক্সুম্না অসিদগী খণ্ডবদি খৃষ্ট ১৫ শুবা শতাব্দী অদুৱাইদদি সুভদ্রাদেবী অসি ভগবতী দুর্গা ওইনা খন্নরম্মী। হায়রিবা লাইরেম্বী অসি কপিলেশ্বরদেব কৌবা নিংথৌগী মন্ত্রী গোপীনাথ মহাপাত্র কৌবা অমনা শাবা মন্দির অমদা লাৎলম্মী। মহাক (নিংথৌ) না ভগবান জগন্নাথকী মফমদা দান কয়া তৌরম্মী। নিংথৌ কপিলেশ্বর দেবনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১৫ পানবা মতমদা জগন্নাথ দেবগী মন্দিরগী লৈরিবা চেকপল অসি শাম্বিবনী হায়না মদলপঞ্জিদা ইরি। নিংথৌ নত্রগা প্রজাশিংনা অমসুং অচৌ-অশাংশিংনা (খণ্ডাপালা অমসুং সামান্তশিংনা) অৱা-অনা তারকপা মতমদা পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবা ভগবান জগন্নাথকী মফমদা হায়জরগা মখোয়গী অৱা-অনা পূম্নমক কোকই হায়না থাজনৈ। মরম অদুনা ইবুঙ্ঙোগী কৃপাদগী লৈপাক অসিদা অৱা-অনা কয়াদগী কোকই হায়দুনা থাজনবা অমা লৈ।

খৃঃ ১৪৬৭ দা, কপিলেশ্বরগী তুংদা মাগী মচানীপা পুরুষোত্তমনা উরিষ্যাগী নিংথৌ ওই। নিংথৌ পুরুষোত্তম অসি দুর্গাবরপুত্র হায়না খঙনৈ। মসিনা তাকপদি মহাক অসি পঞ্চদেবতাগী সাধকনি। মহাক্না ভগবান জগন্নাথকী সেবাগীদমক্তা স্না-লূপা, লম-তূ কয়া ইবুঙ্ঙো মাগী নুতি-নুতিগী সেবাগীদমক্তা কখোকখি। মহাক্না অসুম্না নিংথৌগী ওইবা স্না-য়াথং লাউথোক্লম্মী, "পৃথিবী অসিনা লৈরিবমখেদী উরিষ্যাগী নিংথৌ খূদিংমক্না, হৌনবী শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ব্রাহ্মণ খূদিংমক্তা অখাকপা লৈতনা দান তৌগদবনি। ব্রাহ্মণ খূদিংমকসু যজ্ঞ তৌগদবনি অমসুং কনাগুম্নবগী মফমদসু নত্ত-ওইদবা চংলোইদবনি। হায়রিবা য়াথং অসিগী মায়োক্তা চৎপা অদুদি জগন্নাথকী মায়োক্তা লাল হৌবনি হায়না লৌগনি। অদুগুম্না মীশক অদুদি য়াম্না চাউবা পাপীনি হায়না লৌগদবনি। পাপ হায়বা অসিদী অতৈ পাপ পূম্নমক্না চপ-মান্ননা লৌগনি। হায়রিবা অসি মীপূম খূদিংগী পূকিনংদা লৈগদবনী অমসুং থবক কন্না শূগদবনী, শূগদবনী, শূগদবনী।"

ভগবান জগন্নাথকী মফমদা মহাক্না কয়ামুক থাজজবগে হায়বদা ইবুঙ্ঙো মঙোন্দা লঙজবা মী মহাক অদুদি মহাপাতকা অমগা পাংখক্লি হায়রম্মী। অদুতসু নত্তনা ধর্ম্ম-শাস্ত্রদা পল্লিবা পঞ্চ-মহাপাতকা অমসুনি হায়রম্মী। মসিমক্না ভগবান শ্রীজগন্নাথকী মফমদা কয়ামুক শ্রদ্ধা-লৈবা মীশক্লো হায়বা অদু উৎলি। মহাক অসি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অমসুং দেবা-দেবীশিংগী মফমদা শ্রদ্ধা লৈবা মীশক অমা ওইবতা নত্তনা, মহাক

অসি লৈপাক্লা শকখণ্ডলবা মপাঙ্গল লৈবা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। মহাক্লা খা-ভারতলোমদা রামেশ্বর ফাওবা মহাক্কী লৈপাক শন্দোক্লম্মী। মহাক্লা বিজয়া নগরদা বিজয়-স্তম্ভ. অমা যুংলম্মী। নিংথৌ পুরুষোত্তম্না অন্ধ্র-প্রদেশকী নোংপোক্তা লৈবা নগল পল্লিদা অগ্রাহরা (শাসন) লিংখৎলম্মী অমসুং মফম অদুদা ভগবান জগন্নাথকী মন্দির অমসূ শারম্মী।

মাদলপঞ্জিদা অসুম্না হায়নবা লৈ। মদুদি, মহাক্লা কাঞ্চীগী নিংথৌবু মায়থীবা পীরগা, নিংথৌ অদুগী মচানুপী পদ্মাবতীবু লুহোঙদুনা লৌখি। ৱারী অমা লৈ, মদুদি কাঞ্চীগী নিংথৌনা রথযাত্রাগী মতমদা পুরীদা লাকপা মতমদা রথকী ফম্বাক অদু নিংথৌনা শুমজিৎ পায়দুনা ৱাই শীত্তুনা লৈরম্বা উবদা, নিংথৌনা তৌরম্মীবা মতৌ অদু উবদা, ভগবান জগন্নাথকী দর্শণ ফাওবা তৌদনা হনখ্রে। ৱাফম অসি উরিষ্যাগী নিংথৌ পুরুষোত্তমগী নাকোং য়ৌখ্রে। শাউবনা মৈহৌরবা নিংথৌনা, কাঞ্চীগী লৈবাক্তা লান্দারে অমসুং য়াম্না শাথিনা মায়থীবা পীরে। নিংথৌ পুরুষোত্তমগা কাঞ্চীগী রাজকুমারী পদ্মাবতীবু ফাদুনা পুরকপদা নত্তনা কাঞ্চীদা লাৎলম্বা গনেশপুসু পুদুনা লাকখি। থৌদেক অসি গুণ্ডিচা মন্দিরদা হক্লগা ইদুনা লৈরি। হায়রিবা গনেশকী মূর্ত্তি অসি, মীয়াম্না থাজনবী মতুংইন্না, হৌজিকসু জগন্নাথকী মন্দিরদা "ভন্দা গনেশ" হায়না কৌদুনা লাৎলি। ভগবান জগন্নাথ অমসুং বল্লভদ্র অনী অসিনা উরিষ্যাগী নিংথৌবু মতম লৈবা খিবিক্তা তেঙবাংদুনতা লাকই; মরম অদুনা হিন্দুশিংনা দেবতাশিং অসিবু অমসুং নিংথৌবু য়াম্না হেন্না ব্যবহার তৌই। সুব্রমনিয়মগী মত মতুংইন্নদি নিংথৌ পুরুষোত্তমনা কাঞ্চি কাভেরীদা লান্দাখিবা অসি খৃঃ ১৪৭৬-৭৭ কী অদুৱইদনি হায়রি। থাঙ্গৈশেংবদি সাক্ষীগোপালগী মূর্ত্তি অসি রাজমহেন্দ্রদগী পুরকপনি। মীয়াম্না থাজনবা অমা লৈ, মদুদি জগন্নাথকী মন্দির দর্শণ তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা সাক্ষীগোপালবু হান্না দর্শণ তৌগদবনি। মসিমক্লা পুরীদা পাল্লম্বা গজপতি নিংথৌশিংবু ব্যবহার তৌবনি।

পুরুষোত্তমদেব হায়বা নিংথৌ অসি কবি কয়াবু য়োকখৎপদা নত্তনা স্মৃতিবু ইবা মীশক অমসু ওইরম্মী। মহাক্লা পানবা মতমদা অভিনভ গীতগোবিন্দ কৌবা সংস্কৃতকী লাইরিক অমসু ইখি। চৎনবী অমগী মতুংইন্না জগন্নাথদেবগী মন্দিরদা জয়দেব কবিনা ইবা গীতগোবিন্দগা, অভিনভ গীতগোবিন্দগা পূন্না জগন্নাথদেবগী

মন্দিরদা শকই।* অদুবু দেবতাশিং অসিবু হকচিন্না থাজবা সাধকশিংনদি ঈশৈ অনীসি পূন্না মন্দিরদা শকমিন্নবদি কয়া য়ানিংদে। হান্নগী গীতগোবিন্দগী মরক্তা অভিনভ গীতগোবিন্দগী ঈশৈ হাপচিনুদা শকই। অদুবু থাজনবা খরগী মতুংইন্নদি অসূম্না ঈশৈ অনী পূন্না শকমিন্নবা অসি ভগবান জগন্নাথনা নিংথৌগী স্বপনদা হায়বদি মমণ্ডদা তাক্লম্বনি হায়রি।

নিংথৌ পুরুষোত্তমগী মতমদা উরিষ্যা সাহিত্যদা নত্তনা সংস্কৃত সাহিত্যসু য়াম্না চাওখৎখি। মতম অসিৱাইদনি উরিষ্যাদা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী ভক্তি উপাসনানা চঙলকখিবা। নিংথৌ পুরুষোত্তমনা থূপখ্রবা তুংদা মাগী মচানীপা প্রতাপরুদ্রদেবনা উরিষ্যাগী নিংথৌ ওইখি। উরিষ্যাদা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মনা চাওখৎলকখিবা অসি মাগী মতমদগীনি। মহাক্লা পানবা মতমদা লৈপাক অসিদা চৈতন্য অমসুং মহাক্কী খোঙলোয়শিং লাকখি। সুব্রমনিয়মগী মত মতুংইন্নর্দি চৈতন্যনা পুরীদা লাকখিবা অসি খৃষ্ট কুমজা ১৫০৯ গী ফেব্রুয়ারী-মার্চ্চ লোন্নবা অদুৱাইদনি হায়রি। মহাক্লা কাশী মিশ্রাগীদা অতিথি অমা ওইদুনা লৈখি। উরিষ্যাগী মীয়াম্নসু চৈতন্যদেবগী প্রচার অসি য়াম্না পাম্লনা তৌখি।

চৈতন্যদেবনা মীওই কয়া অমা দিক্ষা পীখি ; মখোয়গী মনুংদা অমদি নবন্যায়গী পণ্ডিত বাসুদেব সর্ব্বভৌমনি। চৈতন্যনা খা-ভারতলোমদসু চৎখি অমসুং খৃঃ কুমজা ১৫০৯ গী জূন থাদা রায় রামানন্দগা গদাবরী তুরেল মপান্দা ৱারী কয়া শানখি। ভক্তিগী তোঙান-তোভানবা তাঙ্কক কয়াবু রামানন্দনা চৈতন্যদা তাকখি। মসি চৈতন্য চরিতামৃত কৌবা লাইরিক্তা য়াম্না শুগাইনা ইরি। নিংথৌ প্রতাপরূদ্রদেবসু বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী অনৌবামওং অসিদা দীক্ষা লৌখি; লোয়ননা পুরুষোত্তম উপাসনাদা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী অনৌবা ইথিল অসিসু পুশিল্লকখি। উরিষ্যাদা হান্না লৈরম্বা তন্ত্রধর্ম্ম অমসুং নৌনা লাকপা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগা অনি অসি পুনশিন্দুনা ভক্তি উপাসনাগী অনৌবা শক্তম অমা লৌখি। অসুম্বা অহোংবা কয়া অসিনা চৈতন্যদেবগী সেবকশিংনসু অনৌবা মওংগী সাহিত্য অমা পুথোরকখি। চৈতন্যগী পঞ্চসখা কৌবা সেবক অসিনা উরিষ্যাগী সহিত্যদা অনৌবা অওনবা কয়া পুরকপদা নত্তনা লম অসিগী সমাজিক পুন্সিদা অনৌবা ঈনোং অমা হাপ্লম্মী।

---

*O.H.R.J. Vol - VII P.203

চৈতন্যদেবগী মমাঙদা হান্না লৈরম্লবা কবি জয়দেবগী গীতগোবিন্দনা মীয়ামদা অঙকপা ইথিল অমা হান্ননা পীদুনা লাকখ্রবনি। গজপতি শাগৈগী নিংথৌ প্রতাপরুদ্রদেবনা কবি জয়দেববু অমসুং মহাক্কী গীতগোবিন্দবু য়াম্না পামজনা তৌরম্মী। জগন্নাথদেবগী মন্দিরদা জয়দেবগী গীতগোবিন্দ নত্তনা অতৈ অতোপ্পা ঈশৈ শকপা য়াদে হায়বসি মন্দিরগী ফক্লাংদা হঙ্কগা ইদুনা লৈ। ইরম্লিবা অসিবু শ্রী এমঃ এনঃ চক্রবর্ত্তিনা মখাগী অসুম্না অর্থ হন্দোকই ঃ-

"থৌনা লৈরবা, শামুগী মবুঙ্গেঙা, গৌড়বু শাসন তৌদুনা পাল্লম্বা নিংথৌগী ৯ শুবা অঙ্কগী পানখৎলকপা ১০ শুবা তিথিগী ককড়া য়ুমশাকৈশ নুমিত্তা মহারাজ প্রতাপরুদ্রদেবনা অসুম্না স্না-য়াথং তাউথবিখী - ময়াম্বা ইবুঙ্গেঙা বলরাম ঠাকুর অমসুং গীতগোবিন্দ ঠাকুর হায়বদি জগন্নাথকী ভোগ মতমদা জগোই শাগদবনি। জগোই অসি সন্ধ্যাগী ধূপকী মতমদগী বড়শিঙ্গার ধূপ হায়বদি শয়ণ ফাওবা শাগদবনি। বড়ঠাকুরগী জগোই শাগদবা কাঙবু অসি . . . . . . . . . . . গীতগোবিন্দ নত্তনা অতৈ ঈশৈ শকপা য়াদে। অদুগা অতৈ অতোপ্পা মখলগী জগোইসু শাবা য়াদে। জগোই শাবগী মথক্তা, ঈশৈ শকপা বৈষ্ণব সম্প্রদায় মরি অমসু লৈরি। হায়রিবা সম্প্রদায় অসিসু গীতগোবিন্দ নত্তনা অতোপ্পা ঈশৈ শকপা য়াদে . . . . . . . অদুগা অতোপ্পা ঈশৈসু তম্বা য়াদে। খঙনা খঙনা লাইগী সেবারীশিংন অতৈ অতোপ্পা মখলগী ঈশৈ শকহনবা তারবা, নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মখলগী জগোয় শাহনবা তারবদি, জগন্নাথদেবগী মায়োক্তা থওই-উশিত্তবনি হায়না লৌগনি।"*

মথক্তা পঞ্জিরিবা অসিদগী খঙবদি প্রতাপ রুদ্রদেবগী মতমদা জগন্নাথকী মন্দিরদা বড়শিঙ্গারগী মতমদা নাম-সংকীর্ত্তণ তৌবা সম্প্রদায় মখল মরি, জগোয়শাবী অমসুং যন্ত্রখোংবা কাংবু মরি লৈরম্মী হায়বা অসিনী। হায়রিবা কাঙবু অসিদি মতম অদুদা পুরীদা লৈরম্বা মরুওইবা বৈষ্ণব সম্প্রদায় মরি অদুনি হায়না লৌনরি। হৌজিকসু হায়রিবা সম্প্রদায় মরি অসিগী তোঙান-তোঙানবা মথৌশিং মন্দির অসিদা অদুম পাঙথোক্লি। সম্প্রদায় মরি অদুদি ঃ- (১) রামানুজ পন্থি, (২) বিষ্ণুস্বামী-পন্থি, (৩) মাধবা-পন্থি অমসুং (৪) গৌড়িয়া-পন্থি। পূম্নমক অসিনা তাকপদি চৈতন্যদেবনা প্রতাপরুদ্রদেব কৌবা নিংথৌগা শম্নখিবা অসি খৃষ্ট কুমজা ১৫০০ গী অদুৱাইদা নিংথৌ অসিনা পানবা চহী মরি-শুরকপা অদুৱাইদা ওইরম্বা য়াই হায়না থাজনরি।

১। * J.A.S.B. Vol LXII 1898 - Pp. 96-97

২। The Cult of Jagannatha Pp 54-55

পূম্নমক অসিদগী খণ্ডফম থোকপা অমদি শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দিরদা জয়দেব গোস্বামীনা লেংবা গীতগোবিন্দ হায়বা অসি তত্তনা শকই হায়বা অসিনি। বৈষ্ণবশিংনা মসিবু য়াম্না ব্যবহার তৌই। নিম্বার্কা, ভল্লবচার্য্য, শ্রীচৈতন্য অমসুং অতৈ বৈষ্ণব আচার্য্যশিংনা লাইরিক অসি ভক্ত অমসুং ভগবান অনিগী মরক্তা লৈনবা মরীবু রাধা-কৃষ্ণ অনিগী প্রেমধার ওইনা শাগৎপনি হায়না লৌনৈ।

তাঞ্জা অসিগী মতুংদা কাউফদ্রবা উরিষ্যাগী কবি অমা ওইখিবা মমিং লৈরবা মীশক জগন্নাথদাস কৌবা অসিনী। মহাক্না উরিয়া লোন্দা ভাগবত ইদুনা য়াম্না-লায়বা মওংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মচি-ওইবা শরূক কয়া খণ্ডহন্নবা হোৎনখি। মহাক্কী দার্শণীক ওইবা ভাব-ধারা অসি য়াম্না চম্মী, মীয়ামদা লায়না খঙহল্লী। মরম অসিনা উরিষ্যাদা মসিবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌনৈ ; য়ুমথোঙ খূদিংদা মসিবু পাঠ তৌই অমসুং পূজা তৌনৈ। হায়রিবা অসি হৌজিকস্ উরিষ্যাগী খুঙ্গং খূদিংদা তৌনরি। মসিনা তাকপদি মীয়াম্না শ্রীশ্রীজগন্নাথবু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরুওইবা শুমেরুনি হায়না লৌনবা অসিনি। অসুম্না উরিষ্যাদদী বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি গৌড়িয়া সম্প্রদায়গী সুদ্ধভক্তি অদু নত্তে, অমরোমদা জ্ঞান-মিশ্র ভক্তিনি। (জয়দেব কবিগী পোকফম-শাৎফমগী মতাঙদী পায়খচ্চরিবা লাইরিক্তা থোইনা হকচিন্নবা মরী লৈনদে খঞ্জবদগী হাপচদ্রে। মসিগী মরমদা অকূপ্পা ব্বারোল খঙবীনীঙবাশিংনা The cult of Jagannath কী লাঃ ৫৬-৫৭ তগী খঙবীবা তারে।)

উরিষ্যাদা রাধা উপাসনাবু সাহিত্যদা পুশিল্লকপা অসি জয়দেব কবিনা ইহান হানবনি। মহাক্কী মমাঙদা রাধা-কৃষ্ণ উপাসনা অসি অতৈ লাইরিক্তা থেংনদে হায়বা অকনবা মত লৈ। কৃষ্ণ ভগবান অসি বিষ্ণু ভগবানমক্কী। অদুনা ইবুঙ্গো মহাক অসি বিষ্ণুগী অবতারশিংগী মনুংদা চন্দে অদুমকপু খন্নরিবা মতম অসিগী উরিয়া বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণবু বিষ্ণুগী অবতারশিংগী মরক্তা অমনি হায়না হাপচিল্লী। হায়রিবা অবতার অসিবু বিষ্ণু-কৃষ্ণ হায়না মিংথোল্লী। বিষ্ণু-কৃষ্ণ অবতারগী পাম্বোম মরি পাল্লী। শঙ্খ, চক্র অমসুং মুরুলী থোল্লী। অসুম্না নীঙথিজরবা মূর্ত্তি অমা হৌজিকসু ভূবনেশ্বরগী ষ্টেট-ম্যুজিয়মদা লৈ। অদুগা, অতোপ্পা অমনা পুরীগী জগন্নাথ বল্লভ মঠদা সেবা চৎনরী। হায়রিবা মূর্ত্তি অসি জয়দেব কবিগী মমাঙদা শারমগদ্রা হায়না খন্নরি। মরমদি, করিগুম্বা মাগী মতমদা নত্রগা মতুংদা শারম্বা থোক্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিগা শ্রীমতি রাধিকাগী মূর্ত্তিগা

শোয়দনা লোনরমগদবনি। গীতগোবিন্দদা রাধা-কৃষ্ণ উপাসনাগী ৱাফম পুশিল্লুবগী মরমদি, মহাক্কী মতমদগী হৌনা অরিবা বৈষ্ণব সম্প্রদায় অসি অনৌবা বৈষ্ণব সম্প্রদায় অমদা ওল্লক্লে হায়জরুবগী ৱাতনি।*

ভগবান বিষ্ণুগী অবতার ১০ শকপা মতমদা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু জয়দেবনা জগদীশ হরে হায়দুনা হেক-হেক শোল্লী। মসিনা তাকপদি, অবতার খূদিংগী থৌবু ওইবা জগদীশকা হরিগা অমত্তনি হায়বসি জয়দেব গোস্বামীনা উৎপনি। হায়রিবা অসীমক ইন্দ্রভূট্টীনা মাগী লাইরিক জ্ঞান-সিদ্ধি কৌবা অদুদা বুদ্ধদেববুসূ অব্বাহন তৌই। ইন্দ্রভূটীনা "জগন্নাথ" অদুগা জয়দেবনা "জগদীশ" হায়না শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি তান চারুদুনা হায়বা নত্তে। জগদীশ অমসুং জগন্নাথ হায়রিবা অনি অসিমক য়াম্না ময়েক শেংশ্রবা ঙাক্তনি। জগদীশ নত্রগা জগন্নাথ হায়বা ৱাহৈশিং অসি জয়দেবনা হরি ওইনা লৌজে ; অদুগা অতোপ্পা অমদনা বুদ্ধদেববু ওইনা লৌই। উরিষ্যাগী মপূঙ ওইনা পুরিবা জগন্নাথ অসি মতম অদুৱাইদগী হৌনা খঙনরক্লে হায়বা অসি মথক্কী অসিদগী ককফদ্রবনি অদুগা বুদ্ধদেববুনা মতম অদুদগী হৌনা অবতার ১০ গী মনুংদা অমনি হায়না লৌনখ্রে।

সাহিত্যগী চৎনরোল মতুংইন্না জয়দেবগী পোকফম অসি - উরিষ্যাগী পুরী জীলাগী কেন্দুলী হায়বা খুঙ্গংদনি হায়না হায়নৈ। অদুগা লিঙ্গরাজ মন্দিরগী ফক্লাংদা হক্লিবা অদুগী মতুংইন্নসূ জয়দেববু পল্লী হায়না থাজনরি। খৃষ্টগী ১৪ শুবা শতাব্দীদা নারীয়ণ দাসনা ইরম্বা সর্ব্বাঙ্গ সুন্দরী টিকা অমসুং খৃষ্টগী ১৫ শুবা শতাব্দীদা চিতোরগী রাণাকুম্ভনা ইরম্বা রসিকপ্রিয়া টিকা কৌবা লাইরিক অনিমক অসি গীতগোবিন্দগী মরমদা ইবা ঙাক্তনি। অদুবু অৱাবদি, জয়দেবগী গোত্র অসি কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদে। বিলব মঙ্গলা অমসুং কবিকর্ণ-পুরনা লৈরম্বা শ্রীকাকুলম তশেংনা হায়রবদা শ্রীকূর্ম্ম কৌবা মফম অসিদা শ্রীবৈষ্ণব সমপ্রদায়গী মফম ওইরম্মী। শ্রী কূর্ম্মমদগী পঙলাপ লাপ্তুনা, বংশধর তুরেলগী তোর্ব্বন্দা, উরিষ্যাগী করপুট জীলাগী শালিহন্দমদা মহায়না বৌদ্ব কাঙ্বুগী সম্প্রদায়সু লৈরম্মী। হায়রিবা ৱাফম অসি লৈনুংদগী তৌদুনা ফংবা

---

*মন্দির অসিদা পাঙথোক্লিবা সেবা অহুম- অঙ্গিলা, চক্ষু অমসুং মহানায়ক হায়রিবা সেবা অহুম'সিগী মনুংদা অহানবগী অঙ্গিলা নত্রগা পৌরানীক সেবা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। সেবা অসিগী শরূক অমা ওইনা নুমিৎ খদিংগী ধূপ অনীগী মতুংদা জয়দেবগী গীতগোবিন্দ তত্তনা শৰুই।

পোৎশক কয়াদগী ফংবনি। অসুম্না রাধা-কৃষ্ণ উপাসনাগী লম্বী অসি ছোড়গঙ্গানা উৎকল জয় তৌবা মতমদা অমসুং পুরুষোত্তমগী মন্দির অসি শাবগী হাত্তক্তা অওনবা কয়া অসি পুরকখিবনী হায়না ঐতিহাসিক ওইবা ৱাফম অসি লৌবা য়াই। প্রতাপরুদ্রদেবগী মতুংদা, মহাক্কী মন্ত্রী গোবিন্দবিদ্যাধরনা সিংহাসন কায়। মহাক্না সিমহাচলমদা দান খর তৌরম্মী। মহাক্কী দানসুত্র অসি পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা ইদুনা লৈ। মসি এমঃ এমঃ চক্রবর্ত্তিনদি নিংথৌ গোবিন্দ বিদ্যাধরনা ইরম্বনী হায়বনি। অদুবু মমৈদা পণ্ডিত রাজগুরুনদি মসি নিংথৌ বিদ্যাধরনা ইহল্লম্বা নত্তে, অমরোমদা মহাক্কী মচানীপা চক্রপ্রতাপনা ইহল্লম্বনি হায়না কোন্না পুথোকখি। হায়রিবা দানসুত্র অসি উরিয়া লোন্দা ইরম্বনি। মসিগী চাউরাকপা অর্থদি এমঃ এমঃ চক্রবর্ত্তিনা মখাগী অসুম্না হন্দোক্লম্মী ঃ-

"প্রতাপদেব মহারাজনা ভগবান জগন্নাথগী মমাঙদা অমসুং প্রাঙ্গনদা অসুম্না ইদুনা খঙহল্লি, মদুদি - জয় জগন্নাথ, ইবুঙ্ঙো নঙগী নখোঙ খুয়া থম্বালবু দর্শণ তৌনবা লাকপা অমসুং চৎপ নত্তনা, পূম্নমক অসি নরক্কী মশক্লম্বনি। বিন্ধ্য চীঙজাউদগী, উদয়াগীরিদা লৈরিবা, তীর্থস্থান (লম) শিং লোয়ননা মনুংগী অমসুং মপানগী মীওই খূদিংমক ইবুঙ্ঙো মাগী ঙাক্তনি। গুজরাটকী নিংথৌনসু ৱাফম অসি য়াগদবনি। ৱাফম অসিবু য়াদ্রবদী জগন্নাথকী মথক্তা লান হৌবগা চপ-মান্নৈ অমসুং ব্রাহ্মণ অমবু মশামক্না হাৎপগা চপ -মান্নৈ।"

মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমবদি উরিষ্যাগী নিংথৌশিংনা, লৈপাক ৱায়েনবা অমা ওইনা লৈপাক্কী থৌদা কয়া পুদুনসু ভগবান জগন্নাথবু ব্যবহার তৌই হায়বা অসিনি। অদুগা মহাক্কী মখাথাবশিংদা অমসুং মন্দিরদা থবক তৌরিবশিংদা অতৎপা লৈতনা য়াথং কয়া পী হায়বসিনী।

খৃষ্ট শতাব্দী ১৬ শুবগী তংখাইয় য়ৌরকপা অদুৱাইদা উরিষ্যানা খূদোংথীবা কয়ামরুম মায়োক্লবা তাখি। সেৱেলনা মুস্লিমশিংনা ইরম্বা কয়াগী মতুংইন্না, গোলকোণ্ডাগী ক্বালীকুটব শাহনা উরিষ্যাদা লান্দারক্লম্মী অমসুং নিংথৌ গজপতিবু রাজাহমুন্দ্রিদা মায়থীবা পীরম্মী।* হায়রিবা মতম অসি উরিষ্যাগী ইতিহাসকী তাঙ্কক্তা য়াম্না খুদোংচাদবা মতম্নি। মহাক্কী নীঙতম্বা অসি মায়কৈ খূদিংদগী মাঙহনবা য়াবগী মিপাইনীঙাই ওইরম্মী। অৱাং-নোংপোক অমসুং অৱাংলোমদা বাঙ্গলা অমসুং দীল্লিগী

* Histocal Inscription of South India Page 248

মুসলমানশিংনা লান্দারক্লম্মী অদুতসু নত্তনা খারোমদনা গোলকোণ্ডাগী নিংথৌশিংনসু উরিষ্যাদা লান্দারক্লম্মী। অদুবু, লাইবক ফবা হায়বা তারে; মুকুণ্ডদেবগুম্বা মতীক-মথৌনা লৈরবা মীশক অমনা উরিষ্যাগী নিংথৌ ওইনা সিংহাসন কারবদা, লান্দারকপা ময়াম অসি ঙাকথোকপদ নত্তনা বাঙ্গলাগী ময়ায় চবৃক ফাওবা লানশিন্দুনা লান্দারকপশিংবু তানখায়খি। খৃঃ ১৫১৩ দা প্রতাপ রুদ্রদেবনা, বিজয়ানগরগী নিংথৌ কৃষ্ণদেবরাইগী মখুত্তা মায়থীরবদা উরিষ্যাগী রাজনীতিগী ফীভম অসি কাং-খোং চাইরম্মী। মথৌনা কয়া লৈতবা মাগী মচাশিংবুসু খারোমদগী লাকপা মুকুণ্ডদেবনা মপাঙ্গল য়াওদবা নিংথৌমচাশিংবু য়াম্না লায়না জয় তৌখি। নিংথৌ মুকুণ্ড, নোংপোক-চালুক্য শাগেনী। মরম অদুনা, মহাকপু তেলঙ্গনা মুকুণ্ড হায়নসু খঙনৈ। নিংথৌ মুকুণ্ডগী মতমদা বাঙ্গলাগী মুসলমানশিংনা তত্তনা লান্দারকপনা উরিষ্যাদা রাজনীতিগী ওইবা তঙ-তাদবা অমা লৈরগসু, মহাক ভগবান জগন্নাথবুদী য়াম্না চেৎনা থাগোঞ্জে অমসুং মহাক্না পাল্লিঙৈগী মতমদা অৱা-অনা তাবা খুদিংমক ইবুঙ্গোগী মঙোন্দা হেক-হেক শিন্নজে, হায়বদী চঙজে। মুকুণ্ডনা উরিষ্যাদা খৃঃ ১৫৫৯ দগী ১৫৬৮ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মথৌনা লৈবা, পাঙ্গনবা নিংথৌ অমা ওইবা মরম্না, দীল্লিগী মোগলগী সম্রাট আকবরনা মহাকপু মরূপ শান্নরম্মী।

মণ্ডলপঞ্জিগী মতুংইন্না মহাক্না গৌড়গী মুসলমানশিংগা য়াম্না অকনবা লান থেংনরম্মী। তাঞ্জা অসিদা মাগী মখা-থাবা মীওইশিংনা, মরুওইনা রামচন্দ্রভঞ্জ কৌবা অমনা মাগী মথক্তা লান হৌরক্লম্মী। রামচন্দ্রভঞ্জগী মতেংনা মুসলমানশিংনা উরিষ্যাগী মনুংফাওবা তকশিল্লক্লম্মী। তাঞ্জা অসিদা নিংথৌসু উরিষ্যাদা লৈরমদে। খুদোংচাবা অসি লৌদুনা কালাপাহাড় কৌবা মুসলমান লুচিংবা অমা নিংথৌগী কট্টক্তা লৈবা বারাবাটি কৌবা কোনুং ফাওবা লৌশিল্লম্মী অমসুং লৈপাক অসিদা লৈবা লাইগী মূর্ত্তি কয়া থুগাইরম্মী। মহাক্না পুরীগী জগন্নাথ মন্দির ফাওবা লান্দাশিল্লকখি। অদুবু মূর্ত্তিশিং অদুদি মুসলমানশিংনা য়ৌরক্ল্রিঙৈ মমাঙদা অরোনবা মফম অমদা থৈদোক্নুনা লোত্তুনা থল্লম্মী।

মহাক্না পানবা মতম খর অসিগী মনুংদা, মুকুণ্ডদেবনা মহাক্কি মমিংদা ব্রাহ্মণশিংগী শাসনশিং লিংখৎলম্মী। মহাক্না জগন্নাথ, শ্রীকূর্ম্ম অমসুং সিংহাচলমদা দান কয়ামরুম তৌরম্মী। মুকুণ্ডদেব নিংথৌ হায়বসি মতীক-মথৌনা য়াম্না লৈবা নিংথৌনি হায়বসি হায়জখ্রে। মহাক্না নিংথৌ ওইদুনা পানবা চহী ১০ শুরকপা অদুৱাইদা অন্ধ্রপ্রদেশকী,

নোংপোক-গোদাবরী জীলাদা লৈবা দ্রাক্ষরামনা, মশাগী অরূম্বগা মান্নবা মনি-মুক্তা কয়া কচ্চখি হায়। মহাক্না গৌড় হায়বদি বাঙ্গলা জয় তৌরবা তুংদা, মপা-মপুগী অমসুং মশামক্কী পুন্যগীদমক্তা শ্রীপুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী ভগবান জগন্নথাকী মমাঙদা ব্রাহ্মণশিংদা দান কয়া তৌখি। মহাক অসি উরিষ্যাগী ইকোন-কোনবা মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌনি। মহাক্না বাঙ্গলাগী মুসলমানশিংবু য়াম্না শাথিনা তৌখি। মরম অদুনা বাঙ্গলাগী মুসলমানশিংনা উরিষ্যাদা লান্দাগে হায়না খনখিবনী। মরম অসি লৈবদগী কালাপাহাড়না উরিষ্যাগী লাইশঙশিং অমসুং দেবা-দেবীশিংগী মূর্তি কয়া থুগাইনবা লান্দারক্লম্মী অমসুং জগন্নাথ মন্দিরগী মূর্তি কয়া লৌথোক্লগা মৈ থাদোক্লম্মী। হায়রিবা অসি মুকুণ্ডদেবনা শিথ্রবা তুংদা কিওনঝারগী মখা থোংবা নিংথৌ রাজা রামচন্দ্রভঞ্জগা লৌতূনদুনা পাঙথোকখিবনী।

মুকুন্দদেবনা শিরবা তুংদা মহাক্কী মচানীপাবু, রামচন্দ্রদেব ভঞ্জনা তাহোকপিরে। অসুম্না হার্য়নৈ মদুদি, মচানীপানা মাগী মাঙথ্রবা নিংথৌ-খুঙম হৃঞ্জিলহনবীয়ু হায়দুনা সম্রাট আক বরদা হায়জখি। খৎনবা অসি তাইশিলহন্নবা হায়দুনা, আকবরনা রাজা মানসিংহবু উরিষ্যদা থারক্লম্মী। চন্দন-যাত্রা উৎসব পাঙথোক্লিঙৈদা মানসিংহনা পুরীদা লাক্লম্মী। জগন্নাথকী সেবকশিংনা হায়বদা য়ারদুনা, সুদ্র ওইরবসু রামচন্দ্রদেববু উরিষ্যাগী নিংথৌ হায়দুনা লাউথোক্লম্মী। রামচন্দ্রদেব অসি মথৌনা লৈবতা নত্তনা, জগন্নাথদেববু য়াম্না শ্রদ্ধা লৈবা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। মরম অদুনা মহাকপু মুরারী হায়বা দেবতাগা চাংদম্নরম্মী। (ব্বাফম অসি মুকুণ্ডদেব অনীশুবগী মতমদা ইবা মুকুণ্ড-বিজয় গনিত-দর্শণ নত্রগা স্বর-পদ্ধতি কৌবা লাইরিক অদুদা ইরি।)

মাদলপঞ্জিগী মতুংইন্না, রামচন্দ্রদেবনা পানবা ৯ শুবা চহীদা, দেবতা অসিগী মরুওইবা শরূক (বীজ) ব্রহ্ম অসি কুজঙ্গ লানবন্দগী পুরকখি অমসুং দেবতা অসিগী মূর্তি ইনৌ-নৌনা অমুক শাবা মতমদা খুরদা কৌবা মফমদা বনযজ্ঞ পালন তৌখি। হায়রিবা নুমিৎ অসি কাকরা চৈচৎকী ১১ শুবা চহীগী ১৮ শুবা নুমিৎ হায়বদি শ্রাবণ মাষগী পানখৎলকপা (শুক্লা) গী ৯ নি পানবদনি। নুমিৎ অসিদা পুরুষোত্তমগী শ্রীমূর্তি অসি শ্রীমন্দিরগী রত্নসিংহাসনদা নৌনা অমুক লেঙশিনখি। ইবুঙ্ঙোগী ব্রহ্ম (জগন্নাথকী মরুওইবা শরুক) অসি বিসার মোহন্তি পুরা নায়িক কৌবা নুপা অমনা পুরকপনি। শ্রীকেদারনাথ মহাপাত্রগী মতুংইন্না মথক্তা পনখ্রিবা নুমিৎ অসি ইং কুমজা ১৫৭৫ গী

জুলাই তরিখ ১৭ নি। মসিদা নবমীনি, দশমীনি হায়না য়েৎনবা খর লৈ; মদু থোইনা কায়বা লৈত্তে। কালাপাহাড়না মাগী মুসলমান খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা, ইবুঙ্গোগী মরুওইবা মূর্ত্তিবু নৌনা অমুক স্থাপন তৌবগীদমক্তা, নিংথৌ রামচন্দ্রদেবদা অভিনব ইন্দ্রদ্যুম্ন, হায়বদি অনৌবা ইন্দ্রদ্যুম্ন হায়বা মিংথোল অসি পীখি। হায়রিবা ৱাফম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত বাসল্য চরিতম কৌবা সংস্কৃত-ড্রামা লাইরিক্তা পল্লি।

হৌজিকমক্তি ফোঙদ্রিবা, খুৎই-ওইনা উরিষ্যাগী যাদুঘরদা থম্লিবা, চাঁদা কৌবা কবি অদুনা ইরম্বা লাইরিক্তা নিংথৌ অসিবু অসূম্না শৈথাই ঃ-

> "নবদিন যাত্রাশেষে
> জগন্নিবাসে
> নীলপ্রবেসে বাম মন্ উল্লাসে
> অভিনব ইন্দ্রদুমন অবতাবা, যুগে যুগে
> রখিলে কিরতি বিসতাবা
> রামচন্দ্রনরপতি দুর্লভ কীর্ত্তি ঃ. . . . . . . . . "

হল্লধর মিশ্র কৌবা কবি অমনসু, মহাক্লা ইবা বসন্ত-স্তব মহাকাব্যম্ কৌবা লাইরিক অদুদা, নিংথৌ অসিবু ইন্দ্রদ্যুম্নগী অনৌবা শায়োন্নি হায়। হায়রিবা মিংথোল অসিমক মাগী মহুৎ শিলোইবা নিংথৌ বীবকিশ্বর দেবনসু শীজিন্নহৌই। নিংথৌ অসিনা পাল্লিঙৈদো শাক্ত ধর্ম্ম অসি উরিষ্যাদা য়াম্না নিংথিনা চৎলম্মী অমসুং দুর্গাসব চন্দ্রিকা কৌবা লাইরিক অমা ইখি - মদুদা রামচন্দ্রদেব অসি অম্বিকা নত্রগা দুর্গাবু য়াম্না থাজনা ঈরাৎলম্মী।

বীরকিশ্বরদেবনা পানবা মতমদা উরিষ্যাগী নীঙ-খা তম্বা পূম্মাঙ মাঙখি হায়বা য়াই অমসুং লৈপাক্কী ৱায়েল-থৌদা পূম্নমক মোগলগী খূত্তা তাখি। মতম অসিদা উরিষ্যাগী খা-থংবা-পূম্বা, বাহমনি সুলতানশিংগী মখূত্তা তাখি অমসুং মখোয়গী লম অসি খা-থংবরোমদা চিলকা-পাৎ ফাওবা শন্দোকখি। অসিগুম্বা ফীভমদা উরিষ্যাগী ভোয় শাগৈগী ফীভম য়াম্না পাঙলমদে, মখোয়গী লৈপাকসু য়াল্লমদে অদুগা আয়সু ইকা-কারমদে। অদুবু হিন্দুশিংগী মান-সম্মান অমসুং মখোয়গী সমাজদা লৈবা থাক্কী মতুংইন্না, মখোয়বু উরিষ্যাগী ঠাকুর রাজা হায়না খঙনরম্মী। জগন্নাথ মন্দিরদা দর্শণ

---

*লাইরিক অসি ফোঙদ্রি, ভুবনেশ্বরগী ষ্টেট মুজিয়মদা খুৎই ওইনা লৈরি। [হায়রিবা ৱাফম অসি Sri K.C Misra না ইং ১৯৭১ দা ফোংবা লাইরিক্তা ইবনি হৌজিক্তি ফোংলমগদ্রা ?]

তৌদ্রিঁণ্ডেদা নিংথৌ অসিবু হান্না দর্শণ তৌরম্মী। তশেংনা হায়রবদা, আকবর শাহগী মতমদা খুরদাগী ঠাকুর রাজাশিং অসিনা মন্দির অসি পান্নবা, য়েংশিনবা মীশক হায়বদু ওইরম্মী। হিন্দুশিংগী অৱাবা অসি খরমখে কোক্লবা অমসুং কালাপাহাড়শিংনা ওৎ-নৈবদগী কন্নবা হায়দুনা, জগন্নাথবু লুনা থাগোন্নজবা, হিন্দুসু ওইবা মানসিংহবু আকবরনা উরিষ্যাদা থারক্লম্মী। অসুম্না য়ানবা অমগী মখাদা রাজা (নিংথৌ) গী ইকাইখুম্নবা অমসুং থাক 'পূন্বা হঞ্জিন্দুনা, ধর্ম্মগী ওইবা মতাঙদা তেক্ত-কায়দনা থম্লম্মী।

রামচন্দ্রদেবগী তুংদা, জগন্নাথ মন্দিরবু হকথেংননা য়েংশিনবশিংদী বীরকিশ্বরদেব অমসুং মাগী মমাইবেম্মনি। মখোয়না মন্দির অসিবু শেমজিন শাজিনবতা নত্তনা অনৌবা খরসু হাপচিল্লম্মী - খুদম ওইনা হায়রবদা ভোগ-মাণ্ডপ, স্নান-মাণ্ডপ, স্নান-বেদী অমসুং রত্নবেদীবুসু অমুক শেমজিঞ্জখি। কনক-মাণ্ডপ নত্রগা নির্মল্য-মাণ্ডপ অসিসু বীরকিশ্বরদেবগী মবোক-ইবেম্মা রানীনা শাখিবনী হায়নৈ। মহাক্কী রানী পাট্টামহাদেবীনা মন্দির 'পূন্বা অসি অস্তর তৌখি হায়বগী প্রমাণ ফংই। নিংথৌ অসিনা খাদা শম্লোংগী গোপুর নত্রগা গুমতা অমসুং স্নান-বেদীগী শিড়ী অসিসু শেমজিনখি। মহাক্কা মূর্ত্তিশিং অসি সেবা চৎনবা মখল মখলগী উৎসব-মেলাদা চঙগদবা বেষ (ফিজোল) কয়া তূহনখি।

মোগল অমসুং মাহরট্রা অনিগী মরক্তা তৌনবা সন্ধিগী মতুংইন্না, বীরকিশ্বরদেবগী মতমদা (১৭৩৭-১৭৯৩) উরিষ্যা অসি মহারট্রাগী মখূত্তা লৈহনখি। মহাক্না পানবা মতমদা উরিষ্যাগী সর্ব্বভৌম-শক্তি পূম্নমক শিন্নখী। মদুতসু নত্তনা চহী চনিরোম হেন্না মুসলমানশিংগী খূত্তা তারুরবা, মাংথোক্কুনা লৈরুরবা জগন্নাথ অসি নৌনা অমুক জীবন্যাস (শেংদোকপা) তৌখি। মহারাট্রাশিং অসি মহৌশানা হিন্দুধর্ম্মবু য়াম্না চেৎনা থাগোন্নজবা অমা ওইনা, শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উৎসব-মেলা, পূজা-পদ্ধতিনচিংবা পূম্নমক কায়দনা পাঙথোক্লবা হোৎনখি। ইং ১৭৫৫ দা ইবুঙ্গোগী সেবা চৎননবা অমসুং মন্দিরবু তত্তনা মেরামত তৌনবা হায়দুনা নিংথৌগী লঙ্গৈদগী "ছাত্তাইস হাজারী মহাল" হায়না কৌদুনা লূপা লীশিং কুনতরেৎকী শেনফম অমা কাইথোকখী। লাইগী লম অমসুং লৌ-চা খাক্লম্মী, অদুতা নত্তনা লাইগী সেবাদা কোন্নদবা খরচ পূম্নমক নিংথৌগী লঙ্গৈদগী মেনখৎলম্মী। মহারট্রাশিংনা জগন্নাথ মন্দিরগী পরিকোর মনুংদা অনৌবা য়ুম্নচিংবা শারম্মী। কোনারক লাইশঙদগী শীজিন্নবা য়াদ্রবা নূঙ কয়া পুরক্কুনা জগন্নাথকী ভোগ-মন্দির শাবদা হাপচিনখি। অদুগা কোনারক্কগী পুরকপা অরুনা য়ূম্বীবুসু পুরীগী মন্দির মমাঙমক্তদা খিনখি।

খুরদাগী নিংথৌনা মহারট্টা রাজ্যগী মীহুৎ ওইনা লৈরমনীদি হায়ববু, মন্দির সেবাগী মতাঙদদি মহাক্কী খুৎ পঙথিং থিংজিনবা য়ারমদে। চহী অমদা যাত্রিকশিংদগী লাকপা আয় (Pilgrim Tax) লুপা লাক্ষ মাপললোম অসি মহারট্টা সরকারদা অদুম কারম্মী। মসিদগী খঙবা য়াবা অতোপ্পা ৱাফম অমনা যাত্রিকশিংনা লাইদা পৈশা য়াম্না কৎনরম্মী হায়বা অসিনি। লাইশঙ অসিবু য়েংশিন্নবা সেৱাজী পণ্ডিত, জগন্নাথ রাজগুরু অমসুং আমনা পণ্ডিত হায়না কৌদুনা পরিছাস অহুম লৈরম্মী। মখোয়গা প্রহরিশিংগা মরক-মরক্তা হেক-হেক খৎনরম্মী হায়বসি জগন্নাথকী কলেক্টর অমসুং কট্রককী মরমদা য়েংশিন্নবা থম্বা কমিস্নারগী সেক্রেটারীগী মরক্তা চৎনবা চে-চাংদগী খঙবা ঙম্মী। অদুবু খৎনবা পূম্নমক কট্রককী একাদী পণ্ডিতনা ৱারোই হেক-হেক পী। মসিদগী ঐখোয়না খঙবদি মথক্তা পনখ্রিবা পণ্ডিত অহুম অসিনা মন্দিরগী নুতি-নুতিগী ওইবা সেবাদা য়েংশিন্নবনি অদুগা পণ্ডিত অহুম অসিগী মতেংনা কট্রক্তা মীহূৎ ওইনা থম্বা একাদী পণ্ডিতনা মন্দির অসিগী কামদারনি।

খৃষ্টাব্দ ১৮০৩ দা, অথিংবা অমত্তা মায়োক্নবা তৌদনা বৃটিশনা উরিষ্যা অমসুং জগন্নাথকী মন্দির লৌশিনখি। বৃটিশনা মন্দির অসিবু ব্রাহ্মণ অমসুং ভক্তশিংনা ধর্ম্মগী ওইবা থাজজবা কয়াবু ঙাক্নবা অকনবা য়াথং লোর্ড ৱেলেসলীনা বৃটিশকী অফিসারশিং অমসুং সিপাহীশিংদা অকনবা পাউতাক পীরম্মী। মহারাট্টাশিংদা মন্দিরদগী ফংলকপা শেল হায়বদি আয় পীনরম্বগুম্না, বৃটিশ সরকারদা পীরোইদবনী হায়বগী থাজবা পীরম্মী অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা উৎসব-মেলা পাঙথোকপদা অকায়বা কয়া থোক্তনবা য়েংশিনগনী হায়বগী থাজবসূ পীরম্মী। অদুগা মন্দির অসিবু ঙাক-শেন্নবা অমসুং য়েংশিন্নবা বৃটিশ সরকারনা হিন্দু সিপাহীশিং থম্নম্মী। হায়বদি অতোপ্পা ধর্ম্মগী মীওইশিং শীজিন্নরমদে। বৃটিশ সরকারনা লৌশিনবগী অহানবা চহি অমদি মহারাট্টাশিংনা মন্দির সেবাগী মরমদা চৎনরম্বা পথাপ অদু কায়দনা অদুম চৎলম্মী। চাগাদগী চাদিংনা হেনবা অৱাৎপা শেল পূম্নমক সরকারনা হকথেংননা পুরম্মী।

বৃটিশ সরকারনা হেক পায়বা হৌবদগী, মন্দিরগী থবক থৌরম খূদিংমক পরিছাশিংদা শিন্নরম্মী। মতাং অসিৱাইদা জগন্নাথকী মরমদা থৱায় য়াম্না য়াওমনখ্রে হায়দুনা বৃটিশ সরকারবু খৃষ্টান মিসন্নরীশিংনা আলোচনা তৌরম্মী। মরম অসিদগী মূর্ত্তি পূজাগী মতাঙদা লৌরুবা থৌদাং কয়া অদু থাদোক্নগে হায়না সরকারনা ৱারেপ

অমা লৌখি। অসুম্না সরকারনা মন্দিরগী থবক অসি য়েংশিন্নবা পণ্ডিত অহুম খন্দুনা অমসুং হাপ্তুনা, ইং ১৮০৬ কী রেগুলেসন ৪ শুবগী মখাদা শিন্নরম্মী। খৃঃ ১৮০৩ দগী কোকথোক্লুরবা, (Pilgrim Tax) যাত্রিকশিংদগী লৌবা খাজনা অদু অমুক খৃঃ ১৮০৬ তগী লৌবা হৌখি। যাত্রিক-খাজনা লৌবগী মতাঙদা যাত্রিকশিং অসি মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্লম্মী। বৃটিশ সরকারগী মতমদা চহী খুদিংগী মন্দির অসিদগী সরকারগী লঙ্গৈদা লুপা লাক্ষ মখায়দগী অমফাওবা কারম্মী।

খৃঃ ১৮০৯ গী ৪ শুবা রেগুলেসনগী মতুংইন্না, পণ্ডিতশিংগী সভা মূথৎলগা খুরদাগী নিংথৌদা মন্দিরগী থবক থৌরম খুদিংমক শিন্নখী। মদুদগী মহাকপু চারোল-শূরোলশিংনা পুহৌগদবা মন্দিরবু য়েংশিনগদবা মীশক অমা ওইনা অদুম শিন্নখ্রে। সর্ব্বভৌম-শক্তি পীরবা নিংথৌবু তেঙবাংনবা হায়দুনা মরুওইবা সেবারী অহুম হাপ্লম্মী। খৃঃ ১৮০৪ দা লালহৌবগী মরান্দা বন্দি লৈরুরবা খরদাগী রাজা মুকুণ্ডদেব অনিশুবনা, বন্দিদগী থাদোক্লব্বা তুংদা মন্দির য়েংশিন্নবা থবক শিন্নরম্মী। সযকারনা তেঙবাং ওইনা পীবা লুপা ৫৫,০০০/- অদু মন্দির চলাইবদা শীজিন্নগদবনী হায়বা ৱারোল অমসু য়াওরম্মী। 'মলিকানা' হায়না কৌদুনা সরকারনা মাঙোন্দা থা-থা খুদিংগী লূঃ ২,৩৩৩/- চাং কায়দনা পীরম্মী অমসুং পুরীদা লৈগদবনি হায়বা য়াথং অমসু পীরম্মী।

যাত্রিক-খাজনাদগী ফংলকপা পাউণ্ড ৫৯৫৫ অসি মূর্ত্তি লাৎপবু সরকারনা শৌগৎপনী হায়না East India Company না লৌরম্মী। মরম অসিদগী ইং ১৮৪০ দা পাস তৌখিবা Company Act-x গী মতুংইন্না যাত্রিক-খাজনা মুথৎখী অমসুং পুরীগী নিংথৌদা পূম্নমক শিন্নরম্মী; অদুমকপু মন্দিরগী সেবা চৎননবা লুপা লীশিং ৫৫ গী শেলফম অদুদি কায়দনা অদুম পীরম্মী।

ইং ১৮৪৩ দা "সাইতিস হাজারী মহল" হায়না কৌবা শেনফম অদু নিংথৌদা শিন্নখ্রে। মরক অসিদা মন্দির অসিদা আয় য়াম্না লাকপগা অদুগা অতৈ-অতৈ কয়া অমনসু তেঙবাংনরকপগা, অমদি রাজাদা জমিন্দারগী অধিকারগা পীথোকপগা লোয়ননা বৃটিশ সরকারনা হকথেংননা মন্দিরবু য়েংশিল্লম্বদু তোকখ্রে। মসিগী মতাঙদা ট্রান্সফারগী সন্ধি অমা পুরী রাজাগা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগা তৌনখি।

চৈরক অসিদা রাজা বীরকিশ্বরদেব শিখিবনা মরম ওইরদুনা, লুখ্রা ওইহৌরবী সূর্য্যমনি পাট্টমহাদেবী, মাগী পৌষ্যপুত্র দিব্যসিংহদেবনা অঙাং ওইনা পুহৌবা তাখি।

রাজা দিব্যসিংহ দেবনা মী অমা হাৎলুবদগী ইং ১৮৭৮ দা মপুন্সি চূপ্পা জীলা-খারিস তৌবা তাখি। অদুবু ইং ১৮৪০ গী এক্ট ১০ গী মতুংইন্নদি রাজানা বন্দি ফনা লৈদুনসু মন্দির য়েংশিনবা য়াবগী ৱারোল অমা য়াওবনা, মন্দির সেবাগী মতাঙদা চয়েৎনবা অমা থোক্লি। ইং ১৮৮৪ দা, অঙাং ওইরিবা মুকুণ্ডদেবগী মবোক ইবেম্মা অমসুং অবিভাবক সূর্য্যমনি পাট্টামহাদেবীনা দরখাস্থ থারকপদগী, অঙাং ওইরিবা মুকুণ্ডদেবদা 'রাজা" হায়বা উপাধী অসি মপূঙ ফাদ্রিবা নিংথৌমচাদা পীখি। জগন্নাথ মন্দির অসিগীদমক্তা কামদার ওইবা য়ানবা হায়বদি সেবক-রাজা ওইবা য়ানবা রাজা হায়বা উপাধি অসি তঙাইফদে। মীয়ামগী স্বার্থ য়েংদুনা অমসুং মন্দির অসিবু ফজনা য়েংশিন্নবা হায়দুনা সরকারনা কেশ অমা পুখত্তুনা খৃঃ ১৮৮৫ দা সুপরিন্টেন্দেন্ট হায়বা ফম অসি লৌথোক্তুনা "ট্রষ্টি" অমা শেম্লবা থৌরম অমা লৌখৎখি। সরকারনা পুখৎলকপা কেশ (suit) অসিবু য়াম্না কন্না আলোচনা তৌনখি। পাউজেল-চেশিংদা ধর্ম্ম হায়বসি খুদোংথীনিংঙাই ওইরে হায়না ইনরকখি। কলিকতা হায়কোর্টতা সূর্য্যমনি দেবীনা থারকপা দরখাস্থ অসি লোইশিন্দনা লৈরিঙে তাঞ্জা অসিদা, খৃঃ ১৮৮৮ দা য়ানবা অমা পুরকখি। য়ানবশিং অদুগী মনুংদা অমদি রাজানা শারেপ ফাদ্রিফাওবা, মেনেজর অমগী মতেংগা লোয়ননা মহাক্কী মবোক-ইবেম্মনা মন্দির অসি য়েংশিনবা হায়বাসিনি।

রাজা মুকুন্দদেবনা, মপুঙ-মঁরে ফারবদা, মন্দির অসি চল্লাইবদা থোইনা মপুক্লিং চঙখিদে অমসুং মন্দির চল্লাইবদা চঁনেনবা খর লৈখি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা সরকারগী কর্ম্মচারী অমবু মেনেজর ওইনা হাপ্পগী তঙাইফদবা লৈখি। মসিগী মতুংইন্না, খৃঃ ১৯০২দা ডিপুটি মাজিষ্ট্রেৎ রায় বহাদুর রাজকিশ্বরদাসপু মন্দির অসিগী ইহান-হানবা মেনেজর ওইনা খনখী। রাজা মুকুন্দদেব হায়বা অসি বামরা রাজ্যগী নিংথৌমচা অমনি। রামচন্দ্র দেবনা পৌষ্যপুত্র ওইনা য়োকখিবনী। মঁমৈদা অসুম্বা পৌষ্যপুত্র য়োকপা অসি য়াদে হায়না শীঙনখি। মসিগী মহয়-ওইনা, মাগী স্বর্থদা রায় অমা তাবিষ্মূ হায়না রামচন্দ্রদেবনা পাটনা হায়-কোর্টতা দরখাস্থ অমা থাখি অমসুং মদুবু অয়াবা পীখি। অসুম্না রাজা মুকুণ্ডদেবনা শিরবা তুংদা রামচন্দ্রদেবনা মন্দির অসিগী সেবায়ত্ (Superintendent) ওইনা লৌখি। হৌজিক পাল্লিবা রাজা অসি রাজা রামচন্দ্র দেবগী মচা-মশূশিংনি। মঁমৈদা উরিষ্যা রাজ্য বিধান সভানা টেম্পল এক্ট ওফ ১৯৫২ পাস তৌরবা তুংদা মন্দির অসি হৌজিক "বোর্ড ওফ ট্রষ্টিজ" অমনা চল্লাইরি অমসুং বোর্ড অসিগী মনুংদা হৌজিক নিংথৌ, রাজা বীরকিশ্বরদেবসু মেম্বর অমা ওইনা য়াওরি।

# জগন্নাথকী মৈহৌরোল

জন্নাথকী হৌরকফম থিবা অসি অরায়বা নত্তে। ৱারী-ৱাখোঙ ওইনা পঙতম-তম্নবা নত্তনা, বৈজ্ঞানীক ওইনা থিবা তারবদি পঙলায়-লায়বা থবক নত্তে। মসিগী মতাংদা সংস্কৃত সাহিত্যগী বেদ অমসুং পুরাণদা করম্না ইরন্বা হায়বদু ঐখোয়না য়েংশিনবা য়াহি।

ঋগ বেদগী সুক্ত অমদা 'দারু' হায়দুনা ৱাহে অমা য়াওরি।

"অদা যাদ্দারু প্লাবতে সিন্ধু পারে অপূরষম্।,
তদা রভস্ব দুরহনো তেনা গচ্ছ পরসতরম ॥*

সায়নাচার্য্য (খৃঃ ১৩০০-১৩৮০) না সুক্ত-অসিবু অসুম্না অর্থ তৌরম্মি মদুদি, য়াম্না লাপথ্রবা সমুদ্র খোঙবান্দগী খর চৎলগা সমুদ্রগী ঈশিংদা, পুরুষোত্তম কৌবা উগী মূর্ত্তি অমা তাউদুনা লৈরম্মী। মাঙফদ্রবা উ অসিবু মী মহাক অদুনা লাচ্চরবর্দি বৈষ্ণবশিংনা নীঙজরিবা বৈকুণ্ঠ কৌবা ধাম অদু ফংজৈ।

মশানদি য়ানিংদ্রবসূ মতম অদুদা চৎনরম্বনী হায়না থাজনরম্বা অর্থ অমসু মশামক্লা তৌরম্মী। অনিশুবা ব্যাখা অসিগী মতুংইন্না হায়রিবনা - শারোয়-ঙারোয়শিংনা দারু হায়বদী উ অসিবু হি ওইনা তোংলগা অথাপ্পা দ্বীপ অমদা চৎখিগদবনি। হায়রিবা ৱাফম অসিমক চপ মান্নদ্রবসূ খর থৈদোক-থৈজিন তৌদুনা অথর্ব্ব বেদ-দসু য়াওরি। শ্লোক অনিমক অসি বেদ অনিমক্তা য়াওবা অসিমক্তী খরদি নাতৈ হুক্তে, অদুবু পুরুষোত্তম নত্রগা দারু-ব্রহ্ম পূজা অসি নীঙশিংবা থোক্রবা মতমদগী চৎনরক্লে হায়বা অসিমদি ময়েক শেংলে।

সায়নাগী মতমদা উৎকলদা দারু-ব্রহ্ম উপাসনাগী ইথিল অসি য়াম্না কল্লম্মী; অমসুং পুরুষোত্তমগী উগী মূর্ত্তি অসিগী মরমদা মতম অদুগী বৈদ্যিক অমসুং ভারতকী অতৈ-অতৈ পণ্ডিতশিংগী ৱাখল য়াম্না কন্না চিংশিল্লম্মী। পুরুষোত্তম্ তত্ত্বদা রঘুনন্দন্না ঋগ বেদ অমসুং অথর্ব্ববেদদা য়াওবা শ্লোকশিং অসি পুরীগী পুরুষোত্তম জগন্নাথকী মরী লৈননা ব্যাখা তৌই।

---

*স্কন্দ পুরাণ

সায়নাগী মত মতুংইন্নদি ঋগবেদদা য়াওরিবা সুক্ত অহমদি ব্রহ্মগী খুদম লৌবা দারুনি হায়রি। মশক হোংবা য়াদবা ব্রহ্মবু, মশক হোংবা য়াবা, চপ লেপ্তুনা লৈবা মউ, মশাদি মরাং কায়না লৈবা উগা চাংদম্নরী। "বৃক্ষ ইব দিভিতিষ্টেত্যেকা"। মুনি ঋষিশিংনা — উ অসে করম্না উ-দা ওইরমগদগে ? অদুগা উ-অসিনা করম্না উমংদা হৌরি ? অদুগা উ অসিদগী ঈশ্বরনা পৃথিবী অমসুং স্বর্গবু মতৌ করম্না শেমখিবগে ? হায়বগী মতাঙদা সুক্ত অসিদা য়াওরিবা ৱারোল অসিগী মরমদা য়াম্না কন্না খন্নে। সায়না-না সুক্ত অহম অসি কৃপ্না নৈনরবা তুংদা য়াম্না অর্থ চেল্লবা ফল অমা পুথোকখিবনি। মাগী ৱাখল্লোন্দা উ অসিদি মাঙহন-তাকহন ঙমদ্রবা য়াম্না লীরবা ব্রহ্ম-মশামক্তি হায়বসিনি। হায়রিবা সায়নাগী মত মতুংইন্নদি উ অসিবু ব্রহ্মগী মশক তাক্লি অদুগা প্রণভনা ব্রহ্মগী খুদম্নি। প্রণভকী মন্ত্র মরি অসিনা ব্রহ্মগী পাদ মরিবু তাক্লি। মমৈদা প্রণভ-পূজাবু তান্ত্রিককী মওং অদুগী তুংদা পৌরানিক মওং লৌরকখি। মতৌ অসুম্না কাইনথংদা দারু-ব্রহ্ম অমসুং প্রণভ-পূজা অসি বল্লভদ্র, সুভদ্রা, জগন্নাথ অমসুং সুদর্শণ অসুম্না ওল্লকখি। হৌজিক মতমদা চৎনরিবা জগন্নাথ উপাসনাগী য়ুম্ফম ওইবা পদ্ধতি অসি পূম্নমক অসিদগী খঙজিনবা য়াই।

মরম অসিদগী কুইরবা হায়বদি লায়ওইরবা অমসুং অচৌবা উ-শিংবু মীয়াম্না লাই ওইনা পূজা তৌবা অসিদা ঙক্লিংঙাই ওইদে। ঙসি ফাওবদা ভারতকী খুঙ্গংশিংদা অচৌ-অচৌবা খোংনাং অমসুং হরিখাগোক পাম্বী কয়া লাইগুম্না ঈরাৎনরি। মতৌ অসুম্না দারু (উ) গা ঈশ্বরগা মরী লৈনহল্লকপা অসি কুইরবনি। দারু পূজা তৌবগী মতাঙ অসি ভাগবত গীতাদসূ য়াওরি।

উপনিষদ চৎনরকপা মতম লাকপা অদুৱাইদা, সংসারবু শেম্বা অসি পুরুষনী হায়না শৈথানরকই। দারু উপাসনাগা পুরুষ উপাসনাগা অমত্তনি হায়না লৌনরক্লে। পুরুষপু থাবা অসিনা উপনিষদকী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা ওইরক্লে। শ্বেত শ্বেতর[১] অমসুং কৈবল্য[২] হায়রিবা উপনিষদশিংনা পুরুষপু মখোঙ মখুৎ পান্দবা, মীৎ (নয়ন) য়াওদ্রবসু পূম্নমকপুদি উবা ঙম্বা, মনাকোং (কর্ণ) য়াওদ্রবসু পূম্নমক তাবা ঙম্বা অমসুং খঙদবা মাঞ্জরবসু পূম্নমকপু খঙবা ঙম্বা অসুম্না শীঙথনৈ। অসুম্বা পুরুষকী অনৌবা অর্থ অমা হল্লকপদগীদি পুরুষোত্তম অমসুং মহাক্কী লোয়নবশিংগীসু হান্না ওইরমদবা মওং অমা ওইরক্লে।

---

১। শ্বেতশ্বের উপনিষদ ঃ ৩/৯
২। কৈবল্য উপনিষদ - ২১ শুবা মন্ত্র

রামায়ণগী উত্তরাকাণ্ডদা; রামনা বিভীষনদা ইক্ষ্বাকু শাগেগী (নুমিৎ-শাগে) লাই জগন্নাথবু পূজা তৌনবগী ৱা বাল্মিকীনা মাগী রামায়ণদা পল্লী। তশেংনা হায়রবদা হৌজিক ফাওবদসু জগন্নাথকী মন্দিরদা বিভীষণ বন্দাপনা হায়বা পূজা পদ্ধতি অমা য়াওরি। পণ্ডিত কয়ানদি জগন্নাথকী ৱা রামায়ণদা পুশিল্লকপা অসি কোন্না হাপচিল্লকপনি হায়দুনা, য়াদে; অদুবু রামায়ণগী কিস্কিন্ধা কাণ্ডদা মাণ্ডুৱবা সীতাবু থিবা চৎপদা মখোয়না মেরু-চীঙদা চৎপদা থেংনগদবা ময়াম অদু সুগ্রীবনা য়োং-লাম্নীশিংদা পল্লী। পূরীগী মন্দিরদা লৈরমগদবা মূর্তি ময়ামশিং অদুগী মরমদসু পল্লী।* অদুমকপু মসিদসু পণ্ডিত বিনায়ক মিশ্রনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লি।

থায়নদগী চৎনরকপী অমা ওইনা পরুষোত্তম উপাসনাগা ইন্দ্রদ্যুম্নগা মরী লৈনবগুম হেক হেক তৌরকই। মহাভারততসু ইন্দ্রদুম্ন্য নিংথৌগী ৱা অসি ফজনা পল্লী। নিংথৌ অসিনা যজ্ঞ লীশিং অমা তৌখি হায়নে। যজ্ঞগীদমক্তা পুরকখিব ষণবীশিংগী মখোঙতনা হোত্তুনা পৃথ্রী অমা তৌখি হায়বগী ৱারীনবা লে। অমসুং পৃথ্রী অসি ইন্দ্রদ্যুম্নগী মিং লৌদুনা ইন্দ্রদ্যুম্ন-সরোবর হায়দুনা থোনখি।@পৃথ্রী অসি পুরুষোত্তমগা মরী লৈনহনখি। মহাভারততা পল্লিবা 'বেদীগা' অদুগা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবনা হৌজিক-হৌজিক লেঙশিল্লীবা অন্তর-বেদীগা অমত্তনি হায়না লৌবা পণ্ডিত কোঙ্গায় অমনি। অদুগা বেদী অসিগী মতাঙদা তৈত্রেয় সংহিতাদা অসূম্না হায়ঃ- মদুদি,

ইয়ম্ বেদীঃ পরো অন্তঃ পৃথিব্যা
অয়ম যজ্ঞো ভূবনস্য নাভিঃ।
পৃথিব্যাঃ প্রধাণবত্যাঃ ভূম্যঃ পরোহন্তঃ
পরাত্মা পরজ্যাবযম্ ইয়ম বেদীঃ
নাহি ভেদ্যাতিরিক্ত ভূমিরস্তি ॥

(অর্থঃ- বেদী অসি পৃথিমাতাগী অরোইবা খাইদগী খল্লবা মফমনি। মফম অসি যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পীবগী খাইদগী মরুওইবা মফম্নি। মসিদি পৃথিবীগী খোয়দৌনি। বেদী অসিগী ৱাংমদা পৃথিবীগী অতৈ মফম অমা অমুক লৈত্রে।)

---

@ মহাভারত অহুমশুবা সর্গ অধ্যায় ১৯৮ শ্লোক ১
*বাল্মীকি রামায়ণ (উত্তরাকাণ্ড - ১০৮ - ২৮
"কিম চান্যাদ্বাকতু মিছামি রাক্ষযেন্দ্র মহাবলঃ।
আরাধায়া জগন্নাথম্ কুলা দাইবতম্॥" C.J. p. 98

অদুমকপু মহাভারততা অমসুং উপনিষদ-তা হায়রিবা বেদীগা, জগন্নাথকী রত্নবেদীগা অমত্তনি হায়না লেপকদবা অসিগী মরমদা থিনিংঙাইি ওইবা মচাক কয়ামরুম ব্বাংলি। অন্তরবেদীগী মতাঙদা বিষ্ণু ধর্ম্মত্তর পুরাণদা হায়রিবা ব্বাফমশিং অসি নৈনবদা নাঁতৈ-হুক্তবা হায়বা অদুদি ওইরোই। মসিদা হায়রিবা (যজ্ঞেসু দেবয়াজন্ন অন্তরবেদী প্রাকৃর্তিতঃ) মসিনা মফম অসি যজ্ঞ তৌফম্নি হায়বা তাক্লে। মহাভারতকী ব্বাসি তোপ্না থল্লগা, স্কণ্ড পুরাণগী মতুংইন্নদি শ্রীজগন্নাথদেবগী অন্তর-বেদী অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজনা মথক্তা পঞ্চখিবা যজ্ঞ লীশিং অমদু পাঙথোক্লবা তুংদা ওইরমগনি হায়না লৌবা য়াই। মহাভারতকী শান্তিপর্ব্বদা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উপাসনাগী মরমদা অসুম্না ইরি ঃ

নারদেণ তু সম্প্রাপ্তহঃ সরহস্য সসম গ্রহঃ
এসোধর্ম্ম জগন্নাথাৎ সাক্ষাৎ নারায়নাৎ নৃপঃ।
এবেমেষ মহানধর্ম্ম সতে পূর্ব্বনৃপতম্
কপিতো হরিগীতাষু সমসা বিধি কলপিতঃ ॥

পুরুষোত্তম হায়বা মিংলেন অসি লৌদুনা খ্বগবেদগী মতমদগী হৌদুনা, কলিঙ্গগী সমুদ্র খোঙবান্দা লৈবা ইবুঙ্ঙো অসিবু খঙনরক্লবনী। মহাভারতকী মতমদা ইবুঙ্ঙোগী উপাসনা অসি লৈরম্মী-লৈরমদে হায়বগী য়েৎননিংঙাই ওইবা ব্বাফম কয়ামুক লৈরি; অদুবু পূম্নমক অসিনা তাকপদী শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উপাসনা অসি য়াম্না লিরবনি হায়বা অসিমদি পূম্নমকশিং অসিনা প্রমাণ ওইদুনা অদুম্মক লৈরগনী।

পুরাণশিংদা পুরুষোত্তম ক্ষেত্র অমসুং জগন্নাথ অসি করম্না পল্লম্বগে হায়বদু ঐখোয় য়েংসি। পুরাণশিংগী মনুংদা মৎস্য পূরাণ অসিনা খ্বাইদগী লিরবনি হায়নৈ। হায়রিবা পুরাণ অসিদা ইবুঙ্ঙোগী ব্বা পল্লী। অদুবু জগন্নাথকী মূর্ত্তিগী মরমদা নত্রগা ইন্দদ্যুম্ন মহারাজগী মতাঙদি ব্বা অমত্তা পল্লমদে। মৎস্য পুরাণদা পল্লিবদি পুরুষোত্তম ক্ষেত্রদা বীমলা কৌবী দেবীগী মূর্ত্তি লৈ হায়বা অসিতনি। অদুবু মতুংদা ইরকপা পুরাণশিং, মরুওইনা বিষ্ণু, অগ্নী, পদ্ম, নারদ, ব্রহ্ম, স্কণ্ডনচিংবা পুরাণশিংদদি ইবুঙ্ঙো জগন্নাথ করম্না স্থাপন তৌখিবা, করম্বা মফমদা লৈবা হায়বনচিংবা অসি য়াম্না শুগায়না ইরে। মথক্কী পুরাণশিং অসিদদী মফম অসি কয়ামুক শেংবা, মন্দির অসিনা কমদৌনা শাখিবা; ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজনা করি থৌদাং য়াখিবা হায়বনচিংবা অদু মরীক-চূম্না ইরে।

অগ্নী পুরাণগী অধ্যায় ১৩ শুবদা বিষ্ণু, বল্লভদ্র অমসুং ভদ্রা (সুভদ্রা) অমদি মখোয়গা লোয়নবা সুদর্শণ (চক্র), পঞ্চজন্য (শঙ্খ), শ্রীপুষ্টি অমসুং অতৈ-অতৈ। পুরুষোত্তমগী তরেৎ থোক্লা খায়বা মূর্ত্তিশিং অসিবু নীলাদ্রি মহৃদয়না অসুম্না তাক্লম্মী। মূর্ত্তিশিং অদুদি শ্রী(পুষ্টি), ভূ, মাধবা, চক্র, চক্রী, অবনিভৃত (অনন্ত বল্লভদ্র), ভদ্র (সুভদ্র)। অদুনা অগ্নী অমসুং নীলাদ্রি মহৃদয় হায়রিবা পুরাণ অনি অসিনা ইরম্বা চাউরাক্লা মান্নরম্বগী মরমদি মখোয়না ইরম্বা মতমদা পুরীগী মন্দির অমসুং মূর্ত্তিশিং অসি লৈরম্লে হায়বগী চাউরাকপা মওং অমা তাক্লি।

ইন্দ্রদ্যুম্নগী* ৱা থোইদোকপা পন্দনা পদ্ম পুরাণদা পুরুষোত্তমগী মতীক মগুণ অমসুং মন্দির অসি কয়াগী মতীক শেংবা হায়বদু তাক্লি।

ব্রহ্মপুরাণদা জগন্নাথদেবগী মরমদা অসুম্না ইরি। মদুদি, ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রদা লাক্লগা সংকর্শণ, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথ অহুমসি মানা শাজবা মন্দিরদা স্থাপন তৌরে। ব্রহ্মপুরাণদা ইহান-হানবা ওইনা মূর্ত্তিশিং অসিগী মমিংশিং অসি মচা-খায়না পল্লম্মী। পুরুষেশ নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা অসিনা নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমঙদা সমুদ্রদা তাউদুনা লৈরম্বা দারু হায়বদি উ অদুবু তাক্লি। ব্রহ্ম পুরাণদা ৱারী পরিং চথরকপদা নীলমাধব, সনাতন, বাটারাজা হায়বনচিংবা অসিসূ শীজিন্নরি। ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌগী মতাঙদা ব্রহ্ম পুরাণদা পল্লিবা অসিগা নারদ পুরাণদা পল্লিবা অসিগা অমত্তা ওইনা তৌই। অদুবু স্কণ্ড পুরাণদা পল্লিবা অসিবুদি খর কূপথনা নৈননিংঙাই ওই। স্কণ্ড পুরাণগী ৱারী অসিদি শাংমনবা মরমদগী হাপচদ্রে। স্কণ্ড পুরাণমক নত্রগসু শ্রীমিশ্রাগী The cult of Jagannath কৌবা লাইরিক (লাঃ ৭৬-৭৮) পারগা অদুম খঙবিগনী। অদুগা মপূঙ ওইবা ৱারী পরিংদি করম্না শ্রীবিষ্ণু ভগবাননা দারুগী মওংদা লৈরম্বদগী ভগবানগী লাইফাওদগী মূর্ত্তি অহুম অসি শাখিবনো হায়বা অদুনা মপূঙনি। মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্ননা করম্না মূর্ত্তি অহুম অসি শাদুনা লাৎখিবনো হায়বদু হঞ্জিন্না হায়বা থোক্লগদ্রা অমসুং পাবিরিবশিংগী স্বার্থ মাঙগদ্রা হায়বগী কিজবা অমসু লৈজরে। অদুগা তশেংনা হায়জবা তারবদী স্কণ্ড পুরাণদা ইরিবশিং অসিদি মহাভারত অমসুং অতৈ পুরাণশিংদা ইথিবশিং অদু পুল্লপ খোমজিল্লগা ইবা ঙাক্তনি। স্কণ্ড পুরাণদা ভগবান পুরুষোত্তমগী

---

* পদ্ম পুরান পাতাল খণ্ড ১৮ শুবা অধ্যায় পুম্নমক।
(The Cult of Jagannath app. 75-76)

ৱারী লীরকপদা, অঁতে পুরাণদা পন্দবা অমসুং খেন্নবা খরদি উবা ফংই। মদুদি, পদ্ম পুরাণদা পুরুষোত্তম অসি ভীল জাতীশিংনা লাৎলী হায়বগী মহূত্তা, শাবরশিংগী দেবতানি হায়দুনা স্কণ্ড পুরাণ-না পল্লী। অমরোমদা হায়রগা বিশ্ববাসু কৌবা শাবরগী নিংথৌনা মূর্ত্তি অসিবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা লাৎলম্মী হায়বা অসিনি। অদুগা মহাভারততা শীজিন্নবা ৱাঁহৈ, বেদীগী মহূত্তা স্কণ্ড পুরাণদনা মহাবেদী অন্তরবেদী হায়বা ৱাঁহৈশিং অসি শীর্জিন্নে। পুরীগী মন্দিরগী মহাবেদীদা লেঙশিল্লিবা মূর্ত্তি অসি মরিনি চতুর্থা মূর্ত্তি অসুম্না পল্লী। বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথদা কৎলিবা মন্ত্রশিং অসিসু তোঙান তোঙাল্লি মথং-মনাউ নাইনা (পুরুষসুক্তা, দেবীসুক্তা অমসুং অষ্টিকায়ারা) হায়বা মন্ত্রশিং অসিনি হায়বসি স্কণ্ড পুরাণদা পল্লী। অদুগা মূর্ত্তি অহুম অসিগী বর্ণ, মখোয়না থোল্লিবা ফিজেৎ-নমখাং অসিসু য়েংশিনবদা মতীক ওই। অদুগা মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং-মতৌ করম করম তৌবা হায়দুনা স্কণ্ড পুবাণদা পল্লিবা অসিসূ নৈনবদা য়াম্না কান্ননিংঙাই ওই।

সংস্কৃত লোন্দা ইবা অঁতে অতোপ্পা লাইরিক খরদসু পুরুষোত্তম ধাম, পুরুষোত্তম, সুভদ্রা অমসুং বল্লভদ্রগী মরমদা থেংনৈ। মখোয়শিং অদুদি - বাঢ়স্পত্য সুত্রম, কপিল সংহিতা, তীর্থ-চিন্তামনি, ক্ষেত্র মহাত্ম্য, নীলাদ্রি মহোদয়, পুরুষোত্তম চন্দ্রিকা, রুদ্রয়ামালা, অন্ত্রয়ামালা, পুরুষোত্তম তত্ত্ব, সৌভাগ্য মুঞ্জুষা, অসিনচিংবা। অদুবু নীলন্দ্রি মহদয় নত্তনা, পুরুষোত্তমগী ৱাফম অসিদী স্কণ্ড পুরাণদা পল্লিবা অদুগা অম্মা ওইনা অদুম তৌই। অদুনা লাইরিকশিং অসিদা পল্লিবশিং অসিদি স্কণ্ড পুরাণদা পল্লিবশিং অসিগা পণ্ডখেন খেন্নদে।

পুরুষোত্তম জগন্নাথকী পূজা পদ্ধতী কয়াগী মরমদা নীলাদ্রিমহদয়দা য়াম্না ফজনা ইরি। স্কণ্ড পুরাণদা লীরিবা ৱারী পরিংগী মতুংইন্না, শ্রীমন্দির অসি শাগৎলবা মতুং নুমিৎ ১৪ নি চোম্বুরগা সপ্তমূর্ত্তি নত্রগা মূর্ত্তি তরেৎ চোংথোরকখি। মখোয়শিং অদুদি পুরুষোত্তম জগন্নাথ, বল্লভদ্রা, সুভদ্র, সুদর্শণ, মাধবা, শ্রীদেবী অমসুং ভূদেবীনি। অকোনবগী অহুম অসিদি স্কণ্ড পুরাণদা হান্না য়াওখ্রবা মরী অদুগী মথক্তা হাপচিল্লকপনী। নীলাদ্রি মহদয়বু ইবিরিবা অসিগী ৱাখলদা পুরুষোত্তম পীঠ-বু সপ্তবর্ণ পীঠ ওইহন্নিংলম্বদগী ওইরম্বসু য়াই। মরমদি, অদুম্না তৌরবদি তাপীনীজদা য়াওরিবা বৈকুণ্ঠ-ধামগা সপ্তবর্ণদা য়াওরিবা বৈকুণ্ঠ-ধামগা মান্নহনবা য়াগনি।*

---

*মুক্তি চিন্তামনি অমসুং পুরুষোত্তম তাপনি - অধ্যায় ২শুবা লাঃ ৩৭

মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং মতৌ বর্ণনচিংবা কয়া হান্না ইরম্বা লাইরিকশিংদা কয়া থেংনদে। অদুবু নীলাদ্রিমহদয় কৌবা লাইরিক অসিদদী থেংনৈ। মসি খণ্ডজিনবদা য়াম্না নুংঙাইনীঙাই ওই। মসিদা শ্রীজগন্নাথকী মওং-মতৌ কমদৌবা করম্বা মওংগী মূর্ত্তি খূৎশানো হায়বা অদু তাক্লি। লাইরিক অসিগী মতুংইন্না, ইবুঙ্ঙোগী বর্ণ (কুচু) অসি অতিয়া মচূগুম্না নীম মচু মাল্লী। নয়ন (মীৎ) না থম্বাল মনাগুম্না কোয়দানৈ। স্কণ্ড পুরাণদা হায়বা অদুগা য়াম্না খেন্ননা, জগন্নাথ অমসুং বল্লভদ্রগী পাম্বোম অনী পাল্লী। অনী অমনা লোত্তুনা লৈ। বল্লভদ্রগী চরণ অনী উদে গুপ্তপাদনি অদুগা মকোক তরেৎ লোঙবা লীলনা কোকথক্তা খাল্লী; অদুগা বর্ণ (কুচু) না কুন্দ নত্রগা থা নত্রগা মোইবুংগুম্না ঙৌশ্রোক ঙৌই। নয়ন (মীৎ) না থম্বালগুম য়ুংশাংনৈ। সুভদ্রাগী খূৎনা মখাদা থাধে; য়াইঙং মচুনি। সুদর্শণগী মূর্ত্তিদি যুম্বীগুম্মী; মাদি পূক্লিং হকচাং লাকশিনবা ঙম্বা জীতেন্দ্রিয়নী অদুগা অতে মূর্ত্তি মচা মচাশিংদি মওং অমত্ত ওইনা তৌবগুম উই।

উরিয়া সাহিত্যদা জগন্নাথকী মবমদা কবি কবি ইরম্বগে হায়বদু নৈনবমদবা থোক্লবদি অৱাৎপা অমা হায়বদু ওইবগনি। মরম অদুনা মায়কৈ অসোমদা অমুক ঐখোয় য়েংশিনবা য়াই। মতাঙ অসিদা খৃষ্টগী শতাব্দী ১৫ শুবা অদুৱাইদা শাববী নাবায়ণ কৌবা শাবরশিংগী পিবা-অহলনা পানবা মতমদা শারলা দাস কৌবা পণ্ডিত অমনা মহাভারত* অমা ইরম্মী। শারলা দাসনা জগন্নাথ উপাসনা অসি মাধব নত্রগা নীলামাধব, অদুগা থায়নঙৈদা শাবরশিংনা শাবরী নারায়ণ হায়না খঙনবা অদুদগী হৌরকপনি হায়না ইরম্মী। ৱারী অদুদি অসুম্না তৌই জরা শাবরগী মচানীপা বাসু শাবরনা (বিশ্ববাসু) মখোয়গী কাঙলূপকী ওইবা পারী-পুরীগী লাই মাধবকী নূঙগী মূর্ত্তি অসি লোন্না কনা খঙহন্দনা লাচ্চরম্মী। লোন্না পূজা তৌবা অসি মাধব কৌবা ইবুঙ্ঙো অসিমক্কী য়াথংদগীনি হায়না লৌনৈ, মরমদি কলি যুগতদী মহাকপু (লাই অসিবু) লোন্না-থূপ্না পূজা তৌবা অসি পার্মজে; অরোনবা অসি করিগুম্বা ময়ামদা তাকথোক্লবদি মাগী শাগৈ পূম্নমক মাঙহনগনি হায়না বাসু (নিংথৌ) দা কিহল্লম্মী। শারলা দাসনা অসিগী মতুংদা কাঞ্চীগী নিংথৌ গালমাধবকী ৱারী অমসু অমুক পুশিল্লকখি। নোংমা বসু হায়না মিঙ্গৌবা নিংথৌগী রাজ পুরোহিতনা শাবর-পল্লীদা নীলমাধব কৌবা ইবুঙ্ঙো অমা লোন্না-থূপ্না লাৎলি হায়না নিংথৌদা পাউ তম্লম্মী। গালামাধব নিংথৌনা মাগী পূজারী বসুবু নীলমাধবকী লৈফম থিরুনবা থাখিরম্মী। বসুনা বসু শাবরাগা মরূপ শাশিন্নরে অমসুং লাইফম অদু তান্না মমীৎ খুমজিল্লগা

* শারলাদাসনা ইবা উবিয়ালোনগী মহাভাবত, মুশালী পর্বব পূম্নমক।

পুদুনা চৎখিন্নরে। অসুম্না চৎপসিদা মপূক ফত্তবা গালমাধববকী পূজারিনা লম্বীদা চেঙ-হুবাই খর থাদ-থাদদুনা চৎলম্মী। অসুম্না মহাক্না কোন্না অমুক লোন্না লাকপা য়ানবা লম্বী ফাংলগ্রে। নীলমাধববকী অরোনবা লৈফম অদু গালমাধবনা মাগী লাইশী পূজারি বসুদগী খণ্ডোক্লবা তুংদা, লাই অদু মাগী ওইরগে হায়না নীওলদুনা শাবর পন্সীশী মথক্তা লান্দানবা লাগী পুদুনা চৎলম্মী। অদুবু অওকপা হায়দুনি লাই অদূর্দি লৈরমদ্রে। নীলমাধব ভগবান-না জরা (বসু শবরগী মপা) দা ভগবান মশামক বুদ্ধ ওইনা নীলগীরিদা অবতার তৌগে হায়রম্মী। লাইফমদগী মাঙখিবা লাই অদু তাকউ হায়দুনা গালমাধবনা শাবরশিংদা লান্দারে। অকনবা লাম্বেংনরে অদুগা মীকোক অমখক্তং নত্তনা শাবর পূম্বা তুম্না হাংলে। হিংহৌরিবা মী অদুনা শাবর পূম্নমকপু তুম্না হাংপা গালমাধবতা, মাগী বংশ পূম্নমক মৃৎপা ওইসনু হায়দুনা শাপ তৌরে। চৈরক অসিদা লৈহৌরিবা শাবর অসিদি ভগবান্দা শ্রদ্ধা য়াম্না লৈবা মীনি। মাবুদি হাংপা য়াদে হায়দুনা আকাশতগী লাউথরক্রে। অসুম্না গালমাধববকী ব্বরী লোইখ্রে। মখাগী ব্বীদি ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী ওইনা শমথরক্রে।

ইন্দ্রদ্যুম্ন বিষ্ণুবু য়াম্না থাজজবা মীশক অমা ওইরম্মী। অদুনা কৃষ্ণ উপাসনাগী মরমদা জরাগী মফমদগী তাজবদগী মঙোন্দা অওকপা ইথিল অমা ফাওখ্রে। পুরীদা লৈবা ঘমেশ্বর মহাদেবদা পূজা কচ্চরবা মতুংদা মহাক্না মন্দির শাবা লোইশিন্নম্মী। অদুবু মন্দির অসিদা করম্বা মূর্ত্তি লেঙশিনগদগে হায়বা অসিদা মাগী চিন্তা ওইরম্মী। ইন্দ্রদ্যুম্ননা জরাগা ব্বা তানরম্মী অমসুং জরানা বিষ্ণু ভগবানগী তত্ত্বায়দং মৈ চাকথোকখ্রবা দেহ (হুকচাং) অদু রোহিনী কুণ্ডদা লৈরি হায়দুনা হায়রম্মী। জরা (শাদানবা) গী তেন্না পান্নবা শ্রীদেহ অদু মৈ থাবদা, মৈনা লোইনা ব্বায়দ্রিবা হুকচাং অদু সমুদ্রদা লংথোকখিনবা আকাশতগী য়াথং অমা লাউথরক্লম্মী। পূম্নমক তুমদ্রিবা শ্রীকৃষ্ণগী দেহ অদু অসুম তাউথরকপনা রোহিনী কুণ্ডদা মীয়াম হৌদুনা হোংনবদা রোনীহি কুণ্ডদগী লৌখৎপা ঙমদ্রবা তাঙ্গাদা, শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমঙদা "মহামেরু-গুপ্নবা" দারু অসি অচম্বা উকক্ নত্তে শ্রীকৃষ্ণমক্কী পিণ্ডনী (হুকচাং) নি মসিবু লৌখৎকে হায়রবদী জরা শাবরগা বাসু ব্রাহ্মণগা অনী পূন্না থাদুনা লৌখৎহল্লুচো হায়রম্মী। মঙতাক অসীমক ইন্দ্রদ্যুম্ননা ইল্লে। "জরা" অমসুং "বাসু" অনীনা দারু অদু সমুদ্রদগী লৌখৎপা ঙম্রে। মতাং অসিদা ঙক্লিংঙাই ওইবা ব্বাফম অমদি - মী লীশিং-লীশিং হৌদুনা চিংখৎপদা ঙমদ্রবা দারুবু সভ্যতা মান্নদবা মীওই অনী হায়বদী আর্য্য অমসুং অনার্য্য অনীখক্তনা পুল্লগা লৌখৎপা ঙমখিবা অসিনী।

দারু অসিদগী করম্বা মূর্ত্তি শাগদগে হায়বা অসিদা ইন্দ্রদ্যুম্নদা য়াম্না চময়বা অমা পোক্লে। মরম অদুনা মহাক্না ভগবানগী য়াথং অমুক নিরক্লে। মমগুদা ভগবান লেগুবিরক্লে। জরাবু মূর্ত্তি শাহল্লু হায়না তাকপিরম্লে। ইন্দ্রদ্যুম্ননা হায়জবা মতুংইন্না, জরানা মূর্ত্তি শানবগীদমক মন্দিরদা চণ্ডম্লে। মূর্ত্তি শাবা অসিদা ফীভম য়াম্না শোক্লবা ব্রাহ্মণ অহল অমসু যাওরম্মী। দাক অসিদগী খ্বাইদগী চাউবা অমা, য়াইমরপ্পা অমা অমসুং খ্বাইদগী পীকপা অমা, অসুম্না মূর্ত্তি অহুম শারে। লাইশাবগী নুঙথং মখোল তারক্লবদা ওইংওমদ্রবা ইন্দ্রদ্যুম্ননা হোৎচিনখিদুনা মন্দিরগী থোঙ অদু খংহাং হাংদোক্লুরে। ইন্দ্রদ্যুম্ননা তোঙান-তোঙানবা বর্ণ (মচু) গী মূর্ত্তি অহুম - অঙৌবা, নাপু-মচু অমসুং অমুবা মচুগী মূর্ত্তি অহুম বেদীদা লৈবা অদু উকরে।

জবাগা লোয়নরিবা ব্রাহ্মণ অদুদা মূর্ত্তিশিং অদু করি-করিনো হায়না ইন্দ্রদ্যুম্না হংবদা, ব্রাহ্মণ অদুনা, অঙৌবা অসিনা শিবনী; নাপু অসিনা ব্রাহ্মানি অদুগা অমুবা মূর্ত্তি অসিনা ইবুঙ্গেঙা শ্রীকৃষ্ণমক্কি হায়না খুন্নম্মী। সারলাদাসনা মূর্ত্তি অহুম অসি সত্ত্ব, রজ,তম ঃ- ত্রিগুণগী প্রতিক খুদমনি হায়না মাগী মত পী। অদুগা মহাক্না লীবা ৰারী পবিংগী মতুংইন্না ব্রাহ্মানা সুভদ্রা ওইনা নুপীগী শক্তম লৌরিবা অসি মর্মাঙ্গেঙদা ব্রহ্মা মশামক্কী শাপ অমা লৈবননী হায়।* মূর্ত্তি অহুম অসি করম্না পূজা তৌগদগে হায়বসু ইন্দ্রদ্যুম্নদা তাকপিরম্মী। সারলাদাসনা মাগী লাইরিক্তা অসুম্নসু ইরি মদুদি ঃ- জরাগী ধারা-নালানা দৈত্য হায়না খঙনখি অদুগা বাসুগীনা ব্রাহ্মণ পূজারীশিংনি। হায়রিবা কাঙলূপ অনীমক অসি জগন্নাথকী মন্দির সেবাদা পূন্না অসুম তৌমিন্নরি।

নীলাম্বর দাসনা ইবা দেউলাতালা হায়বা লাইরিক অসিদনা মথক্তা পনখ্রিবা অসিগা খর ওন্ন-তৈনে। হন্দক্কী লাইরিক অসিদনা মালব দেশকী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্ননা বিদ্যাপতিবু মূর্ত্তি অসি থিরুনবা থারকপগী মতাঙদগী খংহৌ হৌরে। শাবরগী পিবা অহল বিশ্ববসুগী মচানুপী ললিতাগী মতেংদগী, বিদ্যাপতিনা মূর্ত্তি অদু থেংনরে। পাউ অসি তাবদা, ইন্দ্রদ্যুম্ননা লাম্মী তেঙ্গোল অচৌবা অমা পুদুনা উরিষ্যাদা লাম্দরক্লে অদুগা বিশ্ববসুগা কট্টক জীলাগী বাক্কী হায়বা মফম অদুদা উনরে। মখোয় অনী মরূপ শান্নরে। অদুবু নীলমাধবতী মাঙম্রে। ইন্দ্রদ্যুম্ন নুমিৎ ২১ নি চরা হেক্লে। মদুদা পেল্লদুনা নীলমাধব ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমঙদা ফাওরক্লে। সমুদ্রদা তাউদুনা লৈরিবা দারু (উকক) অদু লৌখৎলু অদুগা বিশ্বকর্ম্মাবু মূর্ত্তিশিং শাহল্লু হায়না তাকপপিরম্লে। বিশ্বকর্ম্মানা মূর্ত্তি শাবা

---

* প্রেমভক্তি ব্রহ্মগীতা ৫ শুবা অধ্যায় অমসুং রসকল্লোল লাঃ ১ (প্রচি ইডিদন্)

লোইদ্রিফাও থোঙ হাংদোক্কনু হাযনসু তাকপিবল্লে। অদুবু মাগী মহাবানী গুণ্ডিচানা তকশিনবদগী হাযনখিবা মতম শুদনা থোঙ হাংদোক্লুবে। অসুম তৌদুনা মূর্ত্তি অহুম হাযবদি :- বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথ অহুম্মক্কী তঙ্খায়দং লোইশিল্লীবা অসিনি হাযনা নীলম্বব দাসকী লাইবিক্তা ইবি।

গৌডীয বৈষ্ণবশিংগী ৱাবীনা মযাম অসিদগী অমুক থৈনবে। নোংমা শ্রীকৃষ্ণগী পট্টমহিশি নীপালনা নন্দগী শঙ্গায মনুং ইচন-চনবা কাদা বৃন্দানা (খব অমনা বোনিহীনি অদুগা খব অমনা দেবকীনি হাযনৈ) ইবুঙ্গো কৃষ্ণগী লীলা মযাম্নু লীবা অদু তাবম্মী। অতে অতোপ্পা নীপা অমত্তা চঙহল্লকপা যাদে হাযদুনা সুভদ্রাবু থোঙ শঙদুনা লৈহল্লম্মী। বৃন্দাবনগী লীলা অমসুং গোপীশিং অসিগী মতিক-মগুণ কযামুক লৈবা; হাযবগী ৱাবী মতাং চত্থবকপা অদুৱাহিদা, কৃষ্ণ-বল্লবাম থুংলবে। ইমুং চঙগে তৌবদা সুভদ্রানা থিংলে। ইমুংদা লীনবিবা ৱাবীশিং অদু তাবদা-মহাভাব অমসুং সাত্ত্বিক বিকাবগী মখল নীপাল যৌবকপগী অদুৱাহিদনী; ঙাঙন-শক্লবিবা মযাম অদু তাবিবা সুভদ্রা অমসুং মবুং অনীমক পঙশুম শুন্দ্মৎখ্রে। মখোয অহুমগী শাওং-শাদাদা অহোংবা কযা লাক্লে। মখোঙ-মখূৎ খূদিংমক অসুম অসুম পীকশিনখ্রে। ভক্তিগী ওইবা ৱাফম কযা অদু তাবদা ঙকখিবনা মমিৎশিং অদু লাওথোবক্লে। বাধাগী মহিমা তাবা মতমদদী মখোযগী অবয-মূর্ত্তি হোংবগী পঙ্খো যৌবে।

অসুম্না অঙকপা ফংলবা, অৱাংবা থাক্কী ভাব-না লাকহত্তুনা মমীৎ লাওথোকপা, মখোঙ-মখূৎ যাওদ্রবা কৃষ্ণ-বলবামনা নাক-যেৎ লৈবগা সুভদ্রানা' যাযদা লৈবম্বা মতাঙ অসিদা নাবদ মুনি থুংলবে। অসুম্বা ঐশ্ববীক (devine) ওইবা ফীভম অসিদা, নাবদনা মখোয অহুমগী মখোঙদা তুবদুনা, অসুম্বা মূর্ত্তিশিং অসি কলি যুগকী মীয়ামদা দর্শণ পীনবিযু হাযনা নিজবম্মী। নাবদনা হাযজবা অসি তাবিবদুনা, কলি যুগতা নীলাচল (পুবী) দা মূর্ত্তি অহুম অসিমক উবা ফংগনি হাযনা তাকপিবম্মী। অসুম্বা পৌবাণীক্কী ওইবা থৌদোক অসিবু কাহ্নাই খুন্তিযনা মাগী লাইবিক মহাভাব প্রকাশ (অধ্যায় অহুমশুবা) দা সনাতন গোস্বামীগী বৃহৎ ভাগবতামৃতদগী লৌথোক্লুনা ইবম্মী।

মন্দিব অসি শাবা অমসুং মূর্ত্তিশিং অসি স্থাপন তৌবগী মতাঙদা শিশুকৃষ্ণদাসনা ইবা দেউলতোলা হাযবা লাইবিক অদুদসু খবর্মখৈদি ইবি। ৱাবী মপূঙদী মথক্কী অসিগা চাউবাক্লা মান্নববসু ইন্দ্রদ্যুম্না নীলমাধবকী মূর্ত্তি থিবদা কযামুক ৱাখিবা হাযবা অদু লাইবিক অসিদা ইবি। ইন্দ্রদ্যুম্ননা থাখিবা পাউ লৌবা কাঙবু মবিগী মনুংদা, বিদ্যাপতিনা বিশ্ববসুগী মচানূপী ললিতা লৌদুনা লীলমাধবকী লৈফম থেংনবে অদুগা নীলমাধবসু মহাকপু দারু-

ব্রহ্মওইনা নীলগীরিদা পূজা তৌজৌ হায়না তাকপিরক্লে। তাকপিরম্বগী মতুংইন্না, ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা মন্দির শারে অমসুং পশুধার তৌনবা ব্রহ্মাবু স্বর্গদগী লেঙথবিরকউ হায়জরে। ব্রহ্মা লেঙলকপদা মতম য়াম্না চঙখিবা মরম্না মন্দির অদু লৈঙোইনা হাজিন্দুনা লৈম্রে; মমৈদা গালমাধব নিংথৌনা লৈঙোইনা হাজিল্লবা মন্দির অদু শেংদোক্লে। অদুগা, মন্দির অদু মানা শাবনি হায়না কন্না হায়জিল্লক্লে। অসুম্না ইন্দ্রদ্যুম্ন অমসুং গালমাধব অনীগী মরক্তা কন্না খৎনরে। মসিগী ৱায়েলদী ব্রহ্মানা তৌরে। অচুম্বা অদু খঙদোক্লবা "কাক ভূষণ্ডা" কল্পবট-তা চত্তুনা হংলুবদসু ইন্দ্রদ্যুম্ননা শাবনি হায়রক্লে। অদুদগী অমুক ইন্দ্রদ্যুম্ন পৃথিদা চৎখিদুনা মদুদা লৈরিবা লায়ওইরবা থেঙ্গু ময়াম অদুদসু হংলুরে। ইন্দ্রদ্যুম্ননা শাবা তশেংবনী; মন্দির অসি শাবগী নৃঙ হোনবদা মখোয়গী মনঙ্গন অদু নৃঙদৌনা কল্লবনি। অদুগা নৃঙ অমুক্কসু হোল্লু হায়রক্লনী হাযবা কিবদগী পৃথি অসিদা থেঙ্গু ওন্দুনা লৈরিবনি তাকপিরক্লে। অসুম্না গাল মাধব মায়থিরবদা ব্রহ্মানা লাইশঙ অদু পশুধাব তৌরে। মূর্তিশিং লেঙশিল্লবা তুংদা ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা বর মরিখক নিজখি। বরশিং অদুদি অহানবদা, বিশ্ববসুগী মচা-মশূশিং অসি দৈত্য হায়না কৌদুনা জগন্নাথকী ফিজেৎ-লৈতেং, মরুওইনা বথ যাত্রা অমসুং অনবসরাদা থৌদাং য়াঙ্গবা ওইসনু। অনীশুবা বরনা -ললিতাগী ধারা-নালাশিংনা সুআর (শুপকার) হায়না খঙনদুনা জগন্নাথকী লূকহৌবা পুজারী হায়বদু ওইসনু; অহুমশুবা বরনা-বিদ্যাপতিগী ধারা-নালানা, জগন্নাথকী পূজা কৎপা পূজারী-ব্রাহ্মণ ওইসনু; অদুগা মরিশুবা বরনা মাগী চাদা-নাওদা লৈববদি ইবুঙ্ঙোগী মন্দির অসি মপা-মপুগীনি হায়রক্লনি অদুনা মচা-পোকহনবিগনু হায়দুনা নিজবকপা বরশিং অদু 'ধন্যনী ইন্দ্রদ্যুম্না' হায়রগা জগন্নাথনা লোইনা পীনবিখি। অসুম্না ইন্দ্রদ্যুম্নগী মশাগী ওইজবা থাদোকপা অসিগীদমক্তা শিশুকৃষ্ণদাসনা থাগত্তুনা ইরি।

জগন্নাথ দাসনা ইবা "দারু-ব্রহ্ম-গীতা" দা মথক্কী ৱারীশিং অসিগা খর থৈনরপ তৌনা অসুম্না ইরি। মদুদি, জরা কৌবা শাদানবগী তেন্না পাল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং অদু করম্না পোৎলোইশিগে হায়না খল্লম্মী। মতাং অদুদা সহদেবনা, নীলগীরি-চীঙগী মনাক্তা লৈবা স্বর্গদ্বার তান্না পুরগা পোৎলোইরুসি হায়না ৱারেপ তারে। শ্রীকৃষ্ণগী অশিবা হকচাং অদু জবাচন্দনগী কায় শারগা পুরক্তুনা নীলগীরি য়ৌরে। নীলসুন্দর কৌবা জঙ্গলদগী জাবচন্দন থিরুদুনা চিতা শেম্লগা সংস্কার তৌরে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী খোঙগা-খূৎকা চাকথোখখ্রগা লেমহৌবা হকচাংগী শরুক অদুদি মৈদা তূম্মু হায়বা ইয়ামক য়াদ্রে। মতাঙ অসিদা আকাশবাণী অমা লাক্তুনা, শ্রীকৃষ্ণগী অরেম্বা হকচাং অদু সমুদ্রদা থাদখ্রো

হায়রক্লে। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী পিণ্ড অদু পুরী তম্না সমুদ্রগী ঈশিংনা চেন্থ্রে। মসিবু বসুনা খ্বাইদগী ইহান-হান্না খেংনদুনা খুঙ্গংলগা রোহিনী মনাক্তা লৈবা খোংনাং পান্বী অমগী মনাক্তা থমখি। অতৈ অতোপ্পা বারীদি মথক্কীশিং অসিগা চপ মান্নরে।

মথক্তা পনথ্রিবা সংস্কৃত অমসুং উরিয়া সাহিত্যশিং অসি পুম্বা অমত্তা ওইনা য়েংবা তারবদা পুরুষোত্তমগী শ্রীমূর্ত্তিশিং অমসুং শ্রীক্ষেত্রগী মন্দির অসিনা ইন্দ্রদ্যুম্নগা মরী ইরেদ-লৈনরে। অতৈ অতোপ্পা মীশক পূম্নমক থাদোক্লগা ইন্দ্রদ্যুম্নতবু জগন্নাথকা মরী লৈনহল্লিবা করিগীনো হায়বসি ইতিহাসকী অমসুং পরম্পরা (Tradition) গী মিৎয়েংদগী য়েংবা য়াই। মহাভারত্তা খণ্ডদে উপনিষদকী লাইরিকশিংদা খণ্ডদে ইন্দ্রদ্যুম্ন হায়বসি মতিক মগুণ-লৈবতা নত্তনা ধর্ম্ম-লৈবা মীশক অমা ওইনা অদুম য়েক্লগ্রে। অদুনা, পুরাণ গন্থকর্ত্তা কয়ানা শ্রীজগন্নাথবু নিরুপন তৌদুনা পূজা কৎপা হৌবসি ইন্দ্রদ্যুম্ননা পাগুখোকহনখিবা ওইনা তৌরে। মহাক্কী মতিক ময়াই অসি কয়ামুক চাউবগে হায়বসি নিঙশিংহন্নবা - "ইন্দ্রদ্যুম্ননা উৎসব নত্রগা দীপদান শ্রাদ্ধোৎসব" হায়না খঙনবা মেলা অসি পাঙখোকই। অসুম্না মহাক অসি Legendry figure ওইনা লৌনরে। অদুবু ইতিহাসকার খরনদি মহাকপু ঐতিহাসিক্কী মীশক অমা ওইনা লৌনিঙই। খুদম ওইনা - Buckingham না মহাকপু পাল শাগেগী ইকোন-কোনবা নিংথৌনি হায়না মত পীরি ; অদুগা অমরোমদা V.A. Smith না পাল শাগেগী ইন্দ্রদ্যুম্ন পাল কৌবা নিংথৌ অমনি হায় .......... অসিনচিংবা। অদুবু পুরাণশিংদদি মহাক অসি মালব নত্রগা অবনতি দেশকী নিংথৌনি হায়না অমত্ত পন্দে। দারু ব্রহ্মা গীতাদা ইন্দ্রদ্যুম্ন হায়বসি মীশক-মীওই নাইনা লৈরম্বা নত্তে, নিংথৌ শাগে অমগী মিংথোলনি হায়বা অসিনা খর চুমগদ্রা হায়না কেঃ সিঃ মিশ্রনা মত পীরি।* অসুম্না, যযাতীবু ইন্দ্রদ্যুম্ন অনীশুবা, অদুগা ভোয় শাগেগী রামচন্দ্রবেবু অভিনব ইন্দ্রদ্যুম্ন অসুম্না মিংহুন তস্মী। হায়রিবা নিংথৌ অনিমক মন্দির অসি শাবদা অমসুং মন্দির অসি স্থাপন তৌবদা শরুক-য়াখিবা ঙাক্তনি।

উরিয়া সাহিত্যকারশিংনা "দারু" অসি শ্রীকৃষ্ণগী তম্খায় চাকথোক্লবা দেহ অদুনি হায়না নকশিন্নবা মরী থম্লিংবগী মরমদি দ্বাপুরগী শ্রীকৃষ্ণ অদুমক কলিযুগকী জগন্নাথ অসিমক্তি হায়বসি উৎনবগীদমক্তনি। অমরোমদা হায়রগা জগন্নাথ অসি শ্রীকৃষ্ণ অদুমক্তি হায়বসিনী। অদুগা মখোয়না পুরিবা ভাব অসিমক বিষ্ণু পুরাণগী অহৌবমক্তা কৃষ্ণ, জগন্নাথ নত্রগা পুরুষোত্তম অমত্তনি খেন্নদে হায়দুনা ইরি। মদুদি :-

---

* The Cult of Jagnnatha - by K.C. Misra p33

"কৃষ্ণ কৃষ্ণ জগন্নাথ যানে ত্বম পুরুষোত্তমঃ"

পরম্পরাগী ওইনা চৎনরকপদা বিশ্ববসু হায়বা অসিমগা অদুম শাগোন্নদুনা লৈরে। অতোপ্পা ৱাফম অমনা জগন্নাথগা শাবরশিংগী লাই-শিংগা মরী-লৈনবা অসিনী। শাবরশিং অসিবু ঐতরেয় ব্রহ্মনা বিশ্বামিত্রগী শাপ ফংলবা মচা-মশৃশিংনি হায়না লৌই। অদুগা, বিশ্বকর্ম্মনা মূর্ত্তিশিং অসি শাখিবনি হায়না পুশিল্লক্রিবা অসিনা জগন্নাথ অসি আর্য্যশিংগী মায়কৈরোমদা চিংশিল্লক্রবনি। অদুগা মূর্ত্তিশিং অসি লোইশিন্দনা থল্লম্বগী মরম অসিনা, তাইবঙ মীওইবনা নীর্গুণ ব্রহ্মবু চপ-চানা শাবা ঙম্ফম থোক্তে হায়বা অসি উৎনবগীদমক্তনি।

জগন্নাথ উপাসনাগা শাগোন্নবা ৱারী অসি ভারত পূম্বতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা শন্দোকখ্রে। খর শম্পৎনা পঞ্জরবদা জগন্নাথকী পরমপরা ওইবা মওংশিং অসিগা মান্নবা কয়া অতৈ অতৈ লম কয়াদা মরুওইনা জভা অমসুং বালী, ব্রহ্মাদেশ (ম্যানমার), নোংপোকলোমগী দ্বীপ কয়াদা, অমসুং শ্রীলঙ্কাদা থেংনৈ। তৌবদবু জগন্নাথকী মূর্ত্তি লিংখৎপা অমসুং শাবগী মহূত্তা বৃদ্ধদেবগী মূর্ত্তি শাবগা মরী-লৈনৈ।* মসিদগী খঙবদী জগন্নাথদেগী ৱারী অমসুং প্রভাব অসি অতৈ অতৈ লৈপাক্তসু শন্দোকখে; ভারত-সভ্যতাগী মমি অসি অতৈ লৈপাক্তসু তাখ্রে হায়বসিনী।

অতোপ্পা চৎনরকপা ৱারী অমনা - ভগবান জগন্নাথ অসি সুর্য্যদেবতা (নুমিৎ) কৌবা লাই অদুনি হায়নৈ। অদুনা উরিষ্যাগী সমুদ্র খোঙবান্দা নুমিৎ পূজা তৌবা অসি থায়নঙৈদগী চৎনরক্লে। ভগবান জগন্নাথ অসি সুর্য্যদেবতামক্নি হায়রি। খালিকোতে হায়না কৌবা তালুক্কী মনূংচন্না লৈবা সুমণ্ডল হায়না কৌবা মফমদগী কোরী-কোম্পাক অমা ফংই। মদুদা ইরিবা ধর্ম্মরাজ কৌবা নিংথৌ অসি সুর্য্যদেবতাবু নীঙই হায়দুনা ইরি। মহাক্কী মিংথোল সহস্ররশ্মীপাদ ভক্ত হায়বসি পীরম্মী অমসুং মহাক্না ব্রাহ্মণ কয়াদা লম কয়া দান তৌরম্মী। অসুন্না জগন্নাথ উপাসনা অসি নুমিৎপু পূজা তৌবগা অম্মানী হায়দুনা প্রমান তৌনিংঙাই ওইবা মচাক কয়ামুক লৈরি - মসিগী মতাঙসি লাইরিক অসি চাউমনখিগদ্রা হায়না কিবদগী পঞ্জদ্রে।

পরম পরাগী ওইবা কয়াদা অমসুং ইদুনা থল্লম্বা লাইরিক কয়াদা ভগবান পুরুষোত্তম নত্রগা জগন্নাথ অসি অশেংবা লাইনী অদুগা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রবুনা পূজা তৌনফম অমসুং দর্শণ তৌনফম ওইবা তীর্থস্থাননী হায়দুনা হায়রি। মসিগী মরম করিনো

* খর কুপথনা খঙবিনীংলবদি K.C. Misra গী The Cult of Jagnnatha গী লাঃ ৮৪-৮৬ ফাওবদা য়েংবীয়ু।

হায়না হংনিঙঙাই ওইবা ৱাফম্নি। শম্না হায়রবদা জগন্নাথ হায়বদি পুরুষোত্তম অসি "তাইবঙপাম্বগী মপূনী অমসুং ৱাইদগী মগুণ লৈবা" লাইনি হায়রি। (ভগবতগীতা অধ্যায় ১৪, শ্লোক ১৫)। হৌজিক হৌজিক সেবা চংলিবা নত্রগা পূজা তৌরিবা হায়গদ্রা মূর্ত্তিশিং অসি সুদর্শণ থারগা মরিনি। ভারতকী পাঞ্জিকা (computation) গী মতুংইন্না, চহী ১২/১২ না যুগ অমমম শাই। অদুনা চহী ১২ খুদিংগী মূর্ত্তিশিং নৌনা অমুক শিন্দোকই অদুবু মূর্ত্তিশিং শারিবা উ অসি নৌনা শিন্দোক্লবসু, মখোয়গী মওং মতৌ, পাক-চাউবদি করি অমত্তা খেন্নহন্দে। অদুনা মূর্ত্তিশিং অসিগী শাওং-শাদাদা অকায়বা অহোংবা করি অমত্তা লৈতবা মরম্না হান্নগী মৈহৌরোন্দগী লৈরকপা অদু করি অমত্তা কায়দনা যুগ যুগ কয়াদগী লেঙদনা অসুম লৈরক্লি। মূর্ত্তিশিং অসিবু শারিবা উ হায়বদি "কলেবর" অদু হোংজরবসু মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং-মতৌ, খুদম অমসুং খুৎফমশিং অদুদি হান্নগী অদুগা করি অমত্তা কায়হন্দনা অসুম লাক্লি।

অদুগা মূর্ত্তিশিং অসিবু শারিবা উ অসিসু অখন্নবা নীম্ব হায়বা অদুনী - অঁতে উনা শাবা য়াদে।

করিগুম্বা তাক্কক অমত্তদা মূর্ত্তিশিং অসি নূঙনা নত্রগা ধাতুনা শাগে হায়না তৌখিদে। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি মূর্ত্তিশিং অসি শারিবা পোৎশক অদুবু নত্তে মরুওইনা লৌরিবদি অমরোমদা মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং-মতৌ অমসুং খুদম লাক্তম অদুতবু লেঙদনা থম্নবগীদমক্তনি। মতম মতমগী ওইনা ধর্ম্মগী চংনবী মতুংইন্না, তোঙান তোঙানবা মিংথোল হেক হেক লৌই। অদুম ওইনমক, মূর্ত্তি মশামক (মওং নত্রগা খুদম লাক্তম) অদুদী হোংবা লৈতে। ইতিহাসকী মমাঙদগী লৈরম্বা শাবরশিংনা তোঙানবা মিংথোল পী; খর থীহুরকপা মতমগী শাবরশিংনা অমুক অতোপ্পা মিং থোনখি, অদুদগী মথংগী মীরোলশিংনা নত্রগা ধর্ম্মচংপা কাঙবুনা মিংথোল কয়া পীদুনা পূজা তৌনখি। অদুবু, মূর্ত্তি মওং, খুদম-লাক্তম পূম্নমক অদুদি করি অমত্তা কায়র্বা লৈতনা আঃ থায়নঙ্গেদগী চত্থরকপা মওংদা পূজা অদুম তৌই। কাঙবু খরগী মত মতুংইন্নদী পুরীগী মন্দিরদা লাৎলিবা লাঃ অসি, লম অদুগী হান্না লৈরম্বা আদিবাসীশিংনা লাৎলম্বা উদা হক্তুনা শাবা (Totem) গী মওংদা পূজা তৌবনী হায়না লৌনে। পুরুষোত্তম জগন্নাথকী উপাসনা মওংদা তাক্কক কয়া অহোংবা কয়া লৈরম্বদী য়াই হায়ববু, পূম্নমক অদু মতমগী খোঙলে মতুংইন্না অদুম অম ওইনা পূনশিন্নখ্রে হায়বা অসিমদি ককনিঙই ওইদ্রবা ৱাফম্নি।

পণ্ডিত খরনা জগন্নাথ মন্দিরগী মূর্ত্তিশিং অমসুং খূদম-লাত্তমশিং অসি বৌদ্ধধর্ম্ম অমসুং জৈন্য ধর্ম্মদা পূশিন্নবা হোংনৈ। পণ্ডিতশিং অসিগী মনুংদা স্বর্গীয় নীলকণ্ঠদাস পণ্ডিতনা জগন্নাথ উপাসনা অমসুং মসিগা মরী লৈনবা পূম্নমক জৈন্যধর্ম্মদগী হৌরকপনি হায়না অকনবা মত পী। বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথ অসি জৈন্যধর্ম্মগী সম্যকজ্ঞনা, সম্যক-চরিত্র অমসুং সম্যক-দৃষ্টি হায়বা ত্রিগুণ ভাবনি হায়না মত পী।* অদুবু মানা হায়রিবা কৈবল্য-মুক্তি হায়বদী খাঙহৈবগী গুণ, জাৎ-বিজাৎ খায়দবা, হায়বনচিংবা অসিদী জৈন্য ধর্ম্মতদা থেংনবা নত্তে। অমরোমদা বৌদ্ধধর্ম্ম অমসুং হিন্দু ধর্ম্মদসু অদুম থেংনৈ। দীন কৃষ্ণদাস কৌবা উরিয়াগী ১৬ শুবা শতাব্দীগী কবিনা জগন্নাথ উপাসনাগী মুক্তি হায়রিবা অসি "কৈবল্য-মুক্তি" হায়বদু নত্তনা অঁতে অতোপ্পা করি অমত্তা নত্তে। "কৈবল্য মুক্তি" হায়বা অসিদা যূম্ফম ওইরগা জগন্নাথ ধর্ম্ম অসি জৈন্য ধর্ম্মদগী লৌথোরকপনি হায়না দাস পণ্ডিতকী মত পীরি।

নৈকিতা, Sanctity of exclusivness য়াওদে হায়বসিমদী কাউথোক্লবগুম তৌরে ; অদুগা "অরহৎ"হায়বা অসিদী তোল্ল-তারবা, অহ্না অনা কয়া -ফংলবশিংবু চিংখৎনবা অমত্তা ঙায়রবা পাম্বৈনী। 'কৈবল্য'দা য়াওরিবা আত্মাগী অমত্তা ঙারববা মতৌ অমসুং অঁতে করিশু খন্দবা হায়বা অসিদী সাঙ্খ্য যোগগী দর্শণতদা ফংই। মসিনা ময়ামকী ওইবা নত্তবা লন্নাই লন্নাই ওইবা মুক্তি অদু ফংই। অসুম্না মাগী মত অদু ককলে। মরমদি কৈবল্য-জ্ঞান্দা য়াওরিবা কেবলী অমসুং কৈবল্য মুক্তি হায়বা অনী অসি অমত্তা ওইনা লৌশিনবগুম তৌরে তশেংবদি অনী অসি তোঙান তোঙানবনী।

জৈন্যধর্ম্মগী কেবলীগা সাঙ্খ্যযোগগী কৈবল্য-মক্তিগা অনী অসি য়াম্না খেন্নপ্রে। কৈবল্যগী অর্থদি করিগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদবা হায়বনী। হায়বদি "তোঙান্নবা তাবা" হায়বনি। মসিমক্তি জৈন্যশিংগী আদর্শ- তোল্ল-তারবশিংবু আত্মা-শক্তিনা " অরহৎ" অমনা চিংখৎনবা হোংনবগা য়াম্না খেন্নপ্রে। জৈন্য ধর্ম্মদা কেবল হায়না শিজিন্নরিবা অসিগী অর্থদি চপচানা অমকপা লৈতবা জ্ঞান ফংলবা হায়বনী। (তত্ত্বার্থ ধিগম সূত্র অধ্যায় ১,৯) অদুগা মসিনা পূম্নমকপু খঙবা (Omniscient) হায়বা অদুগী অর্থসু তাক্লি। (অধ্যায ৬, ১৩) সাঙ্খ্যকারিকাগী ১২ শুবা শ্লোকনা হায়রি ঃ-

---

* The Hints on the Significance and History of Jagnatha (C H R J Vol II, No 1 pp 2-3

"পুরুষেস্যা দর্শণারথম কায়বল্যারথম তথা প্রাথানমঃ।"

নাথ্ হায়বা শব্দ অসি তপশিনবনা মরম ওইরদুনা দাস পণ্ডিতনা খুদোংচাবা লৌনবা য়াম্না হোৎনৈ। জৈন্য সাধুশিং নত্রগা তীর্থাঙ্করশিং - খূদম ওইনা অদিনাথ্, পার্শ্বনাথগুম্না জগন্নাথসু অমনি হায়দুনা মাগী মত্ ফোঙদোকই। মসিদী য়ূম্ফম য়াওদবা ওইনা থোক্কনি। পুরাণগী যুগশিংদা 'ব্রত্য শৈব' উপাসনা নত্রগা যোগমার্গ নাথ ধর্ম্মনা অৱাংবা থাক য়ৌখি। শৈব্যধর্ম্ম চৎপা কাঙবুনা শিববু নাথ হায়না কৌনৈ। বেদান্ত দর্শণদা, ব্রহ্ম, সাঙ্খ্য যোগতা, ঈশ্বর হায়বগুম্না নাথ্ হায়বদী মপু নত্রগা শক্তি পীওম্বা, বব পীওম্বা অসুম্না খঙনৈ। মসিগী প্রমানদি, পানীনিনা হায় ঃ-

"নাথ্ নাধৃ মঞ্চতপম্ স্বব্যা ষিৎষু।।" (সিদ্ধান্ত কৌমুদী অধ্যায় ৭ লাঃ ৬৭)

উবিষ্যাগী মফম কয়ামকুমদগী জৈন্য সাধুশিংগী নূঙগী মূর্ত্তি কয়ামরুম লৈনুংদগী তৌদুনা ফংখ্রে। মূর্ত্তিশিং অসি যাম্না ফজে অদুবু পুরীগী উনা শাবা মুর্ত্তিশিং অসিগা খক মান্নদে। অদুগী মথক্তা - জগন্নাথকী মূর্ত্তি শারিবা উ - দারু অসিদী "পুরুষোত্তম," মীশক মান্না শাবা নত্তে। জগন্নাথ পুরুষোত্তম ওইবতা নত্তনা অপুরুষনী, জিনগুম্না মীশক মানবা নত্তে। জৈন্য সাধুশিং অসি ইতিহাসনা প্রমাণ তৌবদা য়াবু-য়ারবসু, য়াবু-য়াদ্রবসু মখোয়দা মীশক মীওও মান্দবা হায়বা অদুমদী লৈতে। অমত্তা ওইনা লৌশিনবগী মতাঙ্দা, জৈনগী চৎনবী রুঢ়ী, পূজা মওং খর লৌশিল্লম্বা য়াই ; মদুমক্লা জগন্নাথ্ উপাসনা অসি জৈন্যধর্ম্মমক্লি নত্রগা মাগী ধর্ম্মগী হৌরকফমদী জৈন্য ধর্ম্মনী হায়রুরবদী মথক্কী প্রমাণশিং অসিদগী অরানবা ওইগনি।

জগন্নাথকী মন্দিরদা চৎনরিবা মখল-মথেল য়ামখ্রবা পূজা মওংশিং অসি জৈন্য মন্দিরশিংদা করিসু কৎনদে। তীর্থাঙ্করশিং অসি মী লক্তগী অথোইবা, জ্ঞান ফংলবা জীবশিংবু কনবীবা ওম্বা মীশক ওইনা ব্যবহার তৌই, পূজা তৌনৈ; অদুবু ভগবান জগন্নাথদী ঈশ্বরমক্লি হায়না - সংসারবু শেম্বীবা, য়োকপিবা অমদি মাঙহনবীবা (সৃষ্টি, কর্ত্তা, সংহার) অমসুং পোল্লোইদা মঙোম্দা তৃঙনফম্ ওইবা অমত্তা ঙায়বা ভগবান ওইনা পূজা তৌই। মরম অদুনা ভগবান মহাক্তি জিন-দগী পূমতোপ তোপ্পনী অদুগা ঈশ্বর য়াম্না হকচিন্না থাজবা উপাসনা মওং অমবু ঈশ্বরবু লৈতে হায়না লৌবা ধর্ম্ম অমদগী হৌরকপনী হায়না লৌবা অসিমক পূম্লান লানবা য়ূম্ফম য়াওদবা অমনি।

জগন্নাথ উপাসনা অসি জৈন্য ধর্ম্মদগী হৌরকপনী হায়বগী মতাঙদা পীরিবা প্রমাণ অমনা খায়বেলাগী হাটিগুম্ফাদা য়েক্লিবা ময়াম অদুদা য়াওরিবা কলিঙ্গ জিননা ওইগনি হায়দুনা পণ্ডিত খরনা মত্ পীরি। অদুগা জগন্নাথ উপাসনা অসি জৈন্য ধর্ম্মগী উফমদা হৃকপনি হায়বদী শচ্চানী হায়রি। অদুবু প্রমাণ পূম্নমক অসিদী য়াম্না কোইনা, লাপ্না পুরকপ্রবা প্রমাণ ঙাক্তনি, যূম্ফম য়াওদবা।

উরিষ্যা য়াওনা নোংপোক থংবা ভারত্তা চৎনরম্বা বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌদুনা জগন্নাথ্ উপাসনা অসি হৌখিবনী হায়না শাগৎনবা কাঙবু অমনা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। বৌদ্ধধর্ম্মসু ঈশ্বর হায়বসী লৈতে হায়না থজবা ধর্ম্মনি; অদুবু বুদ্ধদেব মশামক্না য়াজরমদবা ৱাফম অদুগী ওন্ন-তৈনবদা মহাকপু ঈশ্বরমক্নি হায়না ঈরাৎ-পূজা তৌনবা য়াওরে। ভগবান জগন্নাথ উপাসনা অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদা যূম্ফম ওই হায়দুনা কাঙবুশিং অদুনা পীরিবা প্রমাণদি ঃ-

(১) বৌদ্ধধর্ম্মদা 'ত্রিরত্ন' হায়বদী বুদ্ধ, ধর্ম্ম অমসুং সঙ্ঘ হায়বা খূদম অহুম অসি পূজা তৌই;

(২) জগন্নাথকী মূর্ত্তিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শরৄ-মচেৎ অমা য়াওই হায়না থাজনৈ, অদুগা ৱাখল্লোন অসি পুরিবা কাঙবুনা জগন্নাথদা য়াওরিবা শরৄ-মচেৎ অসি বূদ্ধ মশামক্নিনী হায়না মত্ পী ;

(৩) জগন্নাথকী স্নান যাত্রা অমসুং রথ যাত্রা অসি বৌদ্ধধর্ম্মগী ওইবা যাত্রাশিংগা য়াম্না মান্নে; অসুম্না যাত্রাশিং নত্রগা উৎসবশিং অসি ফা-হীয়ান (চিন দেশগী লমকোইবা) গী মতমদা থেংনবগী ৱা পল্লম্মী।

(৪) হিন্দু ধর্ম্মদদী বর্ণ-ভেদ অসি কন্না চৎনৈ। অদুগা, বৌদ্ধ ধর্ম্মদদী বর্ণ-ভেদ হায়বা অসি লৈতে। (কাঙলূপ মশেল নাইবদী চৎনৈ)। অদুবু বুদ্ধদেব মশামক্তি ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লিংলম্মী হায়বা অসি "ললিত বিস্তর" কৌবা লাইরিক্তা ইরি।

অহানবগী পীরিবা প্রমাণ অসিগী মতাঙদা পনবা য়াবদি, জগন্নাথ মন্দিরদা লৈরিবা মূর্ত্তিশিং অসি অহুম নত্তে মরিনী। মসিগী সাক্ষী অগ্নি, পদ্ম, ব্রহ্মা অমসুং স্কণ্ড পুরাণনা পীরি। মরম অদুনা রত্ননা করিগুম্বা মূর্ত্তিশিং অসিগী মহূৎ-শিনবা ওইরম্লবদী বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ত্রিরত্নগী মহূত্তা রত্ন মরি হায়রমগদবনী।

মূর্ত্তি মরি অসি ব্রহ্মাগী পাদ মরি নত্রগা উপণিষদকী প্রণভ মরিগা চাননা শেম্বনী হায়রি। অদুনা মশীঙনা প্রমাণ ওইবা তারগদি ভগবান জগন্নাথকী চতুর্ধা মূর্ত্তি (বল্লভদ্র, সুভদ্রা, জগন্নাথ অমসুং সুদর্শণ) অসিনা বৈদিক, আগমিক নত্রগা উপনিষদ উপাসনাগা চৃশীন্নবা হেল্লী। বৌদ্ধ ধর্ম্ম নত্রগা জৈন্য ধর্ম্ম অসিদী চাশিন্নবা ৱাৎলী। করিগুম্বদা মূর্ত্তি মরিগী মহূত্তা মূর্ত্তি অহুম ওইরম্লবদী বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌথোরকপনী হায়বা অসিদা য়াম্না চুম্লমগদবনী। মরমদি হিন্দু নত্রগা ব্রাহ্মণগী চৎনবীদা অহুম-অহুম্না শাবা দেবতা কয়া লৈরি। মদুদি, খূদম ওইনা ঃ- ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর, সত্ত্ব রজ-তম, পশু-পাশ-পশুপতি, ইঙলা-পিঙ্গলা-সুসুম্না, জাগ্রত-স্বপ্ন-সুশুপ্তি, রাম-লক্ষমণ-সীতা অমসুং কৃষ্ণ-বল্লরাম-সুভদ্রা। মরম অসিদগী মূর্ত্তি মপূঙফানা লোইশিন্দবা দেবতাশিং অসি বৌদ্ধধর্ম্মগী বুদ্ধ-ধর্ম্ম-সঙ্ঘ নত্রগা জৈন্য ধর্ম্মগী ত্রিরত্ন ;

১। সম্যগ দর্শণ নত্রগা সম্যগ দৃষ্টি;

২। সম্যগ জ্ঞান; অমসুং

৩। সম্যগ চরিতম্

হায়বদু নত্তে হায়বদু মশামক্তা প্রমাণ অদুম তৌজরে।

অনীশুবা ওইনা পীরিবা প্রমাণ হায়বদি জগন্নাথ দেবগী শ্রীমূর্ত্তিদা য়াওরিবা অস্থি অসি বুদ্ধদেবগী শরূ-মচেৎনী হায়বা অসিমসু লৌবা য়াদবা ৱানী। বিগ্রহদা ফুমদুনা হাপ্লিবা অসি শরূ-মচেৎ নত্তে। অমরোমদা, শালগ্রাম শীলাগা শাগোন্নবা তান্ত্রিক যন্ত্রনী হায়না মন্দির মনুংদা পূজা কৎলিবা পুরোহিতশিংনা হায়নৈ। অদুমকপু চপচাবা করম্বা পোৎশক্তা অশেংবা ওইগদগে হায়বদু খঙদবনা বুদ্ধদেবগী শরূ-মচেৎনি হায়না লেপ্পা লানগনি। অদুগা অমরোমদা অমুক হিন্দু-ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী মতুংইন্না শরূ ঙারূ পূজা তৌবা য়াদে। তৌইগুম্বসুং বুদ্ধগী ওইবা নত্রগা মাগী খোঙলোয় (শিষ্য) শিংগী অস্থিনচিংবা লৈবা মফম স্টুপা কয়া শা-শাদুনা থম্মী। মখোয়শিং অদু বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অশেংবা মফম "বিহার" হায়না খঙনৈ। অদুবু ভগবান জগন্নাথকিদী অসুম্না চৎনবী অসি লৈতে; অরিবা অমসুং অনৌবা মঠ খূদিংমক হিন্দুগী ওইবা ঙাক্তনি। হিয়ুয়ান-শাং (চিন দেশকী লমকোয়বা মী) না লাকপা মতমদা -ছে-লি-তা-লো হায়না কৌবা মফমদুদা বৌদ্ধধর্ম্মগী "বিহার" মঙাখক থেংনবগী ৱা ইরম্মী। হায়রিবা লমদম অসি হৌজিক্তি উরিষ্যা অসিনী হায়না পণ্ডিত খরনা মত পীরি * ৱাফম অসিমসু সধারণ ওইনা লৌবা য়াদবা ৱাফম্নি। পূম্নমকপু মিৎয়েং চপ-মান্ননা লৌবা

*"ললিত বিস্তোর" কৌবা লাইরিক্তা।

অসিমক্কা জগন্নাথ উপাসনা অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌবনি হায়বা অসিসু হিন্দুগী চৎনবীদা অঙকপা অমা নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মনা বুদ্ধদেববু তোঙানবা মিৎয়েংনা য়েংবা লৈতে। অমরোমদা বিষ্ণুগী অবতারশিংগী মনুংদা বুদ্ধদেবসু অবতার অমা ওইনা হাপ্লিবনী। অদুগী মথক্তা পুরীগী হিন্দুশিংনা অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মগী সংস্থান কয়া খূদম ওইনা, ময়ায়থংবা যুগকী সন্তশিং কবীর, নানকনচিংবগা মরী লৈনবা সংস্থান কয়াবুসু ফজনা অদুম নাউকোল্লী।

পুরী সহর অমসুং মসিগী অকোয়বদা বৌদ্ধ অমসুং জৈন্য ধর্ম্মগা মরী-লৈনবা সংস্থান অমত্ত লৈতে হায়বসি অচুম্বমক্কি। অদুবু উরিষ্যাগী ভূবনেশ্বরগুম্বা, কট্টক্কচিংবা অতৈ মফমশিংদা লৈরম্বা অসিদগী খঙবা ঙম্বদী, ময়ায়থংবা যুগতা বৌদ্ধ, জৈন্য অমসুং ব্রাহ্মন্য হিন্দু ধর্ম্ম অহুম অসি পূন্না চাওখৎমিন্নরম্মী হায়বসিনী।

ভগবান জগন্নাথকী মঞ্চ-স্নান অসি পুরীদা জৈষ্ঠ-পূর্ণিমাদা চহী খূদিংগী পাঙথোকই; অদুগা বুদ্ধ দেবগী স্নাননা, শ্রীলঙ্কাগী চৎনবী মতুংইন্না বৈশাখ্ পূর্ণিমাদা পাঙথোকই। রথ যাত্রা পাঙথোকপা অসিনা মবম ওইরদুনা, ভগবান জগন্নাথ অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌখিবনী হাযনা প্রমাণ তৌনবা হোৎনৈ। অদুবু মতাঙ অসিদা খঙজিনবদা কান্নগদবা অমদি, বৈদ্যিক অমসুং উপনিষদকী মতমদগী হৌবদুনা বথ শীজিন্নবা অসি হিন্দুধর্ম্মগী চৎনরোল অমা ওইনা অদুম লাক্লে। মন্দির অমদা করিগুম্বা মূর্ত্তি অমা স্থাপন তৌবদা মন্দির অদু কোয়নবা হাযবদী পবিক্রমা অহুম্নক তৌনবা রথ অসি আঃ মর্মাঙ্গেঙদগী হৌনা অদুম শীজিন্নরক্লে। লাইযামশিংনা মর্ত্তদা লেঙথরক্কবা রথশিং শীজিন্নবগী ৱাফম - অথর্ব্ব বেদদা অসুম্না ইবম্মী ঃ-

"এভিরগ্নে সরথঃ যহ্যা বরঞ
নানা রথংবা বিভবোহ্যাশ্বা।
পত্নীবত স্ত্রিংসতং ত্রিমন্তা দেবাননু
স্বধ মাবহ মদয়স্ব॥" (অথর্ব্ব বেদ ২২:২:১৪)

মরিশুবা ওইনা পীরিবা প্রমাণ অসিমক্কি যূম্ফমদী য়াম্না শোনখ্রে। মসিনা হায়রি মদুদি জৈন্য অমসুং বৌদ্ধধর্ম্মদী বর্ণ ভেদ লৈতে, অদুগা জগন্নাথকীসু বর্ণ ভেদ লৈতবা মরম্না, জগন্নাথ উপাসনা অসি বৌদ্ধ অমসুং জৈন্য ধর্ম্মগী মমি তাই হায়বা ৱাফম অমা থাংজিল্লক্কি।

জাৎ-বিজাৎ হায়বা লৈতনা জগবন্ধুগী মহাপ্রসাদ ফংমিন্নবা অসিমক্তা জগন্নাথ ধর্ম্ম অসিদা তাইবংপান পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা য়েংবগী ৱাফম অমা উংলি। মহাপ্রসাদকী মহয় অসি কয়ামুক মতিক ময়াই লৈবগে হায়বা অসি - পদ্ম, বিষ্ণু, ভবিষ্য, ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত, বরাহ, গরুড়নচিংবা পুরাণশিং অমসুং ব্রাহ্মণ, রুদ্রায়মলনচিংবা তান্ত্রিকী লাইরিকশিংদা পল্লী। ভক্তশিংনা মহাপ্রসাদ ফংলবা মতুংদা অশেংবা মাওঁহে-তাঁহেদ্রবা পোৎনী হায়দুনা মখূৎ হামদোকপগী মহূত্তা মকোক্তা তৈশিল্লী। হায়রিবা অসি বৈদিক যুগতসু অদুম চৎনরম্মী; মুনি-ঋষিশীংনা সোম যজ্ঞ পাওথোক্লবা তুংদা চারু-অন্নম ফংলবা তুংদা, মখূৎ হামদোকপগী মহূত্তা মকোক্তা তৈশিল্লী।

পুরীগী জগন্নাথ উপাসনাদা য়াম্না মরু ওইবা শৱক অমা ওইরিবা, প্রসাদ ফংবগী চৎনবী অসি বৌদ্ধ নত্রগা জৈন্য ধর্ম্মদদী লৈতে। কাওলূপ নাইবা হিন্দুগী চৎনরোলদগী কাওলূপ নাইদবা ধর্ম্ম কযা কয়ানা পোকখিবা অমসুং শন্দোকখিবা হায়বা অসি দার্শণিকশিং, অমসুং ইতিহাস কারশিংনা নৈননিংঙাই ওইবা সমস্যানি। (শ্রীকেঃ সিঃ মিশ্রাগী মতনি)। অদুগা উপাসনা কযা, থাজনবী কয়া হিন্দু ধর্ম্মদা অমত্তা ওইনা লূপশিনবা য়াই হায়বা অসিদা চিংননীওাই লৈতে। মরম অসিদগী হিন্দু ধর্ম্মবু খৈনাইদ্রবা অমসুং বিশ্বগী ওইবা ধর্ম্ম সনাতন ধর্ম্ম কৌরিবা অসি। মন্দির অমসুং রথবু ৱাই শীৎপা অমদি তৈথোক-নাম্থোকপা অসি জৈন্যগী চৎনবীনি হায়না লৌই। তশেংবমক্তি মসি নত্তে। ককচেং অমসুং তীল কাওশিং অসি জীবনি নেৎখায়বিগনী হায়না কিবদগী জৈন্যশিংনা মখোয়-মখোয়না চৎকদবা লম্বেলশিং অদুবু ৱাই শীত্তোকই। অদুবু ভক্তি-প্রেমগী মশক ওইবা মন্দিরনচিংবা শেংদোকপা ৱাই-তৈবনচিংবদী তৌদে। জৈন্য ধর্ম্ম হায়বসিদী ঈশ্বর লৈ হায়না থাজদবা ধর্ম্মনী; অদুনা মতম শাংনা চখরক্লবা জগন্নাথকী বথপু পুবীগী বাজানা ৱাই শীৎপগী চৎনবী অসি জৈন্য ধর্ম্মদগী পূবনী হায়না লৌবা যাবোই। হিন্দুগী পূজা অমা পাওথোক্লমদাইদা লৈমায় ৱাই-তৈথোকপা হায়বনচিংবা অসি পূজাবস্তুগী শৱক অমনী। অদুনা, যৌদৌ অসিমক জৈন্য ধর্ম্মগী ওইবা নত্তে। থায়নগী সহব খূদিংমক মন্দির অমগী অকোয়বদা তাই। লম অমগী নিংথৌ মশামক লাইগী মনাই (সেবক) অমা ওইবতা নত্তনা, মশামক্কী মমিংদা মানা সেবা চচ্চরিবা ইষ্টদেবতাগী মমিং হাপচিনবা হায়বা অসি অশেংবা (সুদ্ধ) নি হায়না লৌজে। খূদম ওইনা ত্রিভাঙ্কুরগী মহারাজগী মিংহল অসি

* সুন্দবানন্দ বিদ্যা বিনোদনা ইবা বাঙ্গলা লোলগী

"শ্রীক্ষেত্র" কৌবা লাইবিক্কী লা: ৪৪।

পদ্মনাভদাস - অসুম্না কৌজে; অসিগুম্বা চৎনবী অসি খা-ভারতকী নিংথৌশিংনা অয়াম্বা চৎনৈ। করিগুম্বা মতাঙদা উৎকল্য রাজ্য পূম্নমক অসি ভগবান জগন্নাথকীনি অদুগা নিংথৌ মশামক্লা সেবক (মনাই) নি অমসুং ইবুঙ্ঙোগী মন্দির পান্নবা মীশক্লি হায়না লৌজে। মরম অসিনা জগন্নাথকী রথকী ফম্বাকপু নিংথৌনা ব্রাই-রম শীৎ-শেংবা অসি হিন্দুশিংগী চৎনবী ওইবতা নত্তনা, উরিষ্যাগী অখন্নবা চৎনবীনি। পুরীগী নিংথৌনা থবক অসি করি মরমদগী পাঙথোক্লিবনো হায়বসিগা মরী লৈনবা ব্রারী কয়ামরুম লৈরি। ভক্তি হায়বদী লৈজবা পূম্নমক কথোকপা হায়বা অসি জগন্নাথ উপাসনাগী যূম্ফম্নি।

জগন্নাথ ধর্ম্ম অসি ধর্ম্ম অমসুং উপাসনা কয়ানা পূশিল্লগা ওইরকখিবনী। ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়ানা অমসুং অতৈ-অতৈ ঈচেল কয়ানা তাইবঙ পূম্ববু কোনবা ওম্বা ধর্ম্ম অসি ওইরকখিবনী। কল্পবট অমসুং নীলচক্রনা মরম ওইরদুনা মসি জৈন্য ধর্ম্মগী মমি তাই হায়বা য়াওই। তৌইগুম্বসুং মত অসিবু শৌগৎপা খূদিংমক্লা কাউফম থোক্তবা ব্রাফম অমদী, ভারত্তা লৈরিবা বৈষ্ণবকী লাইশঙ, খূদিংদা কল্পবট অমসুং নীলচক্র থেংনগনী; মসি সূপ্নদং জৈন্য ধর্ম্মগীতা ওইবা নত্তে। কাংলূপ খায়দবা জগন্নাথবু হিন্দুগী নত্তে হায়না খনবা অরানবা ওইগনি। হিন্দু ধর্ম্মদী নীওশিংবা থোক্ত্রবা মতমদগী হৌরগা হৌজিক ফাওবদা, ভারতকী কাঙলূপ নাইবা ধর্ম্মশিংগী চৎনরোল কয়াবু লৌশিল্লি, পূনশিল্লী অমসুং মশাগী ওইশিল্লী। মসিনী জগন্নাথ ধর্ম্ম, মসিনী সনাতন ধর্ম্ম। ধর্ম্ম অসিদগী অতৈ ধর্ম্মগী চৎনরোল কয়াবু থক্তোকপা লৈতে; অমরোমদা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা হৌখিবা ধর্ম্মগী ঈহৌ কয়াবু মঙোন্দা লোইনা চূপশিল্লী।

পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা শাবরশিংগী ঈথিল অসি য়াম্না কনখ্রে। দৈত্যপতি হায়না খঙনবা জগন্নাথকী সেবকশিং অসি শাবরশিংগী চাদা-নাউদানী। মখোয়গী মপূঙ ওইবা মূর্ত্তিশিং অসিগী সেবাদা মরুওইনা "নবকলেবর" অমসুং রথ যাত্রাগী মতমদা অচৌবা থৌদাং লৌই। ভক্তি অমসুং সেবাদা মখোয়না কয়ামুক মথ্বাই লূপচবগে হায়বা অদু কূপ্না য়েংলবদী উবা ফংগনি। মখোয় মশামক অসি ভগবান জগন্নাথকী ইমুং-মনুংনী হায়না লৌজে। "নবকলেবর" লোইরবা তূংদা অরিবা মূর্ত্তিশিং অসি লৈনুং-চনবদগী হৌরদুনা শ্রাদ্ধনচিংবা লোইদ্রিফাওবা, হিন্দুগী অশি-অনা তারবা ইমুং অমনা ঙাকফম থোকপা পূম্নমক চপ চানা মখোয়না ঙাকই।

পরম-পারদগী চৎনরকপী অমা ওইনা দ্বাপুর যুগতা ভগবান কৃষ্ণ "যদু" শাগেদা পোক্লম্মী। "যদুবংশ" অসি "সত্ত্বত বংশ'গা অক্ষানী। শ্রীকৃষ্ণগী মপাইবুঙ্গো বসুদেবগা বসু শাবরগা মচীন-মনাউনি। মরম অসিদগী বসুশাবর "সত্ত্বত" শাগেগী ঈ-মরীনি। শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গাহন ওইরবা তুংদা, ইবুঙ্গোগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু শাবরশিংগা পাণ্ডবশিংগা সংস্কারগীদমক্তা মুন্নরম্মী। খৎনবা অসি তাইশিন্নবা হায়দুনা অর্জ্জুন অমসুং জরানা থৱায় য়াওদ্রবা হকচা অদু সমুদ্র খোঙবালগী নোংপোক্তা থাপ্লবা মফম অমদা পুখিদুদা পোৎলোইলুরে। সংস্কার তৌবা মফম অদুবু পুরীগী "কৈবল্য" নত্রগা "কোয়লি বৈকুণ্ঠ" হায়না খঙনরিবা অসিনী। শাবরশিংসু মফম অদুদা লাক্কুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পোশাককী লৈতেং ওইরিবা ইন্দ্রনীলমনি অদু পায়শিনখ্রে। শাবরশিংনা মনি অসিবু ইবুঙ্গোমক্কি হায়দুনা নীলমাধব মিংথোন্দুনা পূজা ফনা কুইনা কচ্চরক্লে। চৈরক অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী স্না-হকচাংগী লেমহৌবা শরাক অদুনা দারূ ওইনা অকিবগী মশক ফংলবা সমুদ্রাদা কোয়তাউ-তাউদুনা লৈরম্মী। নীংবা কায়রবা তৌফম খঙদ্রবা, শোয়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা তেন-না থৌগল তৌরুবা জরা শাবরনা ইবুঙ্গোগী স্না-হকচাং অদু কোয়থি থিরকপদা ফংলে। স্না-হকচাং অদুবু লোন্না-থুপ্না মফম অমদা লোত্তুনা থম্লে, আদিবাসীগী ইচম-চম্বা মওংদা পূজা তৌবা হৌজরক্লে। জরা শাবরগী মচানীপা বিশ্ববসুনা শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা মপা লৈখিদ্রবা তুংদা অমুক পূজা তৌবা হৌরক্লে। মালবকী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমঙদা উজবা অদু হন্দক্কী থৱায় য়াওদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীদেহ অদুমক্কি হায়না থায়নঁঙেদগী চৎনরক্লবা ৱারীনা হায়রি। দারুব্রহ্ম অসিদগী বিশ্বকর্ম্মনা বলভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথকী মূর্ত্তিশিং শাখিবনী। নবকলেবরগী মতমদা ইবুঙ্গোগী শ্রীমূর্ত্তিদা হাপচিল্লীবা পোৎশক অসি শাবরশিংনা অদুঙে লাচ্চবা নাপু মচুগী নূঙ (ইন্দ্রনীলমনি) অদুনি হায়রি। শাবরশিংনা ভগবান জগন্নাথ অসি শ্রীকৃষ্ণমক্কী অবতারনী হায়রি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থৱায় য়াওদ্রবা স্না-হকচাং অদু প্রভাস তীর্থদগী, বিন্ধ্যাচল চীঙজাউ লাল্লগা পুরীদা পুরকখিবনী হায়। মখোয় অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না মরী লৈনবা সত্ত্বত শাগেগা হকচিন্নবা মরী লৈনৈ। অসুম্না দৈত্যপতিশিংনা "নবকলেবর" গী মাঙওইননা অমনবা দারু-মূর্ত্তিশিং অদু লৈরোন-চল্লী অমসুং থায়নঁঙেদগী চৎনরকপা সংস্কারনচিংবা অদু পাঙথোকই।

জরা শাবরনা থম্বাল-লৈকা মাল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-থম্বালবু শক্তিগী মনা-নি খন্দুনা তেন্না থাখিবা নুমিৎ অদু আষাড়গী কৃষ্ণ-চতুর্দশী হায়বদী থামম্ব মতম্নি। শ্রীকৃষ্ণগী

থম্বাল-লৈকা মানবা খূয়া থম্বাল অদু উনা-ৱানা মরক্তা অমম্বদা লৈরিবদু, নোংথাঙ কূপ্পগী মণ্ডান্না য়েবদা, শক্তি-মনা ওইরবোই নীঙদুনা তেন্না থৌগল্লুবনী। অদুনা থাইনগী ৱারী (myth) অসিবু নিংশিংবা ওইনা হৌজিকসু নবকলেবর আষাড়গী শিথরকপা ১৪ নি পানবদা (কৃষ্ণ চতুর্দশীদা) পাঙথোকই। ভগবান জগন্নাথ অমসুং দৈত্যপতিশিং অনীগী মরী অসি ইতিহাসনা প্রমান পীবা ঙমদ্রবসু, myth অমসুং legend - হায়বদী থাজনবী অমসুং চৎনরকপগী মতুংইন্না লেঙদনা অসুম লৈরি।

মথক্তসু পঞ্জখ্রবা অদুনী পুরীগী মন্দির অসি আর্য্য অমসুং অন্যার্য্য অনী তিনশিন্নবগী য়াম্না ফজখ্রবা খূদমনি। অদুবু, জগন্নাথ মন্দির অমসুং জগন্নাথ উপাসনাগী তোপনা ফজবা ৱাখল্লোন অমসু লৈরি। আর্য্যশিংগী চাউথোকচবা, মখোয়শিংতনা অশেংবনি হায়বা ৱাখল্লোন, অদুগা অনার্য্যশিংনা তোম্থনা লৈবগী ৱাখল্লোন অদু করি অমত্তা লৈতে। পুরীগী মন্দির অসিদী পূম্নমক অমত্তা ওইনা মান্নবা, পূম্নমক মরূপ-মপাং ঙাক্তনি। চাউখৎপা হায়না মীওইবনা তান্নরিবা পন্থুং অদু য়ৌরনবী। জগন্নাথ্ উপাসনাবু থাগোন্নজবা কাঙলূপ অমসুং উপাজাতী কয়ানা অরাম্বা-খূভম হায়বদু ফংনখ্রে।

শাবরশিংনা মন্দিরগী মনুংদা মূর্ত্তিশিং অসিবু পূজা তৌবগী অচৌবা থৌদাং অমা য়াই। জৈষ্ঠগী পূর্নিমা (ইঙাগী থানিল) নুমিত্তা মূর্ত্তিশিং অসিগী স্নান-যাত্রা পাঙথোকপা নুমিত্তগী হৌরদুনা থা মখায় অমা চূপ্পা অরোনবা কা অমদা পূজা তৌই। মসিবু "অনবসর" হায়না কৌই। মতম অসিদা ব্রহ্মানশিং অমত্তনা পূজা তৌবা চঙদে। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা দৈত্যপতিশিংনা তৌরিবা পূজা মওং অমসুং মখোয়না থবকচিনবা মতৌ অদু য়েংলুরগা মখোয়না মূর্ত্তিশিং অদুবু কয়াম্না চঙখোন্না পূজা তৌরমগদগে হায়বা অদু লায়না অদুম খঙবা ঙমগনি। মরম অসিদগী মতম অসিবু "অনবসর" হায়বদী পোত্থাবা ফংদবা মতম হায়না থোল্লম্বা অসিমক চপ-চাবী ওইনা থোক্কনি। মখোয়না মূর্ত্তিশিং অসিগী শ্রীঅঙ্গদা মখল মথেল কয়াগী মনম নুংশিবা থাউ তৈবী অমসুং মখল কয়াগী লীক-কোন কয়ামুক শিবী। হায়রিবা থাখায় অসিগী মনুংদা বৈদ্যিকী চৎনবী মওংগী অচা-অথক অমত্তা কত্তে। মূর্ত্তিশিং অসিদা সূপ্নতগী উঁহে-ৱাঁহৈতমক কৎলী অদুগা প্রদাসশিং অদু মখোয়না খূঞ্জে। অসুম্না থাজনবী অমা লৈ; মদুদি মখোয়না লাইশিং অসিবু কয়ামুক নুংশিনা মচা-মশূগুম্না খনবগে হায়বদা, কৎকদৌরিবা উঁহে-ৱাঁহেশিং অদু মখোয়না হান্না মহাউ তংথোকই। মসিবু সমর্পণ পূজা হায়না খঙনৈ। মসিদী চুম্নগী

পূজা পদ্ধতিগী ওইবা নত্তে, অমরোম্‌দা আদিবাসীগী ওইবা থম্মোইগা-থম্মোইগা শিন্নবগী ৱাখল্লোন্নি। সখাশিংনা হান্ননা মহাউ তংথেক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা কোন্না পিজবা শ্রীমদভাগবতকী ৱা অদুবু মসিনা নীঙশিংহল্লী। অনবসরগী মতমদা মূর্ত্তিশিং অসি মখোয়গী পামজবা মওংদা দৈত্যপতিশিংনা লৈতেং কয়ামরুম শেম্মী। অনবসর পূজাদা শাবরশিংনা কয়ামুক লুনা-চান্না মূর্ত্তিশিং অসিবু খঞ্জবগে হায়বগী অরাবা খূদম্মি। দৈত্য হায়বগী অর্থসু খ্বাইদগী নুংশিজবা হায়বনী।

অদুগীসু মথক্তা শাবরশিংনা রথ যাত্রা হৌরমদাইদা কয়ামুক চাউবা থৌদাং লৌবগে হায়বদু মীয়াম্না অদুম উবা ফংগনী। মূর্ত্তিশিং অদু মশা-মশাগী রথ-তা লেঙখৎলবা মতুংদা, মখল-মথেলগী উঁহে-ৱাঁহে কয়া কৎলী। রথ-তা পাঙথোকপা পূজা অসি বৈদিক্কী মওংদা পাঙথোকপা নত্তে। ময়াম্না রথ চিংলমদাইদা, মূর্ত্তিশিং অসি শাবরশিংগী মওংদা ফিজেৎ লৈতেংই। শাবরগী ফিজেৎকী মওং-অমা ওইরিবা খ্বাঙলাক মূর্ত্তিশিংগী মখ্বাঙদা লাকই। "পহণ্ডি" হায়বদী রথ চিংবা মতমদা, দৈত্যবতিশিংনা খ্বাঙদা "পেটি" ফাদুনা "মালশ্রী" হায়না খঙনবা ঈশৈ অদু শকই। আর্য্যশিংগী চৎনবী মতুংইন্নদি কাং অসি মমায় নোংপোক ওন্দুনা চিংগদবনী। অদুবু, মূর্ত্তিশিং অসিগী রথ-দী "ইশান" হায়বদী কৌব্রু ওন্দুনা চিংই। রথ অসি কৌব্রু ওন্দুনা চিংবা অসিমক্তা শাবরশিংগী মমি য়াম্না ফজনা তাই। রথশিং অসি চিংলিঙৈদা ডাহুকশিংনা রথকী মথক্তা অকাম-অপেৎকী ওইবা ঈশৈ কয়া শক্তুনা, যন্ত্রনচিংবা খোংদুনা জগোই শাই। "পর্নসবর" হায়বা শাবর কাঙলূপশিংনা অসুম্বা ঈশৈ অসি শক্লবদী রথ-দা লেঙশিল্লিবা লাই-তীন ফত্তবা কয়াদগী ঙাকথোকপা ঙমগনি হায়না থাজনৈ।

রথতা মূর্ত্তিশিং অসি লেঙখত্রিঙৈগী মমাঙদা দৈত্যপতিশিংনা মূর্ত্তিশিং অসিদা উরা নত্রগা উনা-ৱানাগী ওইবা যন্ত্রনচিংবা কয়ামরুম শিজিন্নবী। তান্ত্রিককী মতুংইন্না অসুম্না যন্ত্রশিরবদী মূর্ত্তিশিং অসিদা চঙগদবা ফত্ত-হাওদী কয়াদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী হায়না থাজনৈ। অসুম্বা পূজা মওং অসি শাবরগী ওইবা ঙাক্তনি।

মঞ্চস্নান হায়বদী মূর্ত্তিশিংগী বেদীশিংবু শেংদোক-চামথোকপা অসি অয়োকপা নত্রগা মখুম খুমজিনবা গুহাগী ঈশিংনা পাঙথোকই। বৈদিক-কী ওইবা, ওইরন্নবদী তুরেলগুম্বগী অচেনবা ঈশিং নত্রগসু মখুম খুমজিন্দবা পৃথ্রি নত্রগা গুহাগী ঈশিংনা

চামথোক্লমগদনী। মন্দিরগী অবাং থংবদা, স্নাগী গুহা অমদা চহী-চূপ্পা লেঙলুবা তৌদনা ঈশিং য়োক্লুনা থম্মী। অসিগুম্বা ঈশিং অসিনা মূর্ত্তিশিং অমদি বেদী স্নান তৌবদা শীজিন্নে। শাবরশিংনা "অনড়বহ" হায়বদী ঈচেল-নাইদবা নুমিৎ মঙাল ফাওদবা অমসুং অশূকপা উমংদা লৈবা ঈশিংবু অশেংবনী হায়না লৌই। থাজনবী অসিগী মতুংইন্না, মূর্ত্তি অহুম অসি চাইথনবগীদমক্তা "সুনা-গুহা" (স্নাগী গুহা) গী ঈশিং য়োক্লুনা থম্লিবনী।

দৈত্যপতিশীংনা ভগবান (মূর্ত্তি) শিং অসিগা পূন্না কম্মিন্নদুনা "জ্ঞান্তিসার" কৌবা চাক্লকপু পূন্না চার্মিন্নে। মখোয়না মতম চূপ্পদা মূর্ত্তিশিং অসি করিদা শোয়খি ঙামখিগদগে হায়বসিগী কূপ্পা শেন্নজে। মরম অসিদগী আর্য্য অমসুং অনার্য্য অনীনা শুংশন্নুনা মন্দিরগী লাই অহুম অসি পূজা তৌমিন্নে। মথক্তা পঙ্খিবা অসিদগী শঙখিবা স্নাবদী শাবরশিংনা চহী অমদা থোকপা যাত্রাশিংগী মনুংদা অনীক্তি মখোয়গী ওইবা মওংদা পূজা তৌজবা ফংই। অতে যাত্রাশিংদী আর্য্য ধর্ম্মগী ওইবা মওংদা পাঙথোকই। অদুনা জগন্নাথ উপাসনা অসি আর্য্য অমসুং অনার্য্য তশেংনা হায়রবদা বৈদিক-আর্য্য অমসুং বৈদিক-অনার্য্য অনীনা মূক্লবা লৈতনা য়ানবা অমগী মথাদা পুরকপা অপূনবা উপাসনানী।

ভগবান অসিগী অহানবা ভক্ত বিশ্ববসুনা, নীলমাধবকী মূর্ত্তিবু বিদ্যাপতিনা দর্শণ ফংজগে হায়বদা থিংলুবদগী অনীগী মরক্তা মূক্লবা মক্ল-হুনখি। শাবরগী লাই নীলমাধবপু আর্য্যগী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্ননা আর্য্যশিংতগী লাই ওইনবা হোংনরম্মী। মতাং অসিদা শাবরশিংনা কন্না য়েংখি। করম্বা কাওলূপ্পা ঙমখিবগে হায়বদুদী হায়বা ঙমদ্রে। অদুবু, মখোয় মখোয়গী সংস্কৃতী হিংবগী নাওং কয়াদী কায়হন্দনা কাওলূপ অনীমক্তা চান্নচিন্নুনা লৈমিন্নখি। ভারতীয় সংস্কৃতিগী অপীকপা শক্তম্নি জগন্নাথ সংস্কৃতীনা পীরিবা অবদান অসি। মখল মখেল কয়াগী চংন লোনচৎ, চংনবী-হৈনবী কয়া, জাৎ-বিজাৎ কয়া পূল্লগা শেমখিবা, ওইখিবা ধম্মনী। ঈচেল কয়া ফাংবা ভারতকী সংস্কৃতী সভ্যতা কয়া পূম্নমক ঈতিনফম অমত্তদা তামিন্নদুনা ভারতকী অমত্তা ওইবা সংস্কৃতী-সভ্যতাবু উৎলিবদী জগন্নাথ মন্দিরদনি। ভগবান জগন্নাথনা ভারতকী তোঙান-তোঙাম্বা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতীগী অপূনবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তমদী ভগবান শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবনা লেঙবা, কক্ঙমদ্রবা সাক্ষী ওইদুনা লৈরি।

# মন্দির অমসুং মূর্তিশিং

পুরীদা লৈরিবা জগন্নাথকী মন্দির অসি ভরতবর্ষগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মগী ওইবা নীঙশিং ফূড়ানী। মসি পুরীগী সমুদ্র-খোঙবান্দা লৈ; অদুগা মসিবু অশেংবা মফম হায়বদী তীর্থ-ওইনা লৌনবা মরম্না "শ্রীক্ষেত্র" নত্রগা "পুরুষোত্তম ক্ষেত্র" হায়না খঙনৈ। ভূগোলগী মতুংইন্না পাবদা মন্দির অসিনা লৈরিবা মফম অসি চপচানা অক্ষরেখা (Latitude) ১৯°-১৮´-১৭´´ অদুগা দ্রাঘিমা (Longitude) ৪৫°-৫১´-৩৯´´ গী কক্লফমদনী। হায়রিবা মন্দির অসি ভারতকী মরু-মরুওইবা সহরশিংগা লন্বী কয়ামরুম্না শম্নহল্লী। পরম পরাগী চৎনবী মতুংইন্না মন্দির অসি সোমবংশী শাগেগী যযাতি অনীশুবা ময়াম্না যযাতি কেশবী হায়না খঙনবা নিংথৌনা হৌজিক লৈরিবা মফম অসিমক্তদা মন্দির অসি শাখিবনী। অতোপ্পা থাজনবী অমগী মতুংইন্না, উরিষ্যাগী মন্দির অসি অনন্তবর্মন ছোড়গঙ্গাগী মশূনীপা অনঙ্গভীমদেবনা শারম্বা য়াই হায়না খন্নরি। নূঙদা অমসুং শেল ময়েক্লচিংবদা হক্লম্বগী মতুংইন্নদি, হৌজিক্কী মন্দির অসি ছোড়গঙ্গানা শারম্বনী হায়বসি চপচানা প্রমাণ তৌবে। অসুক চাউবা মন্দির অসি যযাতীনা হৌরম্লগা ছোড়গঙ্গানা লোইশিল্লম্বা য়াই হায়নসু খন্নবী। অদুবু চিংননিঙাই ওইবা ৱাফম অমদি মন্দির অসি শাবগী মতাঙদা অনঙ্গভীমদেবতবু থাঙ্গৎলে হায়রগা ছোড়গঙ্গাগীনা শুকপন পল্লমদবা অসিনী। অসুম্না চয়েৎননিংঙাই ওইবা ৱাফম অসিগী মরুওইবা মরম অমদি অনঙ্গভীমদেবনা মন্দির অসিগী অয়াম্বা শরূক লোইশিনবদা থৌদাং য়াখিবা -নত্ত্রে হায়রগা লোইশিল্লমদাই তাঙ্কক্তা মায়পুননা থৌদাং য়াখিবনা ওইরম্বসু য়াই হায়না ফোঙদোক্লরক্লি।

উরিষ্যাগী মন্দির অসি খৃষ্ট-কুমশিংগী ৬ শুবা শতাব্দীদা খর পিক্তক্লা হৌরম্বদগী, হৌজিক ঐখোয়না উরিবা ফীভম অসি মথং মথং তারকপনী। মন্দির অসিগী "বিমান" কৌবা মপুঙওইবা শরূক্কী মমাঙ্দা শরূক অহুম জগমোহন, নাট্য মাণ্ডব, ভোগ মাণ্ডব শাবগী ৱাখলদি অদুম লৈজরগসু, থায়নঙৈগী ওইবা ইহান-হান্না উরিষ্যাদা শাখিবা লাইশঙশিংদী য়াম্না পীক্লম্মী। নূঙপাক তরেত্তনা লোনখত্তুনা শাবা মন্দির মচা অসি মহেন্দ্র চীঙদা লৈরম্মী। মন্দির অসি য়াম্না পীকই অমসুং মসি গুপ্তগী মতম অদুৱাইদা শারম্বা য়াই হায়না থাজনরী।

উরিষ্যাগী কোরাপট জীলাগী মনুংচন্না লৈবা পদ্মপুর কৌবা খুঙ্গং অদুদা নীল কণ্ঠেশ্বরগী মন্দির মচা অমা লৈ। পদ্মপুরগী অৱাং-নোংপোক থংবা মায়কৈদা কয়াদি ৱাংফাত্তবা চীঙদোং অমা লৈ ; মসিগী মতোন্দা হৌজিক্কী অসিগা মান্নবা মান্দির মচা অমসু লৈ। হৌজিক্কী লাইশঙ অসি মহেন্দ্রপর্ব্বতকী মথক্তা শাবা মন্দির অসিগা মওং মতৌদা চাউরাক্লা মান্নে। মসিগী মন্দির অসি য়াম্না কুইরবা মতমগী মন্দির ওইনা তৌই।

উরিষ্যাগী মথং মথং চত্থরকপা য়ুমশা মওংদী ত্রি-রথ-গী মওংনী। অসুম ওল্লকপা অসিনা য়ুমশা মওং অসি ত্রি-রথ-দগী পঞ্চরথ মওংদা লাকখি। হায়রিবা পঞ্চরথ মওংগী খ্বাইদগী ফজবা মওংদী জগন্নাথগী মন্দির অসিনী। পঞ্চরথ মওং অসিদা য়াওরিবদী অনুরথ অনী, কনক অনী, রাহা অমা অসিনী। মন্দির অমা শাবা হায়বসিগী মনুংদা চেল্লীবা ঈচেলদী মূর্ত্তি অমা লেঙশিনবা অমসুং মূর্ত্তি অদুগী নুংঙাইনবা মওংদা সেবা-লংবানচিংবা তৌবিবা হায়বা অসিনী। শম্না হায়রবদা অকে-অমৌ কয়াগা লোয়ননা, নিংথৌ অমগী স্না-শঙ্গায়গী মওংদা শাজবাজ তৌবা হায়বসিনা মপূঙনী। মূর্ত্তি অদুবু নিংথৌ অমগুম্না খল্লী। মরম অসিনা মীয়াম তিনফম নত্রগা ফমফম-জগমোহন, শাগোই ঈশৈ পাঙথোকফম-নট মাণ্ডব অমসুং লূক হাফম অসিনচিংবা অসি লৈবা তাই। অদুগী মথক্তা শগোল-শামু, স্না-লূপাগী লৈতেং কয়া, মুগা অমসুং সিল্ক-কী পোষাক, অদুগা লৈনবা কা অদুনা মতোনৱাংবা বিমান লৈবা তাই। অসিগুম্বা ময়াম অসি জগন্নাথ-মন্দিরদা শুনবা য়াওই। মথক্তসু হান্না পঞ্জগ্রবা অদুনী পঞ্চরথগী মন্দির খূৎশা অসি উরিষ্যাদা য়াম্না নীঙথিজনা, মপূঙ-ফানা লৈখি। হৌজিক লৈরিবা পুরীগী মন্দির অসি শাবা মতম অসিমক্তদা ভূবনেশ্বর অমসুং মূখলিঙ্গমগী মন্দিরশিং অসিসু চপ-মান্নমা শাখিবনী। লিঙ্গারাজগী মন্দিরগী মওং অসিসু পুরীগী মন্দির মওংগা চপ-মান্ননা শাখিবনী। অদুবু লিঙ্গরাজগী মন্দিরদা য়াওদবা কয়া পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদদী য়াওই।

জগন্নাথকী মন্দির অসিদী য়াম্না ৱাংনা থোনগৎলবা য়ুম্ফমদা শাই; অদুগা লিঙ্গরাজগী মন্দিরনা য়াম্না নেমথবা য়ুম্ফমদা হৌই। লিঙ্গরাজগী ফক্লাংদা হূচ্চিন্দুনা শাবা, লাই মচা-মচা লাৎফমশিং অসি গঙ্গাগী মতমদদী য়াওরমদে, কোন্না হাপচিল্লকপা ওইনা তৌই। ইহান হানবদদী "রেখা-দেউলা" অসিতমক লৈরম্মী। মমৈদা গঙ্গাগী মতমদা জগমোহন, নট-মাণ্ডব অমসুং ভোগ-মাণ্ডবনচিংবশিং অসি হাপল্লিকখিবনী। পুরীগী জগন্নাথ মন্দির অসিদী হান্নদগী হৌনা কাজাউ অহুমসি অদুম য়াওজরক্লে। অদুগা মন্দির

অসিগী নাকল অহুমদা দেউলা হায়না খণ্ডনবা অপীকপা মন্দির মচাশিং অসি অসুম য়াওরক্লে অমসুং মন্দির মচাশিং অসিদা পার্শ্ব দেবতাশিং অসি লেঙশিল্লী।

জগন্নাথ মন্দির অসিসু পঞ্চরথগী মওংদা পগাই (যুমশা মওং অমা) গা লোয়নবা য়াম্না ফজনা শেমশারবা মওং অমনি। পগজগী গজসিংহ ফজনা হকই অদুগা ঝম্পসিংহ নত্রগা চোংবগী মওং মানবা নোংশাগী মওংসু মফমচানা য়াম্না ফজনা উবা ফংগনী। উরিষ্যাগী যূমশারোলগী চৎনবী মওংদা বাড়া - খূদম ওইনা পাড়, কুম্ভ, পটকনি অমসুং বসন্ত হায়রিবশিং অসি মচা খায়না লৈ। বন্দন অমসুং জঙ্ঘ হায়রিবশিং অসি মফম চানা-চানা অদুম মরৈ। অমরোমদা হায়রগা, নাসর-রেখা মন্দিরদা ফংবা পঞ্চরথগী মওং অসি চপ-চানা শাই। বিমান নত্রগা ৱাহে অমরোমদা হায়রগা মথং-মথং শাগৎলগা মতোন তুমখৎপা মওং অসি উবা ফংগনী। অচৌ-অচৌবা নোংশাশিংসু উবা ফংগনী। মসি করিসু নত্তে, অমরোমদা তুমখৎলক্লিবা ফূড়া অদু মফম-চানা নীঙখায়রক্তনবা মওংদা থম্নবগীদমক্তনি। উরিষ্যাদা লৈরিবা মন্দিরশিং অসিগী মনুংদা জগন্নাথগী মন্দির অসিনা খ্বাইদগী ঈৱাং-ৱাংই। মসি লম্বীগী লৈমায়দগী ফূট ২১৪ ইঞ্চি ৮ ৱাংই।

লিঙ্গরাজ অমসুং কোনরক মণ্ডিরগুম্না জগন্নাথগী মন্দির অসি য়াম্না হেন্না কলাগী মওংদা হক-খোৎপা তৌদে। অদুবু জগন্নাথ মন্দিরদা হকই-খোৎলিবশিং অসি অতৈদগী পঙনোপ নোপ্পদী ওইদে। বিমান্দা থানা তৈখ্রবা চুনম (শুনু) গী লৈরোল অদু হোগায়বদা থেংনবা বরুণ অমসুং বায়ুগী মূর্ত্তিশিং অসি, চহীরোমদদী খর নৌতক তৌরবসু, উরিষ্যাগী শিল্প-কলাগী খ্বাইদগী ফজবশিংগী মনুংচনবা য়াই। থুমহী য়াম্না চেনবা সমুদ্রগী ঈশিংনা য়েবদা চাথৎপদগী ভাকথোক্লবা হায়দুনা ফক্লাংশিং অসি প্লাষ্টর য়াম্না থানা তৌই; অদুনা ফক্লাংশিংদা হকপা লাইশিং অয়াম্বা প্লাষ্টরগী মরোল মখাদা লোত্তুনা লৈখ্রে। অদুম ওইনমক চণ্ডফমগী মাঙ্গোলদা হক-খোত্তুনা লৈরিবশিং অসিদী চাংদম্নিংঙাই লৈতবা মখৈ ফজৈ হায়না লৌবা য়াই।

মন্দির অসিগী থোঙ মরি পাল্লী। অদুগা লাপ্পা চপ মান্নবা চেকপল অনীনা মরোল অনী থোক্লা খায়। মরম অদুনা মন্দির অসি চেকপল অনীনা খাবা দ্বি-আভরণ হায়বা লাইশঙ মওং অদুনী। খা-ভারতকী শ্রীরঙ্গম মন্দিরনা, বৈষ্ণবশিংগী মমিংচৎলবা লাইশঙ সপ্তভারণ হায়বদী চেকপল তরেৎনা খাবা বৈষ্ণবশিংগী লাইশঙ অদুনী। জগন্নাথ মন্দিরগী মপালগী চেকপলনা মেঘনাদ চেকপল কৌই। পাক-চাউবনা ফুট ৬৬৫ অমসুং

ফুট ৬৪০ নি। মনুংথংবা চেকপল অসিনা ফুট ৪২০ X ৩১৪ পাকচাউই, কুর্ম্মবেধা কৌই। মপান থংবা চেকপল অসিগী অৱাংবদী মচৌ-মচা খর নাই। ফুট ২০-২৪ ফাওবা অৱাং-অনেম নাই। চেকপল মথক অদু লাম্বলদা তৌবগুম হোরায় ময়াদৌনা পরেং শানা লৈ। থোইদোকপা মওং অমনা থায়নগী উরিষ্যাগী মন্দিরশিংদী কোম্বোং অমা নত্রগা অনীতমক পাল্লম্মী। কোনারক মন্দিরনা কোম্বোং অহুম পাল্লী। অদুবু জগন্নাথ মন্দিরগীদি মনুং অমসুং মপালগী চেকপল অনীমক্তা থোঙ মরি-মরি পাল্লী। থোঙ মরি পাল্লিবা অসিগী মরম - মখাগী অসুম্না অর্থ তৌবা য়াই। ভগবান জগন্নাথ অসি নিংথৌরেলনীনা মাগী স্না-শঙ্গায়দা কেনা-মৌনা লৈবগী মতৌ উৎলী; মরম অদুনা মাগী পরিকোর অসি থোঙ্গাল অদুম্না পানবা তাই। অহানবগী চঙফম খোঙ অসিবু সিংহদ্বার কৌই। মসিনা তাক্লিবনা মতীক-মগুণ লৈ হায়বা তাকপনী। হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না য়েহৌঙৈদগী লাই-কোয়বা (পরিক্রমা/প্রদক্ষীনা) তৌবা অসি চৎনৈ। অসুম্না মন্দির অসি কোয়বদা য়েৎওইননা চৎপা তাবনা নোংপোক, খা, নোংচুপ অমসুং অৱাং অসুম্না লোইশিল্লী।

খা-থংবা স্ন-থোঙ অসিনা শগোলনী হায়নৈ। মসিনা নিংথৌ অমনা শা-লান্দা থৌবা অদু উৎলি। নোংচুপথংবা স্নথোঙ অসিনা ব্যাঘদ্ধর হায়না মিংথোল্লী হায়বদী "কৈগী থোঙ" কৌবা অসিনা ফোঙদোক্লিবনা - নুংগী ওইবা ৱাদা, হৈনিংবা-ঈচঙথৌবা অদু উৎপনী। অৱাংথংবা থোঙনা "হস্তিদ্ধার" শামুগী থোঙ হায়বদী চাওখৎপা তানবা অদুবু উৎলী। অদুগা উরিষ্যাদা থাজনবীগী মতুংইন্না স্নথোঙশিং অসি ধর্ম্ম (নোংশা), অর্থ (শামু), কাম (শগোল) অমসুং মোক্ষ (কৈ) নি হায়বা তাক্লি। অদুগা অতোপ্পা থাজনবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙাম্বা স্নথোঙগী তোঙান-তোঙাম্বা ভাব পুথোকই। মায়কৈশিং অদুদি ঃ- ধর্ম্ম (নোংপোক), যজ্ঞ (খা), বৈরাগ্য (নোংচুপ), ঐশ্বর্য্য (অৱাং) অসুম্না। স্নথোঙশিং অসিবু পূজারীশিংনা নোংমত কাংদনা পূজা তৌবা হায়বা অসিসু থাদোকপা য়াদবা শিল্লম্মী। ধর্ম্মায় স্বাহা, যজ্ঞায় স্বাহা, বৈরাগ্যায় স্বাহা অমসুং ঐশ্বর্য্যয় স্বাহা হায়দুনা থোঙশিং অসিদা মথং মথং পূজা তৌই।

তাইবংপানবগী মপূনী হায়না লৌনবা জগন্নাথনা মাগী ভক্তশিংদা স্নথোঙ মরি অসিগী থোঙদদগী চতুর্বর্গ অসি য়েল্লী। ইবুঙ্ঙোনা য়েনবা বর্গশিংদী ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হায়বনচিংবা মরি অসিনী।

মপাল অমসুং মনুংগী চেকপলশিং অসি করম্বা মতমদা শাখিবনো হায়রবগী ঐতিহাসিক ওইবা প্রমাণ ফংদে। অদুম্নদি ওইরগা মন্দিরগী চৈথরোল কুম্বাবা মাদল পঞ্জিগী মতুংইন্নদী, হায়রিবা চেকপলশিং অসি ১৫ শুবা শতাব্দীগী মমাঙদা শনখংনা শাবদী ওইরম্রেহি। জগন্নাথ মন্দিরগী স্নখোঙ অসিগুম্বা অমত্তা ১১ শুবা শতাব্দীগী মমাঙদা শাবা লৈখিদ্রি। চেকপলশিং অসিনা অসুক রাং-চাউনা শাবগী মরমদী, মন্দিরশিং অসি লানবনগুম্না শীজিন্নরম্মী হায়বা অসি উংলি। মসিগী খুদমদী মুসলমানশিংনা লান্দায়কপা খুদিংগী লাম্নী নত্রগা প্রজা মীয়াম্না মন্দিরগী চেকপল অকোয়বদা হেক হেক লোংলম্মী। স্নখোঙশিং য়াম্না ফজনা য়েক-খোক্তুনা শাই; অদুগা নত্রহুগী মূর্তি কয়ামরুমসু উবা ফংগনি। স্নখোঙ খুদিংমক্তা শিব, বিষ্ণু, হনুমান, দুর্গা অমসুং নরসিংহগী মূর্তি মচা-মচা হক্তুনা লৈবা থেংনগনী। লাইশঙগী চিদায় মরিদা শুহা তৌদুনা লৈবসু থেংনগনী। সিংহদ্বার-স্নখোঙ চঙবা মতমদা অরুন স্তম্ভ (খুম্বী) অচৌবা অমা থেংনগনী। হায়রিবা খুম্বী অসি কোনারক মন্দিরদগী মরহত্তাশিংনা পুরকপনী। সিংহদ্বারগী অহানবা ভরনাগী য়েং-থংবদা পতিত্তপাবন, হনুমান, গণেশ, কাশী বৈশ্বনাথ অমসুং নৃসিংহগী মূর্তি থেংনগনী। সিংহদ্বারগী অহানবা চেকপল লানশিল্লবা ভুংদা অনীশুবা পরিকোর য়ৌবদা থাক ২২ গী কৈরাক অমা থেংনবিগনী। মসিবু বাইসিপাচকা হায়না কৌই।

খং-থংবা স্নখোঙদগী খর চঙশিল্লগা নরসিংহগী মূর্তি অমা মমায় অরাং ওন্দুনা লৈ। মসিদগী অমুক খর চঙশিল্লগা সড়ভূজ হায়বদী মখুং-তরুক পানবা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী লাইশঙ মচা অমদা লৈ। মূর্তি অসি স্থাপন তৌবা পঙকুই কুইখিদ্রি। নোংপোক থংবা মায়কৈরোমদনা জগন্নাথকী রসয়ঘর (রালহৌশঙ) লৈ। রালহৌশঙ অসি লৈরঙ চাম-চামনা খুজিং ওইনা লৈ। মসিদা জগবন্ধুগী মহাপ্রসাদী মী লাক্ষ অমগী মতম অমত্তদা হৌবা ওম্মী। নোংচুপ থংবা স্নখোঙগী অহানবা তোরনাদা - রামেশ্বর, মহাদেব, শ্রীজগন্নাথ, দ্বারকানাথ অমসুং বদ্রিনাথকী মূর্তিশিং স্থাপন তৌদুনা লৈ। অনীশুবা তোরনাগী নাকল অনীমক্তা লৈকোনশিং লৈ। মসিদগী ইবুঙ্গোগী নীতি সেবাদা চঙবা লৈ শৃশিং হেকই। লৈকোনগী য়েং থংবদা চক্রনারায়ণ অমসু সিদ্ধেশ্বরগী মূর্তি লৈ। অদুগা ওইরোম থংবদনা ধবলেশ্বর-মহাদেবগী মূর্তি লৈ। চক্রবু তোঙানবা লাইগী মূর্তি ওইনা লাংপা অসি উরিষ্যাগী তোপ-তোপ্পা খুদমনি। অরাং স্নখোঙগী য়েংথংবা শরক্তা অহানবা তোরনাগী মখোঙদা শীতলা দেবীগী অপীকপা লাইশঙ

অমসু লৈ। মফম অসিৱাইদা মুনা-কুহাঁ মফম অসিদগী ভগবান জগন্নাথগী স্নান-যাত্রা মতমদা অভিষেক তৌনবা ঈশিং চফূ ১০৮ শোকই। অনীশুবা তোরনাদগী খর থাপ্তুক্লা খোংনাং পান্বী অমা হৌই। হায়রিবা খোংনা পান্বী অসিগী অকোয়বদা চনবা লৈতোঙ মথক্তা মমিং চৎলবা কোয়লী-বৈকুণ্ঠ নত্রগা কৈবল্যা-বৈকুণ্ঠ কৌবা মূর্ত্তি অসি লৈ। মতম অমদা, মফম অসিদা নীলমাধব অসি লৈরম্বী হায়নৈ।

মফম অসিদগী মনুংগী চেকপল (প্রকোর) হায়বদী কুর্ম-ভেড়া হৌরে। হায়রিবা প্রকোর অসিদা আভরণ দেবতাশিং (মরুওইবা মূর্ত্তিবু কোয়শিনবা লাই-ময়াম) লৈবা হৌরে। মসিদগী নোংপোক পাংনা মথক কূপ্পা খোঙলম্বী অমা ভোগ-মাণ্ডব তান্না চৎখ্রী। হায়রিবা লম্বী অসিদা চাকথোংবা (পূজারী/শুআর) নত্রগা সুপাকারশিংনা ভোগ-মাণ্ডব তান্না ভোগ পুথোক-পুশিন তৌই। ভোগ-মাণ্ডবকী থোঙ অহুম পাল্লী; থোঙ খূদিংগী নবগ্রহ য়েক্তুনা লৈ। মথকূপ্পা লম্বী অসিগী খ-নোংপোক্তা অগ্নিশ্বর মহাদেবগী মন্দির লৈ। মূর্ত্তি অসিনা ৱালহৌশঙ অসি পান্নে অমসুং ঙাকশেল্লী হায়না থার্জনৈ। নোংপোক অমসুং খা থংবদা সত্যনারায়ণ, বাটগোপাল, সর্ব্বমঙ্গলা, বালকুণ্ড, বটবিহারী জগন্নাথ, স্বেত-গণেশ, সত্যভামা অমসুং কল্পবট (৬) লৈ।

ৱালহৌশঙদা লূক হৌবগী মওং অসি খ্বাইগা মান্নদে। করিগুম্বা মৈফমদনা চফূ ৯ মথং-মথং লোনখৎনদুনা লূক হৌই। তান্ত্রিক শাস্ত্রগী মতুংইন্না ৯ নত্রগা ৯ না পুরিবদা তাবা মওংদা লূক হৌবা অসি মহাপ্রসাদকী অচুম্বা মওংনী। ইচম-চম্বা মফমদা লূক হৌবা অসিদী মহাপ্রসাদীগী মনুং চনবা য়াদে। মৈথক্তা চফূ ৯ অসি থাঙ্গৎলবা তুংদা বৈষ্ণবাগ্নিগী তত্ত্ব পানশিল্লী। বৈষ্ণবাগ্নি-হোমগী মতুংদা লূক হৌবা হৌই। বৈষ্ণবাগ্নিগী মওংদী মখাগী অসুম্না তৌই ঃ-



লাই তরাক অসিদী অগ্নিগী অবর্ণ দেবতাশিংনী। মৈফমশিং অসি বৈষ্ণবাগ্নিগী মতুংইন্না মৈ হৌই। মতাঙ অসিদা লক্ষ্মী অসি ঋতুমতিনী হায়না লৌই। নারায়নগী মাগা তিন্নরগা থোরকপা মৈ অদুনা মৈ হৌদুনা লূক-হৌনবা-মৈফম অসি থাগৎলী হায়না লৌই

মফম অমমমদা ৯/৯ লোঙই। মৈফমশিং অসিদা থোংলবা লূপ অদু ভোগ ওইনা জগন্নাথ-দা কৎলী। জগন্নাথদা কৎলুরবা ভোগ অসি বিমলাদসু কৎলী। অসুম্না কৎলবা তুংদদী ভোগশিং অসি মহাপ্রসাদ ওল্লে অমসুং মীযামদা য়েন্থোকপা য়ারে। মসিগী চৎনবী অসি তান্ত্রিক প্রথানী অমসুং খ্বাইগা মান্নদবা মওংনী। মতাঙ অসিব্রাইদা অন্ন-ব্রহ্ম, দারু-ব্রহ্ম অমসুং নাম-ব্রহ্ম, ব্রহ্ম অহুম পূল্লে।

মপৃঙ-ওইবা মন্দিব অসিগী খা থংবদা মুক্তি-মাণ্ডব কৌবা অচৌবা শঙ অমা লৈ। মসি যূম্বী ১৬ না পুই। মাণ্ডব অসিদা শঙ্করমঠকী সন্ন্যাসীশিং অমসুং উবিষ্যা নিংথৌনা লিংখৎপা শাসন ১৬ কী পণ্ডিত ১৬ না মফম অসিদা ফমদুনা ধর্ম্মগী ওইবা ব্রাফম কযা খন্ন-নৈনৈ। ধর্ম্মগী অমসুং পূজাগী ওইবা ব্রাফম কয়াদা চয়েৎনবা লৈরবদী পণ্ডিত-সভা অসিগী মাঙদা পুথোকই। লোয়শঙ অসিনা পীবা বায়না অরেপ্পনী। ব্রহ্মাসন হাযনসু খঙনবা মুক্তি-মাণ্ডবতগী খজিক্তং চৎলগা সুদর্শণ অমসুং ভুষুণ্ডি (ক্বাক) কী মূর্ত্তি লৈবা রোহিনীকুণ্ড লৈ। মুক্তি-মাণ্ডবকা হেক থংননা নবসিংহগী লাইশঙ লৈ। থাজনবীগী মতুংইন্না জগন্নাথ-মন্দিরবু য়েংশিনবা (পান্নবা) লাইদি নরসিংহ ভগবাননী হায়নৈ। অদুগা জগন্নাথদেবগী পরিকোর মনুংদা লৈবা মন্দিবশিংদদী মসিনা খ্বাইদগী লিববা হাযবদী কুইববনি হায়নৈ।

মসিগী মথংদা ঐখোযনা থেংনগদবা অসি বিমলাগী মন্দির মচা অসিনী। তান্ত্রিকী মতুংইন্না ইবেম্মা অসি ভৈববী কৌই। অদুগা ভৈরব হায়নসু খঙনবা জগন্নাথকী মনাইনুবীনী হাযনসু লৌনৈ।

মদুগী প্রমান ঃ-

"বিমলা ভৈরবী যত্র জগন্নাথ স্তুভারি বহঃ ।।" (শক্ত পীঠ)

মন্দির অসিগী মথংদা ভুবনেশ্বরগী মন্দির লৈ। বিমলা অমসুং ভূবনেশ্বর মন্দির অনিগী মরক্তা বেণু-মাধব, রামা, শাক্ষী গোপাল অমসুং ভণ্ডগণেশকী মন্দির মচা-

মচা লৈ। থাজনবীগী মতুংইন্না ভগুগণেশ অসি পুরষোত্তম্না কাঞ্চি জয় তৌরবা তুংদা পুরকখিবনী হায়।

পরিক্রমা চৎপা মতমদা থেংনবা মরূওইবা লাইশিংদী লক্ষ্মী দেবীগী মন্দির মচা অমনি। হায়রিবা মন্দির অসিদা য়াম্না ফজনা হকখোৎপা কয়ামুক থেংনগনী। মন্দির মচা অসি, মপূঙওইবা মন্দির শাবগা ঈরোয়ননা ছোড়গঙ্গনা শাবা ওইরমগনী হায়নৈ। ভুবনেশ্বরী অমসুং লক্ষ্মীগী লাইশঙ্ অনীগী মরক্তা নীলমাধবকী লাইশঙ মচা অমসু লৈ। মসিদা জগন্নাথগী উগী মূর্ত্তি অমা লৈ। মসিগী ভবার্থনা নীলমাধব অসি উগী মূর্ত্তিদগী ওনখিবনী হায়বা তাকপনী। লক্ষ্মী মন্দিরগী ওইরোম থংবদা নবগ্রহগী মূর্ত্তি ময়াম শাদুনা লৈ। মসিবু পাণ্ডাশিংনা নুমিৎ খূদিংগী পুজা তৌই। মসিগী মথংদা সূর্য্যগী মন্দির লৈ। মন্দির অসিগী অৱাংথংবদা লক্ষ্মীনারায়ন, দধিবামন, রাম-সীতা, পাতালেশ্বর অসিনচিংবগী মূর্ত্তিশিং লৈ। মসিদগীদি য়াম্না মমিং চৎলবা মহাপ্রশাদীবু নুংতিগী য়োনবা আনন্দবাজার কৌবা কৈথেল লৈখ্রে।

মন্দির অসিগী হকখোৎপগী লঙ্গৈ অসি মারকৈ অহুমথোক্লা খায়দোক্নুা য়েংবা য়াই। বিমানগুম্না ভোগ-মাণ্ডব অসিসু পঞ্চরথ্ পিঢ়াদেউলানী অনুরহ-পাগশিংদী য়াম্না ফজবা হায়বদু থোক্তে। মসি নাপু মানবা নূঙফোপ (sand-stone) না শাবনী। অদুগা, অঙাংবা (ochre) মচুনা য়েক-খোৎলি। বরশ্তিগী কু লা (niches) শিংদ হক-খোত্তুনা থল্লিবা লাইশিং অর্থ য়াম্না চেল্লী। পনবা য়াবা খরদী বরশ্তিগী মথকথংবা শরূক্তা য়েক্লিবা দোল যাত্রা উৎসবকী মণ্ডং, শন্দম্ব-থক্তা লেঙশিনবা শিব-মূর্ত্তি, শজিক চারিবা ষনবীশিংবু য়েংদুনা লৈবা বাঁশী থোনবা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি পনবা য়াই। উরিষ্যাগী নিংথৌনা যাত্রা ১২ দা শরূক য়াবগী তোঙান-তোঙানবা মণ্ডংগী ফীভমশিং হক্নুা লৈ। যাত্রিকশিংনা য়েংনবা যাত্রাগী অহকপশিং অসিবু কৌতুক-যাত্রা হায়না খঙনৈ।

অঙাং ওইর্রিঙৈদগী পাখং ফাগৎলকপা মতাং ফাওবগী কৃষ্ণ-লীলা খিবিকপু উত্তুনা তাকপা ওইনা ভোগ-মাণ্ডবতা লৈ। মসিদগী হেন্দোক্লদুনা পূক্লিং ইরাং-হৌহনবা মূর্ত্তি কয়ামরুম অমসু লৈ। ফক্লাংদা হক্লি-খোৎলিবা অসি নত্তবা অয়েকপা লাইশিংদী ভোগ-মাণ্ডবতা অমত্তা উদে। অদুমকপু, অঙকপা মণ্ডং অমদী মাইকৈ-তরা কোল্লিবা-লাইশিং, মখোয়-মখোয়গী শাদোংগা লোয়ননা অমসুং মখোয়গী শক্তিশিংবু উত্তুনা তাকপা অহকপা লাই তরা লৈ। মখোয়শিং অসি দিকপাল হায়না খঙনৈ।

মথংদা খন্নবা য়াবা অমনা নাটমাণ্ডবনি। মসিগী মনুংদা, নোংপোক থংবদা, ময়াম্না শকখণ্ডনববা গরুড়-স্তম্ভ (যূম্বী) লৈ। মফম অসিদা লেপ্লগা মরুওইবা মূর্ত্তি অহুম দর্শণ তৌবা ফংই। ভক্তশিংনা যূম্বী অসিগী মনাক্তা লেপ্লগা লাপ্না দর্শণ তৌই। হায়নবা অমা লৈ মদুদি, যূম্বী অসিগী মনুংদা সমন্তক-মণি-লৈ। মরম অদুনা জগন্নাথগী ভক্তশিংনা যূম্বী অসি কোল্লগা মশাদা লৈবা অনাবা খিবিকপু কোই হায়দুনা যূম্বী অসিবু মশাদা কোল্লী। গরুড় অসি চাইথবগী জল (ঈশিং) অদুনা ভক্ত ময়ামগী স্নান ওইনে। থায়নঁৈঙেদদী নাট-মাণ্ডব অসিদা দেবদাসীশিংনা জগোয় হেক-হেক শাবম্মী। হৌজিক্তি জগমোহনদা ওইনা শারে। গরুড়-স্তম্ভগী মনীঙথংবা ভোগ-মাণ্ডবকী ফক্লাংদা মূর্ত্তি ময়াম অমা হক্তুনা লৈ। মসিবু যাত্রিকশিংনা য়াম্না যেংনৈ। ফক্লাং অসিগী অতেপ্পা নাকল অমদা বিষ্ণুগী অবতাব ১০ হক্তুনা লৈ। অবতাব ১০ অসিগী অহকপা লাইশিং অসিগী অঙকপা অমদি জগন্নাথবুসু বুদ্ধদেবগী অবতাব অমা ওইনা য়াওশিল্লম্বা অসিনী। অদুগা জগন্নাথ অসি বুদ্ধগী অবতাব অমা ওইনা লৌবা অসিনী। হক্লিবা লাইশিং অসি অনৌবা ওইনা তৌই। মসি কলি যুগতা জগন্নাথনা নীলাচলদা বুদ্ধদেব ওইনা শায়োনগনী হায়বা পঞ্চসখাগী ঈথিল মাল্লী। অদুবু থায়নগী পুরাণশিংদা, কাব্যশিংদা নত্রগা পূজাবিধিশিংদা জগন্নাথ অসি অবতার (শাইয়োন) নি হায়বা অমত্তা য়াওদে। "ইবুঙ্গোদী অবতাব পূম্নমক্কী অপূনবা শক্তম্নি।" হায়না পঞ্চসখাশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অচুতানন্দ দাসনা, মানা ইজবা লাইরিক "শুন্য সংহিতা" দা ইরি। ব্রাহ্মণশিংগী সাহিত্য অমত্তদা ইবুঙ্গোবু বুদ্ধদেবগী অবতারনী হায়না করিগুম্বা মতাং অমত্তদা পন্দে। তৌববুদী, ইন্দ্রভূর্তিনা ভগবান জগন্নাথ অসি বুদ্ধদেবগী শাইয়োননী হায়। অদুগা মন্দির অসিদা লৈবিবা চৎনবী কযা অমসুং লাইবিক-লাইশু কয়াদগী থিরুবা মতমদদী ইবুঙ্গো অসি বুদ্ধদেবগী অবতার (শাইয়োন) নত্তে হায়বা অসি ময়েক শেংনা তাক্লি।

ফক্লাংগী অতোপ্পা নাকল অমদনা নিংথৌ পুরুষোত্তম দেবনা লান চৎপা মওংগী লাই য়েকই। বল্লভদ্র অমসুং জগন্নাথনা মথঙশীৎনা শগোল-অমুবা অমসুং শগোল অঙৌবা তোংদুনা লেঙবা; শঙ্গোম য়োনবী মাণি-কী গোপালুনীনা শগোল মমাঙদা থৎপগী মওং ফোংদোক্তুনা উৎপা লাইসু য়েকই। নিংথৌ পুরুষোত্তমদেবনা কাঞ্চিলান্দাবা চৎপদা অরোনবা ফীজোল থোন্দুনা লেঙলিবা বল্লভদ্র অমসুং জগননাথ অনীবু থালীনি মানিকীনা মচীন-মনাও অনিদা শঙ্গোম পীথক্লিবনী হায়না লৌনৈ। নাট মন্দিরদা হৌজিক

হৌজিক্কী ওইবা লাই কয়ামরুম অমসু য়েক্লি। শঙ্করাচার্য্যনা ভগবান নরসিংহদা খুরুম্বগী মওংসু উৎলী।

খ্বাইদগী মনুংথংবা গর্ভগৃহ নত্রগা মনিকোটাগী মমাঙদা জগমোহন লৈ। মফম অসিদগী ভক্তশিংনা ইবুঙ্গোবু দর্শণ ফংজে। মথক্তা পঞ্চখ্রবা গর্ভগৃহ নত্রগা মণি-কোটা বিমান হায়না খঙনবা অসি ইবুঙ্গোগী মন্দিরগী মরুওইবা মফম্নি। মফম অসিদা জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রা অদুগা সুদর্শণগী দারু-মূর্ত্তিশিং, ৱাংখৎনা শাবা রত্ন বেদী নত্রগা মহাদেবী কৌবা বেদী মথক্তা লৈ। বেদী অসি ফুট ১৬ শাংই ১৩ পাকই অমসুং ফুট ৪ ৱাংই। থাজনবী অমা লৈ মদুদি রত্নবেদী অসিগী মনুংদা শালগ্রাম চক্র লাক্ষ অমা ফুমখি হায়না। মনিকোটাগী চঙফমদা জয় অমসুং বিজয় কৌবা দ্বারপাল অনী লৈ। রত্নবেদীগী অকোয়বদা ভক্তশিংনা পরিক্রমা চৎপা য়ানবা মফম ফজনা থাকই। রত্নবেদীগী নাকলদা ভোগ থম্মী।

মন্দির অসি যোগগী পুরুষ হায়না লৌই। যোগগী চৎনবী মতুংইন্না লম্বী ৮ নি। অদুগা যোগী অমনা থাক ৮ অসি ঙাক্লা চৎপা তাই। মতৌ অসুম্না লাইশঙ্ অসিসু অষ্টাঙ্গ হায়বদী অঙ্গ ৮ - খূদম ওইনা - প্রভাগা, বন্ধন, জঙ্ঘ, গণ্ডি, গর্ভ, বেকী, খাপুরী অমসুং কলশ হায়দুনা মথং মথং থক্তগী খারোমদা হাইথরকপা তাই।

বিমান হায়বদী লাইশঙদা পূজা চৎনরিবা মূর্ত্তিশিং অসি মখল অনীনি ঃ অমনা আরচা অমসুং তত্ত্বঃ অদুবু মন্দির মনুংদা হক্লিবা মূর্ত্তিশিং অসি মখল অহুম্নী। মখোয়শিং অদুনা ঃ-

(১) শাস্ত্রগী মতুংইনবা ধ্যান মূর্ত্তিশিং;

(২) শিল্প-শাস্ত্রগী মতুংইন্না হকপা আবরণ তত্ত্ব মূর্ত্তিশিং;

(৩) লৈতেংগী ওইবা মূর্ত্তিশিং।

মথক্তা পনখ্রিবা কাঙলূপশিংদা চনবা য়াবা লাইশিংদী ঃ নারায়ণ, অনন্ত, পুরুষোত্তম, বিমলা, লক্ষ্মী, ভূবনেশ্বরী অসিনচিংবশিং অসি অহানবা কাঙলূপ্তা চিংই; ক্ষেত্রপাল, তপস্বি-মহাবীর, বৈকুণ্ঠশ্বর, পাতালেশ্বর অসিনচিংবনা অনীশুবা কাঙলূপ্তা চিংই; অদুগা গোপেশ্বর, গঙ্গা, জয়-বিজয়, রামভিষেক; যোগনারায়ণ অসিনচিংবনা অহুমশুবা কাঙলূপ্তা চিংই। বিমানগী মপান্দা খা, ৱাং, নোংচূপ্তা পারশ্বদেবতা (মশা

ওইবা লাইশিং) লৈ। মখোয়শিং অদুদি ঃ বামন, বরাহ, নৃসিংহ অসিনচিংবনী। পার্শ্বদেবতাশিং অসি মথোল অনী কানা শাবা পিড়া দেউলাগী মথক্তা থম্মী।

জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রাগী মূর্ত্তি অহুম অসি ধ্যান অমসুং মূর্ত্তি শাবগী শাস্ত্র মতুংইন্না শাখিবা নত্তে। ভগবান পুরুষোত্তম জগন্নাথকী পরম-পরাগী ওইবা অমসুং দার্শাণিক ওইবা কয়ানা উৎলিবদী "ইবুঙ্ঙো অসি উহনবসু, উহন্দবসু ইঙমদা ঙম্বা অদুগুম্বা শক্তিনি। প্রকৃতি-পুরষ অনীমক-তূনা লৈবা ভগবাননি।"*১ হাযরিবা ৱাফম অসীমক বিষ্ণুধর্ম্মত্তর পুরাণসু শৌগৎলী।

তন্ত্রশাস্ত্রগী মতুংইন্না ভক্ত অমনা পরাত্মাগী চপচাবা মওং অমা লাকশিনগে হায়বিবদী ইচম-চম্বা তাইবংমী অমগুম্না - খোঙ, খূৎ, মীৎ, নাকোংনচিংবা অমত্তা যাওরোইদৌবনী। ইবুঙ্ঙো মহাক্তি সংসারিকতগী তোঙান মওংদা খঞ্জগদবা ওই। মন্দিব অসিদা য়াম্না ঙক্লিংঙাই ওইবা মওংদা অহৌ-অরোই নাইদবা মওং অদুবু ফোঙদোকপা শকফম ওইনা তৌই।

করম্বা পোৎশক্তগী শাবনো হায়বদু খন্ননিংঙাই ওইব্রা হায়না নীঙঁজে। মূর্ত্তিশিং অসি নিম কৌবা উ অদুনা শাবনী। লাইশঙদা লাৎনরিবা মূর্ত্তিশিং অসি হৌনশা ওইনা উ-না কয়া শানদে। অদুবু ভবিষ্য পুরাণগী মতুংইন্নদী বিষ্ণুগী বিগ্রহ শাবদা খ্বাইদগী শেংবা অমসুং মগুণ লৈবা উদি, নিমগী উনি হায়নৈ।

পুরাণ অসিমক্কী মতুংইন্না, তোঙান-তোঙাম্বা বর্ণগী মীওইশিংনা ঈশ্বরগী বিগ্রহ শাবদা শিজিন্নগদবা উ মখলশিংদী খৈন্নে। মখোয়শিং অদুদী - ব্রহ্মণশিংদা শেংবা উশিংনা সুবদারু, শমল, মধুকা, চন্দন অসিনচিংবা; ক্ষেত্রীশিংদা শেংবা উ-শিংনা অরিষ্ট, খাদিরা, তিন্দুকা, অস্বথ। বৈশ্যশিংগী ওইনা শেংবা উ-শিংনা ঃ খাদিয়া, চন্দন অদুগা শুদ্রগী ওইনা অশেংবনী হায়না লৌনবা উ-শিংনা কেশর, সবঞ্জক, আমর, শাল অনিচিংবনী। অদুমকপু বর্ণ খূদিংমক্তা শেংবা উ-শিংদী - নিম্ব, শ্রীপর্ণ, পানাস, অর্জ্জুন হায়রিবশিং অসিনী। মরম খূদিংমক অসিদগী ময়াম পূম্নমক্না খুরুমজবা য়াবা জগন্নাথ অমসুং মাগী লোয়নবশিং অসি নিম হায়বা উ অদুনা শারিবনী।*২ অদুগীসু মথক্তা বৈখান সাগমগী মতুংইন্না উশিং অসি নীপা, নুপী অমসুং অনীমক নত্তবা অসুম্না অহুম থোক্না খায়দোকই। নিম হায়রিবা উ অসি নীপাগী কাঙলূপ্তা চল্লী। মরম অদুনা খ্বাইদগী লিংবা উ মখলনি হায়না লৌনৈ। অদুনা জগন্নাথকী বিগ্রহ নিমগী উনা শারিবনী।

---

*১ বিষ্ণুপুরাণ অধ্যায় ৬ শ্লোক ৪।

*২ ভবিষ্য পুবাণ অমসুং বৈখ্যান সাগম অধ্যায় ৬ লাঃ ১৮-২০

বৃহৎ সংহিতাদা দারু (উ) না বিগ্রহ (মূর্ত্তি) শাবগী মগুণ য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গৎলী। হায়রিবা উ-গী বিগ্রহ্ লাচ্চবনা, লাৎলিবা মীওইশিং অদুদা মখল মরীগী কান্নবা ফংজে। মদুদি ঃ- আয়ু (পুন্সি নুংশাংবা), শ্রী (লন্থুম), জয় (মায় পাকপা), মসিগী মতাঙদা বৃহৎ সংহিতাদা অসুম্না ইরি ঃ-

"আয়ু, শ্রীবলজয়দা দারুময়ি মৃণময়ি এথা প্রতিমা।
লোক হিতায়া মনিসয়ি সৌবরনায় পৃষ্টি তদ ভবতি।।
রজতময়ি কিরতিকারী প্রজাভিবঢ়িম করোটি তামবা ময়ি।
ভূলাভম্ তু মহান্তম শাঙ্গৈলী প্রতিমা অহব লিঙ্গ।।"

অদুগা অতৈ অতোপ্পা পোৎশক্না বিগ্রহ্ শাদুনা লাৎপনা মথক্কী অমা নত্রগা অনী অমসুং মনি-মুক্তানচিংবদী য়াম্না ফংই।

অসুম্বা ৱাখল্লোন ময়াম অসিনা থৌইনশিন ওইদুনা উরিষ্যাগী নিংথৌশিংনা নিম হায়বা উদুনা বিগ্রহ্ কয়া শারম্মী। অতৈ লাইরিকশিং খূদম ওইনা বৈখান সাগম, কাশ্যপশিল্প, বিষ্ণু সংহিতনচিংবদা উনা বিগ্রহ শাবগী ৱা পল্লী।

শিল্প-শাস্ত্রগী মতুংইন্না মূর্ত্তিশিং অসি কাঙলূপ অহুম থোক্না খায়দোকই। মদুদি, চল (লেঙবা য়াবা); চলাচল (লেবসু য়াবা, লেঙদবসু য়াবা), অচল (লেঙবা য়াদবা)। অদুগা অমুকসু মূর্ত্তিশিং অসি স্থানকম, আসনম্, শয়ণম - হায়বদী অরেপ্পা, অফম্বা অমসুং হিপ্পুনা লৈবা; অসুম্না অমুক খায়দোকখ্রে। মহৌশানা মন্দিরদা লেঙশিন্দুনা লৈবা মূর্ত্তিশিংদী মপান্দা কয়া পুথোক্লদে। করিগুম্বা পর্ব্বদীন তারকপা মতমদা মপান্দা পুথোক্লবা মূর্ত্তিশিংগী অরচা নত্রগা উৎসব নত্রগা কৌতুকাবেরা হায়বশিং অসিনী। অদুবু শ্রীশ্রীজগন্নাথকী মুলবিগ্রহশিং অসি রত্নবেদীদগী চহী অমদা অনীরক মপান্দা লেঙথোকই। অমুক্না রথযাত্রা উৎসবতা অদুগা অমুক্না স্না-যাত্রাদা। স্না-যাত্রাগী মতমদা মূর্ত্তিশিং অসি অভিষেক তৌই।

মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদী শ্রীশ্রীজগন্নাথ অমসুং মাগী লোরনবশিংগী মূর্ত্তিশিং অসি চলাচল হায়বা কাঙলূপ অদুগী মনূং চল্লী। উনা শাবা বিগ্রহশিং মচূ-মমেন তৈদ্রবদী, পূজা তৌবা মতিক ওইদে। মরম অদুনা বিগ্রহশিং অসিগী মচু অসি শিল্প-শাস্ত্রগী অমসুং অগমশিংগী মতুংইন্না অঙ্গরাগ কৌই।

দেবেসস্য অঙ্গম শ্বেত সৌববণম্।
শ্যামঞ্জনম চ সববনাম শ্যামা বর্ণম ব্রা কবযেৎ ॥ *

নিলাদ্রি মহোদযগী মতুংইন্না জগন্নাথকী মূৰ্ত্তি অসি চক্রযন্দ্রদা যূম্ফম ওই। মূৰ্ত্তি শাগদৌবিবা উ অসি শৰূক অনীথোক্লা খাযদোকই। থক্তা ভাগ (শৰূক) ১৪; খাদা ভাগ (শৰূক) ১৮। মযায থংবা (জাম্য) ভাগ (শৰূক) অসিনা পব (ইঞ্চি ১০ ১/২ লৈহনগদবনী। থম্বাল মানবা চবণ অনীনা পব ১৫ ১/২ লৈহৌবিবা ভাগ ১৪ ১১/১৬ অসিদা পব ৫০ ১২/১৬ হাপচিল্লগা ইবুঙ্গেঙাগী শ্রীমূৰ্ত্তিগী অপূনবা অব্রাংবা অসি পব ৮৪ নী। পাম্বোম অনী অসি শৰূক ১২ নী। অদুগা মযামগী দর্শণদী ফংদবা লোত্তুনা লৈবা পব-না ২৮ নী। মযাম্না উব যাবা পাম্বোমগী শৰূক্লা পব ৮ নী। নাতোনগী শৰূক্লা পাম্বোমগী হাযবদী পব ৮/১০ ওইগদবনী। নাতোনগী অবোইবা শৰূক্তগী কোক ফাওবনা পব ২৫ ১২/১৬ ওইগনি। মাযথোঙগী অকোযবনা পব ৩০ ওইগদবনী। হৃদি হাযবদী থবাক্তা পব ৪ অমনা ব্রহ্ম হাপচিন্নবা খাক্কদবনী। খা-থংবা শৰূক্তি ফজনা শাগদবনী।

জগন্নাথকী বর্ণ অসি চক্র মানবা অদুগা চক্র যন্ত্রগী মতুংইন্না শাবা মবম্না, জগন্নাথবু চক্রধাবী হাযনা মিংথোল্লী। বল্লভদ্রগী মূৰ্ত্তিনা শঙ্খযন্ত্রগী মতুংইন্না শাবনী। মবম অদুনা, ইবুঙ্গেঙা বল্লভদ্রগী বর্ণ অসি মোইবুং (শঙ্খ) গী মতৌগুম্না ঙৌই। বল্লভদ্রনা নিনবা অসি পব ৮৫ নী অমসুং শৰূক ৩২ থোক্লা খাযদোকই। মাযথোঙনা পব ২ অদুগা লাইবক্কী শৰূক্লা পব ৫ নী। অদুগা ব্রহ্ম-বীজ হাপ্পবা থবাক্কী শৰূক্লা পব ১০ ১/২ নী। (মসিদগী কূপথবা কযা লৈবি। হেন্না কূপ্পা খণ্ডবিনীণ্ডবশিংনা লাইবিক অসিগী যূম্ফম ওইবিবা মুল লাইবিক অদুদা যেংবিগনী)। ইবেম্মা সুভদ্রাগী মূৰ্ত্তি অসিদা যূম্ফম ওইবদী পদ্ম-যন্ত্রনী। মসিনা তাকপদী সুভদ্রাগী বর্ণ অসি লক্ষ্মীনা খোঙনেৎনবিবা পদ্ম (থম্বাল) গী মচু মানফম থোকপনী। ইবেম্মনা নিনবনা পব ৫২ নী অদুগা মাযথোঙনা পব ১৫ নী। লোত্তুনা লৈবিবা থম্বাল-লকা মানবা চবণ অসি পব ১৭ নী। সুদর্শন অসিনা গদাযন্ত্রগী যূম্ফমদা শাবনী। সুদর্শণগী অশাংবনা পব ৮৪ অমসুং অকোযবনা পব ২১ নী। (পব ১= ইঞ্চি ১)। চপচানা পথাপ থাদুনা ওনবা ঙমদ্রবসু মূৰ্ত্তিশিং অসিগী পাক-চাউবা অসি চাউবাক্লা মান্নে হাযনা লৌবা যাই।

* বৈখান-সাগম - বর্ণা-শমস্কবম অধ্যায় ৩৪ লাঃ ৪৬

মতাঙ অসিদা য়াম্না খন্ননিঙ্ঙায় ওইবা ব্রাফম অমনা মূর্ত্তিশিং অসিগী নয়ণ (মীৎ) শিং অসিনী। ইবুঙ্ঙো জগন্নাথকী নয়ণ অসি কোইরপ-কোয় চকাদোল-নী। বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাগীদি কোয়দে, থম্বাল-লৈনাগুম খর য়ুংশাংনৈ। পূম্নমক অসি ১২ শুবা শতাব্দীগী মূর্ত্তি শাবগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়াগী মখাপোন্না শাবা ঙাক্তনি। অদুনা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী নয়ণ অসি নুমিৎ-থাগী মওং মালহল্লীবনী।

ঐখোয়না খন্নরিবা মূর্ত্তি অসি নত্তবা শ্রীক্ষেত্রগী পরিকোরদা মূর্ত্তি কয়ামরুম লৈ। মখোয় খূদিংমক্কী মওংশিং তোঙান-তোঙান্না থারবদী লাইরিক অসি চাউখিদ্রা খন্দুনা মমিংতা ওইনা পঞ্জরে। মদুগীদমক্তা পাঠকশিংনা ঙাকপীগনী। মূর্ত্তিশিং অদুদু - বিমলাদেবী; ভূবনেশ্বরী, লক্ষ্মী, মাধবা, ত্রিবিক্রমা-বামন, নৃসিংহ, বরাহ, ক্ষেত্রপাল, দ্বারপাল, দিকপাল। হায়রিবশিং অসিগ্নী মথক্তা ফল্লাংদা হক্কুনা শাবা অদুম্নদী ওইরগা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উৎসব-মেলাগী মওং তাকপা দৃশ্যশিং খূদম ওই ঃ- (১) দোলোৎসব, (২) কুমারোৎসব, (৩) স্নানোৎ/সব, (৪) দুর্গামাধভোৎসব, (৫) বিজয়োৎসব, (৬) অভিষেকোৎসব, (৭) সুনিউৎসব, (৮) গহনোৎসব, (৯) নন্দোৎসব, (১০) নবকেলী-উৎসব, (১১) নৃত্যোৎসব অমসুং (১২) রাজোৎসব। অদুগী মথক্তা দ্বাদশ-যাত্রাগী মনুংদা মরি অমগা ফল্লাংদা হক্কুনা লৈবা উই।

ভোগমাণ্ডবকী অৱাংথংবা শরক্তা য়াম্না অর্থচেনবা লাইগী মূর্ত্তি অমা হক্কুনা লৈ। লাই অদুদী দুর্গামাধবকী লাইনী। লাই অসিদা জগন্নাথগা লোয়ননা শিব-দুর্গাসু পূন্না হক্কুনা লৈ। মসিনা উপাসনা পূম্নমক অসি অমত্তনী হায়বা তাক্লি। হায়রিবা মওংগী লাইশিং অসি কোনারক মন্দিরদসু উৎলী। হায়রিবা চিত্রবট অসিদা নিংথৌ অমসুং মাগা লোয়নবী নূপীশিংগী মূর্ত্তিসু উৎলী। অদুগা য়াম্না ঙক্লিংঙাই ওইবা অমনা মকোই চোম্বা লাইনিংবা অমগা নিংথৌগা মখূৎ শোক্লবসু উৎলী। মসিদা উৎলিবা নিংথৌ অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন ওইরম্বা য়াই। অদুগা মকোই চোম্বা লাইনীঙবা অসিনা শাবরগী মকোক বিশ্ববাহু ওইরম্বা য়াই হায়না থাজনরি।

পণ্ডিত কয়া অমদি দার্শনিক কয়ানা জগন্নাথকী মন্দিরদা অকাম-অপেৎকী ওইবা মূর্ত্তি কয়া হক্কুনা লৈরিবা অসিগী মতাঙদা নতৈ-হুক্তে হায়বগী মত কয়া ফোঙদোক্লবা য়াওই। ধর্ম্মগী ওইবা মন্দির কয়াদা অসুম্বা মূর্ত্তি কয়া য়েকপা অসিগী মতাঙদা খর

শেংদোকপগী দরকার লে। অসুম্বা নুপা-নূপীগী ওইবা অকাম্বা দৃশ্য উৎপা নত্রগা য়েকপা অসি জগন্নাথ মন্দিরদতা নত্তে। থায়নগী অমসুং ময়ায় ওইবা যুগকী লাইশঙশিংদা অসুম্না কাম পোকহনবা মূর্ত্তি কয়া য়েকপা অসি ঐখোয়না তত্তনা থেংনৈ। খর ঙল্লিঁঙৈ যুগতদী অসুম্বা পী-পা হক্তিন্নবগী মূর্ত্তিশিং অসি য়াম্না পীকনা, দর্শণ তৌবা লাকপা মীওইশিংনা পাক উরোইদবা মফমদা য়েক্লুনা থম্মী। অদুবু খর থেঙথরকপা যুগতদী অসুম্বা মূর্ত্তিশিং অসি য়াম্না ময়েক শেংনা, ময়াম্না উগদবা মফমদা য়েকপা অসি চৎনবী অমা ওইনা তৌনরক্লে। কোনারক, জগন্নাথ অমসুং খুঞ্জরাহগী মন্দিরশিংদদী অসুম্বা মওঙ অসি চত্থনরক্লে।

ব্রহ্মমসহিতা, অগ্নী অমসুং মৎস্যনচিংবা পুরাণশিং, ৱাইখানা সাগম নচিংবা, আগম নচিংবা লাইরিকশিংদা ঈরাং-হৌনিংঙাই ওইবা মৈথুনশিংগী লাইশিং অসি মন্দিরগী ফক্লাংগী মপানথংবা শরুক্তা হক্তুনা থমগদবনী হায়না ইরি। মন্দিরগী শাখা (শরুক) মরিগী অরোইবা শরুক্তা মৈথুন (পীপা হক্তিন্নব) গী মূর্ত্তিশিং অসি য়েক্কদবনী হায়রি মদুগী মরী লৈনবা শ্লোকতি ঃ- (মিথুনানী রথ বল্লীভিঃ শাখা সেসম বিভূষয়েট)॥ শাখাশিং অসি শরুক মরী থোক্লা খায়দোকই - (১) উর্ধ, (২) মধ্য, (৩) অন্ত ঃ অমসুং (৪) অধঃ অসুম্না॥

ভাগবত পুরাণগী ৱারী অমগী মতুংইন্না ইন্দ্রদেব ব্রহ্ম-হত্যাগী মরান অমা ফংখি। মহাক্কী পাপ অসি মশুং মরি থোক্লা খায়দোক্লগা কাঙলূপ মরি হায়বদী (১) লৈপাক, (২) ঈশিং, (৩) উ অমসুং (৪) নূপীশিংদা য়েন্থোকখি। নূপীশিংদা পীখিবা শরুক অদুগী মতুংইন্না নূপীশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা নুংশি নুঙোলগী খৌরাংবা অদু শরুক য়াজবা ঙমগনি। অদুবু থাগী মশা শেংদবা নুমিৎশিং অদুদী মখোয়দা থুংখিবা ব্রহ্মহত্যাগী শাপ অদুগী মহুয়নী। ইন্দ্রদেবনা পীবা য়াথংগী মতুংইন্না পী-পা অনী হক্তিন্নবা মতমদা নূপীশিংনা নুঙ্ঙাইজর্রিঙৈদা অয়েৎপা খিবিক পীরোইদবনী। হায়রিবা ৱাফম অসি গর্ভধারণ প্রকারণগী পারস্কর গুহ্যসুত্র হায়বা লাইরিক অদুনসু শৌগৎলী। অদুনা মিথুন হায়বদী পী-পা হক্তিন্নবগী মূর্ত্তি য়েকপা মন্দিরগুম্বা য়ূম-কৈদী ইন্দ্রগী ব্রজনফাওবা শোকহনবা ঙম্লোই। অসুম্না মন্দিরদা মিথুনগী মূর্ত্তি য়েকপা অসি মহৌশাগী তমথিবা খুদোংথীবা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বৈনী হায়না লৌনৈ। তান্ত্রিক্কী সংসারদদী মিথুন অসি কয়ামুক মরুওইবগে হায়বদা মখোয়সি পূজাফাওবা তৌনৈ। তন্ত্ররাজতন্ত্র অমসুং

কৌলাবলীতন্ত্রনা অসুম্না হায় মদুদি ঃ- "মিথুনগী মূর্ত্তি য়াঁম্ভোদা পূজা কৎকদবনী।" অনঙ্গত্রয়োদশীদা জগন্নাথ মন্দিরগী মিথুনগী মূর্ত্তিশিং অসি পূজা তৌই হায়বসি ময়াম্না অঙকপা অমা ওইনা লৌবীবা য়াই। ইহান হানবমক্তদা জগমোহনগী মপাম্বুংবা য়েক্লিবা অনঙ্গতুরাগী মিথুনগী মূর্ত্তিশিং অসি পূজা কৎলী।

মাক্সপোল-ফৌচেট, ষ্টেল্লা, ক্রামরিশ্চ, এম: এম: গাঙ্গুলী, এস: কে: সরস্বতিনচিংবা পণ্ডিত কয়ানা ভারতকী মন্দির খরদা ইরাং পোকনিংঙাই ওইবা মূর্ত্তি কয়াশিং অসিগী মরমদা য়াম্না কূপ্পা নৈনৈ। মেক্সপোল-ফৌচেটনা, জর্জ্জ গেট্রকী মত লৌদুনা অসিগুম্বা ইরাং পোক্লিংঙাই ওইবা মূর্ত্তিশিং অসি "ওঁম" হায়বা খোন্থোক অসিগী খূদম্নি হায়না ফাওবা হায়রি। পী-পা হক্তিন্নবনা অমনা অমগী অপাম-খৌরাংবা অদু কোকহল্লী; অসিগুম্মদনা "ওঁম" হায়বা অসিনা খৌরাংবা অসিগী মহূৎ শিন্দুনা শীজিন্নৈ। হিন্দুগী নুতি নুতিগী ওইবা পুন্সিদা নুংশিনবা অমসুং অধ্যাত্মিককী ওইবা ৱাখল্লোন অসি হিন্দুশিংগী মূর্ত্তি শাবগী শাস্ত্রদগী খাইদোকপা য়াদে। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হায়বা চতুরবর্গ অসি হিন্দুশিংনা য়ৌনবা হোৎনবা হায়বসি অর্থ য়াম্না লৈ। কাম হায়বসিনা খৌরাংববু, অপাম্ববু অমসুং প্রেমবু ফোঙদোকই।* অদুগা কাঙবু খরনদী অসিগুম্বা মূর্ত্তিশিং অসিনা সাধকশিংবু তত্তনা অপনবা পীরিবা কামগী মশক ওইবা মায়াবু উৎলিবনী হায়। মন্দির অসি পারিক্রমা তৌবা মতমদা, মখোয়-মখোয়গী পূক্লিংদা লৈবা মায়া অদুবু লাকশিনবা ঙম্লবদী ব্রহ্মবু পাকশন্না উজবা ঙমগনি হায়রি। ব্রহ্ম নত্রগা জগন্নাথদী ; ইরাং পোক্লিংঙাই ওইবা মূর্ত্তিশিং লৈতবা আনন্দময় কোঠাদা ঙান্থোইরি। মন্দির অসি পঞ্চকোশ হায়বদী ফক্লাং মঙানা কোয়শিল্লী। ব্রহ্ম নত্রগা ভগবানগী প্রতিমাদি ইরোই লোইবা কাখল মনুং হায়বদী আনন্দকোশতা লৈ। মরম অদুনা জগন্নাথকী শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শণ ফংজবা গরুড়স্তম্ভ (য়ূম্বী) য়ৌদ্রিঙৈদা সাধক হায়বদী ভক্ত অমনা লাইরেম্বা-লাইরেম্বী কয়া য়েকপা মফম কয়া ফাওদুনা চৎপগী চৎনবী কয়া লৈ।

অদুবু মিথুনগী মূর্ত্তিশিংবু শ্রদ্ধা লৈবা অমসুং মরুওইনা লৌবা উপনিষদকী ৱাখল্লোন অসি বৈজ্ঞানীক ওইবা ৱাখল লৈবা মী অমগী মফমদদী কয়া থাজরোই অমসুং থাজফমসু থোক্তবনী।

---

* The erotic sculpture of India, by Maxpol Fouschet pp 11-12.

# মন্দির সেবা, পূজাগী মওং অমসুং উৎসবশিং

পুরীদা জগন্নাথকী কা হেন্না চাউরবা মন্দির অমা শাবা, অদুগা মূর্ত্তি অহুম স্থাপন তৌরুবা অসিনা, মতম্না অসুম হৌজিল্লকপগী মতুংইন্না মখোয়শিং অসিবু ফজনা ঙাক-শেনবা অমসুং পরিং পথাপ চুম্না নিয়ম অমগী মখাদা পূজা তৌবা হায়বা তঙাইফদবা ওইরকখি। অদুগা মন্দিব অমবু নিয়ম অমগী মখাদা নীঙথিবা মওংদা পূজা তৌবা হায়বা অসিমসু তরাইবা থবক নত্তে। নুতি-নুতিগী ওইবা পূজা মওংদা অনৌবা কয়া অমা হাপচিল্লকই। অদুনা মন্দির সেবা অমসুং শাসন মওংদা অহোংবা কয়া লাকপা অসি সংসাব অসিবু ঙাকপিবিবা ইবুঙ্গোঙানি হায়না লৌই। অদুগা, মপুঙ ওইনা উরিষ্যাগী বাজ্যবু ঙার্কপি শেনবিবা ইবুঙ্গোঙানী হায়না লৌনখ্রে। মরম অদুনা, ভগবান অসিবু "সংসারগী মবুঙ্গোঙা" হায়বা উপাধি অসি পীখ্রে। হিন্দু-ভক্ত সমাজদা ইবঙ্গোঙা অসি ধর্ম্মগী ঈথিল পীনবিবা অমসুং ধর্ম্মবু লমতাকপীবা অমা ওইনা লৌখ্রে।

উরিষ্যাগী নিংথৌশিংনা, মন্দিবগী পূজা মওং অসি ফজনা পাঙথোক্লবা কৃপ্পা য়েংশিল্লী। মবম অসিদগী মতম মতমগী ওইবা নিয়মাবলী কযামকুম শেম্লকখি। অসুম্বা নিয়মাবলী কযামরুম অসিনা জগন্নাথ মন্দিরগী চৎন-লোনচৎ ঙাকপদা অমদি থকশি খাসি নাইবদা য়াম্না মতেং ওই।

হন্না পঞ্জখ্রবা অদুনী, হৌর্জিক লৈবিবা মন্দিব অসি ছোড়গঙ্গাদেবনা ইহান হান্না শাখিবনী। মহাক্না মন্দির অসি চলাইনবা নিয়মাবলী কয়ামরুম শেম্লম্মী। অদুদগী অনঙ্গভীমদেবনা উরিষ্যাগী নিংথৌ হেক ওইবা মতমদা মন্দির অসিবু ঙাকশেন্নবা অমসুং মমূত্তানা চলাইনবা হায়দুনা চৎন পথাপ কয়ামরুম শেমখি। মরম অসিদগী ঐখোয়না য়াম্না শেংনা হায়বা ঙম্মী, মদুদি অনঙ্গভীমদেব-না পার্নৈৎদগী হৌনা মন্দির অসি নিয়ম কানুন কয়ানা পুনবা সংস্থান অমা ওইনা লৌখ্রে। অনঙ্গভীমদেব য়াম্না মগুণ লৈবা নিংথৌনি অমসুং পোমিৎসু য়াম্না নীঙথিনা উরম্মী; মরম অদুনা লাইশঙ অসিদা অনৌবা পুন্সি অমা পুরক্ত্রিবার্মখৈদী থকশি-খাশি পুরকপা য়ারোই হায়না খল্লম্মী। মন্দির অসিগী তোঙান তোঙানবা মায়কৈদা ফজনা মশক থোক্লবা হায়দুনা ভগবান জগন্নাথদা মহাক্না লম কয়া দান তৌরম্মী। স্না-লূপাগী লৈতেং কয়া কৎলম্মী; অদুগা ছত্তিসনিয়োগ কৌবা

প্রথা অসিবুসু হৌদোক্লম্মী। মর্মাঙ্ঙেদা চৎনরম্বা চৎনবীগী মতুংইন্নদী সেবক মাপলতমক লৈরম্বনী। মখোয়শিং অদুদি ঃ- (১) চরুহোতা, (২) পাত্রহোতা, (৩) ব্রহ্ম, (৪) আচার্য্য, (৫) প্রতিহারী, (৬) পুষ্পালক, (৭) দ্যাত, (৮) ধোবী অমসুং (৯) নাপেৎ অসিনচিংবনী। মন্দির অসি চলাইবদা অকায়-অতোই থোক্তনবা হায়দুনা মখোয়শিং অসিদা অকক্লবা মথৌ শিন্নরম্মী। মসিনা মন্দির অসিগী শেম্ফুমগী লমদা থোইদোকপা অকায়-অতোই থোক্লমদে। ছত্তিসনিয়োগগী নিয়োগ অহুম লৈরম্মী, মখোয়শিং অদুদি ঃ- মমিং ওইনা পনব তারবদা, প্রতিহারী-য়োগ সুওর অমদি মহাসুওর-য়োগ অমসুং ভিতরছু নি য়োগ-নি। হায়রিবা লেয়শঙ অহুম অসিনা মন্দিরগী মনাই মশলশিংদা শিম্বা কয়া পীরম্মী। অদুগা, অরানবা তৌবশিংদা করম্বা চৈরাক পীগদগে হায়বা অদুসু লেপ্লম্মী। অমগী থবক্তা অতোপ্পা অমনা খূৎ থিংজিল্লমদে। কাঙলূপ খরগী মত মতুংইন্নদি নিয়োগ খূদিংমক্কী নায়ক অমমম লৈরম্মী। হায়রিবা নায়কশিং অসিগী মনুংদগী অহুম অমদি য়াম্না মরুওইবা থৌদাং পুহল্লম্মী। মখোয়শিং অদুদী অধিনায়ক (প্রসিডেন্ট), কার্জী (সেক্রেটরী) অমসুং করণ (একাউন্টেন্ট) নি। তশেংনা হায়রবদা মন্দির অসি চলাইবগী থবক পুরম্মী। ছত্তিসয়োগ-গী মনুংচন্না নায়ক খরা অমসু লৈরম্মী। মখোয় অদুদী মমিং পনবা তারবদা ছত্তিসয়োগ নায়ক, বিতরতু নায়ক, তলচু নায়ক অমসুং বড়পাণ্ডানি মখোয়শিং অসিবু অধিনায়ক হায়নসু কৌই। মখোয়গী মথক্তা মহানায়কশিং লৈরম্মী। করিগুম্বদা, কনাগুম্বা বাগারী (মন্দিরগী মীনায়) না অরানবা তৌরবদী মীনায় অদুগী মকোক ওইরিবা নায়ক অদুদা ব্রাকৎকদবনি। অসিগুম্বা মতাঙদদি নিংথৌনা ব্রারোই পীবা ঙমগনী।

অনঙ্গভীমদেবগী মতুংদা সুর্য্যবংশগী নিংথৌশিং লাক্লে।

জগন্নাথ দেবগী পরম-পরাদগী চৎন-পথাপ কয়া অসিনা নীঙথিজনা ঈথিল পীরবা কপিলেন্দ্রদেবনা পানবা মতমদা মন্দির অসি ফজনা চলাইনবা থৌরম-পরেং কয়া পায়খৎলম্মী। অতৈ নিংথৌশিংগুম্না মহাক্তি লৈপাক্কী ব্রায়েল থৌদা অমসুং মন্দিরগী মরমদা কা-হেন্না পামশিনবা লৈরমদে। মহাক্তি শ্রীশ্রীজগবন্ধুদা য়াম্না শ্রদ্ধা লৈবা নিংথৌনি। মরম অদুনা লৈবাক ঈরাং থোক্তনবা, শান্তি লৈনবা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নখি। পূম্নমক অসিগী প্রমাণ ওইনা মহাক্না মন্দির অসি নীঙথিনা চলাইবগী মতাঙদা মানা নূঙদা করিদা হক্তুনা থনম্বা অসিনা ওইগনি।

প্রতাপরুদ্রদেবনা পানবা মতমদা জগন্নাথকী মন্দিরদা য়াম্না নুঙ্ঙাইবা অহোংবা অমা লাকখি। কবি জয়দেবগী পুন্সি অমসুং কবি অসিগী পোথোক্লা যাম্না কল্লবা ঈথিল অমা পীরম্মী। মদুদি, কবি অসিনা ইবা গীতগোবিন্দমগী শৈরেংশিং অসি নুমিৎ খুদিংগী মন্দিরদা থীগদবনি (শক-শোনগদবনি ) হায়দুনা নিংথৌ অসিনা হৌদোক্লম্মী। মহাক্কী যাথং মতুংইন্না বৈষ্ণবকী তোঙান তোঙানবা কাঙলূপশিংনা তোঙান-তোঙানবা মওংদা পূজা কচ্চবা যারম্মী। মতাঙ অসিদা খঙজিনবা যাবা ৱাফম অমদী গীত গোবিন্দমগী অকক্লবা পন্দুপ খরা অকক্লবা মতমদা শক-শোনগদবনী হায়বা নিংথৌগী যাথং অসিনী। মসিনা তাকপদী, ধর্মগী ওইবা চৎনবোল খরগী মতাঙদা হিন্দু সম্প্রদায়শিংগী মরক্তা চয়েৎনবা খরা লৈরম্মাল্লে হায়বসি ঐখোয়না খঙজিনবা যাই। অসুম্না গীতগোবিন্দগী শ্লোকশিং অসি নোংমগী মনুংদা পূঙজা নাইনা তাঙ্কক-তাঙ্কক নাইনা শক-শোনবা অসি হৌজিকসু অদুম চখিবি।

প্রতাপরুদ্রদেবনা মন্দির অসি নীঙথিনা চলাইনবা থবক-থৌরম কয়া পাঙথোক্লম্মী। বৈষ্ণব সম্প্রদায় তোঙান তোঙানবশিংদা শিঙ্থা কয়া পীরম্মী।

অদুমকপু ভোয শাগেগী নিংথৌ রামচন্দ্রদেবগী মফমদা মন্দির অসিগী মতাঙদা তৌরিমল খঙবা উৎফমথোকপা কয়ামুক লৈ। মহাক নৎলমদ্রবদি কবিগুম্বদা ইবুঙ্ঙোগী মূর্ত্তিশিং অমসুং জগন্নাথকী মন্দির অসিফাওবদা লৈরমখিগদ্রা নত্রগা লৈরমলোইদ্রা চিংননিঙ্ঙইনী। মহাক্না, হান্না লৈজরম্লবা প্রথা কয়া অসিদা অনৌবা পুন্সি অমা হাপলম্মী হায়বমক যাই।*

উরিষ্যাগী ইতিহাসতা মতম অদুদা অহোংবা অমা লাক্লম্মী। হায়বিবা মতম অসি মোগলশিংনা ভারত তা পানবা মতম্নি। মোগল নিংথৌরেল আকবরনা উরিষ্যা রাজ্য অমসুং জগন্নাথ মন্দিরগী চলাইবিবা মওং-মতৌশিং অসি য়েংশিন্নবা, মানসিংহবু মহাক্কীত দুত ওইনা থাবকখি। মন্দিরগী থৌওংশিং অদু উরদা মানসিংহ পূঙপেল-পেল্লম্মী। অদুবু মোগলশিংনা মন্দিরগী ৱায়েল-থৌদাদা খূৎ-থিংজিনবগী মওং অমদী যাত্রিকশিংদগী খাজনা মওং অমা লৌবা হৌরম্বা অসিনী। মসিবু “পিলগ্রীম-টেক্স” হায়না খঙনরম্মী।

---

*মণ্ডলাপঞ্জী

মোগলশিংগী মতুংদা মহারাট্রাশিং লাক্লম্মী। মখোয় অসি হিন্দুনী ; মরম অদুনা মোগলশিংনা মন্দিরবু মাঙ-তাক্লবা য়েংলম্বা মিৎয়েং অদুগুম্না মখোয়দি করিমতা তৌরমদে। শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা মখোয়না জগন্নাথবু য়েংশিল্লম্মী। মহারাট্রাশিংনা "যাত্রিক-খাজনা" কোক্লবা করিমতা তৌরমদে। অমরোমদা, মন্দির চলাইবদা খুৎলোয়নবা থবক কয়ামরুম পাঙথোক্লম্মী। মখোয়না অঠরনালা কৌবা থোং Bridge) অসি শারম্মী।

বৃটিশ শাসনগী মতমদা মন্দিরগী শাসন অসি য়াম্না হেন্না ফজহনখি। মখোয়না মন্দির অসিগী শেল থুমগী ফীভম ফগৎনবা খূৎলৈ থুনা পায়খৎলম্মী। য়াম্না কূপ্না খন্নরবা তুংদা মন্দির অসিগী পৃথরিবা শেনফম অসি সরকারনা পুথোক্রবদী খুদোংচরোই হায়না লেপ্পরম্মী। অদুবু য়াম্না ঙকপা ৱাফম অমদি, পৃথবা শেনফম সরকাবনা পীবা হায়বা অসি বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা য়াম্না কন্না য়ারমদে।

বৃটিশ সরকারনা অহানবদদি যাত্রিক খাজনা (Pilgrim Tax) অসি অদুম লৌবম্মী। অদুবু, মমৈদদী মসি লৌথোকখি। হায়রিবা মতম অসিৱাইদা মন্দিরগী শাসন অসি নিংথৌদগী লৌথোক্লে হায়রগা সরকারনা হাপ্পা সুপরিন্টেণ্ডেন্ট অমনা য়েংহনখি। মরম অমনবু ওইরে, অমনবু ওইরে মমৈদদী মন্দিরগী শাসন অসি নিংথৌদা নৌহৌননা অমুক শিন্নখি।

মতম অসিফাওবদা জগন্নাথকী মমল য়াম্লবা ফিজোল অমসুং লীক্লোলগী হিসাব অমত্তা থম্লমদে। মসিবু হৈনথোকখিবা য়াই হায়দুনা, হিসাব অমা ফজনা থম্মবা বৃটিশশিংনা য়াম্না নীঙথিনা হোৎনখি। অদুগা মন্দির অসিদা কারকপা পৈশাশিং নিয়ম চুম্না শীজিন্ননবা হায়দুনা কলেক্টর অমা হাপ্লম্মী। অদুবু মমৈদদী বৃটিশনা পায়শিল্লম্বা থবক কয়া অসি নিংথৌদা অমুক হন্না শিন্নখি।

জগন্নাথ পুরীগী মন্দির.অসি য়েংশিন্নবা সংস্থা মরি লৈরম্মী। মখোয় অদুদি ঃ (১) পুরী নত্রগা উরিষ্যগী রাজ্য অমসুং নোংপোকলোমদা লৈবা মাগী মখা-থাবা খুল্লাকপশিং, (২) মন্দিরগী থবক পান্নবশিং (৩) আখ্রাশিং অমসুং সধারণ প্রজাশিং, (৪) রাজ্য সরকার অসিনচিংবনি। মখোয়শিং অসিনা মথৌ নীঙথিনা তৌরিঙৈদদী মন্দিরদা অকায়-অতোই থোইদোকপা লৈরমদে। অদুবু, মখোয়না মথৌ নিঙথিনা পাঙথোক্তবা মতমদদী খুদোংচাদবা কয়াগা মায়োক্লে।

পুবীগী নিংথৌশিংনা, জাৎ-বিজাৎ হায়বা থিদনা মন্দির-সেবাগীদমক্তা মীওই কযামকম হাপ্লন্মী। মখোয়শিং অসি নুতি-নুতিগী সেবাদা য়েংশিন্নবা নিয়ম অমগী মখাদা থম্লন্মী। কাণ্ডলূপ-কাণ্ডলূপশিংদা তোঙান-তোঙান্বা থবক শিন্নরন্মী। অসুম্না থবকশিং অসি খায়দোক-খায়দোক্তুনা শীল্লবা মরম্না মন্দিবগী সেবাদা গনতান্ত্রিক ওইবা মওং অমা লৈরন্মী।

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না বৈষ্ণববাদ (Hinduism) কী তোঙান-তোঙান্বা সম্প্রদায, কয়া পুবীদা লৈবকখি। মবম অদুনা মঠ কযা, আশ্রম কযা লিংখৎনবন্মী। ভগবান জগন্নাথকী সেবাগীদমক্তা তোঙান-তোঙানবা থৌদাং কযা শিন্নবন্মী। অমগা অমগা যেৎশিন্নবা তৌদনা মচীনৈঙেদদী জগবন্ধুগী সেবাদা থৱাই যাম্না য়াওনরন্মী। অদুবু পুরীগী বাজা অমসুং মঠশিং অসিনা মথৌদা খরা কোমথোক্লবকপগী মতাংদদী মন্দিব পুবদা যাম্না মওং চাদবা অমা থোবকখি।

মন্দিব শাসনগী মতাঙদা চয়েৎনবা থোকপা খূদিংমক পুবীগী নিংথৌদা হান্না তাকই ; মহাক্না অমুক মুক্তি মাণ্ডব (পণ্ডিত সভা) তা তাকই। সভা অসিনা ধর্ম্মগী ওইবা ৱাবোই খূদিংমক পী। অদুগা পূজা-পদ্ধতিগী মতাঙদদী পূজা-পাণ্ডাশিংগা তাঁনৈ। মখোযশিং অসিবু বডপাণ্ডা হাযনা খঙনৈ। মুক্তি-মাণ্ডবশিংগী মৱা মপাউ ইনবা হায়বা অসি হৌজিকসু অসুম চৎনবি। ধর্ম্মগী ওইবা মতাঙদা মহানযকশিং অসিনা বিচাব লোয়শঙনি। ৱায়েল-থৌদা (Executive) গী মতাঙদনা অধিনাযকশিং অমসুং ছত্তিস নিযোগশিংনী। মদুগী মকোক্না নিংথৌনা ওইরে। অদুবু হৌজিক্তি শিষ্টা পূম্নমক অসি টেম্পল মেনেজমেন্ট কমিটিগী মখূত্তা শিন্নবে।

বৃটিশনা পার্লিনৈঙেদা মন্দিবগী শাসন মওং অসি যাম্না ফবন্মী। অদুবু ভারতনা নীঙখা-তম্লকনৈঙেদগীদি ফীভম অসি যাম্না শোকচিল্লকপদগী ইংকুমজা ১৯৫২ দা জগন্নাথ টেম্পল এক্ট ১৯৫২ পাস তৌবা তাখি। ভারত সরকারনা মিৎয়েং চঙবা অসিনা মন্দিরগী শাসনদা খরমখৈদী ফগৎলকখি হায়ববু চপচানা অফবা হায়বদুদী ওইবকখিদ্রে। মরম অসিদগী জগন্নাথ মন্দির অসি সবকারনা পূল্লপ য়েংশিনবগী দরকার লাকখি।

মথক্তা পঞ্চখ্রবা মঠ ময়াম অসিনা করম করম্বনো; করি করি থবক তৌবগে হায়বা অদু খঙজিনবা কান্নগনী।

(১) উবিয়া মঠ ঃ- মঠ অসিগী মথৌদী থা/থা খুদিংগী থোকপা উৎসবশিংগী ভোগ, চানথক্লবা খিবিক শীল্লাঙবা; বিমলা দেবীগী শাডী অমুবা লাঙবা; জগন্নাথকী থাকখল অদুগা ইবুঙ্গোগী মোন্দুম-মোল্লেক্ক শীল্লাঙবা; সিংহাসন শেংদোকপা অসিনচিংবনী। অদুগী মথক্তা-ব্রাহ্মৌশঙ অমসুং পূকৈগী থোঙ থোঙনাউ শিনবনী।

(২) শঙ্কবাচার্য্য মঠ ঃ- মঠ অসিগী মথৌদী জগন্নাথকী পূজা পদ্ধতি কযা পূজাবীশিংদা তাকপি তিকপিবা। হাযবিবশিং অসি পাস তৌববশিংদতা মখোযশিং অসি পূজাবী ওইবা যাবে হাযদুনা উপাধি পী। অদুগা নিংথৌগী অযাবা লৌবগা পূজাবী ওইহল্লম্মী। চৎনবী অসি হৌজিক্তি তোকখ্রে। থৌদাং অসি মৃক্তি মাগুপনা পাযশিনখ্রে।

(৩) বামানুজ মঠ ঃ- মঠ অসিগী মথৌদি মূর্ত্তিশিং অসিদা হুমাই থৌগল চঙবনী। অতোপ্পা অমনা উৎসবনচিংবগী অচা-অথক (ভোগ) লাঙবনী। মঠ অসিগী অতোপ্পা খুদোংচাবা অমনা লাইগী ভোগ প্রসাদী ফংবা অসিনী।

জগন্নাথ মন্দিবগা মবী-লৈনবা অতে অতোপ্পা মকওইবা মঠশিংদী জগন্নাথবল্লভ, বাঘবদাস, - শ্রীবামদাস, উত্তবপর্শ্ব, দক্ষিণ-পর্শ্ব মঠ অসিনচিংবনী। মখোযশিং অসিগী মনুংদা মন্দিবগী তোঙান-তোঙান্বা পর্ব্বদীন কযা শীল্লাঙবদা যাওবা মবম্না জগন্নাথ বল্লভ মঠ অসি যাম্না মক ওই।

বৃটিশনা মন্দিব অসি পাযশিনবা মতমদা তোঙান-তোঙানবা সম্প্রদাযগী মঠ কযা লৈবম্মী। মসিগী প্রমাণদি পুবীদা লৈবম্বা মঠশিংগী মহন্তশিংনা, মতম অদুগী গর্ভনব জেনেবেল, লোর্ড ব্রেলেসলীগা ইনবা চিঠি (ইংকুমজা ১৮০৪, জুলাই তাং ২৪) দগী খঙবিগনী। চিঠি অদু সংস্কৃত লোন্দা ইবনী অদুগা সহি তৌনবদনা তোঙান-তোঙান্বা মযেক-তেলেগু, উবিযা, তামিল,কনবিজ, সংস্কৃত, বেঙ্গলী, হিন্দীনা চিংবনা সহি তৌই। মখোযশিং অদুদী ঃ-

১। কৃষ্ণচন্দ্র মোহাপাত্র, ছত্তিস নিযোগ নাযক - উবিযাদ -
২। জগন্নাথকী, জগন্নাথ বল্লভ মন্দিবগী অধিকাবী - সংস্কৃত-তা
৩। গুকমুখ দাসজী ”
৪। বম্মহন্ত বমবত্নদাস ”
৫। সুবদাস গুকজী ”

৬। শ্রীইন্দ্রবলজী সৃংস্কৃত তা
৭। শ্রীরাম ”
৮। শ্রীগোপালজী ”
৯। ছয়তন্দাসজী মহন্ত বড় অখড় ”
মখোয়শিং অসিনা সংস্কৃততা সহি তৌই। ”
১০। শ্রীমৎ রত্নন্নুসিংহ্চারী স্বামী, কনাড়ী ”
১১। মহন্ত সৌমৎজমত্রজী সংস্কৃততা সহি তৌই। ”
১২। শ্রীরাজগুরু উঃ তিরুমল পিবিদী বেক তচারী - স্বামী - তেলেগু -
১৩। শ্রীরাম শ্রীরামজী মহন্ত ছোতসন্থ ”
১৪। বড়সন্ত রামসেবকদাসজী - সংস্কৃত
১৫। শ্রীরাম শ্রীরামদাসজী ”
১৬। শ্রীরাধাখৃষ্ণ কৃষ্ণচন্দ্র দোবগোস্বামী - বেঙ্গলী
১৭। শ্রীশ্রীতলানন্দ দেব গোস্বামী ”
১৮। শ্রীগোপিনাথ দেবী গোস্বামী ”
১৯। শ্রীরাম অধিকারী নারায়ণ দাস সংস্কৃত
২০। শ্রীরাম শ্রীমহন্ত জয়রামদাসজী ”
২১। জগন্নাথ রাজ গুরু ”

অদুগা অঁতে অঁতে অসিনচিংবনী।

মসিনা তাক্লিবদী পুরীগী মন্দিরদা বৃটিশনা য়েংশিন্দ্রিঁভদা মঠ কয়ামরুম অমসুং মহন্ত কয়ামরুম লৈরম্মী হায়বা অসিনি।

ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মতুংইন্না স্থাপন তৌরবা বিগ্রহ্ অমগী যাত্রা নত্রগা উৎসব পাঙথোকপা হায়বসি তঙাই ফদবনি। অসিগুম্বা যাত্রা অমসুং উৎসব পাঙথোকপদা লৈপাক অসিগী কাচিন-কোয়াদগী লাকপা যাত্রিক কয়ানা শোভা যাত্রাদা ইবুঙ্ঙোনা লেঙথোরকপা অদু উজবদা ঙমখৈ লৈতনা হরাউবা পোকচৈ। অদুগীসু মথক্তা শোইনাইরবা, লায়না পক্লবা, চহী মঙম-শাল্লবা ইবুঙ্ঙোগী মন্দিরদদী চঙবা ঙমদবা কোঙ্গায় অমা য়াওরিবনী। মীওইশিং অসিনা ইবুঙ্ঙোগী দর্শণ ফংজনীঙবদী হায়ঙমদবনী। অসিগুম্বা মীওইশিংবু পেলহন্নবগীদমক্তা উৎসব যাত্রা কয়া অসি পাঙথোকই। অদুগীসু

মথক্তা মন্দিরশিংদা অসুম্বা যাত্রা পাঙথোকপনা মৈহৌ-লাংপোক্কী, ঈশিং-ঈচাউগী, চাক-তাংবগী অমসুং লায়না লাইচৎ কয়াদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী হায়বসিসু থাজনৈ।

পাঙথোক্লিবা উৎসবশিং অসি নুমিৎ মঙানিগী, তরেৎনিগী নত্রগা মাপলনিগী ওইবা য়াই। করিগুম্বা মতাঙদনা থা তরূক নত্রগা চহী অমা ওইবসু য়াই। জগন্নাথ মন্দিরদা তোঙান তোঙানবা মখলগী উৎসব নত্রগা যাত্রা পাঙথোকই। হায়রিবা উৎসব নত্রগা যাত্রাশিং অসিগী মনুংদা অর্দ্ধ মূর্ত্তিশিং শোঙযাত্রা লেঙথোকই। অসুম্না স্থাপন তৌদুনা মূর্ত্তি লেঙথোকপা অসিবু মুলবেরা হায়না জগন্নাথ মন্দিরদা খঙনৈ। মপূঙ ওইবা যাত্রা ১২ দং লৌখচ্চরি ঃ অদুগা অতৈদী চুম্নতগী মমিংতা ওইনা মমৈদা পঞ্জরে।

নিলাদ্রি মহোদয়গী মতুংইন্না, ভগবান জগন্নাথ জৈষ্ঠ পূর্ণিমা নুমিত্তা পোকই। শ্রীহর্ষনা মাগী লাইরিক "নৈশধ চরিত" কৌবা লাইরিক্তা পুরুষোত্তমগী উৎসব অসিগী মতাঙদা পল্লী। মরম অসিদগী নুমিৎ অসিদা স্নান-যাত্রা পাঙথোকই। জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা অদুগা সুদর্শণগা লোয়ননা স্নান বেদী তান্না পুই।

শোভাযাত্রা অসিবু পহণ্ডি নত্রগা পহন্দি-বিজয় হায়না খঙনৈ। পহণ্ডি হায়বা ৱাহৈগী অর্থ পণ্ডিত কয়ানা তোঙান-তোঙান্না পীনবা হোৎনৈ। কাঙবু খরনা ৱাহৈ অসি "প্রস্পন্দ" হায়বদী লেঙবা হায়বদগী লৌথোরকপনী হায়না মত পী। "পহণ্ডি" হায়বা অসি সংস্কৃতকী ৱাহৈ পদহণ্ডনা হায়বদী তপ্না-তপ্না চৎপা হায়বদগী লৌথোরকপনী হায়। অদুগা পণ্ডিত বিনায়ক মিশ্রগী মতুংইন্নদী প্রস্পণ্ড হায়বা ৱাহৈদগী থৈথরকপনী হায়রি। (শ্রীক্ষেত্র লাঃ ১৬৩)। অদুগা অতোপ্পা খরগী মত্ মতুংইন্না মসি "পাণ্ড্য-বিজয়" দগী থৈথরকপনি হায়বসু য়াওই। "স্নান-বেদী" (চাইথফম বেদী) অদু মনি-মুক্তানা থাম্লবা উ-পান্বীশিংগী চিত্রবট অদুগা লৈশূগী লৈকোন ওইনা শেম্বী। ফীরান অমসুং তোরনা অসিনচিংবসু থেৎলী। শ্রীমূর্ত্তিশিং অদুসু লৈ শূনা ফজনা লৈতেংই। মখল মখা কয়াগী মনম-নুংশিবা থাউ, ধূপ-নচিংবা মখল-মখা কয়াগী পূঙ-শেল যন্ত্রগী খোঞ্জেল্লক্তা মূর্ত্তিশিং অসি "পহণ্ডি" লোঙথোরকপা মতমদা ভক্ত লীশিং লীশিংনা ইবুঙ্গেঙা দর্শণ ফংজনবা চীক্ল-চায়না ঙমদবর্মখে ক্রক ক্রক ইন্নে। মমাঙগী নুমিত্তা শীতলা গুহাদগী স্নানা শাবা পাত্র ১০৮ অমসুং কোরিগী পাত্রদা শোক্লকপা ঈশিং ভোগ-মাণ্ডবতা থম্মী। স্নান-পূর্ণিমা নুমিত্তা স্নান-দেবী তান্না ঈশিংশিং অসি পুরকই। মসিবু জলাধিবাস হায়না খঙনৈ। ইহান হানবদা মূর্ত্তিশিং অসি অঙাঙবা

মচুগী মকূপ খর তৈশিল্লী। অদুদগী স্নান বেদী তান্না পুরকই। অদুদগী মূর্ত্তিশিং অসি মৃগাগী ফিনা কুপশিল্লী। ঈশিং হৈথে। তাঞ্জা অসিদা পবমন শ্লোক থী। চাইথরবা তুংদা মূর্ত্তিশিং অসি গণেশ মানবা ফীজোন থোল্লী। মসিবু গণেশ বেষ কৌই। অসুম্না হায়নবা লৈ মদুদি স্নানযাত্রাগী গণেশ পূজক পণ্ডিত অমা পুরীদা লাকখি। নিংথৌনা মাগী পণ্ডিত্বদা পেল্লদুনা মনা-মথুম কয়া কৎখি। নিংথৌনা মুর্ত্তিশিং দর্শণ তৌরুসি হায়বদা মাগী ইষ্টদেবতা গণেশ নত্রবদী দর্শণ ফংজনিংদে হায়না পণ্ডিত অদুনা তাকপিখি। অদুবু স্নান বেদীতদী য়ৌরুসি হায়রবদা অঙকপা মতৌনী ; শ্রীমূর্ত্তিশিং অদু গণেশকী মূর্ত্তিশিং ওইনা লৈরম্লে। অদুম্না পণ্ডিত অদুদা দর্শণ পীনবিখী। মরম অসিদগী স্নান যাত্রাদা গণেশবেষ থোল্লিবনীসু হায়নৈ। অদুগা অতোপ্পা লৌবা য়াবা অমনা চাইথবদা শ্রীমূর্ত্তিশিংগী অঙ্গরাগ (মচু) অদু শিথরকপা মরম্না ভক্তশিংনা দর্শণ ফংবদা হঙ্গোইবা ফাওবা অদু কোকনবা হায়দুনা গণেশকী ফীজোল থোন্দুনা অশেংবা মূর্ত্তিশিং লোৎশিনবনিসু হায়। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা জগবন্ধুগী ইহান হানবা চহী অমগী যাত্রাদী স্নান যাত্রানা ওই । মরম অসিদগী শ্রীবিষ্ণুমক্কী মওং লৌবিরিবা গণেশপু ইহান হান্না পূজা তৌবা মরম্না শ্রীমূর্ত্তিশিং অসিসু শ্রীশ্রীগণেশকী ফীজোল থোল্লিবনী হায়নসু হায়নৈ।

স্নানযাত্রাগী মতুংদা, জগন্নাথকী মূর্ত্তিশিং অসি নুতি নুতিগী তওইনা পাঙথোকফম থোকপা পূজা ফাওবা পাঙথোক্তনা নুমিৎ ১৫ নি চূপ্পা কনা অমত্তা উহন্দনা থমগনী। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা মূর্ত্তিশিং অসি মন্দির মনুংদা লৈবা রত্নবেদী থক্তা অদুম থমগনী। মতম অসিবু "অনবসর" হায়বদী পূজা তৌবগী মতীকচাদবা মতম হায়না খঙনৈ।

সোড়-শকলা ঃ সৌম্য পুরুষ ঃ
পঞ্চদশানি মাসঃ কামমপঃ
পিবপময়ঃ প্রাণো ন বিপত বিছিস্যতি ইতি ।।
(ছন্দযোগ উপনিষদ অধ্যায়ঃ ৬ শ্লোক ৭-৯)

অর্থঃ "ঐনা নুংশিজবা মীওইশিং অসি কলা ১৬ না শাবনী। নুমিৎ ১৫ নিদী মখোয়না করি অমত্তা চাদবা ওম্মী ; নখোয়না হেক ওমজবা মখৈ ঈশিং থকউ, মরমদি ঈশিংদা প্রাণ য়াওই; অদুনা ঈশিং থক্লিমখৈদী করিসু তৌরোই।" অনবসরগী মতমদা

মূর্ত্তিশিং অসিদা প্রাপনক হায়বদী ঈশিংদমক কৎলী। মথক্তসু পঞ্জ্রবা অদুনী ঈশিংনা চাইথবদা মূর্ত্তিশিং অসিগী বর্ণ অসি চামথক্রবনী। হায়রিবা নুমিৎ ১৫ নি অসিগী মনুংদা (সবর নিংথৌগী চাদা-শূদা ওইবা) "দৈত্য" শিংনা মূর্ত্তিশিং অসি অঙ্গরাগ তৌই। অদুগা মতিকচাবা মওংদা লৈশী লৈথোল্লী। মূর্ত্তিশিং অসিবু রং-তৈনবা অমসুং কে-মৌনবা মতম অসি নুমিৎ ২/২ গী ওইবা তাঙ্কক ৭ থোক্লা খায়দোকই। অরোইবা নুমিৎকী নোংমা অসিনা রং-তৈবা লোইশিনবগী ওইনা খাকই। ১৬ নিশুবা নুমিৎ অসি পূজা তৌবদা মতিক চারবা মওংদা শেম-শারবা, দর্শণ তৌবা য়ারবা নুমিৎনী। অসুম্না ভক্তশিংদা দর্শণ পীবা য়াবা, স্নানগী যাত্রাদগী থীরগা ১৬ নি চনবা নুমিৎ অসিবু নেত্রোৎসব নত্রগা নবযৌবন (অনৌবা মপোক) হায়না খঙনৈ। শিল্পশাস্ত্র নত্রগা আগমগী মতুংইন্না "চক্ষুরুমিলন" হায়বদী মিৎকপ থোকপা হায়বা পূজা অসি পাঙথোক্লবতদা মূর্ত্তিশিং অসি পূজা তৌবদা মতীক চারে। "অনবসর" গী মনুং অসিদা দৈত্যশিংনা মূর্ত্তিশিং অসিদা সূপ্নতগী উঁহে-ব্রাহৈ অমসুং শঙ্গোম-মপাল য়াওবা ঈশিংদমক কৎলী। মখোয়গী মততা মূর্ত্তিশিং অসি হকচাং ঈবা মতাঙনি। অদুনা পোত্থাবনী হায়না লৌই। মূর্ত্তিনা হকচাং ঈবা মনুং অসিদা রাজ-বৈদ্য নিংথৌগী অমাইবা অমাইবীশিংনা অখন্নবা হীদাক লাংথক্লা লোযননা লায়েংই।

হৌজিক্তি ঐখোয় জগবন্ধুগী কুম খূদিংগী আষাঢ়গী পানখৎলকপা নীনিচনবা নুমিত্তা পাঙথোকপা রথ যাত্রাগী চাউরবা উৎসব অদুগী মরমদা নৈনদুনা য়েংসি।

নোংজুথাদা রথযাত্রা পাঙথোকপা অসিগী অর্থ যাম্না লৈ। মুনি ঋষিশিংনা ববষ (চহী) হাযবা অসি বরষা নত্রগা নোং অমসুং অঙকপা ফংনা নোং হৈথবা অসিদগী লৌবনী হায়। নোং হায়বসিনা তাইবং মীওইপানগী হরাউ-তযাম্বা অমসুং পাঙ্গল-শক্তিগী পাউজেল পুবা খূদম্নী। "শতপথ ব্রহ্মণ" পুরান্দা -নোংচুবা মতম, বর্ষা ঋতু অসিবু অঙকপা ফংনা শীঙথারি। মরম অসিদগী রথ যাত্রা অসি নেংজু থাদা পাঙথোক্লবনী।

নোংজুথা হায়বসি চহী অমগী ঋতুশিংগী মহূৎ শিল্পী। নোংপোকলোমদগী শিৎলকপা নুংশিৎনা বসন্ত ঋতুগী মহূৎ শিল্পী। নোংখোঙ ফূয়না চুবা নোংজুনা বর্ষাঋতু, নোংলক্তা নোংথাং কূপ্পবুনা শবত ঋতুগী মহূৎ শিল্পী; নোংজু লেপ্পা মতমবুনা হেমন্ত ঋতুনী হায়না লৌনৈ। অদুগা অশাবা অমসুং অইংবা মতম্বুনা গৃষ্ম ঋতু অমসুং

শীত ঋতুবু খঙনৈ। মরম অসিদগী নোংজুথা হায়বা অসিনা মহৌশা লাইরেম্বীগী ঋতু ৬ অসিবু মহূৎ শিল্পী। "শতপথ ব্রহ্মণ" গী অনীশুবা খণ্ডদা, রথ অসিগী হৌরকফমগী নুংঙাইরবা ৱারী-শীংবুল অমগা লৈ। থায়না মর্মাঙ্গেঙদা ভগবানগী রথ অসি স্বর্গদা লৈরম্মী হায়নে। তাইবং মালেম অসিদা উবা শুকফং ফংলমদে। ৱারী শীংবুল অসিগী মতুংইন্না স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগা; লাই হিংচাবা বৃত্তাসুরগা খৎনঙেদা, রথ অসি মালেমদা লৈবা হৌরকখি। ইন্দ্রনা শাউদুনা মাগী বজ্রনা হিংচাবগী হকচাংদা হুনবা মতমদা, বজ্র হায়বা খূৎলাই অসি শরূক মরি থোক্লা কায়খি। অহুমশুবা শরূক অদুনা রথ ওইখি। রথ হায়বদী কাং হায়বনি নুমিৎ অদুদগী হৌনা মালেম অসিদা শাবা হৌখ্রে। ইন্দ্রদেববু নোং অমসুং অখাক অরাউগী লাই ওইনা খঙনখ্রে। মাগী খূৎলাইদগী রথ অসি ওইখিবা মরম্না, রথ যাত্রা অসি নোংজুথা হৌগৎলকপদা পাঙথোকপা মতীক চায় হায়না লৌনৈ।

ভগবান জগন্নাথকী রথকী মমিং 'নন্দী ঘোস" অদুগা "গরুড়ধ্বজ" হায়নসু কৌনৈ। অদুগা ভগবান বল্লভদ্রগী রথকী মমিংনা "তালধ্বজ" হায়না কৌই। করিগীদমক "তালধ্বজ" কৌখ্রিবনো হায়বা অসি লেপ্পদা অরুবা অমা ওইনা থোক্লি। বল্লদেব অসি ভগবান বিষ্ণুনা মোনখাংনবা পোকপা শিবা নাইদ্রবা "শেষ" কৌবা লীল অদুগী শায়োন্নী। ভগবান বল্লভদ্রনা মাগী সিংহাসনগী মখাদা তাইবংপান পূম্ববু উবা ঙম্বা শকয়েং মিংশেল অমা থম্মী হায়না থাজনৈ। ভগবান বল্লভদ্র শকয়েং মিংশেলগুম্না অমকপা লৈতবা অমসুং থম্মোই শেংবা ওইবা মরমদগী তালঙ্ক হায়না কৌবনী অদুগা শকয়েং মিংশেল অসিনগা "তাল" (মখা) দা থম্বা মরম্না, মাগী রথকী মমিং "তালধ্বজ" কৌরিবনী। শকয়েং মিংশেল অসিগী মওং অমা রথ অসিগী ফীরান্দা য়েক্কুনা লৈ। সুভদ্রাগী রথ-পুনা "দেবদলন" নত্রগা "পদ্মধ্বজ" হায়না খঙনৈ। লক্ষ্মীদেবীগা অমত্তনি হায়না লৌনবী ইবেম্মা সুভদ্রা অসি পদ্ম (থম্বালগী লাইরেম্বী) হায়নসু খঙনৈ। লম্থুম চাওখৎপা অমসুং শ্রী (অরেম্বা) হায়বা গুণ ময়ামগী খূদম্নি হায়দুনা সুভদ্রা ইবেম্মবু লৌনৈ। মরম অদুনা ইবেম্মনা লেঙখৎপা রথ-বু থম্বালগী মওঙনি হায়দুনা "পদ্মধ্বজ" হায়না কৌই। রথ যাত্রাগী মমাঙগী নুমিত্তা রথশিং অসি পূজা তৌই অমসুং নুংশিৎ কৌবা লাই অমসুং অতে অতে লাইরেম্বা লাইরেম্বী কয়াবু কৌথে। লাইশিং অসিনা "রথ" কাংশিং অসি নুমিৎ মাপন্নি-চূপ্পা শেন্নদুনা লৈ হায়না থাজনৈ। মরম অদুনা রথ-শিং অসি লাইগী শায়োন চঙলবনী হায়না থাজনৈ। পরম-পরাদগী চৎনরকপগী মতুংইন্না মীশক-মীওই খাক্তনা রথ-শিং অসিদা পংতোং-তোংবা, পঙকা-কাখৎপা য়াদে।

পুরাণশিংদা রথশিং অসি কাখৎকে (তোংগে) হায়রবদী মায়কৈ অসোম-অসোমদা ওন্দুনা কাখৎকদবনি হায়বনচিংবা অকৃপ্পা নিয়ম কয়ামরুম লৈ। রথশিং অসিদা লেঙশিল্লিবা লাইশিংদগীদি, নুমিৎ ৯ নি চৃপ্পা অসি অশোয়-অঙাম থোক্তনবা শেন্নবনা হেন্না লুনা চেকশিন্না হোংনৈ। রথ-শিং অসি চিংবা মতমদা রথশিং অসিদা লেঙশিল্লিবা পার্শ্ব দেবতাশিংগী ফিজেৎ-নমখাংশিং অমসুং লৈতেংশিং অসি শোয়দ ঙামদনবা য়াম্না কন্না চেকশিন্না হোংনৈ।

রথ-কী থৌরী পায়দুনা চিংবা মতমদা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা নত্রগা করেম কথাইনবা অমা য়াওনা রথশিং অসি খংচিং খংচিং চিংদনবা য়াম্না চেকশিন্বা ৱাহে হায়নৈ। কাং হায়বদী রথ-শিং য়াম্না কন্না চিংবা অসি চৎনবী ৱাংমা লানবনী। শ্লোক অমনা অসুম্না হায় ঃ-

রথদী তপ্পা তপ্পা চিংফম থোকই
পুণ্যগী মশক চাকাসু তপ্পা তপ্পা লেঙই;
বিশ্ব-প্রেমগী নুংশিবা খোজেলগা লোয়ননা ॥

("স্নেহ-স্নেহ রথো নেয়ো
রথ-স্নেহ টু চক্রন" " সূর্য্যপুরাণ )

মতৌ অসুম্না লাইয়ামশিং অসি রথ-তা লেঙশিল্লী অদুগা মখোয়গী ফমফমশিংদা ফমদেংদুনা লৈ। মরম অদুনা রথশিং অসি তপ্প-তপ্পা চিংলবদী ভগবানশিং অসি ইঙনা-তপ্পা লেঙশিন্দুনা লৈ। করিগুম্বা রথশিং অসি খংচিং-খংচিং চিংলবা অমসুং অশোয় অঙাম থোক্তুনা রথশিং অসিদা অতেক-অকায় থোক্লবদি লৈপাক্কী অমসুং তাইবংপানবগী অশোয়-অঙাম কয়া য়াওই।

উরিষ্যাগী রথ যাত্রাবু দর্শণ তৌনবগীদমক্তা ভারতকী কাচিন-কোয়াদগী ভক্ত নত্রগা যাত্রিক কয়া লাকপদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী যাত্রিক কয়া লাকই।

মূর্ত্তিশিং অসিদা অথন্নবা ভোগ কৎলবা মতুংদা, মূর্ত্তিশিং অসি অমমমতা ওইনা রথদা লেঙশিল্লী। রথ যাত্রাগী মমাঙগী নুমিত্তা রথশিং অসি শেম-শাদুনা (সজায়দুনা) সিংহদ্বারগী মমাঙদা মমায় অৱাংপাংনা থেন্দুনা থম্মী। রথশিং অসি মথং-মনাউ নাইনা শ্রীবল্লভদ্রগীনা মমাঙথানা অদুগী মতুংদা মথং মথং শ্রীসুভদ্রা অমসুং শ্রীজগন্নাথকীনা

তুংদা লেংদুনা থম্মী। মূর্ত্তিশিং অসি লেঙথোক্ত্রিঙেগী মমাঙদা লৈ শূতনা শেন্নবা কোকথোন অমমম শেন্নম্মী। মূর্ত্তিশিং অসিনা মন্দিরদগী লেঙথোরকপা অসিবু "পহন্দি" হায়না কৌই।

শ্রীজগন্নাথকী রথ অসি "নন্দিঘোস" কৌই। ফুট ৪৫ ৱাংই; ফুট ৭/৭ কী ব্যাস (diameter) ওইবা চাকা ১৬ না চিংই। "নন্দিঘোস" অসি নাপু (য়াইঙঙ্) মচু তৈ। হিগোক (blue) মচু তৈবা "তলধ্বজ" কৌবা শ্রীবল্লভদ্রগী রথনা ফুট ৪৫ ৱাংই অদুগা অঙাঙবা মচু তৈবা ইবেম্মা সুভদ্রাগী রথনা "দর্পদলন" নত্রগা "দেবীরথ" কৌই ফুট ৪৩ ৱাংই। রথতা কৃপ্লিবা ফিশিংগী মচু অসি মূর্ত্তিশিং অসিনা থোল্লিবা ফিজেৎকী মতুংইন্না শঙবনী। শ্রীকৃষ্ণবু "পিতাম্বর" হায়না খঙনৈ, মরম অদুনা ইবুঙ্গোঙা জগন্নাথকী রথকী মচু নাপু ওইরিবনি। বল্লভদ্রনা থোল্লিবা ফিজেৎকী মচুদী "নীলাম্বর"-নি মরম অদুনা ইবুঙ্গোঙাগী রথকী মচু হীগোক ওইরিবনী। ইবেম্মা সুভদ্রাদী অঙাংবা ফীজোল থোনবী শক্তি মাতানী হায়না লৌনৈ ; মরম অদুনা ইবেম্মা সুভদ্রাগী রথকী মচুদী অঙাঙবা ওইহল্লিবনী। মূর্ত্তিশিং অসি সনা হৎলবা ফিজেৎ কয়ামরুম্না লৈতেংই।

মূর্ত্তিশিং অসি বথতা হেক লেঙখৎপগা চিংবা য়াদে। জগন্নাথ মন্দির শারম্বা শূথাঙনী হায়না লৌনবা পুরীগী নিংথৌনা দলাই তোংদুনা লাক্লগা, হৌনবী মতুংইন্না আর্চা পূজা তৌরবা তুংদা, রথশিংগী ফম্বাকশিং মথং মথং ৱাই শীৎকনী। মসিবু "ছোরা পনহরা" হায়বদী রথকী ফমথক ৱাই শীৎপা হায়না খঙনৈ। অদুগী তুংদতা রথশিং অসি চিংগদবনী।

য়াইফ মীৎকৃপ্পি হায়না খঙনবা মীৎকূপ অদু লাক্লবা তুংদা ভক্ত লীশিং লীশিংনা অচৌবা থৌরীশিং অদু পায়দুনা চিংগনী। রথশিং অদু বড়া দাণ্ডা নত্রগা অচৌবা সরক্তা তপ্না তপ্না চিংবনা, লম্বীগী লোইশিল্লকপদা লৈবা গুণ্ডিচা মন্দির তান্না চিংগনী। বল্লভদ্রনা অহলনীনা, মাগী রথনা হান্না চিংগনী। রথ অসিগী তুংদা সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথকী রথনা খ্বাইদগী তুংদা ইনগনী।

গুণ্ডিচা মন্দির, ইবুঙ্গোঙাগী লৈকোন্দা নুমিৎ ৭ নি লৈরবা তুংদা "বহুরাযাত্রা" হায়না খঙনবা উৎসব অদুগী মতুংইন্না অমুক হন্না রথশিং অসি শ্রীমন্দির তম্না চিংলকই (ঐখোয়না কাংলেন হায়রিবা অসিনি)। একাদশী নুমিত্তা মূর্ত্তিশিং অসি সুনাবেষ

থোক্লী। রথশিং অসি শাবা লোইরগা উৎসর্গ তৌবা হায়বসিসু ধার্ম্মীক ওইবা থৌদোক অমনি। রথশিং অসি অক্ষয়-তৃতীয়া নুমিত্তা "বনযজ্ঞ" হায়না কৌবা পূজা অমগা লোয়ননা শাবা হৌই। অদুগা রথশিং অসি শানবা শাল হায়বা উ অদু দসপল্লা নিংথৌনা কৎলে। (হুজিক্তি উরিষ্যাসরকারনা কৎলে)। নীলাচল হায়বা মফম অসিগী তোপ-তোপ্পা ধর্ম্মগী ওইবা বিধী অমসুং অশেংবা কয়ামরুম লৈ। হায়রিবা বিধী অমসুং নিয়মশিং অসি ধর্ম্মগী ওইবা গ্রন্থ কয়ানা শৌগৎলী। অসুম্না অক্ষয় তৃতীয়া হায়বা নুমিৎ অসি সত্য-যুগ হৌবা নুমিৎনী, মরম অসিগীদমক্তা নুমিৎ অসিদা রথশিং অসি চহী খূদীংগী অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা শাবা হৌবনি হায়না লৌনৈ।

রথকী মওং অসি উপনিষদতা অসুম্না হায়ঃ

"আত্মানম রাথিনম বিদ্ধি শরীরম্ রথমেভ তু ।।"

ভগবানগী সর্ব্বশক্তিমান ওইবা মগুণ অসিবু বেদ, তন্ত্র অমসুং পুরাণশিংদা য়াম্না নিংথিজনা শৈথাই। শ্রীমদভাগবততা ভগবানগী অবতার ২৪ গী মনুংদা মহাক্কী ইহান-হানবা অবতার অসিবু জীব স্বরূপনী হায়না শীওথাই। জীবস্বরূপ অসিদী অহৌ অরোই নাইদবা ভগবানগী অপুর্ব্ববতারনী।

রথকী অপূনবা শক্তম অসি মালেমগী জরজীব পূম্নমক্কী হকচাংনী হায়না লৌই। রথ অসিদা পরত্মানা মাগী চতুর্ব্যূহ হায়বদী বাসুদেব, সঙ্কর্শণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ হায়রিবা লাইশিং অসি রথ অসিদা স্বর্গদগী কূপথরক্লুনা তোংলৈ হায়বগী থাজনবী অমা লৈ। হায়রিবশিং অসি পণ্ডিতশিংগী মতনি। কাওবু খরনা জর সংসার (mortal world) অসি মহাপ্রলয়গী মতুংদা শাবা হৌখিবনী হায়নৈ। অক্ষয় তৃতীয়া হায়বা অসিদী সত্যযুগকা মরী লৈনবা মরম্না রথ হায়বদী তাইবং জীব পূম্নমক্কী হকচাংগী কুয়োমশিং অসি শাবা হৌবগী খ্বাইদগী য়াইফবা নুমিৎনী হায়না লৌনৈ। অদুগা অক্ষয়-তৃতীয়া হায়বা নুমিৎ অসি হীদাক-লাংথক্কী ওইনা শীজিন্নগদবা পাম্বীনচিংবগী মরূ হুনবদা খ্বাইদগী ফবা নুমিৎনীসু হায়নৈ।

জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম্ম-বিধর্ম্ম হায়বা লৈতনা রথদা লেঙশিল্লিবা মূর্ত্তিশিং অসি খূৎনা শোকপা য়াই। মসিনা তাকপদি শ্রীজগবন্ধুগী মফমদদি শোক্লা পন্নবা য়াদবা ফত্রবা চৎনবী অসি লৈতে।

গুণ্ডিচা মন্দির তান্না চৎপদা রথ, মনুংদা মূর্তিশিং অসি লৈরিঙেদা, অদুগা বহুড়া যাত্রাগী (উলতরথ) কী মতমদা, মূর্তিশিং অসিদা মৈ চঙদবা পোৎ, খূদম ওইনা শঙ্খোম, ঘীনচিংবা কৎলি, অদুগা মরক্কি নুমিৎ ৭ নি অদুদী জগন্নাথ মন্দিরদা তৌবগুম মৈ-চঙবা অচা-অথকপশিং কৎলী।

নুমিৎ ৯ নি চূপ্পা পাঙথোকপা অথম যাত্রা (হায়বদী লাইবক থীরবাশিংগী অবাবা কোক্লবা উৎসব) অসিবু য়াম্না কূপ্না থিজিল্লবদী, ইবুঙ্গোগী চরণ অনীদা য়েক্লিবা খূদম ৯ অসিনা ফোঙদোক্লি।

মথংদা পায়খৎচগদৌরিবা অসিনা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী শ্রীশ্রীজগন্নাথ অমসুং মাগী লোয়নবশিংগী রথ অহুমশিগী খূৎশাগী মওংনী। ইবুঙ্গোগী রথশিং অসি চাকা ১৬/১৬ পাল্লী। মসিনা তাক্লিবদী ভগবানগী কলা ১৬ অদুবু ফোঙদোক্লি। মথক্তসু পঞ্জুব্রবা অদুনি ইবুঙ্গোগী রথশিং অসিগী মমিং নন্দিঘোস কৌই; অদুগা রথ অসিবু চিংই হায়না থাজনবা শগোলনা সম্খিকা, রোচিকা, মোচিকা অমসুং জ্বালিনী কৌই। কলা ১৬ নী। অরা নত্রগা ধরা (axle) ১৬ নী রথ অসিগী মরুওইবা ঋষিনা পাণ্ডুনী।

সুভদ্রাগী রথকী মমিংনা দেবীরথ নত্রগা দেবীদলন কৌই। রথ অসিগী চাকা ১২ অসিনা চহী অমগী থা ১২ গী খূদম্নি। রথ অসিবু চিংলিবা শগোল মরিগী মমিংদী প্রজ্ঞ, অনুজ্ঞ, ঘোরা অমসুং অঘোরা মরি অসিনী। কলা ১২ নী। অরা নত্রগা ধরা ১২ নী রথ অসিগী মপূঙ ওইবা ঋষিনা যজ্ঞবল্ক কৌই। বল্লভদ্রগী বথকী মিংনা তালধ্বজ কৌই। রথ অসিবু পুরিবা চাকা ১৪ নী। মসিদা তাক্লিবদী ব্রহ্মাগী মপুন্সি চতুর্দশ মনবন্তরনী হায়বা তাল্লী। বল্লভদ্রা হায়বা ইবুঙ্গোসি জর-সংসার (mortal world) পূম্নমক্কী মপূনী, মরম অদুনা ইবুঙ্গোগী স্না-হকচাং অসি চাউই। মরম অদুনা ইবুঙ্গো মহাক্তি বিরাটনী। রথ অসিগী সার্থীনা তালধ্বজ হায়না খঙনৈ। মসিবু চিংলিবা শগোলশিংদী ঋগ, যযুর; সাম, অথর্বনী। মসিদা কলা ১৪ লৈ। মসিনা সংসারগী মরোল ১৪ বু খঙহল্লি। ধরা (axle) ১৪ নী। অদুগা রথ অসিগী মপূঙ ওইবা ঋষিনা অঙ্গীরানী।

আষাঢ়গী পানখৎলকপা একাদশী নুমিত্তা শয়ণ উৎসব পাঙথোকই। মমাঙগী নুমিত্তা "অধিবাস" কী থৌরম পাঙথোকই। হায়রিবা নুমিৎ অসিগী নুমিদাংদা স্নানা শাবা মূর্তি অহুম মথংশীৎনা জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রাবু মহূৎশিনবা; লক্ষ্মী নারায়ণ,

অনন্তবাসু দেব অমসুং ভুবনেশ্বরী হায়না কৌবা মূর্ত্তি অহুম নিংথিজনা শেম শারবা শয়ণ-কক্ষদা পুশিল্লগা ফমুং মচা অমমমদা চেপহল্লী। মখোয়শিং অসি মখোয় মখোয়গী মগুণগী মতুংইন্না মখূৎ মরি লোণ্ডই। মখোয়না চেপ্লমদাইদা "হে ইবুঙ্ঙো ঃ তঙ্বংগী য়াইফনরগীদমক্তা থা মরিদী চেপ্পিরো" হায়দুনা হায়জে। মদুগী তুংদা মখোয় মখোয়গী ফমুংদা চেপহল্লী।

নুমিৎ (সুর্য্য) না দক্ষিনারায়ণদা লৈবা মতমদা "দক্ষীন যাত্রা" হায়না কৌবা উৎসব অমা পাঙথোকই।

ময়াম্না খঙনরিবা ঝুলন-যাত্রা ভগবান জগন্নাথদেবগী পরিকোরদা পাঙথোকই। ফজনা শেম-শারবা, লৈতেংলবা মুর্ত্তি-মাগুপতা শ্রাবণগী দশমীদগী পূর্ণিমা ফাওবা ঝুলন যাত্রা পাঙথোকই। উৎসব অসিগী মনুংদা ফজনা লৈতেংলবা অহাইবী দলদা মদনমোহন ফজনা লেঙশিল্লী। হায়রিবা উৎসব অসি অতে অতে, মঠশিংদসু পাঙথোকই।

হরিবাসর নুমিৎ হায়বদী ভদ্রপদগী শুক্লা একাদশীদা পার্শব পরিবর্তন (হায়বদী য়াওনবা) হায়দুনা উৎসব অমা পাঙথোকই। হায়রিবা নুমিৎ অসিগী নুমিদাংৱাইরমদা, হৌনবী-বিধীগা লোয়ননা, ভগবানবু য়াওনবীনবা হায়জে।

কার্ত্তিককী পানখৎলকপা একাদশী নুমিত্তা মতম শাংনা চেপ্লীরুবদগী লেঙখৎপিরো হায়না হায়জে। উৎসব অসিবু "প্রোবধন যাত্রা" হায়বদী য়াকায়বগী যাত্রা হায়না কৌই।

মার্গষীরগী পানখৎলকপা তরূকনি চনবদা মূর্ত্তিশিং অসি নিংথম্বগী অরুম্বা ফীজোল হোংই। যাত্রা অসিবু প্রাবরণ উৎসব হায়না খঙনৈ।

পৌষগী পুর্ণিমা নুমিত্তা, পৌষাভিষেক হায়বা যাত্রা অমা পাঙথোকই। হায়রিবা উৎসব অসিদসু, স্নান-যাত্রাদা তৌবগুম্না, অধিবাসনচিংবা তৌই। মনম নুংশিবা ঈশিং চকৃ কয়া ভোগ মাগুপতগী রত্নবেদী তান্না হোল্লী। অভিষেক অসি রাম, সীতা, লক্ষ্মণবু মহূৎশিনবা ওইনসু তৌই। মরম অদুনা উৎসব অসিবু রামাভিষেক হায়নসু খঙনৈ।

নুমিৎনা খাবোমদা লৈথরকপা মকর সংক্রান্তি নুমিত্তা উত্তরায়ণ যাত্রা পাঙথোকই। অদুগা অতোপ্পা মরুওইবা যাত্রা অমনা দোল যাত্রানি। মূর্ত্তিশিং অসিগী

মহূৎশীনবা অর্চবেবাশিং দোল বেদী তান্না পুদুনা থৌরী-পান্দোং হাইবগী উৎসব অসি পাওথোকই। মসি বসন্তোৎসব কৌই অমসুং উৎসব অসি নরসিংহদেবগী মশূ ইবুঙ্ঙো ময়াম্না অভিনব ইন্দ্রদ্যুম্ন হাযনা মযাম্না খণ্ডনবা বামচন্দ্র দেবনা হৌদোক্লম্বনী হায়নৈ। "দমনম" কৌবা যাত্রা অমসু পাওথোকই; মসিদা "দমনম" কৌবা পাম্বী অদু মূর্ত্তিশিং অসিদা কৎলী হাযবিবা যাত্রা অসি চৈত্র থাদা পাওথোকই।

চহী খূদিংগী নুমিৎ ২১ নি চূপ্পা পাওথোকপা যাত্রা অমনা চন্দন-যাত্রানি। মসিগীদমক্তা জগন্নাথ মন্দিবদগী নবেন্দ্র পূখ্রি তান্না চৎপা লম্বী অমসুং যূমকৈ পূম্নমক লৈতেংই। মবক-মবক্তা হোজঙ কযামুক শাই। মসিদা মূর্ত্তিশিং অসিনা লেঙলকপদা হেক হেক পোত্থাই। সেবকশিংনা নবেন্দ-পূখ্রি (সবোবব) তান্না মদনমোহন, লক্ষ্মী, সবস্বতী মূর্ত্তিশিং দোলাইদা পুবকই। অতৈ মন্দিবদগী অতোপ-অতোপ্পা মূর্ত্তিশিংসু পুবকই। নবেন্দ্র সবোবব যৌববা তুংদা মূর্ত্তিশিং অসি অঙাংবা অমসুং অঙৌবা মচু তৈবা হি অনীদা লেঙখৎলী। মতাং অসিদা খঙজিনবা যাবা অমনা মদনমোহন, লক্ষ্মী অমসুং সবস্বতীনা অঙৌবা হিদা লেঙখৎলী। বামকৃষ্ণ অমসুং পঞ্চশিবনা অঙাংবা হিদা লেঙখৎলি। মূর্ত্তিশিং অসিনা লেঙখৎপা হিশিং অসি সবোবব অসিদা হঙ্গৎ-হন্দা হোল্লী।

পুবীগী জগন্নাথ মন্দিবগী পবিকোবদা তোঙানবা মন্দিব অমদা লক্ষ্মী দেবী লাৎলী। থাজনবীগী মতুংইন্না লক্ষ্মীদেবী তাইবংপানবগী মপূনী হাযনা লৌনৈ। অদুগা মবোল অহুমগী লম্ভুমগী মবেম্মনী হাযনৈ। থাজনবীগী মতুংইন্না অমসুং লোক সাহিত্যদা ইবা মতুংইন্না ইবেম্মা অসি উবিযাগী মৌশিংগা চপ মান্নে। ইবেম্মনা লূক-হৌই অমসুং মতৈশিং, মনাওশিং, মচন-ইবেম্মশিং পূম্নমকপু পিজ-পিথক তৌই। অদুগা উবিযাগী মৌশিংগুম্না মতৈগী মনাক্তা সূকচঙ চঙদে। মবম অসিদগী মতৈ-ইবুঙ্ঙো বল্লভদ্র লৈবা মফমদা সূকলেঙ লেঙশিন্দে। শক-চু চঙখোনবী ইবেম্মনী অদুগা অতৈ নুপীগুম্না যাম্না শাউগল্লী অমসুং খম্বন চাউই। ইবেম্মনা শাউই হাযবসি, জগন্নাথনা গুণ্ডিচা মন্দিবদা লেঙখ্রবা তুংদা ৫ নি চনবা "হেবা পঞ্চমী" অমসুং গুণ্ডিচা মন্দিবদগী হল্লকপা নুমিৎ পূর্ণযাত্রা নুমিত্তা ইবেম্মগী ওইনজবা অসি ফজনা উৎলী।

রথ যাত্রাদা শ্রীজগন্নাথকা লোয়নবীবা অসি ময়াম্বা বল্লভদ্রা অদুগা মচল ইবেম্মা সুভদ্রানী। মতৌ অসুম্না ইবেম্মা লক্ষ্মীদী হুন্দোকপিরম্লে। মবম অদুনা নীঙবা কায়রবী

লক্ষ্মীদেবীনা, অশাউবগা লোয়ননা, লম্মন খুম্নিংবগী মতাগুম গুণ্ডিচা মন্দির তান্না লেঙ্গ্ত্তী। মসিবু "হেরা পঞ্চমী" হায়না খঙনৈ। মসি অসুম খঞ্জবদা ইমা লৈপাক মণিপুরদা লক্ষ্মী কৈথেল কাবা হায়না চৎনরিবা অসি ওইগদবা মাল্লী। মতৌ অসুম্না লক্ষ্মী দেবীবু "অধিরা নায়ীকা" লৈতাদ্রবী, পূক্নিং লাণ্ডতক্লবী অমা ওইনা উৎলী।

নুমিৎ ৯ নিগী তুংদা ভগবান জগন্নাথ হল্লকপা মতমদা ওইনচাউবী ইবেম্মা লক্ষ্মীনা থোঙ হাংউ হায়বা য়াদ্রে। "লক্ষ্মী-নারায়ণ ভেঁট" হায়না কৌদুনা, পুরীগী নিংথৌনা ইবুঙ্গ্ঙো ইবেম্মা অনীবু উননবা শীল্লী। ইবেম্মবু লৌরুনবা শামু থায় অদুবু ইবেম্মনা লেঙ্গ্ঙকউ হায়বা য়াদে। অদুবু ইবুঙ্গ্ঙোনা অমুক হায়জরবদা, ইবেম্মনা ইবুঙ্গোবু ওক্লবা দোলাই তোংদুনা লেঙথোরকই। ইবেম্মগী ইকাইবা অদুবুদী লায়না থেমজিনবা য়ারমদে। ইবুঙ্গ্ঙোনা ইবেম্মদা থোঙ হাংদোউ হায়জবদা ইবেম্মনা অসুম্না খুল্লকই ঃ- "ইবুঙ্গ্ঙোদী মরোল অহুমগী মপুনী, অদুনা মফম অসিদা লেঙবিরক্লিবা করিগীনো ? নচল ইবেম্মা মথন্ত থম্বীরম্লবদী য়াম্না চীকহৌরগনি, অদুনা নচল ইবেম্মা পুরগা লেঙবিখ্রো ?" মদুদা ইবুঙ্গ্ঙোনা অসুম্না খুল্লকই ঃ- "ইয়াম্ব ইবুঙ্গ্ঙো বল্লভদ্র, নঙগীদী নতৈ ইবুঙ্গ্ঙোগা লোয়নদুনা চৎলিবনী অদুনা করম হায়না ইবেম্মা চৎকদৌরিবনো ?" ইবুঙ্গ্ঙোনা ইবেম্মবু থেমজিনবা ওইনা, মমল য়াম্লবা খুদোলপোৎ কয়া পীবি; অদুবু ইবেম্মনা মাদী লায়রবীনিনা অসুম্বা খুদোলপোৎশিং অসি লৌবা মতীক চাদে হায়না খুমজে। মমৈদা ইবুঙ্গ্ঙোনা কন্না হায়জবা অদুদা, ইবেম্মনা থোঙ হাংদোক্লগা ইবুঙ্গ্ঙোবু মন্দিরদা চঙহল্লী।

অসুম্না চহী খূদিংগী কাংলেন নুমিত্তা কুম্মৈ অসি হেক হেক পাঙথোকই। দেবাদাসীশিংনা ইবেম্মা লক্ষ্মীগী মহূৎ-শিন অদুগা দৈত্যশিংনা ইবুঙ্গ্ঙোগী মহূৎ শিন্দুনা অৱায়-অখুম কয়া তৌই। ৱাহৈশিং অসি সংস্কৃত লোন্দা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা অৱায়-অখুম তৌই অমসুং মশীঙ থীঙমদ্রবা ভক্তশিংনা রস্বাদন তৌই।

রথ যাত্রাদা লক্ষ্মীদেবীনা জগন্নাথগা লোয়ননা গুণ্ডিচা মন্দিরদা চৎপা য়াদবগী মরম অমনা গৌড়িয়-বৈষ্ণবশিংনা পীরি। মরম অদুদী হন্দক ইবুঙ্গ্ঙোনা লেঙলিবা অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা লেঙবনী। বৃন্দাবন হায়বা অসিদী মাধুর্য্যগী মফম্নি, অদুগা ইবেম্মা লক্ষ্মীনা ঐশ্বর্য্যগী শক্তম্নি। মরম অদুনা, ইবেম্মনা গুণ্ডিচা মন্দিরদা

লেঙবা য়াদবনী হায়রি। মসিগী মতাংদা চৈতন্যগা স্বরূপ দামোদর গোস্বামীগা ঙাংনশানবা কয়া অমা লৈ। (চৈতন্য চরিতামৃত মধ্যলীলা অধ্যায় ১৪)

অতোপ্পা ৱারী অমগা লৈ। মদুদি, তাঞ্জা অমদা লক্ষ্মী দেবীনা শোক্ল-পন্নবা য়াদবী অমগী মখূৎ চারুবগী শ্রীবল্লভদ্রনা য়াম্না শাউখি। অমরোমদা শ্রীজগন্নাথদা ইবেম্মা লক্ষ্মী লুহোঙলকপা মতমদা, ৱাশাকখিবা অমা লৈ। মদুদি, শগোলশেন নুমিত্তা কনাগুম্বনা লক্ষ্মী দেবীবু পূজা তৌরবদী লৌগনী হায়বসিনী। অদুনা বল্লভদ্রনা শাউবসিদগী ইবেম্মা লক্ষ্মী শাউদুনা লেঙখ্রে। ইবেম্মনা শাউবদগী মপোৎ-মচৈ লোইনা পুখ্রে। জগন্নাথ অমসুং বল্লভদ্র চানিঙ্ঙাই থক্লিংঙাই ফাওবা লৈশিল্লক্ত্রে। অরানবা অসি খঙলক্লুনা বল্লভদ্রনা ইবেম্মগী খূৎ-চাখি। মদুদগী হৌরদুনা জগন্নাথ মন্দিরদা শোক্ল-পন্না য়াদবা হায়বসী অমুক লৈখিদ্রে।

হায়রিবা উৎসবশিং অসিগী মথক্তা "রুক্মিনী হরণ" হায়বা অমসু চৎহী খূদিংগী পাঙথোকই। উৎসব অসিদা সেবকশিংগী মনুংদগী শীশুপাল শাবা অমা য়াওই। মহাক্না মদনমোহন হায়বদী জগন্নাথগা লান শোক্লবগী মওং উৎলী। মদন মোহননা ঙমদুনা শীশুপাল শাবগী য়োংগী মমৈ অদু জগন্নাথকী দোলাইদা পুন্দুনা থম্মী। মদুদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা য়াম্না নোক-খেদুনা নুঙাইবা কুম্মৈ অমা তৌই।

# নবকলেবর

মূর্ত্তিশিং অসি মরক-মরক্তা অমুক-মুক শিন্দোকই হায়দুনা মথক্তসু পঞ্চখ্রবনী। চহী অমদা থোকপা আষাড় (জুলাই) থাদা পূর্ণিমা অনী তারবদী মূর্ত্তিশিং অসি শিন্দোকই। থাবান্দা পাবা চহীগা, নুমিত্তা পাবা চহীগা অনীগী খেন্নবা অসি কোক্লবা হায়দুনা "মলমাস" হায়দুনা পণ্ডিতশিংনা চহী ৩/৩ খূদিংগী লেপই। মসিবু অধিমাস হায়নসু খণ্ডনৈ। হায়রিবা মতমসিগী মনুংদা ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইবা থবক অমত্তা পাঙথোকপা য়াহন্দে। অদুবু শাস্ত্র খরগী মত্ মতুংইন্নদী, অধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈদগী য়েংলবদী "অধিমাস" হায়বা অসি খ্বাইদগী ফবা থা-নি; মরম অদুনা মসিবু পুরুষোত্তম মাস হায়নসু খণ্ডনৈ। অসুম্না অধিমাস তাবা চহীদা "নবকলেবর" পাঙথোকই। হায়রিবা মতাঙ অসি চহী ১২ নত্রগা ১৯ গী মনুংদা অমুক-মুক তাই। হৌখিবা চহী ১০০ মুক্কী মনুং অসিদা ইং ১৮৬৩, ১৮৯৩, ১৯৩১ অমসুং ১৯৫০ দা নবকলেবর অমুক অমুক তাখি। অদুগা চহী ১৯ গী মতুং ইং ১৯৬৯ দা অধিমাস অমুক্কা তাখি। হৌখিবা চহি ১৯৯৬ তসু নবকলেবর তাখি।

চৈত্রগী পানখৎলকপা ১০ নি পানবদা গজপতি মহারাজনা য়াথং পীরবদা, বিদ্যাপতি অমসুং বেদগী মরমদা য়াম্না হৈথোই-শিংথোইরবা ব্রাহ্মণ অমসুং পণ্ডিতশিংনা উ (দারু) থিবা চৎনবা থৌরাং তৌই। চৈত্রগী শুক্লা দশমী নুমিত্তা জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাগী মধ্যানগী ধূপ কৎলবা তুংদা, মহা-পাত্রশিংনা "অঞ্জমালা" নত্রগা য়াথং পীবগী মশক ওইবা লৈ-পরেংশিং ফংজে। অদুগী তুংদা মহাপাত্রাশিং অমসুং দৈত্যপতিশিংনা "অঞ্জমালা' নত্রগা লৈ-পরেংসিং অদু পুরদুনা অনবসর পিণ্ডি তান্না চৎলী; অদুগা থৌদোক অদুগীদমক্তা ওইনা শীন্দুনা থমখ্রবা অনৌবা ফীজোলশিং হোংদোকই। অদুগী তুংদা জগন্নাথ বল্লভ মঠতগী দৈত্যপতি ২৩, দেউলকর্ণ, তাটৌ, লেনকা অদুগা উ-শূবা মরিনা ককটপুরদা লৈবা মঙ্গলা দেবীগী মন্দির তান্না চৎলী। লেনকাশিংনা চক্র-পুই, শাস্ত্রদা জ্ঞানী ওইরবা ব্রাহ্মণ মরীনা ময়ামদুদা অমুক য়াওশিল্লে। পুরীগী গজপতি মহারাজনা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা, চেঙ, যুবী, ফি-নচিংবা দৈত্যপতিশিংদা কৎলবা তুংদা, মূর্ত্তি শানবা উ (দারূ) অদু থিবীনবা জঙ্গল তম্না লেঙবীনবগীমক হৌনবী মতুংইন্না হায়জৈ। মঙ্গলা দেবীনা মঙতাক ওইনা হায়বা য়াথং

ফংজরবা তুংদা উমংদা নিম পাম্বী থিনবগীদমক ময়াম অদু শমজী-মরি খায়দুনা চংলী। উ অসিমক্তি তিঞ্জঙ-লাইচঙদবা, উচেক-ৱায়ানা মকোল শাদবা, মশা-মরি লোংবা উ ওইগদবনী। উ অসিগী মখোঙদা লিল অমনা য়েংশিন্দুনা শঙদুনা লৈরমগদবা ওইগদবনী। অনকপদা তুরেল অমা চেনবা, লোয়ননা পোংলোইফম অমসু লৈরমগদবনী। অসিগুম্বা উ অমা ফংবা মতমদা দৈত্যপতিশিংনা উ অদুদা মখোয়না পুরকপা লৈপরেং অদু কংকনি। মখোয়না উ অদুগী মনাক নত্রগা অকোয়বা অদু ফজনা শেংদোক্কনী। মনম নুংশিরবা ঈশিং অদু চাইথোক্কনী। উগী মনাক অদুদা যজ্ঞ তৌনবা লৈতোং অৱাঙবা অমা শাগনী। তৌগদৌরিবা যজ্ঞ অসিবু "বন যজ্ঞ" কৌই । ব্রহ্ম, অধ্বর্যু, হোতা অদুগা উদগাতা হায়রিবা অচার্য্য মরি অসিনা যজ্ঞ অদু পাঙথোক্কনী। দৈত্যপতি বিদ্যাপতি অদুগা লাক্রিবা উ-শূবশিংনা যজ্ঞ অসিদা য়াওগনী। দৈত্যশিংনা নুমিৎ হুমনি চুপ্পা তুমিন্না ফল্লগা তপ তৌদুনা লৈগনি। বন যজ্ঞ অসি লোইরবা তুংদা, বিদ্যাপতিনা উ অদু সনানা শাবা শীঙজংনা শোক্কনী। অদুগী তুংদা উ-শূবশিংনা উ অদু মকক-মকক ওইনা কক্কনি। মূর্ত্তিশিং শাগদবা উককশিং অদু তোঙান-তোঙান্না থমগনী। কাংখোঙ মরী পানবা নৌনা-শাবা গাড়ী অমদা উককশিং অদু হাপচিনগনী। গাড়ী মথক্তা থাঙ্গংলবা উককশিং অদু মুগা-ফি অমনা কূপশিনগনী। সেবকশিংনা মীয়ামগা লোয়ননা গাড়ী অদু পুরী তম্মা অচৌবা শোভাযাত্রা অমগা লোয়ননা পুরক্কনি। উকক মরি অদু খা-থোঙলোমদা চঙলক্লগা মন্দিরগী পরিকোর মনুংদা পুশিল্লক্কনি। অদুগা কোয়লি বৈকুণ্ঠদা থমগনি। স্নান পূর্নিমা নুমিত্তা অশেংবা উককশিং অদু অরিবা মূর্ত্রিশিং অদুগা মতম অমত্তদা স্নান তৌগনি। অদুগী তুংদা উককশিং অদু দারুগৃহ কৌবা মরুম অমদা পৈদুনা থমগনি। ব্রাহ্মণ ১০৮ না হৌনবী পূজা কংলবা তুংদা মূর্ত্তি শাবগী থবক পায়খৎপা হৌগনি। মফম অদুদা মী অমত্তা চঙবা য়াদে। মূর্ত্তি অদু শাবা লোইরবদা, মূর্ত্তিশিং অদুবু অহুম্লক কোয়রগা মন্দিরগী মনুংদা লৈবা অনৰসর পিণ্ডিদা পুরক্লগা থমগনি। কৃষ্ণ চতুর্দশী নুমিৎকী অহিংদা "ঘট পরিবর্ত্তন" হায়বদি অরিবা মূর্ত্তিশিংদগী অনৌবা মূর্ত্তিশিংদা হোংজিন্বগী থৌরম অসি পতি মহাপাত্রাশিংনা পাঙথোক্কনি। মহৌশানা ব্রহ্ম হোংবগী থৌরম অসি পতি মহাপাত্রাশিংগী মনুংদা অহল খাইদগী ওইবনা পাঙথোক্কনি। অদুম ওইনমক ব্রহ্ম অসি মখূৎনা শোকপসু য়াদে, য়েংবসু য়াদে। অদুদগী অরিবা মূর্ত্তিশিং অসি ফমুং-ফানুংগা লোয়ননা "কোয়লি বৈকুণ্ঠ" দা ফুমজিল্লী। শুক্লা

দশমী ফাওবা দৈত্যশিংনা মী শিখিবা ইমুংগুম্না ঙাহেন-চাকহেন তৌগনী, একাদশী নুমিত্তা "সৃদ্ধিক্রিয়া" হায়বদী যূমশেংবগী তৌরম পাঙথোক্কনী।

জগন্নাথ মন্দিরদা চৎনবা মওং অমনা মহাস্নান হায়বা ক্রিয়া অসিনী। মহৌশানা সুব্বারাশিংনা ইবুঙ্ঙোগী ভোগশিং অসি পুই। মন্দির মনুংদা ভোগশিং পুরিঙৈদা, কনা অমত্তনা শোক-পনবা য়াদে। মখোয়দা ফি-থাবা লম্বী অমদা চৎলী, চীন্দা-চীনবুন লাকই। কনাগুম্বা শোক-পনখিবা য়াওরবদী মহাস্নান অমুক পাঙথোক্কনী অদুগা ভোগ পূম্নমক অদু লৈনুংদা ফুমজিনগনি।

মূর্ত্তিশিং অসি পূজা তৌরিঙৈদা পূজারী অমসুং লোয়নবা খর নত্তনা লাইনুংদা কনা অমত্তা চঙবা য়াদে। অহনদী লাযবদুনা পিক্কবা অঙাং অমা লাইনুংদা চঙলূরবদী মহাস্নান অমুক হন্না পাঙথোক্কনি। লাইনুংদা ঈ মরিক অমা ফাওবা উবা য়াদে। করিগুম্বা উববা অমদী থেংনরবদী মহাস্নান পাঙথোক্কনী। ভোগশিং অদু লৈনুংদা ফুমজিনগনী; মন্দিবগী কাচিন-কোয়া পূম্নমক শিত্তোক-চামথোক্কনী। অসুম্না অমাংবা থবক তৌরম্বা মীশক অদু মতিক চাবা চৈরাক পীগনি।

মন্দির মনুংদা হাৎন-শুনবা থোক্লবদি মহাস্নান পাঙথোক্কনি।

নুমিদাংগী তৌফমথোকপা পূজানচিংবা লোইরবা তুংদা মন্দিরগী মরুওইবা থোঙ সিংহদ্বার লোনশিনগনি। নুমিদাংদা মীনাই মীশনফাওবা কনা অমত্তা লাইনুংদা লৈহৌবা য়াদে। মী চীথ-নাম্বুবা লৈহৌব্রা হায়বা য়েংনবা - লাইমনাই খরদা অখন্নবা শক্তিগা লোয়ননা শিন্নে।

চহী খূদিংগী মূর্ত্তিশিং অসি মখল-মখা কয়াগী বেষ থোল্লী। চাউরাক্না ৫০ দগী হেল্লম্বা য়াই; অদুবু মরুওইবশিংদী (১) গণেশ বেষ, (২) গজধারণ বেষ, (৩) বড়া শৃঙ্গার বেষ, (৪) কাঞ্চিকাবেবী বেষ অমসুং (২) পদ্মাবেষ হায়বশিং অসিনা মপূঙনী।

# পূজাগী মওং

মওং লৈতবা নিরাকার ওইবা তাইবং পানবগী মওংবু, পূজাগী মতমদা "আকার" (মওং) অমা হাপচিনবগী মতাংদা খরদং খন্নবা মতাং-চায় হায়না খঞ্জে। বিষ্ণু পুরান্দা অসুম্না হায়রি ঃ-

"প্রকৃতির বিকৃটিস্তস্যারূপেন পরতমনঃ
অলক্ষ্যম্ তস্য তদ্রুপম প্রকৃতিস্মা প্রীকৃর্ত্তিতা
সাকারা বিকৃতিরঞ্জেয়া তস্য সর্ব্বম জগৎস্মৃতম্ ।।"

(সর্ব্বব্যাপী ওইবা ঈশ্বরগী মওং অনী লৈ; অমনা পৃথিবীগী মওং প্রকৃতি অদুগা অতোপ্পা অমনা ইবুঙ্গো মহাক্কী অওনবা মওং বিকৃতি। প্রকৃতি হায়বা অসিনা ইবুঙ্গো মাগী থুগাইবা য়াদবা, খায়দোকপা যাদবা মওংনী। বিকৃতি হায়বা অসিনা মহাক্না তাইবংপান অসি শাদুনা লৈরিবা আকারগী মওংনী। মহাকপু খুরুমজবা অমসুং অবাধনা তৌজবা অসি ইবুঙ্গো মাগী "আকার" মওং অদুদা পাংথোক্কদবনী।)

অন্তববেদী অমসুং বাহিববেদী হায়না খণ্ডনবা পূজা মখল অনী লৈ, হায়না মথক্তা পঞ্জখিবা পুরান অসিদা হায়রি (III, 1,2,3)। যজ্ঞ অমসুং বলিদানগী মতমদা পাংথোকপা ঈশ্বরগী পূজা অদুবু অন্তরবেদী হায়না খণ্ডনৈ। জগন্নাথ পূজাগী মতাংদা মথক্তা পঞ্জখিবা অদুনী। মদুদি, জগন্নাথকী মূর্ত্তি অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা অশ্বমেধ যজ্ঞ পাংথোক্লুবা তুংদা শাখিবনী। অদুগা পূজাগী মওং অসি অহুম্নী। মানসি পূজা, (থম্মোইনুংদা কৎপা পূজা), হোম পূজা অমসুং বের পূজা (মূর্ত্তি-পূজা)। হায়রিবা পূজাশিং অসিগী মনুংদা মূর্ত্তি পূজা অসিনা খ্বাইদগী ফবা পূজাগী মওংনী হায়নৈ, মরমদী ভক্তশিংনা মানা মানা ওন্না মতুংইন্না, লৈ-শুনচিংবা কচ্চদুনা পূজা পাংথোকপা ঙম্মজে। অসুম্না তৌরবতদা মওং খণ্ডবা ভগবান পূজা তৌববুদী শকপান্নবা, মীৎমক্না দর্শণ ফংবা য়াবা মূর্ত্তি পূজা তৌবনা খ্বাইদগী ফৈ হায়না খন্নরি। ভক্তশিংগী ভক্তি অদু মপুঙ ফায়, কনশিনবা হেল্লী। মরম অসিদগী মূর্ত্তি পূজানা খ্বাইদগী মহয় চাউই হায়না লৌনৈ। জগন্নাথ পূজা অসি

পুরুষোত্তমদেবগী গোপালার্চনাবিধি, ছোড় গঙ্গা দেবনা ইবা নীলাদ্রিনাথ পূজাবিধি, নীলাদ্রি পাণ্ডানা ইবা নীলাদ্রি মহদয় অদুগা দুর্গোৎসব চন্দ্রিকা হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী মতুংইন্না পাণ্ডথোকপনী। মথক্তা পণ্ডগ্রিবা লাইরিক অনী অসি হৌজিকসু খুৎই ওইনা উৎকল বিশ্ববিদ্যালয়গী লাইব্রেরীদা লৈরি।

মতম্না অসুম হৌজিল্লকপগা লোয়ননা জগন্নাথ পূজাগী মওং অসি নোংমা নোংমগী লুশিনবা হেণ্ডিল্লক্নি। শতাব্দী কয়া হৌখিবগা লোয়ননা ভগবানগী পূজা পদ্ধতিগী মওং মথং মথং হেনগৎলকখি। মমাংঙৈগী পূজাগী মওংগা হৌজিক্কী পূজা মওংগা তিনশিন্নবা হেনগৎলকই। খুদম ওইনা হায়রবদা, হৌজিক্কী যুগ অসিদা মূর্ত্তি অসি পৌরাণিক্কী মওংদা লৌরবসু, প্রণব-পূজাগী মওং, তান্ত্রিকককী যন্ত্র-পূজা অমসুং বিজয়-মন্ত্রগী পূজা পদ্ধতি অদু অদুম চত্থরি।

খেল্লোক ১০ গী মন্ত্র "ওঁম গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" হায়দুনা জগন্নাথ পূজা তৌবদগী হেন্দোক্লদুনা খোল্লোক ১৮ না শাবা "ওঁ ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় নমঃ" হায়বা মন্ত্র অসিসু শোল্লি। "ওঁম" নত্রগা "প্রণব" অসিনা বৈদিক্কী ওইবা ব্রাখল্লোন অদুগী মচেৎনী; ক্লীং হায়বা অসিনা তন্ত্রগী ওইবা মওং উৎলী; অদুগা লেমহৌরিবশিং অসিনা পৌরাণিক অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মওং অদু তাক্লি। মন্ত্রশিং অসিদা তোণ্ডান তোণ্ডানবা ব্রাখল্লোনগী মওং অদু উৎপদা নত্তনা, য়ানশিন্নবা পূজা মওং অমসু য়ামনা লায়না উবা ফংই।

জগন্নাথদেবগী পূজাগী মওং অসি শরূক খরনা বৈদিককীনি, শরূক খরনা তান্ত্রিক অমসুং পৌরাণিকনী। বৈদিক্কী ওইবা শরূক্কা ব্রহ্মগী শক্তম ওইবা প্রণবপু খুরুমজবা অসিনী। তান্ত্রিক্কী ওইবা মওংনা ন্যাস মখল কয়-খুদম ওইনা শডঙ্গন্যাস, কেশবভাদিন্যাস, মৃষ্টিথিসংহারন্যাস, মাতৃকান্যাস অসিনচিংবা। যন্ত্রদনা শ্রী অমসুং ভূবনেশ্বরী, কৃয়া (মুদ্রা) অমসুং বিজমন্ত্রনচিংবা। য়েংশিনবা য়াবা অমনা সৎচক্র (সৎচক্রভেদে) মন্ত্র শোন্দুনা অমাণ্ড-অতা থোকদবা কয়া তাল্লোকখিবা অসিসু যোগ তন্ত্রগী পূজা মওং অমনি। মরী লৈনবা ধ্যান্যাস অমসুং মন্ত্রশিংনা পৌরাণিক ওইবা মওংদা জগন্নাথ দেবগী মওং, শক্তি অসিনচিংবা কয়া উৎলী। পূজা মওং কয়া অসিনা ইবুঙ্ঙো অসিবু মহাক মহাক্কা পামজবা মওংদা ভক্তশিংনা পূজা তৌজনবগী খুদোংচাবা অদু ফংহল্লী।

জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রা অদুগা সুদর্শণ হায়বশিং অসি তান্ত্রিক যোগদগী হৌরকপনি। পৌরাণিক অমসুং বৈষ্ণবকী মওংদা মপুঙ-মরে ফারকপনি। মূর্ত্তিশিং অসি মরি ওইজরবসু অমত্তনি হায়না লৌই। মরম অদুনা, চংনবী অমগী মখা পোন্না পুরোহিত অহুম্না মতম অমত্তদা শ্রীমূর্ত্তি অসিবু নুত্তিগী সেবা তৌবদা চপ মান্ননা তৌরিবনী।

মমাংঙৈগী মতমদা মূর্ত্তিশিং অসি তোঙানবনী হায়না খন্দে। অমরোমদা, ব্রহ্ম নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা ভগবান অদুগী তোঙান তোঙানবা খুদমনী হায়না লৌই। মূর্ত্তিশিং অসিগী মনুংদা নীপা অনী, নুপী অমা অমসুং নীপা-নুপী অনীমক্কী শক্তম লৌবা সুদর্শণ হায়বা অসিনী। নীপা-নুপী থোক্না খায়দোরকপা অসিদী তুংদা ওইরকপা উপাসনা অমনি হায়না খল্লী। মসিগী খাকম অসি বিসিস্তা দ্বৈবাবাদী রমানুজাচার্য্যনা পল্লম্রবনী। মরম অসিমক্না ওইরম্বা তাই জগন্নাথ মন্দিরদা পাঙথোক্লিবা পূজাগী মওং অসি পঞ্চরাত্র মওংগীনি। অদুগা, মূর্ত্তিশিং অসিনা চতুর্ব্যূহগী প্রথানী হায়না বাচস্পতি মিশ্রনা ১৬ শুবা শতাব্দীদা মাগী তীর্থচিন্তামনিদা হায়ম্রিবা অদুনী।

ব্রহ্মাপুরাণনা হায়বা মতুংইন্না জগন্নাথ. বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং সুদর্শণ হায়রিবশিং অসি মথংশিংনা - বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ হায়বা পঞ্চরত্নবাদকী মরুওইবা ব্যূহ মরি অদুগী মহূৎ শীল্লি। অদুবু রত্নবেদীদা মূর্ত্তিশিং অসি লেঙশিনবগী মওংদী চতুর্ব্যূহগী মওং অদুগী মতুংইন্নদী পাঙথোক্তে। মরমদি, বেদীদা মূর্ত্তিশিং অসি মথং-মনাউ নাইনা থম্বগী মওংদি - বল্লভদ্র, সুভদ্রা, জগন্নাথ অমসুং সুদর্শণ অসিনী। মরম অসিনা পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা চংনরিবা পূজা পদ্ধতিগী মওং অসি প্রণভ পূজাগা খরা ওইন্ন-তৈনবদী অদুম মরেরে।

ইবুঙ্গোঙা জগন্নাথ অসি দারু ব্রহ্মনী। হায়বদী, ইবুঙ্গোঙাগী মূর্ত্তিশিং অসি উনা শাবনী। মসিমক্তি নুঙ অমসুং থাতূ খাত্তুনা তৌবা নত্তে। মসিগী মরুওইবা মরমদী মূর্ত্তি হায়বা সিমক্তবু থাতুনা নত্রগা নুঙনা শাবগী শাস্ত্রগী ওইবা বিধি লৈতে। হৌজিকসু হৌনশা ওইনা চহি ১২ খুদিংগী মূর্ত্তিশিং অসি অনৌবা অমুক অমুক শিন্দোকপা মতমদা খাখল্লোন অসি নিংথিনা ঙাক্নুনা থম্মী। মরম অদুনা দারু মূর্ত্তিশিং অসি শাবদা অসুক য়াম্না ভৌথিনা তৌরিবা অসিনী। মতাঙ অসিদা আদিবাসীশিংনা উ পূজা তৌবগা খেন্নবা খরদী থমফম থোকই। মরমদি, জগন্নাথকীনা উ পূজা তৌবনী; অদুগা আদিবাসীশিংনা

হৌদুনা লৈরিবা অহিংবা উ পাম্বীবু পূজা তৌবনি। মতৌ করম তৌবদগী দারু পুজাদগী ব্রহ্মপূজাদা ওন্থরকখিবনো হায়বসি মমাঙগী পন্দুপশিংদা পঞ্জখ্রে।

পণ্ডিত খরগী মত্ মতুংইন্নদী জগন্নাথ পূজা অসি শাবরশিংনা লাৎলম্বনী, মরম অদুনা জগন্নাথ পূজাদা শাবরশিংগী মমি য়াম্না ফজনা তাই হায়। কাঙবু খর-অমনা, উ-ৱাদা হকপা(totem) বু পূজা কৎপা শাবরশিংগী উপাসনা মওং অমনি হায়না থাজে।

দারু ব্রহ্মগী ৱাখল্লোন অসি য়াম্না মরুওইবা ৱাফম অমা লাক্লি। মতাং অসিদা প্রণব পূজাগী ৱাফম অসি তঙাই ফদবা লাকই। মরম অসিদগীত ব্রহ্ম অমসুং প্রণব অনীসি অমত্তনি হায়না লৌই।

স্কণ্ডপুবাণগী উৎকল কাণ্ডদা য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি।*

"ইতিস্তুত্ব সুরেসনম্ দেবম প্রণব্ রূপিনম্
প্রনতঃ প্রণবম্ মন্ত্রম্ যজাপ পুরতো হরেঃ।।"

নীলদ্রি মহোদয়সু ৱাফম অসিদা য়াম্না চঙখোনবা মত অমা পীরি।

সর্ব্ববেদেষু মন্ত্রেষু নায়কো যঃ পরিকৃত ঃ
প্রণভ প্রণতানামতু ব্বর্ণাবে বিদারানঃ
ত্রি মাত্রা শাধর্মাত্রশ্চ, বিন্দুনাদ সমনবিতঃ।।

প্রণভকী মরী লৈনবা মাত্র অহুম অদুগা মাত্রা তঙ্খায় লৈ হায়বসিদী জগন্নাথকা মরী লৈনবা 'নাদবিন্দু' নী। মরম অসিদগী ইবুঙ্ঙো অসিবু "নাদ বিন্দু সমনবিতাঃ" হায়না অবাহন তৌই। "অ" কারনা লৈনাশিং অসিদা য়াওবা অহানবা মাত্রানী, "উ" কারনা মনুংচন্না লৈবা অনীশুবা মাত্রনী, "ম" কাবনা অহুম শুবা মাত্রানী অদুগা মসিনা মরুদা লৈ। অর্ধ মাত্রানা কর্ণ-নামকনী। মরম অসিনা অর্ধমাত্রা অসি সুভদ্রানী হায়বদা হাযমনবা থোক্লেহি।

মথক্তা হায়জখিবা অদুগুম্লদনা মূর্ত্তি মরী শুরবসু জগন্নাথকী মন্দিরদা মতম অমত্তদা পূজারী অহুম্না পূজা তৌই; মরিশুবা পূজাবী যাওদে। মসিগী মরমদি, মরিশুবা মওং জ্যোতির্ব্রহ্ম নত্রগা তুরীয়া নত্রগা নিরাকার; মরম অসিদগী মহাকপু হকথেংননা

* উৎকলকাণ্ড (স্কণ্ডপুরাণ) অধ্যায় ২৪, শ্লোক ১৪-১৫।

পূজা তৌবা ঙমদ্রিবনী। অমরোমদা শকনাইবা মওং অহুমতমক পূজা তৌরিবনী। সুদর্শণ অসিদী "জ্যোতিব্রহ্ম" নত্রগা তুরীয়া হায়বদী অ-রূপ-নী হায়বদী মশক মওং নাইদে চুম্নগী খূদমতনী। মসিদী বিশ্ব তাইবংপান অসিগী থব্বায়নি। মসিনা জীব পূম্নমকসি অমত্তনি হায়বা অসি উৎলী। "তুরীয়া" গী থাক্তদী ব্রাখলগা পোৎশক্কা হায়বদি উপাসককা উপাস্যগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা করি অমতা লৈত্রে। মরিশুবা থাক অসিবু তোঙান্না উৎপা তারবদী শেরান্ননা উৎপা ওইনা থোক্কনী। মরম অসিদগী সুদর্শণগী মাঙদা পূজারী অমত্তা ফমদ্রিবনী। সুদর্শণ হায়বা থাক অসিদী ব্রাখলনা য়ৌঙন্বগী ব্রাংমদা লৈবা পূক্লিংতনা লাকশিনবা ঙন্বগী ব্রাংমদা লৈখ্রে। মতাঙ অসিদদী তাইবংগী লোল অমত্তনা ফোংঙন্বগী ব্রাংমদা লৈখ্রে।

হৌজিক্তি ইবুঙ্গোগী পূজাগী মতাঙদা মচা-খায়না খন্নবা মতাঙ য়ৌরে। পরশুরাম-কল্পসুত্র অমসুং শ্রীমদভাগবতকী মতুংইন্না - বৈদিক, তান্ত্রিক অমসুং মিশ্র (য়ানশিন্নবা) গী মওংদা ওইনা পূজা মখল অহূম থোক্পা পাঙথোক্কদবনী।

ভাগবত পুরাণনা অসুম্না হায়রি ঃ-

"বৈদিকস্তনত্রিকো মিশ্র ইতি মে ত্রিবিধোহ্ মখঃ
এয়েণ নীপ্সিতৈনৈভ বিধিনা মাঃ সমরচয়েৎ ॥"

অমুকসু মহাভারততগী লৌথোক্লদুনা পরশুরাম কল্পসুত্রনা অসুম্না পল্লী ঃ-

"আমণায়াগম বেদায় শুদ্ধসুধায় তে নমঃ ॥"

মথক্কী অসিদা আমণায় হায়বগী অথদী বেদনী। অদুগা "আগম" গী অর্থনা তন্ত্রনী। মরম অদুনা ভগবানবু পূজা তৌবগী মওংদী বৈদিক অমসুং তান্ত্রিক অনীমক্কী য়ানশিন্নবা মওংবুনী। ভাগবতনা মখা তানা অমুক হায়রিবনা ; "মোক্ষ ফংজনিংবা মীশক খূদিংনা ভগবানবু বৈদিক অমসুং তান্ত্রিককী মওংদা পূজা তৌগদবনী।" মরম অসিদগী জগন্নাথ মন্দিরদা পাঙথোক্লিবা য়ানশিন্নবা মওংগী পূজা মওং অসি শাস্ত্রনা য়াবা খ্বাইদগী ফবা পূজা মওংনী।

জগন্নাথকী পূজা অসি অয়ূক অঙনবদগী হৌরগা অহিংগী অথেঙবা যুথক ফাওবা পাঙথোকই। জগন্নাথদা ঈশ্বর অমসুং নিংথৌ অমদা কৎফম থোকপা উপচার খূদিংমক পাঙথোকই। মদুনা তাকপদী ইবুঙ্গো মহাক্তি মীওই খূদিংদগী খ্বাইদগী চাউবা মীওইনী হায়বসি উৎলী।

অয়ূক অঙনবদা দুনদুভী বাদ্য (পূঙ-য়ৈ) অদুদগী ভীতরচো মহাপাত্রানা নাই অমগা লোয়নননা লাক্লগা ইবুঙ্ঙোগী জয়-বিজয়-দ্বার কৌবা থোঙজাউ অদুদা ঙরাং নুমিদাংগুম্বদা চাজূম নমদুনা থমখিবা অদু য়েংই। চাজূমগী ফিভম য়েংলবা তুংদা মহাক্না লোয়নননা পালিয়া মেকাপ, প্রতিহারী, অখণ্ড মেকাপ অমসুং মুদুলিনচিংবনা মরুওইবা থোঙজাউ অদু হাংদোকই। মসিগী তুংদা মৈ অমা পায়রগা মূর্ত্তিশিংনা লৈরিবা মফম অদুদা করি করি অমাং-অশোয় লৈবগে হায়বা অদু মুন্না য়েংশিল্লী। অদুগী তুংদা গর্ভগৃহগী চাজূম অদু লৌথোকই অমসুং থোঙ অদু হাংদোকই। অদুদগী মখোয় পূম্নমক্না "মনিমা, মনিমা" (হেভগবান ঃ হে ভগবান ঃ) হায়বা খোন্থোক অসিগা লোয়নননা, সিংহাসন তম্না পুল্লপ চঙর্মিন্নে অদুগা সিংহাসনগী নাকল অনীমক্তা মৈ চুখৎলী। অদুদগী মখোয়না ঙরাং নুমিদাংগুম্বদা কৎখিবা যুবী-অনৌবা, মনম চাইরবা ঈশিং, ক্বানচিংবদু লৌথোকই অমসুং পুক্কেদা থমজিল্লী। অদুদগী স্তোত্রনচিংবা থীবা হৌই।

মসিগী মতুংদা মঙ্গলারাতিকা হায়বদী মূর্ত্তিশিংদা ঘীগী বর্ত্তি ২১ না কৎলী। অদুগী তুংদা পিস্তকারাতিনা মতুং তাই। আরতি অসি কৎলিঁঙৈ মনুংদা সুপ্রভাৎ স্তোত্রম (ইবুঙ্ঙো হৌদোকপগী মন্ত্র) নচিংবা থী অমসুং বৈষ্ণবশিংনা মঙ্গলাবাদ্যম হায়বদী মঙ্গলগী মশক ওইবা যন্ত্র কয়া য়ৈ, খোংই। অসুম্না লাইশিং অসি লেঙখৎলে। তড়প কৌবা ফীজোল মখল অমা কৎলী। অদুদগী অরিবা ফীজোল অদু হোংদোক্লগা অনৌবা ফীজোল অমা হোংই। নুতি নুতিগী ওইবা অয়ূক্কী থৌরম পরেং, খূদম ওইনা চীন-য়া-লৈ শেংবা দন্তধাবন অমসু জিবহাল্লেখন অসিনচিংবা পাঙথোকই। মতম অসিদা মচু কয়া তৈরবা মূর্ত্তিশিং অদু স্নান তৌই। স্নান তৌবগী মওংদী হকথেংনননা ঈশিং চাইথরবদী বর্ণশিং অদু কোক্কদবা মরম্না মূর্ত্তি অহুম অদুগী মমাঙদা মিংশেল অহুম খাল্লি অদুগা মিংশেল অদুদা ঈশিং হৈথে। অদুগী তুংদা শ্রীমূর্ত্তি অদুদা অনৌবা ফীজোলনা লৈতেংই অমসুং স্না-লূপাগী লীক্কোন অমসুং লৈ-পরেংনচিংবা কয়া লৈতেংই। অসুম্না পাঙথোকপা পূজাগী মওং অসিবু "অবকাশ" হায়না খঙনৈ।

মসিগী মতুংদগীদি দর্শন ফংনবা অমসুং মূর্ত্তিশিংবু খুৎথেংনননা শোকপা য়ানবা ভক্তশিংবু লাইনুংদা থাজিনবা য়ারে। মসিবু উরিষা লোনদা সাহান মেলা (সধারন মেলা নত্রগা সাধারণ দর্শণ নত্রগা মীয়ামদা দর্শণ পীবা) হায়না থঙনৈ। মসিগী মতুংদগীদি মূর্ত্তিশিং অসি অনৌবা ফীজোল থোল্লী।

মসিগী তুংদা ব্বালহৌশঙ্ শেংদোক্কনী অমসুং বৈষ্ণবকী পুজা পদ্ধতি মতুংইন্না "হোম" পাঙথোক্কনী অদুগা লূক-হৌবা হৌগনী। অদুগী তুংদা সুর্য্যদেব অমসুং দ্বারপানশিংবু পুজা কৎকনী। অদুগী তুংদা অয়ুক্কী চরাৱানবগী পোৎলম গোপাল বল্লভ নত্রগা বালভোগ কৎলী। হায়রিবা অসিদা কৎকদবা পোৎলমশিংদী খুদম ওইনা স্বামন্দা, পাপুড়ি, মাখন, শঙ্গোম অফমবা, কবোক, য়ুবীনাশাবা কোরা, য়ুবীগী পেচেড়ি, লফোয়, মতম-মতমগী উঁহে-ৱাঁহৈশিং, য়ুবী-অশংবা, শীতলভোগ অমসুং ক্কা অসিনচিংবনি।

মহৌশানা ভোগশিং অসি অনবসর পিণ্ডিগী মতম হায়বদী অয়ুক্কী পুং ৭-৮ ফাওবদা কৎলী। বালভোগ-কী মতুংদা মন্দিরগী গর্ভ্ভগৃহদগী চন্দন অরগলী ফাওবা শেংদোকই। অদুগী তুংদা তেরা হায়না কৌবা য়ুখল অমনা চন্দন অরগলীদা খ ঞ্জিন্দুনা মূর্ত্তিশিং অসি অঁতে অঁতৈনা উদনবা হোৎনৈ। মতাঙ অসিদা অয়ূক্কী পূজা সকালধূপ নত্রগা অহানবা ধূপ কৎপা হৌই। সকালধূপ অসিদা ষোড়শোপচার পূজা হায়নসু খঙনবা উপাচর (পূজাগী মওঙ) ১৬ কৎলী। মতম অসিদা আলপনা ৫ দা হায়বা মতুংইন্না মফম ৫ দা পাঙথোকই। ইবুঙ্ঙেঙা জগন্নাথকী পূজা তৌরিবা পূজারী অদুনা - লক্ষ্মী, বিশ্বধাত্রি (ভূদেবী) অমসুং সুদর্শণগীসু পাঙথোকই। অদুগা অতোপ্পা পূজারী অনীনা মথংশীংনা বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা পূজা তৌই। অদুগী তুংদা মূর্ত্তিশিং অসিদা মথেল ২১ গী ভোগ কৎলী। ভোগ কৎলিঙৈদা অনৌবা মওং খরসু উবা ফংগনি। মূর্ত্তিশিং অসিদা পে-থৌগল তৌই, অদুগা কাঙহাই চারমসু থৌগল তৌই। মসিগী মথক্তা দেবদাসীশিংনা যন্ত্রনচিংবা খোংবশিংগী তাম্বা চানা জগোয়সু শাই। ভোগশিং অসি রত্নবেদীগী মমাঙদা গর্ভগৃহদা কৎলী। অদুগী তুংদা মূর্ত্তিশিং অসিগী ফীজোল হোংই। মসিবু "মৈলামলাগী" হায়না খঙনৈ। মসিগী মথংদা তৌবা পূজা মওং অদুবু চত্রভোগ নত্রগা মাণ্ডপভোগ নত্রগা ভান্ধা ভোগ হায়না কৌই অমসুং গরুড় স্তম্ভগী মনীঙথংবদা লৈবা ভোগ মাণ্ডপতা পাঙথোকই। মসিদা কৎলিবসি পঞ্চপচার হায়দুনা পোৎলম ৫ জা-চন্দন-অতকপা, লৈ, ধূপ-থাউমৈ, নৈবেদ্য অসিনচিংবা পোৎলম ৫ অসি কৎলী। হন্দক কৎলিবা ভোগ অসি মঠশিং অমসুং সাধরণ-ভক্তশিংসু খুনবা অদুম য়াই।

মধ্যভোগ হায়বদী নুমিৎয়ুংবদা কৎপা ভোগ ঃ- অসিবু অনীশুবা ধূপ নত্রগা অনীশুবা ভোগ হায়নসু কৌই।

হন্দক্কী ভোগ অসিনা মূর্ত্তিশিংদা কৎপা ভোগ অসি মথেল ৫৬ নি। মসিগী অহেনবা ওইনা মথেল ১০০ ফাওবা কৎনৈ। মসিগী তুংদা মূর্ত্তিশিং অসিগী ফীজোন হোংই। অদুগা দোলাই অহুম লাইশিংগী মমাঙদা থম্মী। দোলাইশিংগী নাকলদা - ক্বা, য়ুবী অশংবা, মনম-নুংশিহনবা ঈশিং থম্মী। অদুগী তুংদা কর্পুরগী আরতি কৎলী। মসিনা ইবুঙ্গোঙাশিং অসি নুংথিল চেপকদৌরিবনী হায়দুনা থৌরাং তৌবনী। মন্দিরগী থোঙ লোনশিল্লী। নুমিদাংৱাইরমদসু অয়ুক্তা তৌবগুম্না ভিতোরছো মোহাপাত্রশিংনা থোঙদা নম্বা চাজূমশিং অদুগী ফিভম কায়-কায়দে য়েংলবা তুংদা থোঙশিং অমুক হোংদোকই। অদুগী তুংদা সন্ধ্যা আরতি কৎলী।

সন্ধ্যা ধূপনা হৌরগা পূজা অসি কৎপা হৌই। আরতি কৎলবা তুংদা মূর্ত্তিশিংগী ফীজোল অমুক হোংই। মূর্ত্তিশিং অসি ষোড়শোপচারগী মতুংইন্না পূজা কৎলী। পূজা অসিগী মনুংদা আরতি মরিরক কৎলী। সন্ধ্যা ধূকপী মতুংদা মূর্ত্তিশিং অসি মুগাগী ফীজোল হোংদোকই অমসুং তক্লবা জা-চন্দন-না লৈতেংই। মসিবু চন্দন লাগি হায়না কৌই। অদুগী তুংদা বীনা যন্ত্রগা লোয়ননা গীতগোবিন্দম্ শক-শোল্লী। অদুগী তুংদা বড় সিংহার বেশ কৌবা মীৎ-থক্লা ফজরবা ফীজোলনা লৈতেংই। মখল-মখা কয়াগী ভোগ কয়া মূর্ত্তিশিং অসিদা কৎলী। হায়রিবা পূজা মনুং অসিদা চন্দ্রিকা কৌবা লৈগী কোকথোল থোল্লী। অদুগা অখন্নবা ওইনা তুলসী মালা থোল্লী। মমাঙদা তৌখিবগুম হন্দক্কী মতাং অসিদা মখল-মথেল কয়াগী ভোগ জগন্নাথদা কৎলী। বড়সিংহারবেশদা মরুওইনা লৈ-শূ কৎলী। নুমিৎয়ুংবা মতমদা তৌবগুম্না হন্দক্কী মতাঙ অসিদসু দোলাই অহুম, য়ুবী অশংবা অমসুং মনম-নুংশিহল্লবা ঈশিংনচিংব কৎলী।

কাঙনচিংবা চীক্তনবা ধূপ-নচিংবা কত্তুনা কাঙ্মৈ খুই, পুষ্পালক, পুষ্পাঞ্জলী কৎলী, লক্ষ্মী নারায়নগী মূর্ত্তি উৎসব (অর্দ্ধনারীশ্বর) দোলাইথক্তা লেঙশিল্লী অদুগা য়ুবী অনৌবা, ক্বানচিংবা কৎলী। অদুগী তুংদা উৎসব-বেরা, দম্বরু-আসনদা লেঙশিল্লগা জয়-বিজয় দ্বারগী মনাক্তা থম্মী। মসিগী মতুংদা যন্ত্র মখল কয়াগী তাম্বাদা গীতগোবিন্দ শক্তুনা দেবদাসীশিংনা জগোই শাই। সন্ধ্যা পূজাগী হেনফদ্রবা মতাঙ অমনা পুরীগী নিংথৌ নত্রগা মাগী প্রতিনীধিনা খুত্তা সনাতনাশাবা চৈশু পায়দুনা লাকনি অদুগা প্রহরাজা (নিংথৌগী পুরোহিত মকোক্লা) বেদগী মন্ত্রশিং থীগনি। অদুগী তুংদা লক্ষ্মী নারায়ণগী

মূর্ত্তি অদু পুঁক্কে নাক্তা পুরক্কনি। নুমিদাংদা তৌবা থৌরমশিংনা অসুম্না ওইগনি মদুদি, অখণ্ডদীপা (থাউমৈ) মুখুৎকনি। "মনিমা, মনিমা" হায়না পালিয়া প্রতিহারশিংনা শোনগনি, থোঙ লোনশিনগনী শো-লোল্লবা তুংদা ব্রায়খূ অদু লৈখোম্না য়োল্লগা তেরছো মোহাপাত্রনা মদন মোহানগী চাজূম নমগনি। মসিনা লাই চেপখ্রে হায়বা তাকপনি।

পুরোহিত বামনশিংনা নিত্যপূজা হায়বদী নুমিৎ খূদিংগী পূজা করম্না পাঙথোকপগে হায়বা অদু খঙজিনবদা য়াম্না কান্নগনি। লাইগী পূজানচিংবা তৌদ্রিঙৈদা পুরোহিত-শিংনা বেদগী অমসুং তন্ত্রগী ওইবা থৌরম কয়া পাঙথোকই। মদু নত্রবদী মখোয় লাইগী সেবা চঙবা য়াদে। মখোয়না ইহান-হানবদা মঙ্গলাচরণগী মন্ত্র থীগনি। অসুম্না তৌরবতদা মখোয় সেবা তৌবা য়ারে। অদুগী তুংদা বৈদ্যিক অমসুং তান্ত্রিক সন্ধ্যা পাঙথোক্কনী। মসিগী মতুংদা মখোয়না বেদ অমসুং অন্ত্রগী ওইবা মওংদা লৈবা স্নান-মন্ত্র থীগনি। বৈদ্যিক স্নানগী মতমদা তন্ত্রগী মন্ত্র থীগনি অদুগী তুংদা পুরোহিত অদুনা সঙ্কল্প তৌগনি। ৱাশক অদুদি ঃ- "ঐনা স্নান তৌজরিবা অসি গোপীজন বল্লভ কৃষ্ণগীদমক্তনি।" অদুগী তুংদা তীর্থ পূম্নমক্কী, তুরেল খূদিংগী মমিং শোল্লগা অদুগুম্বা তুরেলগী ঈশিংশিং অদুনা স্নান তৌরিবনি হায়না লৌগনি। হায়রিবশিং অসিগী তুংদা "অমৃতি করণ" হায়বদী অমৃতনা পিক থল্লবনী হায়বা ন্যাস মওং, অবগুণ্ঠন অমসুং সংরক্ষণ অসিনচিংবা পাঙথোক্কনি। অদুদগীদি, নুমিৎ থা কৌবা গ্রহশিং কৌথরগা ইষ্টদেবতাবু নীঙশিংজগনী অমসুং মুল্যমন্ত্র শোনগনী।

অসিগী মতুংদা চথরকপা পূজা মওংদী অচমন, সদাঙ্গ ন্যাস নত্রগা হকচাংগী মফম ৬ শোকপা ন্যাস। শোক্কদবা মফমশিংদী - থবাক, কোক, শিখা, মীৎ-অনী অমসুং লাইবক্কী ময়ায়থংবা শরূক্কি। মসিগী তুংদা কবচ অমসুং একজটা মন্ত্র শোনগনী। একজটা মন্ত্র শোন্না শোন্না খূৎ ওইদগী য়েত্তা ঈশিং শিনগনী অমসুং পুরোহিতকী মকোক্তা ৭ লক থীক্কনী অদুগা অরেম্বা ঈশিং অদুনা বজ্রশীলদা চাইশিনগনী। মসিগী তুংদা গায়ত্রীমন্ত্র শোন্দুনা সুর্য্যদেবদা অর্ঘ্যস কৎকনি। মসিগী তুংদা বৈদ্যিককী অমসুং তান্ত্রক্কী ওইবা তর্পন কৎকনী। বৈষ্ণবী দেবী কৌথগনী, কৃষ্ণ, গুরুপতী অমসুং ইষ্টদেবতাশিংদসু তর্পন কৎকনী। গুরু, পরমগুরু, পরাৎপরগুরু অমসুং মমিং লৈরবা বৈষ্ণবশিং নারদ, উদ্ধব অসিনচিংববুসু কৌথগনি। মতাঙ অসিদা খঙজিনবদা য়াম্না নুঙাইগদবা অমনা "ঐনা কৃষ্ণ ভগবান্দা তর্পণ কচ্চরি" হায়বা মুল-মন্ত্র অসি শোন্দুনা, তর্পণ ২৫ রক

নত্রগা ১০ বক নত্রগসু অহুম্লক কৎকনি। পূম্নমক অসি লোইববা তুংদা ব্রাহ্মনী, বৈষ্ণবী অমসুং রুদ্রানী কৌবী শক্তি অহুম অসি মথংশীৎনা অযুক্তা, নুমিৎযুংবা মতুংদা অমসুং নুমিদাংৱাইবমদা পুজা কৎকনি। সুর্য্যনমস্কাব তৌববা তুংদা পুবোহিতশিংনা বৈষ্ণবকী চৎনবী মতুংইন্না লাইমাঙদা চঙলগা আচমন্ তৌগনি। মসিগী তুংদা পঞ্চবিংশতি মাত্রিকা ন্যাস পাঙথোক্কনি। লাইবক্তা ধর্ম্মগী ওইবা তিলক ধাবণ তৌগনি। শক্তি মখল ৯ হায়বদী (দীপতি, সুক্ষ্মা, যযা, ভদ্রা, বিভূতী, বীমলা, অশোঘা, বিদ্যুতা অমসুং সর্ব্বোমুখী) বু অষ্টদলগী লৈনা ৮, অদুগা সুর্য্যদেবগী লৈফম থমচেৎ (কর্নিকা) দা পূজা কৎকনী। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, কৃষ্ণ, শিব অমসুং অতৈ অতৈ লাইযামশিংবু মহূৎশিনবা সূর্য্যদেবগী আসনদা যোগপীঠা অব্বাহন তৌগনি। মসিগী তুংদা, অকোযবদা লৈবা আবর্ণদেবতাশিংদা হৌনবী মতুংইন্না পূজা কৎকনি। মসিগী তুংদা দ্বাবপালশিংগী যাথং লৌববা তুংদা, মপূঙ ওইবা মূর্ত্তিশিংবু পূজা কৎপা হৌগনি। মথক্তা পঞ্জখ্রিবা অদুগুম্না পূজা কৎকনি। হায়বদী ধ্যান, মন্ত্র, ন্যাস, উপচাব হায়বনচিংবা লাই খুরুম্বদা চঙগদবা, থৌওংশিং মথং মথং পাঙথোক্কনি। "অতিকাক মগাকযা" হায়বনচিংবা মন্ত্রশিং শোন্দুনা ভৈববপু অবাহন তৌগনি। ভৈবব হায়বিবা ইবুঙ্গেঙা অসিদী ঐখোযনা খন্নবিবা মূর্ত্তিশিং অসিগী যেক্তা মমায অবাং ওন্না যমদুনা লৈ। মসিগী তুংদা মরুওইবা মূর্ত্তিশিং জগন্নাথ বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাবু হৌনবী মতুংইন্না পূজা কৎলী।

ভগবান জগন্নাথবু অষ্টাক্ষরবী (খোম্থোক নীপাল), দশাক্ষবী (খোম্থোক তবা), অষ্টদাক্ষবী (খোম্থোক তবানীপাল) গী ওইবা মন্ত্রশিংনা মথংশীৎনা অযূক, নুংথিল, নুমিদাংৱাই (অহিংদসু) শোন্দুনা পূজা তৌগনি। ভগবান জগন্নাথবু ধ্যান তৌবা হায়বদি কৌথবগী মওংদী প্রপঞ্চসব অমসুং মরূওইনা প্রপঞ্চসাব সঙ্গ্রহ মতুংইন্না পাঙথোক্কনি।* মতাঙ অসিদা জগন্নাথবু শ্রীকৃষ্ণভগবানগী তোঙান তোঙানবা মওংদা পূজা তৌজে। অযূক্তা নীঙগদবা মওংনা ইবুঙ্গেঙা অসি পাম্বোম অনী পানবা গোপশিংগী মযূমদা লৈবা বালগোপাল ওইনা খঞ্জগনি। মধ্যাহ্নগী মতমদনা পাখঙ ফাববা, কল্পবৃক্ষগী মখোঙদা যমদুনা লৈবা কৃষ্ণ ওইনা খনগনি। মতাঙ অসিগী ইবুঙ্গেঙাগী ফীভমদি বৃন্দাবনগী গোপ-গোপীশিং অমসুং ষণবী ষন্নাউশিংনা কোযশিনবা, খূত্তা বাঁশী পাযবা ইবুঙ্গেঙা ওইনা লৌগনি। নুমিদাংৱাইগী মতম (সন্ধ্যা)

* পটল অধ্যায ১৭ লমায ৪৮২।

দনা মাণ্ডপকী মনুংদা লৈবা পাম্বোম ৪ পানবা ইবুঙ্গোও ওইনা খনগনি। অহিংগী মতমদনা ভাগবত পুরাণদা য়াওরিবা পাম্বোম ৪ পানবা রাসকৃড়া শান্নবা ইবুঙ্গোও অদু ওইনা নীঙজগনি। "ওঁম নমো ভাগবতে বাসুদেবায়" হায়বা খোম্লোক ১২ গী ওইবা দ্বাদশাক্ষর মন্ত্রনা বল্লভদ্র খুরুমজগনি। অদুগা ইবুঙ্গোও অসিদী বিরাট* হায়না খঙনবা মরম্না পুরষসুক্তাগী শ্লোক থীদুনা খুরুমজগনি।

সুভদ্রাদী ভূবনেশ্বরী ওইনা লৌবা মরম্না একাক্ষর মন্ত্র "ওঁম হ্রীং ভূবনেশ্বরয়ে নমঃ" হায়বা মন্ত্র অসি শোন্দুনা খুরুমজগনি। মূর্ত্তিশিং অসি জাৎ খূদিংমক্না চূশিন্নহন্নবা অমসুং প্রণব-নি হায়বা খঙহন্নবা, হরি-হর উপাসনা-না য়াবা মতুংইন্না খুরুমজগনি। ইবেম্মা অসিবু শ্রী অমসুং দেবী সুক্তগী মওংদা খুরুমজগনি। সুদর্শণবুনা সপ্তাক্ষর হায়বদী খোম্লোক ৭ কী মন্ত্র শোন্দুনা খুরুমজগনি। ইবুঙ্গোও অসিগী মন্ত্রদী "ওঁম সহস্রহু হুং ফট" হায়বা মন্ত্র অসিনী।

মূর্ত্তি অহুম অসি পূজা তৌবদা প্রণব ন্যাস অমসুং মন্ত্র অসি তঙাইফদনা শীজিন্নবা অসি খঙজিনবা য়াই। ক্ষেত্রগী মন্দিরদা শীজিন্নরিবা প্রণবকী ন্যাস মন্ত্র অসি নীলাদ্রি নাথস্য পূজাবিধিগী মতুংইন্না পাঙথোকই। মদুদি ঃ-

"ওঁম অকার সত্ত্বগুণম্ শুক্লবর্ণম্ নমঃ নভৌ
ওঁম উকার রজোগুণম্ রক্তবর্ণম্ নমঃ হৃদয়ে
ওঁম মকার তমগুনম্ কৃষ্ণবর্ণম্ নমঃ মুড়ঘ্নী।"

মথক্তা য়াওখ্রিবা অ, উ, ম হায়বা অসিনা বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথবু মথংশিংনা মহূৎশিল্পী অমসুং মখোয়গী বর্ণসু প্রণব ন্যাসতা য়াওরিবা খোম্লোকী মচুগা চপ মান্নে। অদুনা মূর্ত্তি অহুমগী বর্ণশিং অসি ন্যাস মন্ত্রনা পীরিবা মচুশিংনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

প্রপঞ্চসার, মেরু অমসুং শারদা-তিলকনচিংবা তান্ত্রিক-কী লাইরিক[illegible] কৃপ্পা নৈনরবা তুং, জাতী খূদিংমক্কী মনীঙ থুংনবা হায়দুনা ভূবনেশ্বরীগী উপাসনা আস শঙ্করাচার্য্যনা লৌখৎলম্বনী অমসুং তাক্লম্বনি হায়না লৌবা অসি য়াম্না মরুওইবা ৱাফম্নি। উপাসনা অসি হৌদোকপিরম্বনা - বৈষ্ণবশিংনা সর্ব্বশক্তিমান ওইরবা শ্রীহরি (বিষ্ণু,

---

* প্রপঞ্চসার সঙ্গ্রহ - লামায় ২৭৫-২৭৮।

জগন্নাথ) বু মখোয়গীনি হায়না খঞে, শৈব্যশিংনা হর (বল্লভদ্র) অমসুং শাক্তশিংনা ভূবনেশ্বরীবু মখোয় মখোয়গী লাইনি হায়না খঞে। গোবর্দ্ধন মঠতা অর্দ্ধনারীশ্বর- লিঙ্গ লাচ্চরবসু মখোয়গী মরুওইবা লাইদী গোপালকৃষ্ণনী। হরি-হরগী চাউর-চাউরবা মূর্ত্তি কয়া উরিষ্যাগী মন্দিরশিংদা শোয়দনা থেংনবিগনী। খূদম ওইনা পঞ্জরবদা মুখলিঙ্গমগী সোমেশ্বর মন্দির, উরিষ্যগী বোলাঙ্গির জীলাদা লৈবা হরি-শঙ্কর মন্দিরগী ফক্লাংশিংদা হক্কুনা লৈবা মূর্ত্তিশিংনী। ভুবনেশ্বর লিঙ্গরাজ মন্দিরগী ইথিল অসিনা মতমগী মতুংইন্না উপাসনা অসিবু মীয়াম্না পান্বা হেনগৎলকখি। ৱাফম অসিগী মমি হৌজিক ফাওবদসু ঐখোয়না থেংনরি। গরুড়-যূপ্বীদা শল্লাবা অমসুং গরুড়গী মূর্ত্তি শাদুনা থল্লিবা অদু থেংনবিগনি। মন্দির অসিগী মতোন্দা ত্রিশূলগী মহূত্তা পিনাক ধনুসু থেংনবিগনী।

গন্ধরাদীদা লৈবা মতোল অনী লোঙবা মন্দির অসিনা উরিষ্যাগী হবি-হব মন্দিরগী খ্বাইদগী ফজবা সাক্ষীনি। মন্দিব অসি খৃষ্ট ১৮ শুবা শতাব্দী অদুৱাইগী ওইনা লেপ্পা য়াই। মন্দির অসিগী মতোন্দা খুদম (emblem) খরসু লৈ। মন্দির অসিগী মতোন্দা শিব-সিদ্ধেশ্বরগী শিব-লিঙ্গ লৈ। অদুগা, নীলমাধবকী বিষ্ণু-মন্দিব-দনা চক্র উবা ফংগনী।

জগন্নাথকী পূজা পদ্ধতিগী অকূপ্পা মরম, পুরুষোত্তমগী মরমদা - কোনা-মানাদা ইবা "পোথি গোপালাচর্ন বিধি" কৌবা অদুদগী লায়না খঙবা ঙমগনী। তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মগী মত চৎপা কাঙবুগী আচার্য্যশিংনা লাইশিং অসিবু দর্শণ তৌবা লাকখি। অদুবু শঙ্করাচার্য্যতংদতি লাকখিবশিংগী মনুংদা মরুওইনা লৌদুনা, মাগী শক্তম নাট্যমন্দিরদা য়োক্কুনা লৈ। মসিনা তাকপদী পুরীগী লাইশঙ মওং অসি শঙ্করাচার্য্যনা হেন্না থৱায় তাখি হায়না লৌবা য়াই। বিশিষ্টাদ্বৈতগী ৱাখল্লোনবু হৌদোকপিরম্বা রামানুজাচার্য্যসু পুরীদা লেঙবিরক্কুনা পঞ্চরাত্র মওংগী পূজা-মওং লৌনবা নিংথৌদা হায়জরম্মী; অদুবু মায়পাকপা ঙমখিদে। মরম অসিদগী "আল্লারনাথ মন্দির" কৌবা, পুরীদগী মাইল ১৪ লাপ্পা লৈবা ব্রহ্মগীরি কৌবা মফম অদুদা শাদুনা পঞ্চরাত্র-পূজাগী মওং অদু কায়দনা চৎখি। বিশিষ্টাদ্বৈত মতকী মমিং লৈরবা মঠ অমা ওইরিবা "এমারা মঠ" না মন্দির অসিগী সেবা চৎলী।

ধর্ম্মগী ওইবা চয়েৎনবা থোরকপা মতমদা মুক্তি মাগুপ বিচার লোয়শঙনা অরোইবনি হায়বা অসি মন্দির "ৱায়েন-থৌদা" গী পন্দুপ্তা পঞ্জখ্রে। অসিগুম্বা বিচার

অসিদা পুরীগী গোবর্দ্ধন মঠকী শঙ্করাচার্য্যনা সভাপতি, থৌবুরেল ওই। মাগী সহি অমসুং মুহোরগী মখাদা রায় পুম্নমক হায়দোকই। কনাগুম্বা অমবু মন্দিরগী পুরোহিত ওইনা হাপ্লা মতমদা নিংথৌনা গোবর্দ্ধন মঠকী শঙ্করাচার্য্যগী পুরোহিত ওইগদৌরিবা মীশক অদু মশা-মশু তীঞ্জেল লায়চেন্দে হায়বগী প্রমাণ পত্র লৌগদবনী। মঠ অসিদা শঙ্করাচার্য্যগী নৃঙভৌগী মূর্ত্তি অমা লৈবা অদু থেংনবিগনি। শঙ্করাচার্য্যনা পুরীদা লাক্লবা তুংদা, উপাসনা অসিগী মতাংদা অহোংবা খর পুরকখি হায়বদু মসিনা তাক্লি। অসুম্না হায়নবা অমা লৈ মদুদি, জগন্নাথষ্টকা হায়না কৌবা অষ্টক অসি শঙ্করাচার্য্যনা লেঙবনী অমসুং মসি উরিষ্যাগী মীয়াম্নসু যাম্না পাম্নে। মসি শঙ্করাচার্য্য গ্রন্থাবলীদা য়াওই। অদুবু কাওবু খরনদী মসি চৈতন্য বাবাজীনা ইবনিসু য়াই।

শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরদা উবা ফংবা য়াম্না নুঙাইনিঙই ওইবা পূজাগী মনুংচনবা মশা ওইনা তৌরবসু, থৌওং অমনা তান্ত্রিক কী পঞ্চাকার থৌরম খর পাঙথোকপা অসিনী। কাম পোক্লিঙাই ওইবা থৌরম অসি লন্নাই লন্নাইগী তৌবা ওইনা উই। তৌদবা য়াদে হায়বগী থোইদোকপা নিয়ম লৈতে। ময়াম্না খঙনরিবা পঞ্চমকারশীংদীঃ- (১) মৎস্য (ঙা), (২) মাংস (শা), (৩) মদ্য (য়ু), (৪) মুদ্রা (পৈশা) অমসুং (৫) মৈথুন (হকতিন্নবা) অসিনচিংবসিনী। অহানবগী মৎস্য অসি হীঙ থাক্লুনা থোংবা মনা-মশীংনা মহূৎ শিল্লী। অনীশুবা মাংস অসিনা শিং (অদপতিদি) য়াওনা থোংবা মঙ্গেল মখল অমনা মহূৎ শিল্লী। অহুমশুবা মদ্য (য়ু) গী মহূৎনা শেঞ্জেংগী পাত্রদা হাপ্লা যূবী অনৌবগী মহী কৎপনা ওই। মরিশুবা (মুদ্রা) শেলগী মহূৎনা কান্তি হায়না কৌবা চিনিগা য়ামগা তিন্নদুনা শাবা পোৎশক অমনা মহূৎ শিল্লী। মঙাশুবা মৈথুন (পী-পা হক্তিন্নব) গী মহূৎনা দেবদাসীশিংনা শাবা - "উৎকছনৃত" কৌবা জগোইনা ওই। অদুগা অতোপ্পা খরগী মত মতুংইন্না অপরাজীত কৌবা লৈ অদুনা শিনবসু য়াই হায়নে। লৈ অসি নুপীগী যোনিনী হায়না লৌই। অসুম তৌনা জগন্নাথ পূজাদা তান্ত্রিককী ওইবা পোৎলম অসি স্নাগী মহূত্তা য়াইঙংনা শিনবগুম, অনুকল্প ওইনা পোৎশক খরনা মহূৎ শিন্দুনা পাঙথোকই। অদুগা য়াম্না নুংঙাইবা ৱাফম অমনা শাক্তগী মওংদা বীমলা দেবীগী মমাঙদা হামেংনচিংবা বলি কৎলী। অসিগুম্বা বলি অসি চহী অমদা অহুম্রক্লুম্বা শরত ঋতুগী মহাষ্টমী তিথিদা বীমলা দেবীগী মমাঙদা কৎলী। ইবেম্মা অসিবু দুর্গানী হায়না খন্দুনা সপ্তমীদগী নবমী ফাওবা ঙা-সূ কৎলী। অতোপ্পা খঙজিনবদা নুঙাইগদবা মওং অমনা

মন্দির অসিগী অধিদেবতা অসি নরসিংহনী হায়না লৌই; মরম অসিদগী লাইগী পূজাদা খণ্ডদে, ব্রালহৌবদনি খণ্ডদে ইহান-হানবমক্তদা নরসিংহদা পূজা কৎলী। মসিগী নুংগী ওইবা অর্থ লৈ। "নৃসিংহ তাপিনী উপনিষদ" কী মতুংইন্না নৃসিংহ অসি ব্রহ্মগী খূদমনি অদুগা জগন্নাথ অসিনা হকথেংনবা ব্রহ্মনী।

ভগবান জগন্নাথ হায়বা অসি সর্ব্বব্যাপী-নি; ইবুঙ্ঙো মণোন্দা হিন্দুশিংগী মরুওইবা লাই মঙা - নারায়ণ, রুদ্র, গনেশ, সুর্য্য অমসুং দুর্গা অসি পুল্লপ পুন্না লৈ। ইবুঙ্ঙোনা মন্দিরগী রত্নসিংহসন-দা লেঙশিনবা মতমদা, মহাক নারায়ণ-নী, নবকলেবরগী মতমদনা ইবুঙ্ঙো মহাক অসি রুদ্রণী; স্নান-যাত্রা মতমদনা ইবুঙ্ঙো মহাকপু গজানন (গণেশ) ওইনা লৌই। রথ যাত্রাগী মতমদনা ইবুঙ্ঙো অসিবু সুর্য্যনারায়ণ-নী হায়না লৌগনি। অদুগা ইবুঙ্ঙোনা শয়ণ যাত্রাদা নীংঙাইবা লৈতনা চেপশ্রবা মতমদনা দুর্গা-নী হায়না লৌগনি। মতৌ অসুম্না হিন্দু ধর্ম্মগী লাই পুম্নমক অসি মণোন্দা খোং-খোপ্পা পুল্লবনী। অসুমতৌনা শৈব্য, শাক্ত, গনপত্য, সাত্তবা অমসুং বৈষ্ণবনচিংবগী লাইয়াম খিবিক্লা পুল্লবা সর্ব্ব শক্তিমান ওইরবা ভগবান-নী। উরিষ্যাদা মহাবিনায়ক, কোনাবক, পুবী, বিবাজ (জয়পুর) অমসুং লিঙ্গরাজ হায়রিবা মফমশিং অসি পঞ্চদেবতা হায়বদী লাই ৫ - মথংশীৎনা গণেশ, সুর্য্য, বিষ্ণু, দুর্গা অমসুং শিবা হায়বিবা লাই ৫ অসিগী মরুওইবা তীর্থশিংনী।

জগন্নাথ উপাসনা অসি ধর্ম্ম কয়ামরুমনা য়ানশিন্দুনা শেম্বগুন্নদনা, ইবুঙ্ঙোগী পূজাগী মওংসু তোঙান-তোঙানবা প্রথা কয়াগী দর্শণ খিবিক্লা পুল্লপ তাশীন্দুনা শেম্বনী। অখন্নবা ওইবা খব পনবা তারবদা নুতি-নুতিগী ওইবা পূজাদা অমসুং সেবাদা অভেদ, ভেদ, ভেদাভেদ অমসুং অচিন্ত্য ভেদাভেদ-কী ফজরবা ঈথিল অমা উবা ফংই। খূদম ওইনা পঞ্জরবদা, মীপূমতিংনা ইবুঙ্ঙোগী মহাপ্রসাদ ফংবা মতমদা "অভেদ" গী মমি ফজনা তাই। অদুগা অমরোমদনা, ইবুঙ্ঙোদা নৈবেদ্য কক্ত্রিণৈগী মমাঙদা থওইনা খনগৎলবা সুপকরশিং নত্তনা অতে কনা অমত্তনা শোকপা য়াদে অমসুং পায়বসু য়াদে। মতাঙ অসিদনা "ভেদ" গী ভাব (ঈথিল) ফজনা উৎলে। ইবুঙ্ঙোদা জল (ঈশিং) কৎপগী মতাঙদনা "ভেদাভেদ" কী চাউরবা ফজরবা খূদম অমা উবা ফংগনী। মরমদি, কৎকদৌরিবা ঈশিং অসি সূদ্রশিংনা মন্দির তান্না পুরকই অদুগা গরাবডুশিংনা রত্নবেদী তান্না পুশিল্লী। অরোইবদা "অচিন্ত্যভেদাভেদ" কী খূদম্না চহী ১২ নত্রগা ১৯ গী মতুংদা

অমুক-অমুক্তা থোকপা "নবকলেবর" পূজাগী থৌরমদা থেংনগনী। শাবরশিংগী নিংথৌ বিশ্ববসুগী শূথাঙনী হায়না খঙনবা দৈত্যশিংনা শ্রীমূর্ত্তি অসি শাবদা তেঙবাংই। মখোয়শিং অসিবু ইবুঙ্ঙোগী শাগৈ-নাতৈনি হায়না খঙনৈ। অদুম্নদী ওইরগা মূর্ত্তিশিং অসি পূজা তৌবদা মখোয় য়াওবা য়াদে। পূজা প্রণালীগী মওংদা ফীজেৎ-লৈতেং অমসুং সনা-লূপাগী লীক-কোন্নচিংবা থোনবদা য়াওবা য়াদে অসিগুম্বা পূজাগী ওইবা চয়েৎনবা মওংশিং অসি হেক য়েংবা মতমদদী অঙকপা অমা ওইনা থোক্কনী অদুবু অপাকপা মীৎয়েংগা লোয়ননা য়েংলগদী জগন্নাথ উপাসনা-গী নুংদা চেল্লিবা ধর্ম্মগী ওইবা, সংস্কৃতি কয়াগী অমত্তা ওইনা তা-তিন্দুদা থোকপা-দাশণীক ওইবা উপাসনা মওং অদু শোযদনা থেংনগনী।

জগন্নাথ মন্দিবনুংদা থাল্লিবা থাউমৈ খুত্থান অসি পন্দবা য়াদবা মতাং অমনী। থাউমৈ মওংশিংসি নিয়ম মৈগী মখাদা থাল্লিবনী। অয়ূম নুমিদাং নাইদনা থাউগী মৈনম থাল্লি। মৈনমশিং অসি মন্দিবগী তোঙান তোঙানবা মফমদা, তোঙান তোঙানবা থৌদোকশিংদা থানবা মখল মথেলগী মৈনমশিংনী। গরুড়-স্তম্ভদসু থাউমৈ থাল্লী। মনৈম মখল অহুমনি ঃ- (১) মশালা দিহুদি, (২) চক্রদিহুদি অমসুং (৩) চামুদিহুদি। সুদ্র সেবকশিংনা মশালা অমসুং চক্রদিহুদি থৌগল্লী। অদুগা চামুদিহুদি-না ব্রাহ্মণ সেবকশিংনা কায।

মন্দিব মনুংদা থোইদিং থাউ অমসুং লশিংনা তাদুনা শেম্বা (সলিতা) দোশীগী মৈনম তত্তনা থাল্লী। জয়-বিজয়-দ্বারদগী কলাহ্ত (মনূংথংবা পূক্কে) ফাওবদা থাউমৈ ৯ থাল্লী। অদুগা কলাহ্ত-তগী সিংহাসন ফাওবনা থাউমৈ ২৭ থানগনী। মশীং ৯ অমসুং ২৭ অসিনা মথংশীংনা গ্রহ ৯ অমসুং নক্ষত্র ২৭ পু মহূৎ শিনবনী।

দেউড়িমশাল-গী মখোক অসি পীথ্রাইনা শাই, মতোন্দা ফিনা য়েৎলী। মসি থাউদা লূপ্লগা মৈ চূয়। মসি পূঙশীঙ খঙদনা অদুম চাত্তুনা লৈ। করিগুম্বা থাউ কংলকপা মতাঙদা "কাহালী" কৌবা থাউ চফূদা লূপ্লী।

চক্রদৌড়িমশাল- গী খূৎ পাইফম্না য়োৎনা শাবনী। খূৎ- পায়ফম মতোলদা মচীন মঙা নত্রগা তরেৎ লৈ। মসি ফি-না য়োমশিল্লী। মসিদা থাউ হৈজিল্লগা মৈ চূয়।

মসিদী অখন্নবা থৌদোক নত্রগা শোভাযাত্রাদা শীর্জিন্নে। দেউড়িমশাল অসি মূর্ত্তিশিংনা শোভাযাত্রা লেঙথোকপদা শীজিন্ননবনী।

রত্নসিংহসনগী নাকলদা য়ুংদুনা লৈবা য়ূম্বী অহুম অহুম পূন্না য়ুম্বী তরূক্তা অখণ্ডদীপ হায়বদী মূৎপা য়াদবা মৈ থাল্লী। মার্গশিরা থাগী এয়োদশী; অমাবস্যা অমসুং প্রতিপদ-তা "মহাদ্বীপ" শিং থাল্লী। লাই-মনাইশিংগী মনুংদা ছুনরা হায়না খণ্ডনবা কাংবু অদুনা মন্দিরগী শরূক অহুম ঃ- জগমোহন, নাট্যমন্দির অমসুং বিমন কৌবা অদুগী মতোন্দা কাখৎলগা থার্উমে থাল্লী। ছুনরানা মৈ অদু পায়দুনা অহুম্নক হাইরগা থার্উমে অদু থাল্লমগনী। অদুগী তুংদা মৈগী কুম্মে চন্দ্রৌদিয়া হায়বদু পাওথোক্কনি। অসুম্না মৈ অদু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা নিংথৌগী পুন্সি নুংশাংনবা বর নিগনী।

# "লোইশিনবা"

মতাঙ অসিৱাইদা লাইরিক অসি লোইশিনবা য়ারে। হৌবদগী তত্তনা পঞ্জদুনা লাক্লবা, কাউরিরোইদবা ৱাফম অমদি, লাইরিক অসি Dr. K.C Misra না ইবা মাগী thesis, The Cult of Jagannath হায়বা অসিদগী লৌথোকচবনী। Dr. K.C. Misra না ইবা লাইরিক্তগী শোকচদবা মতাঙদী ৭ শুবা পন্দুপ "Theology" মরমদা ইবা অদুনি। মসিমদি সাধাবণ প্রজাদা থোইনা হেন্না কান্নরোইদবা মরম্না অমসুং লাইরিক অসি চাওথোকখিগদবা ওইবনা, থওইনা চীখজরবনী। অদুগা, থাদোকপদা লাইরিক্কী গুণ-দি হুম্বরোইদবা Appendix খরা মসিগী মতাঙদী খর কূপশিন্না থিবিনীওবশিং অমসুং রসঞ্জশিংনা পঞ্জরিবা লাইরিক অমসুং অতৈ-অতৈ মরী লৈনবা লাইরিকশিংদা য়েংশিনবীগনী হায়বসি তোল্লবনা পনফম, অমুক লৈত্রবা ৱাফম্নি। অদুমকপু "ওঁম" গী মরমদা পনবা অমসুং মসিগা মরী লৈনবা ৱাফম খর পঞ্জরমদ্রগদী, পায়খচ্চরিবা লাইরিক অসি মপূঙ ফাবা ৱাংকনি হায়না কিজবদগী মসিমদী হুন্দোকচবা ওমজদ্রে। মদুদি প্রণবকী মতাঙ অসিনী।

অচ্যুতানন্দ দাসনা প্রণব-কী মরমদা অঙকপা ৱাফম খর পম্বীরি। মহাক্কী মত মতুংইন্না রত্নবেদী সিংহাসন্দা লেঙশিল্লিবা সুদর্শণ, জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা হায়রিবা মূর্ত্তিশিং অসি ওঁমকার যন্ত্রগী থক্তা পূন্না লেঙশিল্লিবনী। যন্ত্র অসি মন্ত্র নত্রগা খূদম ৫ না শাই। কবি অসিগী মতুংইন্না মখোয়শিং অদুদী - নাদ, বিন্দু, দণ্ডক, তারকা অমসুং কুণ্ডলী হায়বা ৫ অসিনা পূনবনী। পূম্নমক অসিনা পূনশিল্লগা "ওঁম" হায়বা ভারত-সংস্কৃতিগী মরু ওইখ্রবা খোন্থোক অসি থোকই। হায়রিবা "ওঁম" অসিদী শ্রীশ্রীজগন্নাথ মশামক্কী কয়াৎনী। মন্ত্র মঙা অসি জগন্নাথ ইবুঙ্ঙোগী হৌরকফম ওইবা শক্তম্নী। জগন্নাথ উপাসনাগী হৌরকফম ঈফূৎনী। মখোয় অদুদী মখাদা কচ্চরি ঃ-

মন্ত্র - ধর্ম্মগী ওইবা নীতি মূর্ত্তি - বীজমন্ত্র

১। নাদ - মূল প্রকৃতি, সিংহাসন - প্লীং
২। বিন্দু মূলব্রহ্ম, সুদর্শণ - ধ্লীম
৩। দণ্ডক - বিষ্ণু, জগন্নাথ - ক্লীম
৪। তারক - ব্রহ্ম, সুভদ্রা - স্লীম
৫। কুণ্ডলী - শিব, বল্লভদ্র - হ্লীম

মথক্কী অসিনা "ওঁম" মন্ত্র ৫ অমসুং পোৎশক ৫ অদু উৎলি। মঙা অসিনা বিশ্ববক্ষগু অসিবু কোল্লী। অসুম্না "ওঁমকার " যন্ত্র অসিনা জগন্নাথবু উৎপদা নত্তনা মশামক "ওঁমকার" নী। মরম অসিদগীনি জগন্নাথ-না অসুক য়াম্না সর্ব্বশক্তিমান ওইরিবা; অসুক য়াম্না মগুন লৈরিবা।

লোইশিঞ্জরে।

# এপেন্দিক্স নং (১)

শ্রীজগন্নাথ কৎপা খুদিংমক ঈশ্বরনা খুৎথেংননা লৌবিরবা শেংলবা প্রসাদনী হায়না লৌই।

ভগবান জগন্নাথ পুরীগী নিংথৌরেলনী খ্বাইদগী অথোইবনী। পুরীগী নিংথৌশিংনা মখোয় মশামক জগন্নাথকী মনাইনী হায়না লৌজে। মরম অদুনা, মঙোন্দা কৎপা ভোগশিংদি নিংথৌরেলদা কৎপা ভোগকুম্না মখল-মথেল কয়ানী। য়াম্না ৱৌখিনা অমসুং শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মথেলশিং অসি ইবুঙ্গোদা কৎলী।

ভোগশিং অসি মখল অনীথোক্না খায়দোকই। (১) "সমখুড়ী" হায়না খঙনবা, মন্দিরগী ব্রালহৌশঙমক্তদা থোং-থাকপা মখল অমা। (২) মন্দিরগী পরিকোরদদী থোংবা ব্রালহৌশঙমক্তদী থোংদবা মখল, অনিসিনী। অহানবগী মখলদা - চেঙ্, শঙ্গোম, হব্রাই অমসুং অঁতে অঁতে মনা-মশীংনা থোংনবী। অনীশুবা মখল "নিসমখুড়ী" ভোগনা-গেহু, য়াম, ঘী, চিনি অঙাঙবা, তালমিশ্রিনা থোংবনী। অদুগা মতাঙ অসিদা পঞ্জহৌদবা য়াদবা অমনা ইবুঙ্গোদা কৎলোইদবা মনা-মশীঙ, য়েনশাং-নাপীশিংদী - খোংদ্রুম, ভেলন্দ্রি, আলু, খামেন অশিনবা, তীলহৌ, চনম, অব্রাথবী, কারণ, কোলমনি, কোবী, খোংদ্রুম অখাবী, শেবোৎ, শেবোৎ লীম্নাম্বী .. অসিনী।

ইবুঙ্গোদা চহী অমদা নুমিৎ খুদিংগী মথেল ৫৬ তি কৎলী। তাবা য়াদে, হেনবদী য়াই। ইবুঙ্গোগী ব্রালহৌশঙ অসি য়াম্নসু চাউই অদুগা য়াম্নসু তরু-তনাল্লী। ভগবান জগন্নাথকী চাকখুম অসি কয়ামুক চাউবগে হায়বদা - মী লাক্ষ অমা অমুক্তদা পীজনবা থোং-থাকপা য়াই। অদুনা মসি ভারত-তদা নত্তনা মীরমগী মীওইশিংনা ফাওবা অঙকপা ওইনা থোকই। ময়াম্না হায়নবা অমা লৈ মদুদী ঃ-

"সড়া রস ব্যঞ্জন নানা জাতি
ছপন্ন ভোগ, লাগে দিনরাতি।"

হায়বদী - মহাউ তরুক্কী মথেল য়াঙ্খৈতরুক নুংতিগী অয়ূক-নুমিদাং খাক্তনা কত্তবা য়াদে।" অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা "মকর সংক্রান্তি" নুমিত্তা মথেল ৮৬ কত্তবা য়াদে। মখেল ৮৬ অদুদী পঞ্জদ্রে। (Dr. K.C. Misra গী লাইরিক্তা থেংনবীগনি।)

অতোপ্পা খওজিনবদা কান্নগদবা ৱাফম অমনা ইবুঙ্গোদা "পখাল্ল" হায়বদী (watered rice) চেঙ্ অতীঙবা নোংমদা অহুম্লক কৎলী। দ্বিপহরধূপ (অয়ূক্কী চাক্লেন) কৎপদা মালিকাগী মনম চাইরবা চেঙ অতীঙবা কৎলী। সন্ধ্যা ধূপ হায়বদী ইবুঙ্গোনা নুংথিল চেপ্লূরবা তুংদা কৎপনা - শঙ্গোম অফম্বা, শিংগা লোয়ননা শেম্বা পখাল্ল-নী অদুগা বড়শৃঙ্গার ধূপ (নুমিদাং চরা) গী মতুংদা কৎপনা -শিং, জিরা, ঘী অমসুং চিনি থাক্লবা পখাল্ল-নি।

ঋতুগী মতুংইন্না কৎপা ভোগশিংদী ঃ-

১। বৈশাখ/জ্যৈষ্ঠ (এপ্রিল, মে, জুন) গী তংখায়দা কৎকদবশিংনা নুতি নুতি কৎপা অদিগী অহেনবনা, (ক) দহি, পখাল্ল (চেঙ অতিঙবা অমসুং দহী), (খ) ছেনা মানডুআ, (গ) সাগ (মনা-মশীং থোংবা, (ঘ) বিরিপিঠা (শগোল হৱাই তক্লগা শেম্বা তল মখল অমা), (ঙ) পনা বিষ্ণুব নত্রগা সংক্রান্তি নুমিত্তা "ঘৌতি" (য়াম, শঙ্গোম অফম্বা, শঙ্গোম-মপাল অমসুং চিনি অঙাংবনা শেম্বা মখল অমা)।

২। আষাঢ় (কাং-চিংবা মতম জুন-জুলাই) দনা - অধরপনা কৌবা থক্লবা মহী মখল অমা কৎলী। হায়বদী চিম্বালবু থুমহনবা হায়বনী।

৩। শ্রাবণ (ঝুলনগী মতম) দনা অমালু অমসুং খিরি কৎকনি।

৪। ভাদ্র (জন্মাষ্টমী - August-September) দনা শ্রাবণ-দা কৎপশিং অদু অদুম কৎলে।

৫। কার্ত্তিক (October/November) দনা অয়ূক অঙনবগী বাল ধূপ-তা থুম য়াওবা কবোক্লম্বা খরা কৎলী।

৬। পৌষ (December/January) দনা (ক) অয়ূক অঙনবদনা পহিলি ভোগ কৎকনি। মসিদা কৎকদৌবনা খিচুরী-নী। মতাঙ অসিদা ৱারী অমা লৈ। মদুদি, লক্ষ্মীদি য়ূমদা চৎখিবা মতাঙ থোকপনা, মমা যশোদানা মজাইহ্বুঙেঙা চানবা খিচুরী হৌবনী হায়বা অসিনী। (খ) বকুল অমাবস্যাদনা - হৈনৌমপাল অনৌবা, ঘীদা ঙৌথোক্লবা চেঙগী য়াম্না শাবা গৈহু অমসুং ঘী তোৎপা নাড়ী কৎকনী।

৭। মাঘগী মকর সংক্রান্তি (চাউরাক্লা জানুৱারী ১৩-১৪) দা - মকর চাউল্লা (ফজনা নীকথোক্লবা চেঙ, শঙ্গোম, শিং, গোলমরিচ, তালমিশ্রি, য়ুবী, শঙ্গোম অফম্বগী মপাল, কর্পুর, কিসমিস, লফোয়- অমুনবা অসিনচিংবনা) কৎলী।

৮। ফাল্গুন (ফেব্রুৱারী/মার্চ) কী য়াউশং দোলযাত্রা মতমদা চানাগজা, খান্দবরি, চানা লাড়ি (হৈনৌ অশংবা মচা), ডহ্ন চোরি, অরিসা, কান্তি অমসুং কারি কৎকনি। শা-ঙা নত্তবগী বলি - ময়ায়থংবা যুগকী তান্ত্রিক সিদ্ধান্ত, তারা রহস্যগী মতুংইন্না ভগবান জগন্নাথ্ অসি কলিকা নত্রগা দুর্গা ওইনা খল্লী।

"কলৌ কালি কলৌ কৃষ্ণঃ
কল্লৌ গোপাল কালিকা।"

[কলিযুগতা, কলি অমসুং কৃষ্ণ (গোপাল) হায়বনচিংবা অসি মরুওইবা লাইশিংনী অমসুং গোপাল (কৃষ্ণ) মশামক কলিকা-নী]

মরম অসিদগী চৎনবী মতুংইন্না সংক্রান্তি অনি হায়বদি মকর সংক্রান্তি অমসুং দক্ষিনায়ণ সংক্রান্তিদা মনা-মশীঙ অমসুং চীঞ্জাক ওইবা বলি কৎলী। বলি অসিদা কৎপা পোৎশক্তি- শগোলহৱাই, শিং, হিংনা শেম্বা তন্দুরি-তল নত্রগা শঙ্গোম অফমবা অমসুং তালমিশ্রি নত্রগা অশীনবা থাকপা শিং-মহী, য়ুবী অমসুং চিনি। অদুবু মকর সংক্রান্তি নুমিত্তদী তঙাইফদনা অয়ূক্কী চারাগী তুংদা বলি নীপাল্লক কত্তবা য়াদে।

**ধূপঃ- (ভগবান্দা লূক কৎপা)**

অয়ূক ঃ- মূর্ত্তিশিং অসিদা কৎপা মথেলদী গোপাল-বল্লভ, ফৌন পোকপা কবোক, চিনিনা য়োম্বা য়ূবী, বদাম মখল-মখা, মাখন, খুৱা, মন্দা-পপুড়ী, হৈনৌ, লফোয়, পুংদোল, য়ুবী মকূপ অসিনচিংবনি।

অযূক্কী চরাৱানবদা কৎপা অসিবু রাজ-ধূপ কৌই। মসিদা কৎপশিংদী ঃ- কাত্তুএ ঝিলি কান্তি, তন্দুরী, শিং-মহী, মনা-মশীঙগী ঙৌথোং, চেঙ-কবোক, হৱাই অমসুং মখল-মথেল কয়াগী য়েঞ্জাংনি।

নুমিৎ য়ুংলমদাইদা কৎপা ঃ- ভোগ মাণ্ডপ ধূপ কৌই। মসিদা চাক, তল অমসুং মখল-মথেল কয়াগী য়েঞ্জাং কৎলী।

নুমিৎ য়ুংবা অমসুং নুমিৎয়ুংবা মতুংদা কৎপা ঃ- ওরিয়া হায়দুনা (চাক, থুম, ঘী অমসুং কোমলা মহীদা শেন্বা) চাক মখল অমা, য়েঞ্জাং, তল, অথুম্বা- মহী, কাকরা, আরিসা, মরিচ্চ-লাড়ু, কফোই, লফোয় অমসুং গোলমরিচনা শেম্বা মহী মখল অমা কৎলী।

নুমিদাংৱাই ঃ- সন্ধ্যা ধূপকী মতমদা কৎপা মথেলশিংনা - চাক অমসুং চেঙ অতিংবা, মঠপুলি, কনসা পুলি, বোনমনি, মান্দুরা, রসাবলি, সুৱারী, হৱাই অমসুং অতৈ অথোংবা য়েঞ্জাং-নাপীশিংনী।

নুমিদাং ঃ- মসিদা কৎপশিং অসিবু বড়সিংহার ধূপ নত্রগা শয়ণ ধূপ কৌই। মসিদা কৎপশিংদী থুঙ্কল্লবা অতিংবা চেঙ, লফোয়, বড়া; লফোয় কংঙৌ, ভোগক্ষিরি, চেঙহী, শঙ্গোম, চিনি অমসুং মরূ-মরাংনা শেম্বা মলি মখল অমা; চঁধে মেদ, য়ুবী অনৌবা অমসুং হীদাকমনা য়াওদবা শুনুগী মহূত্তা জাবচন্দন তৈবা ক্বা মতপ্ অসিনচিংবনী।

ইবুঙেঙাগী ৱালহৌশঙদা হৌবা অচা-অথকশিং অসি তরাই-তরাইনা পুসিনবা য়াদে। চহী কয়া লীশাং-শীৎনা চৎনরক্লবা নিয়ম অমগী মখা পোন্না লাইমাঙদা পুশিল্লী। ৱালহৌশঙদগী লাইমাঙ তান্না সাৱরা অমসুং মহাসুৱারশিংনা অচা-অথকশিং অসি পুগনী। মখোয় লায়না তীলনা চেন্দে, মপাঙ্গল কল্লী অমসুং তুখোঙ শেংনা নাল্লী। তিল-খা চোংদনবা, হকথেংননা শ্বর য়ৌদনবা চিম্বুল লাকই, নাতোন খুমই। মখোয়না চৎপা মতমদা কনা অমত্তগা শোক্ল-পন্নবা য়াদে। মহাপ্রসাদশিং অসি লেংবান্দা পাবোৎ নাদুনা পুই। অদুগা মহী য়াওদবা অকংবা মহাপ্রসাদশিংনা "খরা" কৌবা কম্বী মওং মানবা পাত্র অমদা হাপ্লগা সুৱারাশিংনা খুবাক অনীনা পমদুনা পুশিল্লী।

ধূপ খূদীংগী মাঙওইননা প্রধিহারী (ধূপকী দমক্তা অখন্ননা লৈবা প্রতিহারী হায়না কৌবা, মন্দিরগী সেবাকারী) কৌবা অমনা ৱালহৌশঙ্ তান্না চৎলগা সুৱারা অমসুং মহাসুৱারাশিংদা চৎলগা অসুম্না হায়রুই ঃ-

"য়ে ঃ সুৱারি অমসুং মহাসুৱারিশিং ঃ (পাঙথোক্কদৌরিবা ধূপ অদুগী মমিংগা লোয়ননা) অমৃত মনোহি ভোগশিং ইবুঙ্গোগী মাঙদা পুশিল্লকউ।"

ৱাহৈশিং অসি তারবা তুংদা সুৱারশিংনা ভোগশিং অদু লাইমাঙদা পুশিল্লকই।

মহাপ্রসাদ অসি ব্রহ্মমক্নি হায়না খঁন্নে। ভারতকী মফম খূদিংমক্তা মহাপ্রসাদপু ভগবান-নী হায়না খঁন্নে। কয়ামুক লুনা তৌবগে হায়বদা খৎন-চৈনবদা মহাপ্রসাদ অসি পায়দুনা ৱার্শক্লে। মহাপ্রসাদশিং অসি ইবেম্মা লক্ষ্মীনা হৌরগা রত্নবেদীদা লেঙশিল্লিবা ইবুঙ্গো-ইবেম্মশিংনা হকথেংননা লৌরবা অদুগুম্বা পোৎশক্নি হায়না লৌনৈ।

জগন্নাথদেবগী কংহল্লবা চাক অসি নীর্মল্যনী হায়দুনা ভারতকী অমসুং মপানগী যাত্রিকশিংনা য়াম্না লূনা অমসুং ঙৌখিনা লৌই। উরিষ্যাগী মীপূম খূদীংনা নীর্মল্য অসি ময়ূম-ময়ূমদা থন্লে অমসুং চাক চার্দ্রিঙৈগী মমাঙদা হেক হেক চান্নে।

কার্ত্তিক - হায়বদি মেরা থাদা উরিষ্যা রাজ্য অমদী অতোপ্পা রাজ্যশিংদগীসু লুখ্রাবী ওইরবী নহা-অহল খূদিংমক্না পুরীদা থা অমা চূপ্পা লৈদুনা মহাপ্রসাদ অসি লৌননবা চহী খূদীংগী মীয়াম পৈদুনা লৈনবা অসি হায়রুদুনা কান্নদে। তশেংনা হায়রবদা মসি অখন্নবা থৌদোক অমনি।

মন্দির অমা শাবা মতমদা নিরামিষ মথেল ৮৫ থোংবা হায়বা অসি ভারতকী চা-ঈশিং থোংবগী খ্বাইদগী ৱাংবা কলানী। নিরামিষ থোংবদা মখল কয়াগী মথেল লোঙবা অসি হিন্দুশিংগী চাক-ঈশিং থোংবগী চাউরবা কলা অমনী। মথেলশিং অসি হোংদবা মরম্না করম্বা মথেলনো হায়বা অদু লায়না খঙবা ঙমই। উরিষ্যাগী নিংথৌশিং অমসুং ইনাক-কৈরাক খুনবা নিংথৌশিংনা মথেলশিং অসি খৃষ্টগী চহী চা ১১ দগী হৌনা চাদুনা লাক্লে। করিগুম্বা মতাঙদদী মথেল কয়ামরুম অমসু হাপচিল্লকখি।

[মতাঙ ওইনা পঞ্জনিংবা ৱাফম অমনা সম্রাট আকবরগী চাকশঙদা মথেল-লুক্কোয় অসি মখল চামরোমনী। অদুগী মনুংদা অখন্নবা ৩০ দি তঙাই ফদনা শেম-শাদুনা নুংতিগী থমদবা য়াদে হায়দুনা নিংথৌরেল আকবরনা য়াথং অমগী মখাদা পাঙথোক্কবা য়াদে হায়বসি পারসি লোন্দা ইবা আইন-ই- আকবরী হায়বা অদুদা ইদুনা লৈ। হায়জখ্রিবা মথেল ৩০ অদুগী মনুংদা ১০ অমনা তশেংনা শা-ঙা য়াওদবা নিরামিষকী মথেলনী। মথেল ১০ অমনা মনামশিং অমসুং শা-ঙাগা য়াম্সিন্নদুনা থোংবা অদুগা ১০ অমনা শা-ঙাক্তা ওইবা আমিষ মথেলনী। ৱাফম অসি পঞ্জরুবগী ৱাদী - হীন্দুগী চাক-য়েঞ্জাং মথোংগা পারসী' চাকমথোংগা পূল্লগা মথেল কয়া পুথোকপা য়াবগে হায়বা অসি উচ্চনবগীদমক্তনী। হায়রিবা য়েঞ্জাং মথেলশিং থোংবদা করি করি পোৎশক য়াওবগে হায়বা অদুসু ময়েক-শেংনা থারি। ইং ১৯৫৯ দা ফোঙবা মোগল সম্রাটশিংগী মথেল লূক্কোয়গী মরমদা ইবা লাইরিক অমদা, আকববগী দরবারদা মথেল ১০০ শুনা চায হায়বসি ইদুনা লৈ।)

শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী মহাপ্রসাদকী মরমদা ইবা জগন্নাথ কৈফিয়াট কৌবা লাইরিক অদুদগী মখাগী অসি লৌথোকপা য়াই। মদুদী অসিনী, যযাত্তিা পানবা মতমদা ব্রহ্মণ অমসুং লম্বোইবশিংনা ইবুঙেঙাগী লূক হৌদে। নোংমা নিংথৌগী মমঙদা ভগবান জগন্নাথ-না অসুম্না য়াথং পীবম্মী।

“নিয়ম অমগী মখাদা চাক-ইঞ্জাং থোংগদবনী। মদু ঐঙোন্দা কৎলূ মদু ব্রাহ্মণ অমসুং লম্বোইবশিংবু কৌরগা পীজগদবনী।”

মঙতাক অসিগী মতুংইন্না, যযাতি কেশবীনা মদুমক পাঙথোক্লে। অদুবু মহাক্না নিমন্ত্রন তৌজরুবা মতমদা কনা অমত্তনা প্রসাদী অদু খূনবীয়ু হায়বা য়াদ্রে। মদুদগী নিংথৌনা মথ্থাই নুংঙাইতবগা লোয়ননা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরে লোয়ননা মশামকসু চরা হেল্লে। অমুক্কসু হন্না ভগবান-না মমঙদা লাক্তুনা তাক্লুরে। মহাক্না লূক অমুক হৌরে। মদুবু, প্রসাদী খূন্নবা ব্রাহ্মণ অমসুং লম্বোইবশিংদা মখাগী অসুম্না হাজরুরে।

“ইকায়খুম্ননিংঙাই ওইরবা সাধু-সন্তশিং।
প্রসাদীশিং অসি খূনবিরো,

অসূম হায়না ভগবান জগন্নাথ-না
ননাই ঐঙোন্দা তাকপিরম্বনী।"

মসি তাবা মতমদা, খোঙ্গোক অমত্তা ওইনা খুল্লকই ঃ- "জগন্নাথ-না অসুম্না তাকপিরবদী ঐখোয় খূদিংমক প্রসাদী অদু খূনগনী।"

"যদি অস্মানাজ্ঞ্যা পয়িস্যাতি দেবঃ
তদ অস্মভিস্তাদ ভোক্ত্ব্যমতি ঃ।
সত্য যুগে ইন্দ্রদ্যুম্নায় সাক্ষাৎ শ্রীমুখাৎ
অগ্ন্যাম দত্বা দ্বাদশযাত্রা অগ্ন্যাপয়টা
তদস্মাকম্ যদ্যাজ্ঞ্যদিয়তে তদা ভোক্ত্ব্যত্যসিতি।।"

অর্থ ঃ- সত্য যুগতা ভগবান মশামক্না থা তরানিথোইদা যাত্রা তরানিথোই পাঙথোক্নবা ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌদা তাকপিরম্মী। মরম অদুনা, ভগবান মশামক্না তাকপিরম্লবদী ঐখোয়না শোয়দনমক প্রসাদী অদু খূনগনী।

অসুম্না ঙাঙ-ন-শানরিঙৈ মতম অসিমক্তদা জগন্নাথ্ দর্শণ তৌনবগীমক মরোল থোক্তবা ব্রাহ্মণ খর মফম অদুদা থুংলম্মী। মখোয়বু উবদা ব্রাহ্মণ খরনা মখোয়দা খুদোম্বী থিল্লগা হায়রম্মী ঃ- "মরোল থোক্তবা ব্রাহ্মণশিং অসিনা প্রসাদী অসি ফংজবদগী করিগুম্বদা লোন থোক্লক্লবদী; ঐখোয়সু শোয়দনা চাগনী।"

অঙকপা হায়বদুনী ঃ মরোল থোক্তবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মহাপ্রসাদী অদুগী মনাক্তা ফল্লগা, চখোম অমা হূক্লগা ইবুঙ্ঙো মাগী মিঙ্খো শোনগদবনী হায়রম্মী। মহা প্রসাদ অদু হেক ফংবগা মরোল থোক্তবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মহাপ্রসাদপু থাগত্তুনা শৈরেং অনিখক থীরকই ঃ-

"অরে বিদ্বান মন্ন্যানধিগত বেদার্থ নিগমান
ময়া ভূক্তে হ্যন্তে মম পরিজনৈশ্চদ মামনুজৈ।
তস্মিন দেহে নসিন্নভবতু ভবন্তো বহুঘ্নুনা
গঙ্গ্যা ঃ পেয়ম সব-তনু-গল্য নব্যা কথিতং।।"

(হো ! নশা নথন্তবু পণ্ডিতনি হায়না চাউথোকচবশা ! নখোয়দা বেদ অমসুং অতৈ শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈজদে। ঐনা মহাপ্রসাদ অসি ফংবা মতমদা ঐগী মরী-মতা পূম্নমকসু অদুম খূল্লবনী। নংনা মহাপ্রসাদ খূল্লিবা কাণ্ডবুবু হঙ্গৈইরোইদবনী। মরমদি, মহাপ্রসাদনা মখোয়বু মাংহনবা তৌদে। অপুম-অশা অমসুং পৎ-পূন্নবা অশিবা মীগী হকচাংনা থল্লবফাওবদসু গঙ্গাগী ঈশিংবুদী মাংহনবা তৌদে।)

লাইরিক লাইশু হৈখিদ্রবা ব্রহ্মণ-না অসুম্না হায়রগা মহাপ্রসাদী অদু চাউথোক্লা অমসুং থাজবগা লোয়ননা খূনখি। অসুম হায়না তৌদুনা মফম অদুদা তিল্লিবা ব্রহ্মণ অমসুং লম্বোইবা খূদীংনা মহাপ্রসাদপু চিংনবা লৈতনা খূনখি। শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা মহাপ্রসাদ ফংলুরবা মখূৎশিং অদু ঈশিংদা হামদোকপগী মহূত্তা মকোক মকোক্তা নানশিন্নরম্মী। মতম অদুদগী হৌরদুনা জগবন্ধুগী প্রসাদপু - মহাপ্রসাদ হায়না জাৎ-বিজাৎ হায়বা থিদনা শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা খূনবা হৌনখি অমসুং হৌজিকসু খুন্নরি।

# এপেন্দিক্স নং ২

জগন্নাথ উপাসনা অসিনা উরিষ্যাগী রাজনৈতিক ধর্মনৈতিক, সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিক-কী মতাঙদা মমি খোৎ-খোপ্পা তারম্মী। ধর্ম্ম অমসুং মখোয় মখোয়না পূজা কচ্চরিবা দেবতা অদুনা লম অদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদুগী ৱাখল্লোনসু লেপ্পী। ৱাফম অসি জগন্নথ উপাসনাগী মতাঙদসু অদুম চুমদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না কাঙলূপ কাঙলূপকী ওইনা লাৎনবা দেবতা, থাজনবা কয়া অদু পুল্লপ-পূন্সিল্লে হায়রগা অমত্তা ওইবগী ৱাখল্লোন অদু জগন্নাথ উপাসনা-দা পূনশিল্লী। ভারত-তা লৈরিবা ধর্ম্ম, চৎনবী, থাজনবী কয়াবু পুল্লপ-পূন্না তাশিন্দুনা জগন্নাথ উপাসনাদা লৈ। ভারতকী মফম অতৈদা চৎনরিবা ধর্ম্ম অমসুং থাজনরিবা অবতার খূদিংমকপু ভগবান জগন্নাথকী তোঙান তোঙানবা শক্তম অমসুং অবতার (শায়োন) নি হায়না খঙনৈ। অদুগা ইবুঙ্ঙো মহাকপুদি অবতার খূদিংমক্কী মপূঙওইবা শক্তম্নি হায়না লৌই। পঞ্চসখাশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অদুগা উরিষ্যাগী দার্শনিক কবিশিংগী মরকতা অমা ওইরিবা অচুত্যানন্দ-না য়াম্না চুম্না অসুম্না হায়রম্মী। মদুদি ঃ-

> "অবতার দশ এহি দারু-রূপ অতিদারুরে সেলীন
> ঈশ্বর সাকশাতে লীলার নিমতে বিজে রত্ন সিংহাসন।"*

ৱাফম অসিমক্না জগন্নাথ উপাসনাগী মরমদা হিন্দু ধর্ম্মগী থাজনবীগী মতুংইন্না থবক ওইনা চৎনবা য়াবা পুন্সি নাওং অদুবু নিংথিনা উৎলী। যাত্রিক কয়ানা তোঙান

* শুন্য সংহিতা - অহানবা অধ্যায়।
ঋগবেদ, ১০ শুবা মণ্ডল - ১৫৫ সূক্ত।

তোঙানবা তীর্থশিংদা চৎলুবা য়াই অদুমকপু, পুরীগী জগন্নাথ ক্ষেত্রবু দর্শণ তৌদনদী ঋগ বেদ-দা য়াওরিবা মপূঙফাবা অরান-খুভম অদুবুদী য়ৌবা ঙম্লেই।

"অদো যাদ্দারু প্লবতে সিন্ধোঃ পারে অপুরুষম্
তদা রভস্ব দুয়হোনো তেন গচ্ছ পরস্তরম্ ।।"

১৩ শুবা শতাব্দীগী ব্যাখাকার শয়ণার্চয্যনা মন্ত্র অসিবু পুরুষোত্তম জগন্নাথ-কা মরী লৈননা ব্যাখা তৌবদা ইবুঙ্গোঙা মহাক অসি অরান-খুভম ফংননবগী অরোইবা পঙ্খেনী হায়। জগন্নাথ্ উপাসনাগী ধর্ম্ম-তত্ত্ব অসিনা উরিষ্যাগী সধারণ ওইবা সমাজিক অমসুং ধার্ম্মিক ওইবা পুন্সিদা - মরুওইনা মচীন-মনাউ ওইবগী লীপুন্না পুন্সিগী অরোইবা পন্থুংনি হায়।

ইবুঙ্গোঙা জগন্নাথদা কৎলিবা ভোগ ময়াম অসিনা চাউরবা উপমহাদেশকী লাইনীঙ-লাইশোনশিংগী অপুন্বা শক্তম অদুবু উৎলী। মহাপ্রসাদ অসিমক - ভারতকী করিগুম্বা মফম অমত্তদসু থেংনরোই। চীঞ্জাক হায়বা অসি মী ওইনা হিংবগী তঙাইফদনা চঙবা অমত্তা ঙাযরবা পোৎশক্নি। চান-থক্নবশিং অসি ঈশ্বরদা কৎপদ-নত্তনা, সমাজদা মা-মাগী থাক হায়বা খায়দনা মখোয় মখোয়গী অরাম-খৌরাংবা অদু কৌক্লে। রত্ন বেদী-দা লেঙশিল্লিবা ইবুঙ্গোঙা অসিনা মাগী মনাই-মশল অমসুং ভক্তশিংবু অরাম্বা কোকহনগে হায়বা মতাগুম, মখূৎ তিংথোক্তুনা ঙাইদুনা লৈবগুম, জগন্নাথকী মন্দিরদা চান-থক্নবা মতম লৈবখিবিক্তা ৰাৎপা লৈতে। কুম কুমগী ওইনা ফংবা চাবা য়াবা চীঞ্জাক মখল খূদিংমক ইবুঙ্গোঙাগী মশাইগোন্দা ৰাৎপা লৈতে।



**খাইদেম নবকুমার সিংহ আই:বি:পি:এস:**
আকাশবাণী, কলিকতা/ইম্ফালগী
এসিষ্টেন্ট ষ্টেশন ডাইবেক্টব ওইনা পোখাববা

## অইবগী পোথোকশিং

### ১। "ঐগী সত্যগী চাংয়েং ৱারী"

(মহাদেব দেশাযনা ইংবেজীদা হন্দোকপা
" The Story of My Experiment with Truth"
হাযবা M K Gandhijee গী Autobiography গী মণিপুবী অনুবাদ)

### ২। নিংথৌ ঈডিপস

(গ্রীকী দ্রামা ইবা সোফেক্লেজগী মণিপুবী অনুবাদ)

### ৩। শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা

(Dr K C Misra না ইবা The Cult of Jagannatha
কৌবা লাইরিক্তা যুম্ফম ওইরগা ইজবা).